# কালিদাসগী রঘুবংশ

( বারেং )

ইজবা

সনাতোম্বা রাজকুমার

বি. এ

[ খর তাকদি ]

মমল্ লুপা Rs 25/-

কোংদোকপা—

আর, কে, এস

এণ্ড সন্স লাইব্রেরী-




১নবা কোংবা—১৯৬৯ ইং

কোপী মশীং—১০০০



নম্বর

ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস

ইম্ফাল।

# বা-অমতং

অমর কবি কালিদাসগী রঘুবংশ হায়রবা মহাকাব্য অসিবু মৈতৈলোন্দা, যারেংদা ইথোক্লনা শিক্ষীত সমাজগী মমাংদা পুখোক্চবা হায়রবসে ইতিক-ইপা ওইদবনি অমদি থিকনেম্বা মীনা নোংদোম্বক্তা ওাল্লিবা থাক্র মাবু খূৎনা কংগে তাম্নবগুম্বনি। অদুম্নদি ওইরবদা থকপগী কংবা নাইররোইদবা মহাসমুদ্রগুম্নবা অমর কবি অসিগী কলমগী মচিন্দগী চেম্বরকপ। থকনাইত্রবা রঘুবংশগী ঈচেল অসিদা লুপ্তবু লুপ্লরবদি ওমগনি ফংজবা স্বর্গ-মর্ত্ত্য অনিগী মুংতাইবহু। অদুবু মচিন পওলবা ঐগী কলমদগী চেম্বরকপা ঈচেল অসিনদি অদুগুম্বা শেংলবা লুরবা ঈচেল অদুবু নৈহনগদবদনি। পুম্নমক অসি খওনা, খওনা পওলবা ঐনা মৈতৈ-সাহিত্যগী ঈচেলদা তিল-হনজনিংমনবদগী পিকলবা খোংলম মচা অমদা পাক-চাওরবা রঘু-বংশগী ঈপাক্তগী ঈথৈ মচা অমতং পুশিনজরকলিবা অসিনা করি-গুম্বদা ঈথৈ অসিগী ঈচেল অসিনা মৈতৈ-সাহিত্যগী ঈচেলদা তাহনা লবুক-লমহাংদা হৌরিবা হৈ-নৈ পাম্বী কয়াগী ঈশিং চাই-বদা মতেং ওইজবা ওমলবা পোকপগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি —মসিদনি ঐনা পামজবস্পু। অরোইবদা লাইরিক অসি কোংবদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং পীবিখি-বগীদমক হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। লাইরিক অসি নম্বদা ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাসবিহারী সিংহনা অন্নাবা কয়া লৌবিখিবা অসিগীদমক্তস্পু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

য়াম্না থুরোনথ্রবা মতমদা, লাইরিক অসি শিন্দোক্লনা অফিসতা পীননবগী মতম ফংত্রবদা, ঐগী ইচানিপা শ্রীরাঃ কুঃ ব্রজেন্দ্র সিংহনা অহিং নুংথিল নাইদনা শিন্দোক্ত না অকক্নবা মতমগী মস্থংদা পীবা

1

ওমহনখ্রিবা অমদি থুংহৈদা লৈরম্বদগী হাপা তৌরবা অমা ওইনা থোরক্লুনা ময়ামগী মমাংদা পুথোকচবা ওন্থিবা অসিগী লম্মদি শিংবা ওমদনা অনুময়ক লৈরগনি হায়নিংই।

মাইবম লোংপচৌং  
তাং ১৪।৬।৬৭ ইং

সনাতোম্বা রাজকুমার

# কালিদাসগী রঘুবংশ

## ১শুবা সর্গ

**রঘুবংশ—**

শাগৈ অমগী মমিংনি ; অকন-অথৌ নিংথৌ কয়াগী য়ারীনি। তৌবিমল থঙবা ধর্ম্ম লৈবা পূকচেল চাউবশিংগী কাউওমত্রবা, অমৃত চেল্লবা থৌদোকী পরেংনি। মণি মুক্তাগী লিক্লাং পরেংনা নিংথিরবী মুজাগী ওকশমদা লৈতেংবদা হেন্না মশক মতৌ ফজহনবগুম্ পৃথিবীদা লৈতেংলম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়াগী মসুংদা অযোধ্যা লৈবাক্লা ওাল্লম্মী ধ্রুবতারাগুম, মঙাল মশেক মূৎপা লৈতনা—লৈতেংবদৈ রঘুবংশগী অ:ঙবা মপাল্লী কয়ানা কোরৌথক্ত ওাল্লিবা তাওদনবগী মূৎনাইত্রবা মঙাল মশেক্লুম মতমগী কাউন ঈপাকথক্তা কাউওমদনা লৈরে তাউহনা "রঘুবংশ" নম্মাংথ্রে কল্লবা মতমগী ঈচেল-ঈরৈ, কল্লবা কাউন-ঈচেল পুন্নমক রঘুবংশগী অকনবা ঈচেলনা মরৈ লিশি পাল্লবী কাউন-ঈপাক সমুত্রনা য়োৎকে ফনা হোৎনজে, অহোইনমা তাউথৎলকথি শাগৈসিগী মিংলেন্দি দিলীপ-রঘু-অজ ; দশরথ-রাম-কুশ মূৎনাইত্রবা মিংলেম্নি কোক্ত্রবা মচুনা য়েক্তুনা লৈরে মতমগী লামায়দা। অচুম্বা চৎপা মথৌ থঙবা ওইজবা থাদোকপা মীয়োক মীচান্ কবা, অধর্ম্মনা ধর্ম্মবু য়োৎলগে তৌরক্লবদা অচুম্বগী মূর্ত্তি লোয়গা অধর্ম্মবু মাংহনবিহনা জীব জগৎপু কনবিহনা শাগৈ অসিগী মিংলেনবু থোইনা হেন্না ওালহনখিবা, অথোইবা মচা রাম দশরথকী মপাল্লী রঘু শাগৈগী লাইবক্তা থোকপা শরৎকী পূর্ণিমা থাজনি।

অসিগুম্বা শাগে অসিবু হৌদোকখিবা লৌশিংগী ভূংনফম ওইরবা ঋষি মনুগী বংশদগী, ক্ষীর সাগরদগী চন্দ্রদেবনা চোংথোরকপগুম্ দিলীপ নিংথৌ পোকখি। দিলীপ মশক মতৌ কঞ্জে; রাং-চাউই, কল্লবা শল্লাবগী মরেংগুম্না মরেংবান্দ্র ফল্লি, নোংশাগী মতৌগুম্না মথ্বাং অহু চেংই; মীনা কিনবা শাবাম্নি। মপাম্বোম কনবা, য়েক্লবনা কিনবা শককম ওইবা লান্দা খোইদোক্লা হৈ-শিংলব দিলীপ্না মাইথি পিডমত্রবা মেরুগী মতৌগুম্না পৃথিবীদা লৈরিবা য়েক্লবা খিবিকপু মাইথিবা পিদুনা হাইনা-হুম্না পাল্লম্মী। মচাগুম্না লুনা তৌরবা প্রজাশিংনা ইকায়খুম্নবগা লোয়নননা মপাদা মপাদৌগুম লুনা তৌরমই। অরাং অপা লৈত্রবা পৃথিবী লৈমন তমলকপা খুদোলন মাগী পূর্কেদ লেঙদনা লৈরবা দিলীপ্না অরাংপা মশক খঙদনা মুংঙাইনা অযোধ্যাগী মপু ওইদুনা পাল্লম্মী।

দিলীপ্না মগধনিংথৌগী মচানুপী ইবেম্মা সুদক্ষিণাবু লুহোংদুনা লৌখি। নিংথৌ মহারাণী অনিনা মুংঙাই য়াইবি মরাং কায়না চহি কুমজা কয়া লেল্লকলে। অদুক্তি মুংঙাইরগা মমিত্তা মচা অম ফাওবা উবা কংদবা অসিনা অনিগী মুংঙাইরবা পুক্সি অদু খুৎশেম হৈরবা চিত্রকার অমনা য়েক্লবা মপুংফানা শাৎকায়হল্লবা লৈহৌদি চেন্দবা লৈরাংগী মতৌগুম্নমই। করম্বা মতমদা মচা অমতং ফংজগবা হায়না নিংথৌ মহারাণী অনিনা, নোংগৌবী কৌবী চেক্লানা কুমগী লোংঙাইবগুম ঙাইদুনা লৈখি। হোৎনবা পুম্নমক অরেম্বা ওইরবদা মমৈথংদা অথোইবা ঋষি বশিষ্ঠগী আশ্রমদা চত্তুনা লাই নিংলগে হায়না মপূক্লিংদা লেপখ্রে। রাথল অসি তৌরদুনা মহাক্লা মতম থরগী ওইনা লৈবাক ঙাকপগী পোৎলুম খিবিক অঙম-অথৌশিংগী মফমদা শিম্নরম্নগা সতি ওইরবী মাগী মহারাণীগা লোয়নননা বশিষ্ঠ মুনিগী আশ্রমদা চৎখিরম্মি।

কোম্নুং থাদোক্তুনা লাকপা খোংচৎ অসিদা খোংলোয় থরদনা নিংথৌ মহারাণী অনিবু থিম্দোরকখি; মমল য়াম্নবা নিংথৌগী ফিজেৎ

থাদোক্লমহুনা ইচম চম্বা ফিজেৎনা খুজংগী ফিজেৎনদোওম লৈজেংলহুনা উমংদা মতিক মগুণ লৈরবা দিলীপ নিংথৌনা দোলাই তোংলহুনা লেংশিল্লকখি। উমংগী লম্বী য়োম্রক্লবদা মঙ্গল খুদম ঙাক্তা থেংনরমই; নাক-য়েন্তা ৱাহোংশিংনা নোয়না-নোয়না জগোই শাহুনা লৈনখি অহুগা অরাপ্পা অনকপদা শজিক চারম্বা শজি শঙাই থিবিকস্ু দোলাইগী মখোল তাবদা শজিক চাবা লেপ্লহুনা মমিৎ-মনা থাজত্তুনা তুমিন তুমিন লৈরম্মি। দোলাইগী মাংওইননা নোংদোনথক্তা কাংঙশিংনা লৈনা লৈনা পাইরিবা ইংনা তপ্না শিংলকপা নামিবা মলয়া ন্নুংশিৎকা থেংনবদা পূক্লিং মকা লাম্লিবা পুম্মমকসিনা পূক্লিংগী পেম্রবা ওইরমই। থুনা য়াঙনা চংশিল্লকপা দোলাইগী খোংচৎকা মুংশিৎকা থেংনবদা হুৎ-হুৎ লাউবা খোঙ্গেল অমা ফাওরকখি; মসিমক্কা দোলাই অহু য়াম্না য়াঙনা চৎলে হায়বসি থঙহল্লমই। মরক মরক্তা লম্বীগী নাকন্দা লৈরিবা মন্দিরশিংদা সেবা চৎলিবা ব্রাহ্মণশিং অমদি ঋষিশিংনা নিংথৌ মহারাণী অনিগী মঙ্গল ওইননবগী ঙাইহুনা লৈরম্বা অমদি শঙ্গেমহাশিংনা মখোয়দা ঘী, মাখন অমদি ক্ষিরনচিংবা খুদোল পোৎ তম্রকপা অহু লোননবগী অমম্নুং মখোয়দা থাম্নদগী হোরক্লবা উপালশিং অমদি লবুক লমহাংদা চারিবা শা-ষণশিংগী মরমদা ৱারী ৱাতাই শানবগীদমক হেক হেক পনবা নত্তনদি দোলাইগী খোংচৎ অহু লেপলমদে।

নহা ওইবগী ন্নুংঙাইবা রাথলদা দিলীপ্না মহারাণীদা খুদোম্বী থিল্ল-থিল্লহনা বনগী ফজবা হৈরাং লৈরাংগী য়েংথোকখিব। থুদিংদা নিংথিজরবা অমদি পুক্লিং হূনবগী মশক ওইরবা থিবিক অহু উত্তুনা হরাও তম্রাম্বা ফোংদোকলম্মি। অস্নুম্না দোলাই থৌহুনা লাকপসিনা মমৈথংদা ঋষি বশিষ্ঠগী আশ্রমদা থুংলরে। নিংথিজরবা আশ্রমনি, অচম্বা ফিজেৎনা লৈত্তেং তৌরহুনা ঋষি থিবিকী অথোইবা ওইরবা বশিষ্ঠনা আশ্রমগী ময়াইদা ঙাম্থোইরি। অকোয়বা অহুদা হৈপাল লৈপালনা মম্লাং কায়না হৌরিবা, য়েংথি-য়েংথিবা মায়কৈদা অৱাংপা

লৈতবগুম উরবই। মকসিগী কজবা শিবিক উজবা কংবগী হোত-ক্রবা নিংথৌ মহারাণী অনিমক লোলাইদগী কুম্থরকখি। মখোই নিংথিজবা আশ্রম তাবা লমীদা সুদক্ষিণাবু মথুং শম্রহনা লেংশিন্নরে অচম্বা কিজেংনরবা দিলীপনা বশিষ্ঠগী থাংপোক য়ৌনবা। থাংপোকী থোঙদা মুনিগী শিষ্য ময়াম্না মখোয় অনিবু ওক্রমই অমসুং মখোয়গী গুরুদেবগী মনাক্তা পুশিনখিরম্মি।

থাংপোকী মনুংথংবা শরুকী কা অমথক্তা নাক্তা লোয়নবী অরুন্ধতীনা সেবা তৌরহনা মতিক মগুণ লৈরবা বশিষ্ঠ মুনিনা খোংথ্রাই চন্না লৈমায়থক্তা কুশগী আশন মথক্তা ফমহনা লৈরম্মি।

"হে অথোইবা ঋষি নথুম্নাখাদা খুরুমজরি" অসি হায়রহনা দিলীপনা য়াম্না নোম্লক্না বশিষ্ঠ অমদি অরুন্ধতী অনিগী মখোঙবু লোকচরম্মি। মহারাণী সুদক্ষিণাস্থ মপুরোইবনা তৌবগুম ভক্তি কচ্ছরকই।

"হে লাইবকফবী, পুণ্যচেল্লবী নথুম্নাখাদা নোম্লক্না ভক্তি কচ্ছরি।" অসি হায়রহনা মহাক্না অরুন্ধতীগী মখোং অহু চুপচখি।

"রাজ রাণী নথোয়নিদা ঈশ্বরগী থৌজাল পিনবিবা ওইসনু' হায়না ঋষিনা আশীর্ব্বাদ পীরম্মি অহুগা অরুন্ধতীদি মাগী মথম্মোয়-হুংদদা অনিবু মঙ্গল পীখি।

বশিষ্ঠনা মথা তাথনা হংলকখি—"লৈবাকী য়াইফবা ওইরিব্রা হে মতিক চাউরবা নিংথৌ?" চীং-লেম্ন দিলীপনা পাওখুমজরকই—"ঐগী লৈবাক অমদি প্রজাশিং পূম্নমক নহাকী থৌজান্দগী হুংঙাই য়াইফনা লৈরি, হে অথোইবা ঋষি। পূম্নমকসি অসুম্না হুংঙাইনদি লৈরগা ঐগী লৈবাক্তা অরাংপা অমথক্তং লৈ মহুনা মতম চুপ্পদা ঐ অমদি ঐগী প্রজাশিংবু অরাবগী ঈপাক্তা লুপহনগদোরে, হে মুনি! মরমদি ওসি ফাওব অসিদা ঐগী ইহুং শিনবিননবা ইচানিপা অমা ফাওবা কংজত্রি—মসিগী থম্লুবদা ঐমুক লাইবক থীবা নিংথৌদি করম্বা

ঐনবাক্তনু লৈরক্তরোই হায়না মিঙজরে। করম্বা পাপকী মহৈনা অলিগুম্বা শাগৈ অসিগী মিংচত্তা অমকপা হুমি ভাগৈগীরিবদো তাকপিয়ু হে খুঙদা-উদা লৈত্রবা ঋষি? ঐগী অয়াবা অসি কোকহনবিহনা য়াংলিবা অসিমতং ফংহনবিহন' ইপা-ইপুগী লম্মন তোল্লিবা অসি শিংজবা ওম্বা পাঙ্গল পীনবিরো।"

মতম কুইনা ঋষি বশিষ্ঠনা য়া ওাঙদনা তুমিন্না য়াখন্দা লুপ্তুনা লৈরুরগা মমৈথঙদা মহাক্না হায়রকই—

"নহাক্না নচা ফংদবগী মরম পুন্নমক খঙবা ওমলে; মহু ঐ হায়গে তাও, হে নিংথৌ! হৌখিবা মতম অমখক্তা নহাক্না ইন্দ্রদেবগী য়াজদরবারদগী মহারাণীগা লোয়ননা নরানয়াইদা হল্লকপা মতমদা লম্বীদা জগৎকী মমা ওইরবী সুরভীগা ওক্লখি; মতম অদুদা য়জস্বলা ওইরবী মহারাণীগী মঙানি শুবা হুমিং ওইবা মরমনা থুনা য়াঙনা চৎনিংলবা নিংথৌনা মতম্না থেঙজিল্লক্লবদুদা সুরভীগী মফমদা হৌনবী ভক্তি কৎলমদনা চৎখিরম্মি। নহাক্কী অদুগুম্বা অরানবা য়াখল অদুদা শাউগ্রদুনা সুরভীনা নহাক্না মতিকচাবা যজ্ঞ তৌদুনা কোক্লনবা হোৎনত্রিমখৈদি নচা ফংনিংলিবা অদু ফংদহুনা লৈয়ু হায়না মহাক্না শাপ তৌখিবনি। অদুনা মহারাণী সুদক্ষিণাগী গর্ভদা শাগৈ ঙাক্লনবগী মরম ওইবা জীবগী মন্না হন্দ্রিবনি। অদুবু অমুকা হেন্না নরাইবক থীবদি হে নিংথৌ! সুরভীগী অদুগুম্বা অভিশাপ অদু গঙ্গাগী ঈরাউখোম্না নমহৎখিবদগী নহাক্না তাবা ফংখিদ্রে। অদুবু চিংনগদু ইবুংঙো, শাপ অদু কোক্লনবগী উপায় শোয়দনা লৈগনি; অমসুং ফংজগে তাল্লিবদুগী হোৎনরিবা মহৈ শোয়দনা য়ানগনি; নিংবা কায়বা তৌগদু" অসি হায়রদুনা বশিষ্ঠ মুনিনা তৌগদবা থবকী পরিং নিংথৌগী মফমদা অমুক্তা খঙহনবা হৌরকই।

"পাতালদা প্রজাপতিগী ধর্ম্ম যজ্ঞ অমা তৌরি; মদুগী য়াম্নবগী-দমক মতেঙ পাংদুনা সুরভীনা মফম অদুদা হৌজিক লৈরি। নহাক্না

পায়বদি মাগী অমতা ঙাইজরবী মচা নন্দিনীবু লুন-চায়া তৌবিদুনা সেবা চৎলু অমদি মাগী মকমদা নোয়ুব্লা চঙজদুনা পেন্নবা হোৎনৌ; অদু ওইরবদি মহাক্না শোয়দনা নঙোন্দা মমাঙগী শাপ অদু কোক্লনবা ঙম্ পীনবিরক্কনি।"

ঋষিগী অসিগুম্বা খোইথুম্নবা য়াহৈ অসি হেক তাজবদা অমম্বা অহিং লোইখ্রদুনা নোংপোক্তা কোয়ৌ মঙান ফাওরক্লুনা মালেমগী অমম্বা থিবিক কোকহনবগুম নিংথৌগী থম্মোয়মুংগী অমম্বা মুথলনা কুপলম্বা হায়দোকখিদুনা মুংঙাইবগী মঙাল অমা ফাওরকখি। মহামুনিগী য়াহৈ অসি লোইরকপা মতম অদুমক্তদা উমংদুংদগী নন্দিনী থোরকলমই।

মচা নৌরিবী নন্দিনীদু মখোম পুবা ঙমলমদে অদুনা থুনা য়াঙনা মচাবু মখোম পিথরুনবা লাকখি। "য়েংঙউদো হায়ন্নিঙৈসিমক্তদা ঘণবী অসে অপল-অরাক য়াওদনা মফম অসি য়ৌরক্লে, অদুনা হে নিংথৌ! নহাক্না পামজরিবা বর অদু শোয়দনা ফংলগনি। ঐনা হায়রিবা অসি নপুক্নিং চঙনা তাও। মহাক্না উমংদা কোয়না চৎপা অদুগী মতুং ইন্দুনা কোয় শেন-শেন্নৌ। নোং হেক ঙানবদা নহাক্কী মহারাণীবু উমংগী মচীন্ ফাওবা ঘণবী অসি হে ইদোকহনগদবনি; মসি তৌবদা ব্রত তৌগদবনি; অদুদগী মুমিৎ তারক্লবদা ঘণবী অদুবু লৌশিনবা চৎহন্লু। নখোয়নিগী ভক্তনা য়েংশিল্লকপা মিৎয়েং অমসুং চেকশিন্না শেন্নবা অদুনা লেপ্লক্লবদা ইমা ইবেম্মা নন্দিনীগী থৌজাল শোয়দনা ফংগনি অমসুং মতিকচাবা রাজকুমার অমগী মমা মপা ওইজবা ফংগনি।"

নিংথৌ দিলাপ অমসুং মহারাণী সুদক্ষিণা অনিগী মাইথোংদু মুংঙাই-ঈরোইনবা ঋষিগী য়াকম অদু তাজবদা মোমোন মীনোক্না ঙাম্মোকহন্নম্মি। মখোয়না ঋষি অদুবু মহাক্না পীবিবা পাওতাক অদুগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরগা অহিং তাংলৌ নৈনা থেংজিল্লক্লবদা মখোয় অনিগীদমক্তা আশ্রমগী মীশিংনা শিল লাংদুনা থম্লবা থাংপোক-

শং অছুগী মরুংদা নিংথৌ মহারাণী অনিমক চংখ্রে অমহিকসুং মনম সুংশিরবা কুশগী মথক্তা অহিং অছু সুংঙাইনা পোথাখি।

নোংঙাল্লবদা মুনিদেবগী পাওতাক তুংইন্না নিংথৌ-রাণী অনিমক্না নন্দিনীগী ঙাকশেনবা হৌরক্রে। য়াম্না নিংথিজনা থাউ মনম সুংশিবা চাইর-চাইরদুনা লেংলবা লৈপরেং অমা মহারাণী সুদক্ষিণানা যণবীদা শিবিরন্মি অদুগা মাবু উমংগী মচীন কাওবা থিন্দোকলন্মি অদুদগী মপুরোইবগী মকমদা শিমরন্নগা মহাক্না আশ্রমদা হল্লক্তুনা সুংথিল-চুপ্পা অছু চরা হেন্দুনা লাইনিংদুনা লৈজখি।

সুংথিল-চুপ্পা অছু নিংথৌ দিলীপ্পা মথৌ কায়দনা যণবী অছুবু শেঙ্ক-রন্মি—অসুক্না মতিক চ্যেকশিন্না হোৎনজ্জে মহুদি মহাক্না মিনা হকচাংগী তুংইনবগুমনা যণবীগী মনাক্তগী খুবৈ অমা ফাওবা চখোকলমদে অমসুং করিগুম্বদা সুংশাগী মৈশানা হুমাং শোবা উরগা হুমাই হুমদুনা ইংহন্নবা হোৎনজরন্মি অমসুং মশাদা তপ্না তপ্না নানবিরন্মি। অদুগা করিগুম্বদা লমকৈ চৎকদবা লৈরবসু নিংথিনা ঙাকশেন্দুনা শক্তিক নিংথিজনা হোবা মক্ষমদা পীজনবা হোৎনজ্জে। অসুন্না শেন্দুনা সুংথিল চুপ্পা লৈরুরে হায়রগা নুমিদাংরাই ওইরদুনা যণ অছুনা আশ্রমলোমদা মমায় হেক ওনবগা নিংথৌনা মাগী মতুং ইন্দুনা লাকলমই। চীং-লেম্না মহাক্না লাকপসিনা উমংগী মচীন হেক য়োরকপদা মহারাণীনা মাবু ঙাইদুনা লৈজরন্মি অমসুং হরাই দোনা অমা থম্না পিজরন্মি; নন্দিনীনা হরাও-হরাওনা হন্নাই অছু চারমই। নিংথৌ মহারাণী অনিনা আশ্রম তাম্না যণগী মতুং ইন্দুনা লাকখি অমসুং য়ুম য়োরবদা থাউমৈ থান্দুনা অনৌবা লৈপরেং অমা অমুক শিবিরদুনা মাগী পেন্নবা সেবা তৌদুনা জগৎপু য়োকপী নন্দিনীবু পোথাহন্নম্নগা মথোয়সু সুংথিলচুপ্পা চৎলুবগী চোকথরবা মশা অছু নিংঙাইবা লৈতনা পোথাখ্রে থাংপোক মরুংদা য়াতাদুনা।

পুকচেল ফরবা নিংথৌ মহারাণী অনিনা অসিগুম্বা ন্নারবা পুক্তি অসিদা ঋষিনা তাকপীবা মতুং ইন্না খুভম অমা নাম্থোক্তনা হুনিং

কুম্মাথোক্লইনি অম্নাবা থিদনা মথম্মোইম্নুংদা হুংঙাইবগী ৱাখলগা লোয়ননা মতম লেপ্লমই। মথঙগী কুম্নিথোইনি তুবা হুমিত্তম্ৰু নিংথৌনা মহৌশাগী-ঙম্না মথবীগা লোয়ননা অম্ৰুম কোয়চং চৎলকপদা ঙাইহাক্তং অম্নাম্মদা উরিবা চৌংগী পুক্লিং হুনা নিংথিজবা অহুবু য়েংহুনা লৈম্নিঙৈ ভাজা অহুদা নন্দিনীদি গজা তুরেলগী মনাক্তা লৈবা মোংশোং মচা অমগী মম্নক্তা চঙথিরম্মি। থুংকল পাঙম্লবা দিলীপ নিংথৌনা ঙাকশেল্লিবা মথবু কনানম্ৰু খুদোং থীহনবা ঙমলোই হায়না নিংজহুনা লৈম্নম্বনি অহুবু ইথঙ-থঙহৌদনা অকিবগী মশক কংলবা নোংশা অমনা থক থা অনিমক থ্রক থ্রক নিকহনবমথৈ ঙংলহুনা মথ অহুবু ইম্নায় লায়না মাগী খুবাংনা নম্লগা চীকথায়হনা চাগদবগী থৌম্নাংলক্রে। লাইবক থীম্নবী পাঙল শোল্লবী নন্দিনীহু থজিক্তা ফাওবা হিংচা-ম্নাইতম্বা পাঙনবা নোংশাগী থুংফাহুদগী লেং-ওংপা ফাও ঙমজক্রহুনা ম্নমিত্তা পিগী ঈম্না চেল্লহুনা দিলীপম্না লৈবা মাম্নকৈদা "ঐবু কনবিয়ু" হায়নবগী মতাঙম য়েংহুনা লৈক্লখি।

খুদক্তা নিংথৌনা খ্বাংদগী মচিন পাম্নবা তেল অমা শংলগা ম্নাশকপগা লোয়ননা নোংশাহুগী মথম্নাই লৌরগে হায়না কাপকদবগী লীরি চিংগে তৌবমক্তদা— অঙকপগী মওংনি দিলীপকী মপাম্বোমহু লেঙবা ফাওবা ম্নাখিক্রে—ইকা ফাজিনখ্রে মাংমক্তদা লৈম্নবা য়েক্লবা অহুবু হাংনবা তেম্না থাগে তৌবদা ঙমদবা অহুদা হেম্না শাউক্রহুনা অমুক্তা হম্না তেন্দু কাপকে হায়না হোৎনখি। তৌইঙম্বম্নুং হোৎনবা পুম্বা অরেম্বদা তাখিম্নম্মি। মাগী হকচাং কায়াৎ অহু যাহুনা তৌহনবঙম তম্থোই অমা শিথম্নমই। থৌশাবা লৈত্রবা মীওইবগী খোঞ্জেল অমনা হায়ম্নকখি— "মতিক লৈম্নবা নিংথৌ, কাম্নজ্রবা থৌম্নাং অহু তোক-থোক্লো। নহাক্কা তেন অহু অরেম্বদা কাপকদোম্নে। নহাক্কা ঐবুদি করিম্নু তৌবা ঙমলোই মম্নমদি ঐ অসি নিকুম্ভগী চাম্নথোইম্নব। মরুপ হুম্ভোদম্না হায়বা অহনি। মহাক্কা ঐবু মানা লুনা-চাম্না তোজম্নবা ঙ্পাম্বী অলিগী মনাক্তা চংশিম্নকপা শা পূম্নমক শেগাইহুম্না চানননা

নোংশা ওলহন্লুনা থম্লিবনি। যণবী অসি মরাইবরা শিন্ন তম্লবনিনে। অদুগনে নঙসু ইকায়কম করিমত্তা লৈতে, মরমদি নহাক্তি লেঙবা ফাওবসু ঙমত্ত্রবনি।"

গুইহাক্তংদি মহারাজ দিলীপা করিমত্তা তৌদনা ফুম্বংননা লৈথিরম্মি। রাথল ফাওবা থনবা ঙমলমত্রে। অদুবু কুইদে, মাগী মাঙশ্রবা থৌনা অদু অমুক লাক্লহনা নোংশা অদুদা থৌন্যাদনা হায়রকখি—"হে পাঙ্গল্লবা নোংশা, ঐগী উপায় লৈতবা মতৌ অসি উবদা নহাক্লা ঐবু করেম্নরে হায়বসি ঐশু থঙই। অদুবু ঐগী ইমাংসিমক্তদা গুরুদেবগী লুনা ভোজশ্রবা যণ অসিবু অশুক মুংশি-হৈত্তনা হাংপা অসিদা ইচম চম্নদি ঐ লৈথোকপা ঙম্লোই। অদুনা নংগী নচিঞ্জাক ওইননবা মাগী মহুত্তা ঐগী ইশাবু কথোকচরবনি সে চাওসে! যণ অদুবু থাদোকপিল্রো।"

অদুবু মাগী থৌনাফনা হায়দোরকপা ৱাঙাং অদু তাবদা নোংশা অদুনা নোক্তুম নোক্লম্মি। মহাক্লা হায়রকই—"নহাক নহানি, নশক নতৌসু ফজে; নপাঙ্গল-নথৌনা অমদি নরল-নথুমসু রাত্তনা লৈরিবনি। পূম্নমক অদু করিসু লৈত্রবী যণবী অসিগীদমক্তা অরেম্বদা লংশেকলগত্রা? অমুক্তদি থনখো হে নিংথৌ! নঙগী প্রজা লিশিং লক্কা লৈরিবদু নঙ লৈবগী মুংঙাই য়াইফনা, য়ৈথাই থিঙ্গাইবা লৈতনা লৈবা ঙম্লিবনি। অদুবু যণবী অসিগী মথরাইসিগীদমক্তা নহাক্লা মথোয় পূম্নমক অদুবু মপী-মপা লৈত্রবা মচাগুম লংশেক-পিরম্লগত্রা? নহাক্কী গুরুদেববু কিবা তৌগনু! নহাক নিংথৌ নত্তত্রা? যণবাসিগী মহুত্তা যণবী চামা-চামা শিংবা য়াইনা! পঙগনু, হে পাঙ্গল চাউরবা নিংথৌ, নশাবুদদি কনজো"।

"ওইথোক্ত্রবনি" অহনবা লৈতনা নিংথৌনা হায়রকই। "অথৌবনি হায়রগা অশোনববু কনবা ঙমত্ত্রবদা মাগী মমিংদু থম্বগী করি কান্নবা লৈরি। মসি মশানা তাজরবা রাক্ষম অমনি মদুদি থাজহনবা থব্বা ঙমত্রবা নিংথৌ মহাক অদুদি, নিংথৌ ওইবগী শক্তি কোম্ননা

মরৈবাকস্সু মাঙলবনি। যমরাজগী শক্তি নত্তনদি মাঙহনবা ঙমল-রোইদবা ঐগী গুরুদেবগী শেংলবা মণবী অসি করিগুম্বদস্সু ঐগী মমল লৈত্রবা মণবী চাম্না-চামনা শিংবা মতিক মপা ওইদবনি। অতুনা ঐনা অমুক্তা হন্না হায়জরি,— ঐগী ইশ। অসি মাগী মহুত্তা পীজরবনি অতুনা লোসে। ঐগী গুরুদেবগী ধর্ম্ম অসি করিগুম্ব অমা ওইগে ওইসন্নু; ঐনা মরম ওইতুনা অকায়বা থোকহনবদি ঙমজরোই। অতুগা নহাকস্সু নবুঙোগী পেন্নবা তৌরিবনি, অতুনা মশাগী মথল্লাইবুদি কন্নবা হোৎনরগা মবুঙোগী রাখল্দি খল্লবা হায়বসি অর্থ লৈত্রবা রাফম অমনি অমদি মনাই অম ওইবগী মতিকচাবা মিংফম অতুস্সু লৈফম থোক্নবনি; মসি নহাকস্সু থোইদোক হেন্দোক্লা খঙবিরিবনি। মরম অতুনা ঐগী থল্লাই অসি পাম্মুবগী রাখল খনবিরিবা অতু তৌবিরগন্নু— ঐগী থল্লাই অমদি অরেপ্পা লৈত্রবা সংসার অসি মমল করিস্সু লৈত্রবনি হায়না লৌজরে। নহাক্ন ঐবু মরুপ অমনি হায়না খনবিরবদি, ঐনা নঙোন্দা চঙজরি, ঐঙোন্দা অমাং-অতা লৈত্রব' মিংচৎ অসি পীনবিরো থবক অসি ঐগী তৌফম থোক্লবনি।"

থুদক অতুদা : স্ত্রীগী শক্তিনা ফাঙিল্লম্বা অতু মাঙখ্রতুনা, দিলীপ নিংথৌদা হান্নগী শক্তি অতু অমুক হনজনলকলমই। মখুত্তা পান্নরিবা থুৎজু থুৎলাই পুম্নমক লংশেক্লতুনা নন্দিনীগী মহুত্তা মথল্লাই কৎননবা নোংশাঙগী মমাংদা কুপ্থতুনা লৈখ্রে। মহাক্না নোংশাগী মথয়াত্তা শিরগে হায়না য়েংথৎলকপা মতমদদি, চীংউ নোংদম অঙকপনি— স্বর্গদগী পারিজাৎ লৈরাং খুজোক খুজোক মাগী মথক্তা চাইথরকখি অমস্তুং মীগী খোঞ্জেন্দা— "হোগৎলু ইবুংঙো, নংগী নথৌনা অসিদা ঐ পুম্নপেন পেন্নে" হায়বা খোঞ্জেল অসি তারমই।

অঙকপগা লোয়ন-ন, দিলীপ্না হোগৎলতুনা নোংশাতুবু কোয়না য়েংলকখি, অতুবু পুঙমত্রবা অমুতগী ঈচেলনা খোমজিন থুদিংদগী চেপ্থতুনা লৈরিবা নন্দিনী নত্তনা অতে কনা অমতবুস্সু উথিরমদে।

"হে নিংথৌ, নংগী নথৌনা, নপুকচেল তিংবা অমদি নথৌ-খণ্ডবগী চাং য়েংননবগীদমক ঐনা ঈশ্বরগী শক্তি লৌরহনা অকিবগী মশক ওইরবা শকক্ষম অসি পুথোকখিবনি" হায়না মীগী খোঞ্জেল্দা নন্দিনীনা হায়রকই। "মুনিগী শক্তিনা ঐদি অশিবগী মপু যম-মরুস্তু ঐবু শিহনবদি ঙমদবনি। নংগী নথৌনা, নরিংজেল অমস্তুং নথৌ-খণ্ডবগী থবক অসিদা ঐ পেল্লে; অহুনা নহাক্কা পাম্বা বর ঐনা শোয়দনা পীরগনি।"

হুংঙাইবগী পিরাং শীম্বরহনা, দিলীপনা পূক্‌চেল চাওরবী ষণবীগী মমাংদা থুকউ থুদক কুম্বরহনা, থোইদোক হেন্দোক্না পামজহনা লৈরিবা বর— মচানিপা অমতং মহাক অমস্তুং মাগী মহারাণীগী মকমদা পীনবিনবা নিজরম্মি।

"নহাক্কা পাম্বহমক ফংজখা ওইয়ু" হায়না নন্দিনীনা আশীর্ব্বাদ পীবিরম্মি।

অহুগী তুংদা নিংথৌনা ষণবীগা লোয়নরহনা আশ্রম তাম্না লাকখি— থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক মহারাণীগী মকমদা নিংথৌনা তম্লম্মী। হুংঙাইবনা থুক্কৎলবা মহারাণীনা হরাও পিরাং ঈহোননা ষণবীবু কোনজখি। নোংঙাল্লবদা, ঋষি বশিষ্ঠনা নিংথৌনা পামহনা লাক্লিবা থবক্কী মহৈ য়াল্লবহদা হুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা উৎসব অমা তৌখি; মহু লোইরবদা নিংথৌ মহারাণী অনিমক আশ্রম থাদোক্তুনা কোম্নুং তাম্না থোংশানখিরম্মি। মতম কুইনা কায়নরুরবা নিংথৌ মহারাণী অনিনা হল্লক্রবদা লৈবাক্কী প্রজ খিবিক্না হরাও হরাওনা ওকচরম্মি অমস্তুং মঙ্গলগী ধুপ থারহনা রাজ-রাণীগী জয়ধ্বনি লাউরহনা কোম্নুং মজুংদা চংশিল্লক্লে। লৈবাক্কী থবক্তা অমুক হন্না মিৎয়েং চংশিল্লহনা দিলীপ নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপা হৌরক্লে।

## ২শুবা সর্গঃ

নোংমগী সুমিত্তা, অঙনবা অমুক্তা দিলীপ নিংথৌগী মফমদা মনাই অমথক্লা সুংঙাইবা পাউ পুরহনা লাক্লমই অমসুং মহারাণী সুদক্ষিণা হৌজিক্তি শকহেল্লবা মচানিপা অমগী মমা ওইবা ফংজরে হায়না নোল্লুক্লা তমজরমই। হয়াওবনা খোং-থাংবা থোক্তমথৈ নিংথৌ তহা-তহানা, মহারাণীগী চাবোকপগুদ লেঙশিল্লকখি অমসুং পাউ তমলরিবা নিপা অহূগী মতিকচাবা মনা পীননবা য়াথং পীরম্মি।

নিঙথিনা লৈতেংলবা ক্তা অমগী মসুংদা তাইফেৎ তাইরবা মহারাণী সুদক্ষিণা হিগুনা লৈরম্মি; নাকন্দা তাইবং মশক খঙত্রিবা, হৌজিক্তা শাৎকায়ররক্লিবা লৈরাং থম্বালগুম নিংথিজরবা অঙাং অহূনা লৈবহু উরবদা নিংথৌ দিলীপ্পা মমিৎ কুপ্তবমথৈ য়েংজরমই। মহারাণী সুদক্ষিণানা তপ্লবা খোঞ্জেল্না, তৌবদদি মথথ্মোয়সুংদা সুংঙাইবগী ঈথক হৌরিবা অহূবু নক্কাৎপা তৌদনা মহারাজগী মফমদা হায়জরকই, “অঙাং অসিগী মমিং বরি থোনবিনিংবগে।” চৌংনবা লৈতনা নিংথৌনা খুমলকই,—“রঘু কৌগনি”, অসুম্না পীকলিবা অঙাং অহূগী মমিং রঘু হায়না কৌখ্রে। মিং অসিগী অর্থদি “থোং-য়াঙবা” হায়বনি।

মতম কুইনা ফংদহুনা লৈরুরবগী তুংদা হন্দক্তা নৌনা মচানিপা অমা ফংজবা অসিদা সুংঙাইবগী গুমথৈ লৈখিদ্রে। মসিগীদমক্তা কোম্নুং মসুংদা অঙকপা ফংনা হয়াও-কুম্মৈ তৌরমই। কোম্নুংগী কাচিন-কোয়া থুংনা লৈতেং তৌরমই; মচু মথলনা অয়েংবা মী পুম্নমক্তী থম্মোয় শুক্কাৎনরমই। চাবা থকপদা নিংথৌনা পাম্মুবা লৈতনা পূক্কৈ হাংদোকলম্মি; দান-দক্ষিণা মতিকচানা লাকইবা ব্রাহ্মণ অমদি প্রজাশিংদা পীরম্মি। মসিনা কোম্নুং মসুংদগী থবক্নি। অসিদসু নত্তনা লৈবাক শীনবা থুংনা সড়ক-লমজাও খুদিংমক লৈতেং

তৌখিল্লমই ; মীপুম খুদিংমক্না মাগী মাগীদা থোকপা থোৌদোক্লম খল্লহুনা নুংঙাইবা অহু মপুং কাহনখিরম্মি। মকম মকম খুদিংদা মখল-মখলগী পুং-শেল য়ৈরহুনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয় সমুত্রবু নুংঙাইবগী ঈথক-ঈপোম্না থুম্মংলম্মি। অসুম্না নুংঙাইহুনা মতম লেল্লকলে।

মতম কৌবী লাইরেম্বী, মাগী লেপত্রবা ঈচেলদি অসুম্মক চেম্থখিবনিনা ওরাংদা পোমজহুনা লৈরম্বা লৈকোলগী লৈরাংনা, ওসি ইম্নুং-ওানবদা মকা-ফম্না শাৎকায়রহুনা লৈনম্না লৈকোল শিন-থুংনা মালংবনা য়েনবগুম ওরাংদা অঙাং ওইহুনা লৈরম্ব রাজকুমার রঘুম্নু মপুং-মরৈ কানা চাওজরক্লে। মশা-মউ ফবম্নু হেনগৎলক্লে, মপাঙ্গল কল্লে, নিংথৌমচা অসিগী মশাদা য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা অরাৎপা কৌবদা লৈরক্লে। মরমচত্তা য়েংলুরে, মপা লৈতনা নিংথিজরবা অয়েংবা মীপুম খুদিংনা তমজনিংঙাই মশক ওইরম্মি। মবুদ্ধি মরৌশিংদা অরাৎপা লৈত্রবা রঘু হৌজিক্তি হৈ-শিংলবা ওঝা-গুরুগী মনাক্তা ফমহুনা মহৈ-মশীং মপুং-ফানা তমলক্লে। ধর্ম্ম-কর্ম্ম মপুং ফানা তানশিনবদা নত্তনা মপা ইবুংঙোগী মতৌগুম্না খুৎশু-তেনগুদা লিকাপ তেনকাপ্তা মপা লৈতনা হৈখিরম্মি। মচাগী মওং-মতৌ উজবদা পেনজরবা নিংথৌ-মহারাণী অনিমক্না অয়ুকী কোরৌগুম, অহিংগী থাজগুম মচাবু য়েংহুনা মতম লেনজখি।

চহি মপুং ফারক্লে হায়বসি দিলীপ নিংথৌনা খঙলহুনা মশক-মতৌদা লাম্বা লৈতনা নিংথিজরবা রাজ-কন্যা অমগা লুহোংবিরে অমসুং লৈবাক্কী ভার ওন্থাই অমা মচাগী মকমদা শিল্লরম্মি রঘুনা য়াম্না নিংথিজনা হৈ-শিংব উত্তুনা লৈবাক ওাকপগী থবক চথরম্মি। মচাগী মপাঙ্গল, মরৌশিং পুম্নমক অসি উরবদা দিলীপ নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিংখৎলগে নিংলহুনা, মত্তিক চার-চারবা বেদ খঙলবা ব্রাহ্মণশিংগী মতেং লৌহুনা মতম কুইনা পম্বা তৌদনা যজ্ঞ লিংখৎখরে।

অসোয়দনা মচানিপা, রাজকুমার রঘুনা অতৈ মরূপ মশাং কয়াগা লোয়ননা যজ্ঞগী শগোল পুরক্তুনা মায়কৈ-মায়কৈ খুদিংদা চৎলক্লে। হৌনবী তুংইন্না দিলীপ নিংথৌনা যজ্ঞ অহু লোইশিন্দ্রিবৈ মমাংদা মথং মথং ওইনা যজ্ঞ মরিফুতরাম্নাপদা মপুংফানা কৎখ্রবনি। মসিনা চামগুবা যজ্ঞনি। যজ্ঞসিদা মফম মফম খুদিংদা কোয়না থাথ্রিবা শগোল অহু কৎলবদদা মপুং ফাগদৌরিবনি। চেৎকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা চৎলিবা যজ্ঞগী শগোল অসিনা মনিংতম্না শজিক চারিবৈ অমদি রঘুনা মাগী লাম্মীশিংগা হরাও তয়ান্না ম্রান্নী রাতাই শানহুনা লৈরিবৈ চৈরক অহুদা দেবরাজ ইন্দ্রনা মশক উহন্দনা, ভুমিন্না লাক্তুনা শগোল অহু হোইহনা পুথিরম্মি। যজ্ঞ অসি মপুং ফাগ্রবদি দিলীপ নিংথৌনা কংগে তাম্লিবা স্বর্গগী মুংঙাইবা অহু ফংবা তাবনি; মসি তৌগ্রবদি দেবরাজগী মফমদদি অকায়বা অমা ওইরমই; মরম অসিনা যজ্ঞ অসি থুগাইবদনা নিংথৌনা নিংলিবা অসি কায়হনবা ওম্বা তাবনি। মরম অসিদগী শগোল অসি মাঙহল্লগে নিংহুনা শোরারেম্না হুহুনা পুখ্রিবনি।

হৌজিক্তা শজিক চাহুন লৈরম্বা শগোলহু লৈব উদবহুদা রঘুনা হম্না য়েংথারকখি অমসুং অকিবগা লোয়ননা শগোলনা চেল্লম্বহু উবদা—"সিদা লৈরে" হায়রম্নগা থুনা য়াঙনা শগোলগী মতুং ইন্দুনা চেনখিরম্মি ময়ান্না ঙক্না য়েংহুনা লৈনহৌই। বশিষ্ঠ মুনিগী লুনা তৌজরবী নন্দিনীগী থৌজাল মরীক ফংবদগী শগোল পুহুনা চৎলিবা ইন্দ্রদেববু উজবা কংখি অমসুং মহাক্না চৎলিবগী মতু ইম্না নোংপোক মায়কৈ অদোমদা ওল্লহুনা লাইগী নিংথৌনা অকায়বা পীরবহুদা, অশাউবনা লুতোন শাৎলবা রাজকুমার রঘুনা অয়াকপা খোজেলনা বজ্র তাবমুক হৌনা শাউররকাখ—"হে লাইশিংগী নিংথৌ! মহাক্তি মুন-ঋষি খিবিক্কী ধর্ম্মগী থবক খৌরম খিবিক কায়দমনবা ঙাক-শেমবিনবগী-মজক লৈরিবনি। অহুবু, নঙোন্দা করিসু অকায়বা তৌজবা পান্নুং মহারাজগী থবক্তা মহাক্না অপানবা পীনমবা তৌরিবসিনা করিনীনো?

ধর্ম্মগী থবক্তা থুং থিংজিনবা অমদি য়ৈথাইবা খিবিক্কী ভাকথোকপনা নত্তগী নথৌ ওইরিবনি। অত্থদ নত্ত নশামক্না অসিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক অসিবু থুগাইঅবা হোৎনরবাদ জগৎ অসিদা মুংশি হৈতবা অমদি অধর্ম্মনা থুহুম চক্লরগনি অমসুং ধর্ম্মগী অশেংবা মশক অত্থ মাঙলগনি। অত্থনা শগোল অত্থ থাদোকপিরম্মু, মত্থ যজ্ঞসিগীদমক্তা তঙাই-ফত্রবা পোৎশক অমনি। অসিগুম্বা করিস্‌ লৈত্রবা মঁনা তোগদবা থবক অসিদা থ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা দেবরাজনা তৌবিরম্বা অসিমক্তি য়ান্না ইকাইনিঙাই মশক্লিদকো?"

দেবশিংগী নিংথৌ, ইন্দ্রদেবনা নহাওইরিবা রাজকুমারহুনা অকিবা লৈতনা হায়দোরকইবা রাফমশিংহু তাবদা পুমঙক ঙকখিরম্মি। ইন্দ্রদেবনা দোলাহ খান্ন না থুমক্কই 'অচুম্বমক্ল হে থৌনাফবা রাজকুমার নহাক্না হায়'রংহু! অহুমশপু অসিমসু কাউশত্রবা রাফম অমনি মতুদি লল থুংগা মপু ওই রব ম' মহাক অহুনা মাগী লল-থুম অত্থ মাঙ নংবা চেৎবশিঙ্ন ঙাং শন দবা ং চাযব স নহাক্না নপাবুং দিলীপ নিংথৌনা, ঐবু 'গোল চামগী যজ্ঞগী মবুংঙোনি হাযনা থোংল্লবা মিংচৎ অসি মুনগে হায়না থৌরাংলি। ঐগী অসিগুম্নবা মিংচৎ অসি মুথৎপা ঙমদননবা নহাক্কী যজ্ঞগী শগোল অসি হোইংনা পুরিবসিনি। অহুনা ঐন তৌরিবা থবক অসিবু তৌগহু হায়বা রাহৈহু থক হায়গম্নু। ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌ পাংথোকপদনি।"

অত্থফাওবদা, শাউবদগী হন্দ্রিবা রঘুদি মাইথিবা পীঙমত্রবা ইন্দ্রদেবগী মফমদগী থজিক্তা ফাওবা হন্দোকপা লৈথিত্রে। অহনবা লৈতনা, ইন্দ্রদেবনা শগোল অহ ইচম চম্নাদ পীররোই হায়বা থঙলবদা অকিবা লৈতনা লানশিংনরকই। শাউখিবন মখিৎ ঈমুক ঙাঙলহুনা হায়রকই—"রঘুগী থরাইনা লৈরিঙৈদা পাবুংগী শগোল পুবদি কনাগীসু মতিক লৈতে। থুৎলাই পায়সু ইন্দ্রদেব—লানগীদমক্না নহাক্না থৌরাংলবনিনা।"

অসি হায়রমগা ঙপথবা তৌদনা রঘুনা লৌরি-খোংজি পাল্লহনা মচিন পারবা তেল অমথক শত্তুনা মচিন্দ মন্ত্রগী নিয়ম পীরহনা ইন্দ্রতমা কাপলকখি; শোয়কত্রবা খূৎকাপ অদুনা ইন্দ্রদেবগী মশাদা থূম্না চঙখি। মহুদা লাইগী নিংথৌহু শাউমনখ্রহনা খূৎলাই তাপ পায়খত্তুনা মচীন পারবা থোরবা তেন অমমুক শৎলগা রঘু তমা কাপলকখি; মহুনা রঘুগী মশাদা থূম্না চঙখি অমসুং ঈনা তপ-তপ শিস্থখি। অসুম্না অশাউ-মৈনা চারুরবা, অনিগী মরক্তা অকনবা লান থেংনরক্লে। অহনবা লৈত্রবা রঘুনা খূৎকাপ অমুক্তা ইন্দ্রদেবগী মপাম্বোমদা অথৌবা তেল অমনা কয়া থাখি অদুগা তেল অমনা দেবরাজগী ফিরাল অদু মচেৎ ম'চৎ শেগায়খিরম্মি।

অসিগুম্বা রঘুগী অহেনবা খূৎকাপ অসিদা থোইদোক্লা শাউখ্রবা ইন্দ্রদেবনা অকিবগী মশক ফংন কল্লবা লাঙ্গং অমা হৌরক্লে। তেনগা তেনগা অত্তিয়া মকোয়দা ক্লক-ক্লক ইমনা নাকল অনিমক্লা কাপ্নরকখি; তেম্না কুপশিনখিবনা মমিংকী মঙাল চঙখিদ্রে, হুংশিংসু নাকোয়দা শিংখ্রে; অদু ফাওবদা নহা ওইরিবা, যুবরাজ রঘুনা হনবা কৌবা লৈতনা, অকি-হজুং পোক্তনা হৈ-শিঙন লান্দা পূক্লিং চঙনা থেঙন-রকখি। হৈদা শিঙদবা রঘু নত্তে—থিন্দনা থা-মচেৎ শাবা তেন অমনা ইন্দ্রদেবগী লৌরি অদু থবৎ হেক ককথৎখ্রবদা অশাউবগী মৈনা থক-থা অনিমক্তা চূখ্রবোইদনা ইন্দ্রদো প্রলয় ওয়বা বজ্র তাপ পায়রহনা রঘু তমা লঙলক্লম্মি। বজ্রনা থারবদা, মৈশানা চাক-থেক্লবা যুবরাজ রঘু, লৈগাইথক্তা হাইহত্তুনা তুখ্রে। ঙসাইমথৈ মমিৎ কূপ্তনা য়েংহনা লৈরম্বা মরুপ-মপাং লাম্মী খিবিক অদু মথোয়গী লুচিংবনা তুখ্রবহুদা মপী লৈত্রবা যম্নাওগুম, যুবরাজ রঘুনা তুহনা লৈরিবা মফম অদুদা ইকোয়-কোয়না লেপ্লহনা চিন্তা তৌহনা লৈনরক্লে। অদুম তৌনহনা লৈরিঙৈ অদুদা পূমমকপু ঙকহন্না তুহনা লৈরম্বহুদগী ফুক হৌগৎলক্তুনা লাম্বা পাননবা থোরাংলকখি

মহু উবদা মরুপ মপাং পূম্নমক্না হুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈনখিল্লে অহুগা ইন্দ্রদেবদি ঙকপনা খেংল্লে।

মাইথীবা পীঙমল্লবা, ইন্দ্রদেবন্থ রঘুগী শক্তি উবদা থাগত্তুনা তুমিন্না লৈখোকপা ঙমখিল্লে—হায়রকই—"খোনাকৈদা হে যুবরাজ! নঙদনিকো ঙসি কাওবদা ঐগী বজ্রগী মমাংদা অশি মায়োক্নদবসে! শক্তি লৈরবা নোংমৈ শিংজংনি, চৌংজাও কয়াবু উফুলগুম থুগাই ঙম্বা, মালেমদা লৈবা করিগুম্বা শক্তি অমত্তুনা থিংবা ঙমল্লবা থুংলাইনি। অহুবু নঙগী নকমদদি মহু ওম্ন-তৈননা থোক্লে। করে ঐ নহাকী খোনাসিদা পেন্দবা ঙমদ্রে; অহুনা নঙগী যজ্ঞগী শগোল অসি নত্তবা অতোপ্পা বর অমতং নিযু— ঐ মহু নঙোন্দা শোয়দনা পীরগে।"

"হে মতিক চাউরবা দেবরাজ" রঘুনা শস্তোক্রম্বা থাঙশাঙ অহু মথুমদা হাপচিন-হাপচিন্না পাউথুম পীরকই। "নহাক্না ঐগী পাবুংগী যজ্ঞ-শগোল অসিমদি পিনিংব্রবনিনা, দেবশিংবু কিনা তৌজরবা ইপাবুং মহারাজনা তৌরিবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অসিনা মপুং ফাবা তারবা অমদি মহুনা মরম ওইহুনা স্বর্গ ফংজগদবন্থ, শগোল অসি নঙনা লৌখিবা তারবনা যজ্ঞসিনা মপুং ফাব্রবস্থ, মহাক্না স্বর্গ ফংগে হায়না নিংজরিবা অসিমতংদদি ফংহন্দবা তৌহনবিগনু।"

দেবরাজনা যুবরাজ রঘুনা নিরিবা বর পিরম্লগা থ্বাই পূম্নমক্কুগী মিৎয়েংগী কায়ল য়াংমা লানখিরম্মি। হরাও হরাওনা রঘুনা লমজিং-লহুনা মরুপ-মপাং পূম্নমক কোম্নুং তম্না হল্লকখি। মপাবুং দিলীপ নিংথৌনা মচাগী থৌদোক পূম্নমক তারবদা অন্না-হুংঙাই য়াম্নরম্মি। নোংমৈ-শিংজংগী মৈশানা মচাগী মশা থরা চাকথেকপা অহু নত্তুনা মচানা অকায়-অতোই য়াওদনা হল্লকপা অমদি অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফলস্থ চপচানা ফংলবহুদা মপা নিংথৌগী হয়াওজবা ঙমখৈ লৈরমদে। মচাগী মতিক মঙল পূম্নমক থঙলহুনা নিংথৌগী ভার পূম্নমক মচাগী মকমদা

শিন্নরম্লগা আশ্রমগী নিয়ম ঙাক্লা চৎপা, অথোইবা নিংথৌ দিলীপ্পা মহারাণীগা লোয়ননা মরৈবাক থাদোকপ্রে—ফুংশিন্নবা প্রজাশিংবু লংশেক্তুনা উমংদা লাই নিংবা চৎপ্রে।

## অহুম্বা সর্গ

নিংথৌ ওইবগী ফুংঙাইবা, চানিংবা চা, শেৎনিংবা-শেৎ, মনিং তম্না লৈবাক-নিংথৌ কয়াবু মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা নমথক্তুনা পাল্লম্লগা দিলীপ্পা আশ্রমগী নিয়ম ভুংইল্লা বন্দা লাই নিংক্তুনা লৈরুনবা চৎখ্রবা তুংদা, মপা কায়নবগী অল্লা মৈশা মরক্তা লৈবাকী অরুম্বা ভার পুল্লমক কনাগী মথুক্তা শিন্ননিংঙাই লৈতবা মরম্লা যুবরাজ রঘু-। মপাগী সিংহাসন্দা কাক্তুনা নিংথৌ ওইরে। চক্তি মতাংনা, নিপা ওইবগী মপুং-মরৈ কারবা মতম্লগা ওইবনে, মপাঙ্গলদা, মরুন্দা, মথুমদা অল্লাৎপা লৈত্রবা রঘুনা নিংথৌ ওইরবা মতম্সদা মরৈবাক প্রজাশিংনা ফুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিত্রে। অত্তগা অমরোমদনা মুমলোম্লবা লৈবাক কয়াগী নিংথৌশিংনদি অসিওম্লনা রঘুগী মতিক মগুণ অমদি ঈশ্বরগী খোজান্দগী মীথোই মীহেনবগী শক্তি চেল্লবা নিংথৌ অসিদু থোইদোক হেন্দে হ্না কল্লরুবা অমদি অকিবা পোক্লখিরম্মি।

অল্লা ফুংঙাই ঋতু ঈরোয়নরবী মতম কৌবী লাইরেম্বীগী খোংথাংদি অতৎপা লৈতনা চেম্বখ্রি; হন্নমক্তংসু য়েংবিরমদে—নিংথৌশিংগী অচৌবা বৈভব লাইরবশিংগী অল্লা-মিকপথোল ফুংশি ফুংওল কায়নবগী মৈচাক থাংঙমত্রবা নহা ওইবা ওইবী কয়াগী। ঋতু অমগী মথংদা ঋতু অমা অম্লমা হৌখিবনা অল্লা ঈরোয়নবা ঋতু মথৈ থমথরে। নাকেম্বা ঋতু চংলক্লে। পুম্রি-থোংবাল ঈশিং কংশিল্লক্লে; উপাল-রাপাল মরু কোকশিল্লক্লে; সড়ক য়াংবীথক, লৈথোম লৈলাং লৈখিত্রে; মপুংকানা কংশিল্লক্লে। লমকৈ তুকৈ চৎপশিংগীসু ফুংঙাই-

মতম ওইরক্লে। অদিগুম্বা মতম অসি থৌরাংবদা মত্তিক চাউরবা নিংথৌ রঘুগী থম্মোয়দা অনৌবা লৈবাক জয় তৌনিংবগী হাথলদা পুক্কিংগী তৌর্ব্বান অনি পাথোক্লা চেন্নরক্লে। মত্তিক মগুণ চাউবা রঘুনি। নোংমে নোংমগী মপাঙ্গল মপুম কাগৎলকলিবনি, অঙ্কি-অথং লাম্নংত্রিবনি।

মনিংথৌগী থম্মোয় ঈহুল থঙলবদা অক কত্ত তান-নবা লৈরিবা অতম-অথৌশিংনা নোম্লুক-রাহৈ লোয়ননা হঙ্গচ্চরকই—"নিংথৌ ইবুঙো, অচৌবা লানকম চৎননবগীদমক্তদি ঐখোয়গী লাম্মীশিং অসি থৌরাং মপুং কাম্রি; মরম অহুনা মতম থরদংদদি পম্মখিবনা মঙ্গল ওইননবগী লম্বী ওইগনি নিংঙৈ।"

চিংনবা লৈতনা রঘুনা হায়রকথি—"ঐগী লাম্মীদি মতম পুম্বদা থৌরাংদদা লৈবনি।"

নিংথৌগী ময়াথং ভুংইন্না লান মঙ্গল ওইননবা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞগী থৌরাং তৌগ্রে; মতমচানা যজ্ঞ লোইশিন্নচনা পুক্কিং হরাওনা কোম্লুং তাক্লবা মত্তিক চাবা লাম্মী থম্মগা লানগীদমক্ত খোংশাম্পোরক্লে য়েরু মাইথি-পীগুম্বা নিংথৌ রঘুনা। লাম্মা মায় পাকপা অমদি মঙ্গল ওইরক্লবগীদমক্তা সত্তি ওইরবি য়ুমগী মবেম্মশিংনা ফিজেৎ লৈতেং-নরম্লা মকম মকম খুদিংদা মঙ্গলগী আহুতি কৎনরম্মি। নিংথৌ অমদি লাম্মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা প্রজা মীয়াম্না চীনকেল অমত্তদা লাউনরকপা মঙ্গল ধ্বনি তাবদা পুক্কিং তুজুং হরাওনা থম্মোয়দা চিংনবা লৈতনা, খোংথাং খুদিংগী মঙ্গলগী আশানা মাংওইননা চৎলকলে।

মত্তিক চাউরবা নিংথৌনা পুন্থনা লাক্লিবা লাম্মীশিংনা চৎলকপদা খোংকম খোংকম খুদিংদগী কাথৎলকপা উফুল অভিয়া মকোয় শীরম্নুম ফুপগ্রে; সিদস্থ নত্তে, লামুগী মপৈ, মপৈ, লগোলগী কাগুলুপ, লেলাইগী মপৈ, মপৈনা চৎলকপদা খোয়রকইবা খোজেন্দুনা সমুগী ইম্লাওখোলমকপুন্থ নঙ্গৎপগুম্নম্মি। লাম্মীশিংনা চৎপদা

নাকল্দা য়াল্লিবা খুৎলাইশিংনা অমগা অমগা তল্লরকপদা খোরকপা ক্রেক-ক্রাক শ্রেং-শ্রাং লাউবগী খোঞ্জেলনে, ময়াই কায়বা কামজাও ছল্লবা খোংথাংদা চৎলিব শামুশিংনা লাউনা হৌনা খোংলকপগী খোঞ্জেলনে, তকিং তকিং তহা তহা, খোংয়াংবা শগোল লাবশিংনা, মতিক চাবা শাবোং লানপোং লোয়নরবা লাম্মীনা থক্তোং চুপলি অমুক থা—অমুক চিংথং তৌবদা মপুক্লিং খোইশাউনবা থুন য়াঙনা চৎনিংবগী ময়াইনা খেক-খেক খোংলকপগী খোঞ্জেলনে অমদি চোকশিন্না শাগ্রবা খুৎলাইনা মপোং থোইনা জুম্নহল্লবা দোলাইশিংগী চাকানা য়োংকা য়োংকা তল্লরকপদ অতৎ অথম লৈতনা খোরক্লিবা খোঞ্জেল থিবিক অসিনা অমতা ওইখিছনা অহাঙবা অতিয়াদা পুল্লপ ওইনা হাইগৎলকপা খোঞ্জেলসিনা য়ৈহত্তুনা নোংথক্তা পাইরম্বা মকোন্দা লৈরিবা উচেক-রায়া খিবিক রাম্ব-রাম্বহুনা লৈমায়থক্তা তানখিরম্মি ; অস্নুকী মতিক শক্তি চাউবা রঘুগী লাম্মীনি। মনিং তম্না, লানগী ফিরালনা চুংশিংকী শাকু থেংনবদা ক্র-ক্র হাইরিবা, মচু মথলগী ফিজেৎনরবা লাম্মীশিংগী শককম, চুমিংকী মশেল্লা য়ৈবদা ইরং-ইরং লংলবা খুৎলাইশিং, মরক মরক্তা চৎলিবা অচৌবা শামুগী নোমহৌনবা শাজ্জৎ মওং পুম্নমক অসি অরাপ্পদগী উরকপদদি অকিবগী মশক ফংলম্মি। অমুক পম্ববা তৌদনা লাম্মীশিংগা লোয়ননা বীর রঘুনা লাকখি—তুরেল লৈরম্বা লাল্লকই ; উমং রামং শমদৎজি ; চীং কারকই ; লেপ্পা লৈতে, চাবা থকপা তুম্বা মুংঙাই মুংঙাইতবা খিনদে। ঈপাক-ঈচাও সমুদ্র য়াইদগী, অকন-মুংশিৎ ঈরোয়নবা, ঈঙৌ ছল্লবা ঈথক্লা খোঙবান-তম্না চেনশিল্লকপদা অথিংবা পীঙমদবগুম মতিক চাউরবা নিংথৌগী লাম্মীনা লৈবাক-লৈবাক জয় তৌননবা চংশিল-লকখি।

লিংজেল মায়বনা ককচেংদনম্নু চাউরবা তিম্হোক চেন্দুনা পুবগুম মপুকচেল চপ-মান্ননা "জয় তৌগদবনি" হায়বা খোঙ্খোক্লা চীনকেন অমতদা লাম্মীশিংনা নিংথৌ কয়া মায়থাবা পী, লৈবাক কয়া

লৌশিল্লক, ময়াই কারবা শামু লমশানা লকুগী বন্দা চঙছনা মনিং তম্না নিথায়রকপগুম তকথায়রকখি নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়া কয়া। অমুম্না নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়া মথং মথং লৌশিন্দুনা লাকপসিনা বঙ্গ উপসাগরগী শংবায়রবা ঈশিংনা তম্না চামথোক্লবা অমদি তাইবং কনাগী অয়া-হুইজোং লাংনকম, অয়োই অথম নাইদনা কোনা পাম্বীনা হৌগ্রিবা তোর্ব্বান কাওবা চংশিল্লকখি। মতিক চাউবা রঘুনা লানকা-য়াঙম তম্লকপসিদা, শয়েং পাম্বোম গুানদ, চঙজয়কপা নিংথৌ কয়াবুদি থৌজাল ময়ীক থিকপিরমই, নত্তনা অকল-অরিঙ শীংনরকপা নিংথৌ কয়াদি য়েন্দেম থরাক শোইবগুম শোইদত্তুনা অমদি বসন্ত ঋতু য়াওন্দা নৌনা য়েনিং হুনথিবা পাম্বী অচৌ অপিথয়া অশিং-অরাম্বা মতমগী মালং শাকু কংবদা ফেৎ-কেৎ হায়না খাঙছনা ময়ায়-লৈদা লুকপগুম নিংথৌগী অকনবা শাকু খাংঙমদনা মথা পোনবা য়াজখি।

মাইথি-পিঙমত্রবা, মাঙহনঙমত্রবা পুন্নমকপু মাইথি পীরবা কোয়ৌ অঙানবগী পান্দমগুম্রবা রঘুনা অপনবা লৈতনা, চীংশাং-নাপোম কয়া লাম্থোক্লা, উমং-য়ামং-শোঙলবা, তুবৎ-নাতৈ শমদৎনা পাল্ল-চাউরবা তুরেল কয়া লান্দুনা, থুংলাই-ভাকথোক-যুরিং জিংলবা লাম্মীশিংনা মতুংইন মথোঙ য়াঙলবা, লাঙ্গোই-শগোল তুংইন্না চংলক্লে। অমুম্না অরাং-মায়কৈ মায়োম্না, লৈঙোই লমদম, মরুভূমি লাম্থোক্তুনা লাক্লগা মতম কুইনা থম্মোয়হুংদা কুমছনা লৈরক্লবা লমহেল্লবা পারস্য লৈবাক্কী নিংথৌবু মাইথীব পীগে খল্লকপা য়াথল অহু থবক্তা ওম্থোক্লে নিং, ময়াই-কারবা শামু লমশাগী মতৌগুম, মতিক চাউরবা সেনাপতি রঘুবীরনা লমজিংলছনা লাম্মীশিং পুরক্লে তাবমদা তুজুং পোক্লবা রঘুগী শক্তি হকথেংননা থেংনগদৌরে থনবদা পাথংলবা পারস্যগী নিংথৌনি, থম্বাল-মিত্তা তারবা হুংশি-শক-পায়রবা রঘুগী মকমদা নোম্লক্লা অথেনপোৎ কয়া লোয়নমা চঙজরমই। ইঙাং পাক্তক্লবা ঈমু পামক্কেম্রবা লানকম কয়াদা য়াখিবা পুন্নমক

কাউংথোক্লুরা নাম্নীশিংনা হৈকোল-লৈকোয়া মরাং কায়রবা পারস্যগী মরমদা চানিং-থম্পিং রাম্ভ-পাদনা কংলমন্নদা হরাও-তয়ায়া মতম লেপ্লক্লে। গুলাপলৈগী পুক্লিং হুনা সিংখিজয়বা লৈকোল, হাউর-হাউরবা বেদনাগী হৈকোল্লক্তা কোয়রিলৈ, তপ্না শম্নকপা নামিবা মলয়াগা মায়োক্লবদা অনৌবা পুন্সি অমা কংবগুম্না লাম্মী খিবিক্লা হুংগাইনরিবা অহৃগীস্থ মথক্ত ময়াই কায়বা, অয়া-হুংঙাই খিবিক কাউহনগদ্বা য়ু অমদি মশক মতৌ ফজরবী পারস্যগী শানৌ কয়াগী ফজবা সেবাদা পেল্লবা নিংথৌ রঘু অমদি লাম্মা পূম্নমক্না অয়া পোথাহনা লৈরক্লবা তুংদা অমুক নৌহোনা শিন্ধু তুরেলগী মতুংইন্না চঙ্লুনা লৈবাক জয় তৌবগী অকনবা লান থেংনবা হৌখি।

অহৃগী তুংদা রাংলবা, উম্না কুম্নবা হিমালয়গী চীংশাংদা লাক্লুনা উচাল পাম্বৌগী হুংশিব মনমলক্ত চংলক্লে লাম্মী পূম্নমক! হিমালয়গী মমায়দা খুন্দা-লৈত্তারিবা পহাড়িশিংবু মাইথীবা পীরগা লানগুম ফিরাল থেংখ্রে—নিংথৌ রঘুগী!

খম্মোয় খুংগম চল্লবা, যেক্ল পূম্নমক মাঙহনবা, শচীগী চায়থোইরবা বৃত্তাসুর হাংদৈদা দধীচি মুনিগী শরানা শাথিবা প্রলয় গুম্নবা বজ্র থুংলাই লোয়নবা; থুংশেম লোয়নরকপা ঐরাবত শামু পাঙ্গনবনা শাদোং ওইবা দেবশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবগী মতৌগুম থা অয়াং-নোংপোক-নোংচুপ মায়কৈ মরিদা লৈবা লৈবাক খিবিক্কী নিংথৌশিংবু মায়থিবা পীরহনা ধর্ম্ম বিজয়ী রঘুনা, অযোধ্যাদা হল্লক্লে। মায়থীরবা নিংথৌ কয়া অমা লানকা ওইনা লোইনরকই; নিংথৌ কয়া অমবুনা মাগী মাগী নিংথৌ খুত্তম হজিলহন্দুনা মথা পোনবা নিংথৌ ওইনা থমলমই।

পৃথিবী দিগ্বিজয় তৌরবা মহারাজ রঘুনা বিশ্বজিৎ কৌবা যজ্ঞ অমা তৌননবা থৌরাংলক্লে। যজ্ঞ অসি মহাক নত্তনা কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনস্থ তৌবা য়াবা ওইরমদে। যজ্ঞসি তৌরবা নিংথৌ অহু কুমাপন্তি হায়না খঙনরে অমস্থ যজ্ঞ অহৃদা পৃথিবীদা লৈরিবা নিংথৌ পূম্নমক য়াওরগদবনি অহৃগা মথোর খিবিক্লা মহারাজ অহৃদা

ভক্তি কৎকনি, ঈরোয়নন মথা পোম্লে হায়বা তন্নেংনা থঙহল্লগদবনি। অদুগা যজ্ঞ মপুনসু মাগী লৈজবা লনথুম পূম্নমক অমতা থাজ্মমধৈ দান তৌথোক্কদবনি। অসিগুম্বা জগৎ গুম্বা থঙনবগী যজ্ঞ অসি মহারাজ রঘুনা মপুং ফানা পাঙথোকে; মায়থী-লাম্নংথ্রবা নিংথৌ-শিংগী মক্কমদগী খাজনাসু লৌখিদ্রে অমদি লানকা ওইহনা লৈরিবা নিংথৌশিংবুসু মরৈবাক-মরৈবাক্তা হলহনখিরম্মি। নিংথৌশিংহনসু মতম কুইনা কারনরক্লবা মহারাণীশিংগী মনাক য়ৌজবা কংলগনি থনবদা মুংঙাইবগী ঈপাক্তা ভাউনখিরম্মি। যজ্ঞ মপূংফানা তৌরবা তুংদা মহারাজ রঘুনা মাগী সনা-লনগৈ, লুপা-পুক্কে পূম্নমক কাইথোক্কনা যজ্ঞদা লাকপা অতিথি খিবিক্তা ওম্না য়েংথোকখ্রে। যজ্ঞ লোইরবা মতম থরা লৈরবা তুংদা, কৌৎস কৌবা মগুণ লৈরবা ব্রাহ্মণ অমথক মহারাজগী মক্কমদগী মাগী গুরু বরতন্তুগী দক্ষিণা কৎননবা শেল নিগে হায়না লাকখি।

"নোঙ্লুকচরি, হে পূকফরবা ব্রাহ্মণ" হায়রকই রঘুনা হরাও-হরাওনা ব্রাহ্মণবু ওকচরহনা "অথোইবা ঋষি! অদোমগী গুরুদেব মুংঙাই য়াইফরিদনা?"

"হোয়, মুংঙাইরি" ব্রাহ্মণনা। অদুবু মহাক্না লাক্লিবা থোংচৎ অদুগী দমক্তা মহে য়ানব ওইররোই হায়বা অসি থঙলহনা করিদগীনো হায়ববু মহাক্না অযোধ্যা কোন্নুংদা থুংলবা মতমদদি মহারাজগী বিশ্ব যজ্ঞ লোইখিবগা লোয়ননা পুক্কে লনগৈ পূম্নমক থুগায়রহনা লিক্কোল অমা ফাওবা থাকহৌবা লৈতনা দান তৌথোকখ্রে হায়বা অসি মহাক্না থঙলম্মি; অদুনা মরম ওইহনা মহারাজদা মহাক্না পাম্লিবা মত অদু ফোংদোকনিংলমদে।

মায়থোঙনা মীওইবগী পূক্লিংনা নিংলিবা অদুগী মমি তাকলি হায়বসি শোয়দবা রাকম অমনি। কৌৎস ব্রাহ্মণগী থম্মোয়গী নুংঙা করিগুম্বা রাকম থরা হায়দোক্লিং হ য়দোক্লিং লৈবা অদু মহারাজনা উরহনা হায়খি—"তাকপিসি ব্রাহ্মণ, ঐগী ইকমদা লেংবিরকপগী

থৌদা খঙহনবিয়ো।" অদুবু কোৎসনা রাকম অদু পাক হেক হায়দোক-ঙমদনা তুমিন্না নৈখি। মহারাজনা হায়ননবা তকশিন-রনবগী মাগী অপাম্বা রাকম অদু হায়রকই—"হে মতিক চাউরবা পৃথিবীগী মপু ওইরবা মহারাজ" চিংন-চিংননা হায়রকই ব্রাহ্মণনা "ঐনা পাম্লিবা অসি নহাক্কা য়াম্না পিনিংবনক নৈরবসু পিবা ঙমলোইদবা অমা ওইরে হায়বসি ঐনা খঙলদুনা হায়দোকচবা ঙবত্রবনি। ঐগী ইরাননি, ঐনা খুংনবা মতম্বা খজিক্তং খোংহাই খেঙখিবননি; মহারাজগী দোষ নৈত্তে। অদুনা অপাম্বা কংত্রবসু ঐদি হন্নগে।"

"অদুবু, হে অথোইবা ব্রাহ্মণ" হায়রকই মহারাজ রঘুনা। "পাম্লিবা রাকমদি ঐঙোন্দা তাকপিবা তৌত্রিণ।"

"ঐনা পাম্লিবদি অসিনি মহারাজ। ঐবু তাকপিবা গুরুদেবগী দক্ষিণা ঐনা পীবা ঙমদ্রে, মদুদ নিজগে হায়দুনা লাকচবনি। অদুবু মদু মতাং চাদ্রে। অতোপ্পা মক্কম অমদা ইরাইবক য়েংলুরগে। হৌজিক্তি মহারাজগী লনথুম পুন্নমক্তি দান তৌথোকখ্রে হায়বসি ঐসু খঙলে।"

"পাম্বিরিবা দক্ষিণাদি কয়া ওইরবনো, অমুক্তা তাকপিসি হে ব্রাহ্মণ" হঙজরকই মহারাজনা।

অমুক্তং খর মগী শাঙনা হোন্দোক্লগা ব্রাহ্মণনা হায়রকই—"য়াম্না য়ামথ্রবা মশীংনি। ঐনা বেদ তম্বা লোইরবদা গুরুদেবদা ঐনা কচ্চগদবা দক্ষিণাগী মশীং কয়ানো হায়না হঙজে। মহাক্না তাকপিরকখি মদুদি ঐগী গুরু ভক্তি অমদি গুরুগী মফমদা মুংশিজবা অদুনা দক্ষিণা হায়বতুমক ওইরবনি। মদুদা ঐন, পেনজদবদগী করিগুম্বা থরদংদা ওইরবসু ঐনা কচ্চনিংবনা হয়া হয়া গুরুগী মফমদা দক্ষিণাগী মশীং তাকপিনবা হজচ্চখি। ঐগী রাথল লানখ্রে। গুরুগী থম্মোয়দা অশাও পরৈনখ্রে, তাকপিরকই ঐগী লাইরবগী রাথল তৌবিদনা। "নংগী নকমদা তম্বিখ্রিবা বিজ্ঞান তরামথি অসিগী

দক্ষিণাদি শেল লকা তন্নামরিনস্থ মতিক ওইদবনি। অদুনা পীরো কদাই শেনকম অসি" হায়বীরক্লে। অদুবু ঐন' করম্না অদুক য়াম্বা শেনকম অদু মতাং অসিদা মহারাজগী মকমদা......... X।

ব্রাহ্মণগী রাহৈ অদু তাবদা মহারাজ রঘু রাবনা লুতোন শাং-খিরম্মি—করিনা মতাং অদুদদি অদুক য়াম্বা শেনকম অদু পিনিঙাই লেরমদবনা। অদুবু চাউথোক্লা হায়রকই মহারাজনা—"রঘুগী মকমদা চঙজরকুব ব্রাহ্মণ অমনা গুরুদা কৎননবা দক্ষিণা নিররবদা পীবা ঙমদবদগী হনখিবা হায়বসে ঐগী মিংচত্তা নৌহৌনা কালি তেহনবা থবক্লি—মসি ওইথোক্তবনি। মতম খরদং লৈবিথো, হে ব্রাহ্মণ, গুরুগী দক্ষিণা পীননবা শেল পীজগনি।"

"মহারাজ" পুক্লিং তুজুং হরাওনা হায়রকই। "মঙ্গল ওইরু। করিনা মহারাজবু পেলহনজগদবনো ঐ থঙবা ঙমদ্রে।"

"নত্তে, নত্তে হে ব্রাহ্মণ! ক্ষত্রিয় ঐথোয়গীদি মীগী সেবা তৌবদনা অপেনবনি" পাউখুমজরকই রঘুনা।

থীন্দনা লনগী মপু কুবেরদগী শেনয়াম অদু লৌক্লননবগীদমক্তা লানগী শেমশারে। নোং হেক ঙানবগা খোং শানবা য়াননবা থৌরাং তৌরম্লগা অহিং অদু পোথাহনা লেল্লক্লে। নোং হেক ঙানবদা মহারাজগী মকমদা পাউ তম্লরে—"মহারাজনা চেপ্লিংদৈদা অহিংদা লনগী মপু কুবেরনা সনানা নোং-চুবগুম হৈথরক্তুনা কোম্লুংগী লম্পাক থিবিক পীকথম্না লৈরে।" পাউ অসিদা মহারাজ হায়নিঙাই লৈত্তনা মুংঙাইখিরমই। মহাক্না লান্দারক্কনি কিবনা কুবেরনা সনা পীরকপনি- মতিক চাউইদা হে মহারাজ রঘু!

মহারাজনা কৌৎস ব্রাহ্মণদা মানা প'স্বা শেনকম অদু লৈরে হায়ন' পাউ তমলুনবা অমসুং লাক্লনবা মী থাগ্রে। কৌৎসনা অদুক য়াম্বা সনা ময়াম অদু উবদা পুমণক ঙকথ্রদুনা হায়রকই -"করিনো, কদায়দগীনো অসুক য়াম্বা সনাসিদি।"

মহারাজনা মোয়োক নোক্লদুনা হায়রকই—"পুন্নমক অদি, হে ব্রাহ্মণ নংগী ওাজনি।"

"অহবু মসিদি য়াম্মনথরে। ঐনা পাম্লিকদি থরদনি।" হায়রকই কৌৎসনা।

"অহু ওইরবস্থু লৌবিথরো, হে ব্রাহ্মণ। সনা পুন্নমক অসে—" হায়রকই মহারাজ রঘুনা। মমৈথদা সনা ময়াম অহু উটনা হোল্লহনা কৌৎস ব্রাহ্মণনা পুথরে। চৎলমদাইদা মহারাজগী মফমদা আশীর্ব্বাদ অমা পীরমই।

"হে মতিক চাউরবা রঘু! নঙমা হায়বদদা লাইমরক্‌ মমল নাইত্রবা সনা ময়াম অসি পীরকলমবনি। অমখক্তং নঙমা নহাক্কী অরাংপা হায়বহু লৈত্রে। অহুনা কংজরো মতিক মগুণ লৈরবা ধর্ম্ম চেল্লবা নচা নিপা অমা।"

## মঙাশুবা সর্গঃ

ব্রাহ্মণগী বর মতুংইন্না মহারাজ রঘুগী মহারাণী মগধ নিংথৌগী রাজকন্যাগী মচানিপা অমা, মতমগী থোংলৈ তুংইন্না কংজখি। শক্তি গুণদা থোইদোক্না চঙখোল্লি। অস্মন্না তাঙনা কংজরবা মচানিপা অসিগী হৌনবী জাত-কর্ম্ম পাঙথোক্লবা তুংদা অজ হায়বদি "পোক্ক্‌বা" হায়বা মমিং অসি থোনখ্রে।

মচা নিপা অসি কংজবসিদা মহারাজগী থম্মোয়দা চাউখোকচবা পেনজবা অমদি মুংঙাইবগী ওমথৈ শীংথাবদা শীথৈরোম্বা য়াহৈনা য়োদহনা তোকদোবগনি। পিক্কা পিক্লিঙৈ মতমদা কজরন মমা-মপাগী, চাউর-শাংলক্লবা মতমদা কজবদি মথোৎ-কারক্লিবি, শানৌশিংগী। মশক-মতৌদা পুক্লিং হুনা নিংথিজবা, শানৌশিংগী

থদোকখনবু ইমার আয়না তুম্থিজবা অকরুবা থাগী ওইজবা অর্জনি। লৈরিকজবা থাহৌমি, মরেপ থাংই, অচুম-তাকপা শামুত্তম পাংজনি। যৌবন মথোক কারকপগা ঈরোয়ননা বেদ-শাস্ত্র থিবিক তম্বা লোইরতুনা ক্ষত্রিয় অমগী হৌনবা, লানগী মহৈ মশীং, থাং-তা, লিরুং-তেনগী বিত্তা পুম্নমক মপুংফানা মতিক চারবা গুরুগী মফমদগী তমতুনা মপা লৈতবা লাম্মী অমা ওইবদা নত্তনা অমাম্বা বেদ-শাস্ত্র খিবিক তমশিন্দুনা অথোইবা মী অমা ওইখিরমই।

মতম অসিদা বিদর্ভগী ক্রথ কৈশিকশিংগী মপু ভোজ নিংথৌগী মপা লৈতনা মশক মতৌ ফজরবী মচুলতুপী, ইন্দুমতীগী স্বয়ম্বর তৌবগী পাউসি মহারাজ রঘুগী মফমদা তঙাইফদনা ফদবা ওইনা য়োরকখি। বার্ত্তনগী অকুপ্পা মরোল থগলতুনা স্বয়ম্বরত য়াওরকননা মচানিপা অজবু মতিক চাবা লাম্মী পুহনতুনা থাননব থৌরাংলম্মি। মশক-মতৌদা কামদেবগী রতিগুম মপা লৈতনা নিংথিজরবী রাজ-কন্যা অত্তবু শোয়দনা মচাগী মমৌ ওইন' ফংনিংমনবদগী থম্মোয়মংদা লাংতক্লরবা মহারাজ রঘুনা মশীং লাকওমত্রবা লাম্মীগা লোয়ননা মতিক চার-চারবা নিংথৌ যুবরাজ কয়ানা তিনথ্রবা মমিং চৎলবা স্বয়ম্বর অদু য়াওরুবদা মচাগী চোপ্তুননবা থৌরাং থিবিক শীন্নতুনা অজবু থাখিরম্ম। বিদর্ভ তাবা লম্বীদা লাম্মী ময়ামগা লোয়ননা লাকপনা নর্ম্মদা তুরেল তোর্ব্বান্দা নোংমগী অহিংদি পন্নম্মি। অম্র অমদি মাগী লাম্মী খিবিক্লা চান থক্লবা লোইরতুনা মাগী মাগী লানশংদা পোথানরিঙৈ মতমদুদ নর্ম্মদা তুরেলগী ঈরোনতুংদগী অকিবগী মশক ফংলবা য়াপনবা অমা কাওগৎলক্তুনা লাম্মী ময়ামা লৈরিবা তোব্বান অদু তম্না লাউ খোংলহনা অকনবা ঈথকপু নম্মতুনা কাবংলকলম্মি। মিকুপ অমগী মতুংদা শামু-শগোল লাম্মী পুম্নমক অকবা অহিংগী মরক্তা, কাল কৌবা লাইনা চোংথোরকপগুম য়াইনা অহনা চংশিনলক্তুনা নৈথাইরক্লে। লাম্মী পুম্নমক কাং-খোং চাইথরে,

মায়গৈ-শলাই খঙদবমখৈ চেমরক্তে অহুবু লৈহৌরি লেঙদনা— লৈহৌরি চেন্দনা—মরিজংগী মতৌগুম মতিক লৈরবা যুবরাজ অজ, জ্ঞান মাঙবা তৌদনা !

মনু শাস্ত্রগী মতুংইন্না লানমক নক্রবদি বনগী শামুবু হাংপা হায়বসে হৌনদবা ওইরম্মি। মরম অতুনা অজনা য়াইবিমক্তি লৌবা তৌদনা তেন অমত্তং শংলতুনা শামু অতুগী মিংলু অনিগী মরক্তা থারমই। তেম্না হেক পানবদা লাক্ল-ফা-া ওয়মজ্রবা শামু অহু লৈরিবা খোংমী লাম্মী পূন্নমকপু ওকহন্না শামুগী ঈপুণ্ড থাদোকলম, মশক মতৌ কজরবা, ইরং-লংবা ফিজেংনা লৈতেংলবা নহা ওইরিবা লাই অমা ওইনা চোংথোরকথি অমসুং মশাক্তী পরিচয় থানবা তৌদনা লৌথরকই—“হে রাজকুমার! ঐহাক প্রিয়ংবদ হায়বা ইন্দ্রদেবগী মচানিপা অহুনি। মতঙ্গ কৌবা মুনিনা শাপ তৌবদগী ঐহাক শামু ওন্দুনা নর্ম্মদাগী ঈরোনমুংদা লৈরক্লিবসি মতম য়াম্না কুইরবনি। অমুক কুইবা অসি নহাকপু ঙাইতুনা লৈরকইবনি; মরমদি ঐনা হায়জ-চৎচ তৌবদগী মুনিদেবনা মশাক্না পীথিব শাপ অসি মতম অমদা ইক্ষ্বাকু বংশদা পোকপা মহারাজ রঘুগী অ'থাইবা মচানিপা অজনা তেম্না থাহুনা হাংলরবা মতমহুদদা কোক্কনি হায়না তাকপিখি। নঙবু ঙাইবদা ঐগী পুন্সি অসি ওস্থোক্ল' রানা থাঙলক্লবনি অহুবু হৌজিক্তি মুনিগী অহুগুম্বা অভিশাপ্তগী নঙনা ঐবু কনবিরে। মরম অসিনা হে খোইনা পাঙ্গল্লবা। নঙগী তৌবিমল উৎপা ওইনা ঐনা নঙগী নকমদা লেম্না মাঙত্রবা “প্রস্বাপনম্ অস্ত্র” হায়বদি “তুম্বা পোকহনবা” কৌবা তেন অসিমতং পীরমলগে, নহাক্না মসি চিংনদনা লৌ।”

প্রিয়ংবদগী থুদোল অহু লৌবগা লোয়নম্না মখোয় অনিমক হয়াও-হয়াওনা কোম্নরম্মি। মিংনা কৃষ্ণগী মহুংদা খ্বাইগী মাঙদা লেপ্লম্বা গন্ধর্ব্ব অহু সর্গদা লৈবা চিত্ররথগী কুপ্পবন্দা অমুক হন্না

শাম্নজবা ফংলগনি হায়বগী হুংঙাইবা রাথল্লা পাইখৎখিরম্মি। অদুগা অজস্না লাম্মা পূম্নমক পুরদুনা বিদর্ভ দেশকী মায়কৈ তম্নদুনা স্বয়ম্বর মংমনবা থোংলৈ থুনা লাকখি।

ঙুমিৎ করানিগী খোংচৎ মপুং ফারবা তুংদা নোংমগী সুমিত্তা অজনা লাম্মীগা লোয়ননা ভোজ নিংথৌগী কোহুংগী শনথোংদা থুংলরে। ভোজ নিংথৌনা মাগী প্রজাগা লোয়নন্না মগুণনা হক্লবা অজবু ইকায়খুম্ননা ওক্লতুন নিংখিজনা শেম-শাদুনা থম্নবা রাজভবন অমদা পুশিনখিরম্মি। লমশাঙ লাকপগী রারবা অজনা অহিংদু হুংঙাই-না পোথারগে নিংদুনা নিদ্রাদেবীবু থাগোম্নজরক্লে অদুবু ওস্নোকপনি। পৃথিবীগী মতিক মগুণ লৈরবা অয়াম্বা নিংথৌ, যুবরাজশিংনা ইন্দুমতীগী বরমালা ফননবগী লাক্লিবনিকো হায়বা রাথলসি খল্লুবদা থম্নোয়দা হুংহুম তম্না যানবগুম তুম্বা ইয়ামক য়াখিজ্রে। শোয়খিগদ্রা হায়না চিংনবনা অহিংত্তু মিংকুপ অমফাওবা তুমখিজ্রে। অদুমকপু চৌঙ্খো ফিত্তুপ হুল্লক্লবা মতমদ্রুদর্দ নিদ্রা দেবীনা মাগী মতম্বাক্তা ঈংনা তপ্না মুশি মৈচাক্লা হৈহংলবা অজবু কোনশিনবিখ্রে-হুংশি মঙলান চুপ্পুনা হুংঙাইব মঙদা তাউত্নুনা হিপখখ্রে অজ।

অদুবু থীন্দনা সনা হুকশাঙ হকথেননা হোগৎনবা য়াকাইরোল শকপশিংনা তম্না গৌদোরক্লে অজবু—

লেংখৎলো, হে রাজকুমার সুংশিরবা!
মীকপলো, অমুক তুম্বা তৌরগনু.
থানা কে-মু লোংখরে—
থরাম্মিচাকনু তাকশিল্লক্লে,
ঙরাংগী লৈ পরেংনু থুইথখ্রে—
থাউট্মৈ মৈঙাল মুশিনরক্লে,
অহিং কৌবী লাইরেম্বীগী মুখল্পি তম্না হায়দোকখ্রে

ইন্দুমতীনা হেক চংলকপা৯ক্তদা ঘর ওইগে হায়না কমলিবা নিংথৌ যুবরাজ খিবিকমক্কী থম্মোয়দা মণ্ডল-মণ্ডল থম্নবা হৌরকই। থরনা মণ্ডকশমদা শিরিব লৈপরেংশিং অহু খুজিন্না শীক শীজুনা শাম্নরম্মি; থরনা মখোঙনা লৈমাইদা রাখলগী লৈই চিং-চিংহুনা লৈরম্মী অহুগা থরা অমনা লুহুপ শেমজিন্নরম্মি অমদি লাইবক চ'ংয়েং মরা ইন্দুনন্থু শাম্নরম্মি। অহুদগী থরাদ অমগা অমগা রারী শাজিন্নহুনা পুক্লিং লুপুনা লৈনরম্মি। অহুমকপু মখোয়গী মিৎকমশিংদি মতমচুপ্পদা পচ্ছোৎমুক ঙৌরবা অমাদি সনা মচুপী ফিজেৎনা লৈতেংলবা মাগী নিংথিজবা শকফম অহুবু হূরান-হূরান্দুনা য়েংনবনা মখোয়গী অচৌবা মথৌ অমা ওইনরম্মি।

লোয়নরকপী মতাশিংগী মতেংনা. রাজকন্যা ইন্দুমতী দোলাইদগী চাথোক্কদবগুম য়েংনরিবা ম'য়ামহুগী মমাংদা কুমথরকই। অহুগী তুংদা থোগনজগদবগী ঙাইজরিবী অমদি পুজিগী লৈপুন থনবদা তেংবাংগদৌরিবী, শাগৈ-জাত্তসু তোম্বন্নবী সুনন্দানা খুজেং পালোয়নর৯না নিংথৌ-যুবরাজশিংগী মমাংদা পুশিল্লক্লম্মি অমসুং মখোয় খিবিক্লা সুনন্দানা মখোয় খুদিংবু হৈ শিংনা থাগৎলকপা রাহৈ-রাজা মতিক মগুণ থাবগী অহৈ-অশিং উৎলকপা পুন্নমক তাগদবগী তুমিন তুমিন্না লৈনরম্মি—অহুক চাউখ্রবা ম'য়ামগী সভাহু খুত্তাক লানশিনবহু মঙাইখ্রে।

অহানবমক্তদা সুনন্দানা রাজকুমারী ইন্দুমতীবু মতিক চাউরবা মগধগী মবুঙোগী মনাক্তা পুশিনখিরম্মি অহুগা হায়রকই মরীক চুম্নবা রাহৈন—"ধর্ম্ম লৈরবা অমদি মপুকচেল শেঙলবা, মতিক লৈরবা নিংথৌ অসে মগধ লৈবাক্কী মবুংঙোনি। মপুকচেল চাউবা মপাজল কনবা, অশোল-অনাবু কনবিবা ওম্বা মীথোই-মীহেন্নবা মহাক অসিদা হে, নিংথিরবী রাজকুমারী! নহাক্কী বরমালা অহু হুক্লোইব্রা ?" থাগৎ-রাহৈসি লোইরবদা সুনন্দা শেপখ্রে।

রাজকন্যা ইন্দুমতীনা রাহে খিবিক অহু তারবকাওবদা মপূক্লিনো পাম-জরবা পুন্সিগী লোয়নবা ওইনা খন্নিংদবগী থম্মোয় ঈহুল পীরবদা মথং নিংথৌ অংগী মনাক্তা সুনন্দানা অমুক পুশিনখ্রে। হায়রকই—"নিংথিরবা, থৌনা ফবা অসে অঙ্গ লৈবাকী মবুংঙোনি। স্বর্গগী লাইরেম্বীনা ফাওবা থম্মোয়গী মবুংঙো ওইজনিংবদগী থেমজখ্রবা মথোক কারক্লিবা শকহেল্লবা নিংথৌনি। রাঙাং-রাতা নিংথিজবা, লেমজবা শাজংনা মাগী ওইরিবা নিপা অমা ওইবদা করিসু অরাংপা লৈত্রবা মীথোই মীহেল্লবা নিংথৌনি। চেক্লাগুম চিল্লোক্লা পোম্বীগুম চিনদিম্না পুন্সি য়ারেন হুক্লবা নবুংঙো ওইনা খনজরবদি লাইবক ফবী মহারাণী অমা হায়বহু ওইরবনি।"

তৌইগুম্বসুং রাজকন্যানা অঙ্গগী নিংথৌদা য়েংলম্বদগী মিৎয়েং কারল লানখ্রে- "অমুক চৎলু" হায়রকই সুনন্দাদা। নিংথৌসিগী মতিক মগুণ মহাকসু খঙদবদি নৎলমদে।

অহুদগী লোয়নবী সুনন্দানা মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌ অমগী মনাক্তা পুশিল্লক্তুনা হায়রকই—"য়েংউদো, অবন্তিগী মবুংঙোসে। মশা মউ কল্লব' পুকচেল চাউরবা নিংথৌনি। মহাকাল কৌবা মফমদা লৈহুনা, চহি চুপ্পা মাগী রাণীশিংগা লোয়ননা নিংথিরবা অহিংগী সুংঙাইবা মগুমবু চুপচহুনা লেল্লিবনি। হে নিংথিজরবী। শকহেনবা নিংথৌ অসিগা লোয়ননা উরুম লাংবা কুঞ্জবন্দা কোয়না চত্তুনা শামজবা পামদব্রা?"

অহুবু অমুকসু সুনন্দাগী মচান্দগী রাহৈশিংসি তারবফাওবদা চীং-লেম্না কাংঙ অমোমগী মতৌগুম্না খোংথাং তপ্পা থাংদোরক্লে। মাগী মক্তুবা পুকচেলদো লাইবক ফবা কনাগী থম্মোয় ঈপাক্তা হুংশি মমি তাখিবননো থঙবা ঙমখিদ্রে অঙকপনি!

মথঙদা বিধি ব্রহ্মাগী নিংথিরবা থৃৎশেমদা মপা লৈতনা নিংথিজরবা অনূপ রাজ্যগী মবুংঙোগী মমাংদা পুশিল্লক্লে—শকহেনবী ইন্দুমতীবু সুনন্দানা।

হায়রকই মগুণ থাহনা—"থায়নঙৈদা মতিক লৈরবা কার্ত্তবীর্য্য কৌবা নিংথৌ অমা পাম্লমই। লাক্ক-কানা ওমত্রবা লঙ্কাগী মবুংঙো রাবণ-মকপু মায়থাবা পীথ্রবা মমামবা নিংথৌ কয়াবু 'মপাম্বোমগী মথা থাহন্দুনা মতিক মগুণ! লৈনা পানপ্রবা নিংথৌ অসিগী শাগৈগদা পোকপা অথোইবা প্রতীপ নিংথৌনি। ধর্ম্মগী মরূপ ওইরবা, লাম্দা ঈচং থৌরবা, মপা লৈতনা কল্লবা নিংথৌ অসিবু হে ইবেম্মা! নহাক্কী নপুরোইবা ওইররোইদ্রা?"

অতুম ওইনমক মনিং তম্না চৎনিংলবী ইন্দুমতীগী থম্মোয়বু থজিক্তা কাওবা কাজিনবা ঙমখিদ্রে।

অতুগী ত্তুংদা শূর'সনাগী মবুংঙো শূসেনাগী মফমদা চংলক্লে। হায়রকই চিন্দোন-লৈতোন শেংলবী সুনন্দানা—"য়েংঊ নিংথৌ অসে, মতিক মথৌনা লৈরবা, মশক ফজরবা লানফমদা মপা লৈত্রবা অথৌবা নিংথৌনি। লনথুমদা মাগুম্বা নিংথৌদি অনিগুনা লৈত্রবনি। হে থম্মোয় শুদ্ধংন, নিংথিজরবী রাজকন্যা! মতিক লৈরবা নিংথৌ অসিবু পুম্সিগী লোয়নবা ওইত্তনা যমুনাগী লুরবা ঈশিংদা নিংতম্না শান্নররোইদ্রা? অমদি গোবর্দ্ধন চৌংগী চৌংলক্তা মল্লাই কারত্তনা রাহোংশিংন নোয়না নোয়না জগোই শান্নিবা অত্তবু নমিৎ পেন্না য়েংলরোইদ্রা?"

নিংথিরবা গুণ খিবিক্লা লৈতেংলবা নিংথৌ অসিবু ইন্দুমতীগী থম্মোয়দা য়ানিংবা পোকখিদবনা মিকুপ অমগী মমাংদা তঙ্গাং তঙাংলবী মাগী মায়থোংবু উজবদা পুক্লিং মকা লামলুরবা শূসেনা নিংথৌবু নিংবা কায়বগী ঈপাক্লা লংশেক্রম্নগা চংলক্লে মথং নিংথৌ অমগী মনাক্তা লোয়নবী সুনন্দাগা।

হৈ শিংলবী সুনন্দানা কলিঙ্গ পতি হেমাঙ্গদগী মতিক মগুণ থাগৎলকপদা মোমোন মাইথোং ঈরোম্ননা তাক্সরকই ইন্দুমতী—"য়েংঊ য়েক্ক খিবিক মাঙহল্লবা পাঙ্গল্লবা নিংথৌ অসে! মহাসাগরগী

মপু ওইরবা, খুংগু-তেনগু, লিকাপ-তেনকাপ্তা মপা লৈত্রবা, থৌনা কররা নিংথৌনি। হে পুর্ণিমা থাজগী মায়থোংমকপু ওমজররবী ইবেম্মা! পুলি মুংশাংননা ফুংশি মিরেন থাগোয়রহনা, মতিক চাউরবা অসিগী লোয়নবী ওইযু। থাংতুপ পাম্বীনা থম্না হোরবা সমুদ্রগী মপান্দা নাম্মিবা মলয়াগী ঈংনা তপ্পবা ইহুম, নঙগী নশাদা থাংগোন ঈচীক থেম্বা মতমদা ফংগনি অমদি মতমলৈবখিবিক্তা ঈংনা মেঙলবা মলয়া মুশিং নঙগী ননি মাথন্দগী হেন্না থোংলবা নশাদা য়ৈবদদা পুক্লিংগী অইংবা ওইগনি।"

বিধিনা তমগ্রব ককপা য়াবা নত্তে; অতোপ্পগীদমক শেমগ্রবা লৈরাং ইন্দুমতী তপ্পা-তপ্পা থাংদোরক্লে—থাদোক্লমহনা কলিঙ্গ নিংথৌবু।

মথওদা চঙলক্লে নাগপুর নিংথৌগী মফমদা হায়রকই সুনন্দানা—"য়েংউ তৌওয়রবা নিংথৌসে। অথোইবা অগস্ত্য ঋষিমক্তা ইকায় খুম্নবা উংগ্রবা অমদি শিবা মহাদেবগী মফমদগী ব্রহ্মশির থুংলাই ফংবদগী সনা লঙ্কাগী মতিক চাউরবা, রাবণ নিংথৌমক্তা মরুপ ওইগ্রবা মমিং চংলবা অথোইবা নিংথৌ অমনি। কোরৌ মঙাম্না চামথোক্লবা থাথংবা লৈবাক্তা মুংঙাইনা লৈননবা হে নিংথিরবী! নহাক্কী বরমালা অহু থৌনাকবা নিংথৌ অসিগী মঙকশমদা হুকউ। কূয়না হোরকপা অমঙবা নোংগী মচুনা ওমজনবগী মশক ওইরবা মাগী কুচুনি অহুগা নহাক্কীনা গোরোচন চন্দনগুম্না ভোই। নোংগা নোংথাংগা অনিন তিম্নবদা ফজবা হেনগংহনবগুম, হে নিংথিরবী! নহাক্কা নিংথৌ অসিগী ওইথংবা শরুক্তা কম্নবদি থাজগী অইংবা মাইথোংদা কারিবা মাইহিংনা থাজগী ফজবা থৌগংপগুম্না নিংথিজবা ওইগনি।"

ফজবা রাহৈ খিবিক অসি তাহম্নবকাওবদগু ইন্দুমতীনী থম্মোয়রবু থজিত্ত-কাওবা থোংহনবা ওমখিত্রে। পাক্লবা ঈপাক্তা ফুগায়না

শাংলিবা লৈরাং কয়ালসা লোংলোনখক্তা ডানিরিবা মথংলেন কোয়ৌ হলনবু ভাইজনবদা খাজগী অইংবা খাকলগী অঙোবা মুখলনা মুমবা কাওবদা লৈরাংগী লৈকা হাইদোক্তবগুম রাজকন্যা অসিগী খম্মোয় লকাগী লৈরাং মকাকয়া শাত্তোকখিত্রে, উমশিন্দুনতা লৈত্রে।

মথঙদা, খুৎনা হেক শোকপদা তংখিগদবগুম উরবা খোংনমক্লবা তনৌ-তনৌরবা লৈখোক্তা শাংপা অঙোবা থরোনা ঈপাক্ত শাক্তুনা মথংলেন খাজবু ভাইহুনা লৈজবগুম লৈরিবা, মীখোই-মীহেল্লবা রঘুনন্দন অজগী মমাংদা কোয়ৌ হুম্নিংনা নোংচুপ চীংয়াদা পোথাপ্রবদা, ঈংনা তপ্পা হুংখিলগী ঈশৌ লাংবা কোকহল্লহুনা লোংপোক চীংগী মরুমদগী ভোরোক-ভোনা থাজনা থোরকপগুম ভোজ নিংথৌগী মচল ইবেম্ম রাজকুমারী ইন্দুমতীনা ভাল্লয়ে। শাদানবগী খুৎলাই মমাংদা মিপাইগল্লবী শক্তিগী মতৌগুম, মমিংমনা ভথক-তথক্লা রাজকুমার অজহু মমাল্লবা নিংথৌ যুবরাজ কয়ানা মায়থীবা কংখিবা অহুগুম্না নিংথীরবী হুজাশিগী বরমালা ফংলয়োইত্রা খনবদা খর হোল্লি হায়-ফাওবা খঙদবমথৈ র খলগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈত্রে। রাজকন্যা অসিনা মমাংদা হেক চঙলকপা মতমহুমক্তদা মাগী য়েৎ-থংবা পাম্বোম অহু কাজিনবা ঙমদবমথৈ ক্রং ক্রং চোংলম্মি অমম্বং নিংখিরবী মহাক্লা মমাংদা লেপ্লহু উবদা থিংঙমদ্রবা হুংভাইবগী ঈথক অমমুক হোরক্তনা মাগী মাইথোংহু মোমোন মিনোক্লা ভালহনখি। লৈহী চুপচগে নিংহুনা চীংজাও লাম্না পাইরকলবা খোইমুনা লৈহীনা খল্লবা লৈরাং খম্বালবু থেংনরবদা অতৈ লৈরাং অমমুক খিদবগুম অমদি চীংলোন কয়' লাম্দুনা চেঞ্জরক্লবা ঈচেলনা সমুদ্র য়োরবদা ঈচেলগী খোংচৎ লেপখিবগুম অমদি অকনবা হুংশিংকী শাকুবু চীংজাও মাদনা থংপগুম রাজকন্যা ইন্দুমতীগী থেপলক্তুবা খোংচেংকী ঈচেল অহু যুবরাজ অজনা পল ভইরক্লনা শিংত্রে। উবমক্তদা রাজকন্যা অহু খঙহোদনা লানথোকপ্রে মাগী

মখক্সোয় ; থস্মোয় লাইমুম হা'দোকখরে। মুংশি পোৎলুম্না অরা কোকথোং ওইররুবা থাবিনবা লৈতবনা মতম শাংনা থাগুলরুবা ইন্দুমতী—ইরায় লায়না য়া'হনখরে মাগী অরাবা পোৎলুমত্থু—অজ মহাক্না ইকোম কোমনা তয়াং-তশোইবা থস্মোয়ন মাগুদা চন্দ্রদেবগুম ডাল্লিবা অজবু পুক্সিগী লোয়নবা ওইনবা লেপথ্রে। ইকাইথীবী মুডাগী মপোক! পুংয়াম্লনা য়েংজ ডমখিদে—স্বর থবেৎ থবেৎলি তরং-মালং ওইখরে।

মীগী পুক্রিং খঙলবী, হৈশিংলবী মুনন্দানি। নিংথৌ কয়াগী মমাংদা লেপ্পুনা মতিক মগুণ থারকপদা ইন্দুমতীগী থস্মোয় মহী চেনখিদে হায়বা মহাক্না লোইনা খঙবা ঙমখি। অদুবু অজগী মমাংসিদদি মাগী রাথল হোংখরে হায়বসি উরদুনা যুবরাজ অসিগী মরমদা মহাক্ন হায়বা হৌরক্লে—"তারো হে নিংথিবী! থায়না মমাং-ঙৈদা ইক্ষ্বাকু শাগৈদা ককুৎস্থ কৌবা নিংথৌ অমথক পাল্লম্মি। মহাক অসি মতিক মগুণ লৈরবা নিংথৌ কয়াগীমু লুচিংবা ওইরম্মি। অরাং কোশল লৈবাক্তা মতিক-মঙাল লৈন মহাক্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। অসিগুম্বা মমিং চৎনবা ককুৎস্থ বংশ অসিদ দিলীপ পোকখি। মথৌন, মপাঙ্গল্লা য়েক্নবা কয়াবু জয় তৌদুনা মরৈবাকপু মরাচেৎন থম্লম্লগা মপা লৈতনা কল্লব মচানিপা রঘুদা নিংথৌ খুভম শিন্নরমদুনা বন্দা চৎখি। অদুদগী নিংথৌশিংগী রাজেশ্বর ওইরবা মাগী মথৌনা মপাঙ্গল মরৌশিং অমদি লান্দা থানা হনা কুক-কুক তকশিল্লা, অকি-তুজুং পে'ক্তনা য়েক্নবশিংবু মাইথীবা পীবনা মথৌ ওইনা থল্লবা নিংথৌশিংগী কোকথক্কী মনি, ইন্দ্রদেবমক্কা বজ্রনা থাবদা শিঙমত্রবা রঘুনা শাগৈ অসিগী মণি ওইনা ডাল্লি। নিংথৌ অসিনা অশ্বমেধ যজ্ঞ চাম তৌরগা লৈজবা লনথুম থিবিকমক অমতা থাত্তবমথৈ দান তৌথোকখ্রবনি; অদুনা মরম ওইদুনা মাগী মিংচত্তি থক-খা অমি মুনা ক্যাওখ্রবনি।

মন্তিক মগুণ লৈরবা দেবরাজগা পাংথক ওইরবা নিংথৌ অসিগী তাঙনা ফংজরব' মচা রাজকুমার অর্জ'ন। অঙাংমক ওইরবস্থ হৌজিক হৌ'জিকমক লৈবাক নিংথৌগী শাসন তত্থাই অমা পুত্থন' মপা ইবুংঙোবু তেংবাংলি। হে কন্যা নিংথিরবী! শক্কা-শাগৈদা, মপা লৈত্রব' মথোক কার'ক্লবা, লেমজকম ওইরবা রাজকুমার অসিগী মকমদা নঙগী বর মালা অতু ছকউ মরমদি নহাক্কী মতিক চাবা বর হায়ববু মহাক অসিদনি।"

সুনন্দানা ঙাঙবা হেক লোইখিবগা থাজনা মাইহিং লোয়নবগুম, সমুদ্রনা হী-য়াই মণি কয়া লোচ্চবগুম, মুপীজাগী মপোক "ইকায়থীবি" ঈরোয়নরবী রাজকুমারী ইন্দুমতী, কোরৌ মঙালনা অমম্বগী য়ুথল হাইদোক্তুন খোরকপগুম ইকাইথীবীগী লৈতেং থাদোকখ্রে— হুংশিন-খোইথে'ইনরবা পীগুম. তবারবী মিংপাল কোইরাওনরবা মিংকী মিংনা ফল্লপ-ফল্লপ য়েংবনা রাজকুমার অজবু হুংশিরে হায়বত্থ ফোংদোকলমকদা লোয়নরকপা গুণ হৈনখিবা শাজং থাদোকপা ওস্থে ক্লা অরাবগী মশক্কি। মিংকুপ অমগী মমাংদা থাদোকখ্রবা "ইকাইথীবা"—কদোমদগীনো থঙহৌদনা পাইশিল্লক্তুনা লৈতেংখ্রে ইন্দুমতীদা ছকচবা পাক ঙমখিত্রে—মথুত্তা পায়রিবা বর-মালা অতু অজগী মঙকশমদ' ছক্লিং হুক্লিংনা।

রাজকুমারীগী অবস্থা অসি উরবদা হৈশিংলবী সুনন্দাদো তুমিন্না থক লৈথোকলমদে। রাজকন্যাগী মপুক্লিংদা রাথলগী অকনবা লান শোক্লরিবা অতু মাঙহনগে হায়বগীদমক্তা হায়রকই—"লাকও, নিংথিরবী, অতোপ্প' নিংথৌগী মনাক্তমুক চৎলশি!"

রাহৈ অসিনা মচীল পারবা তেম্না থম্মোয়দা থুম্না থাবগুম নিংথিরবী মহাক্কী থম্মোয়হুংদা থাঙতমদনা য়ুথি অমম্থং মতুবু মাঙহমবগী মথক ওইনা সুনন্দাদ' গুক্তোক্তুনা য়েংলমই—অতুদগী থঙহৌদে—মিৎন-কুমদা, নোংথাঙনা ফং-কুপলকপদা অমঙবা নোংগী কীথান্দা সনানা

মপাল খোঙগুম নিংথিজখি—ভোজ নিংথৌগী মচল ইবেম্মা য়েংবগী পেনবা নাইত্রবা, কামদেবগী রতিগুম মী পুম্নমকপু শুঙ্গাৎলবী ইন্দুমতীনা নিংথৌ কয়াগী মরাইবক লোত্তুনা চেৎন লুনা, মতম কুইনা পায়জরক্রবী বর মালা অদু অজগী মঙকশমগী লৈতেং ওইখিবত্তদি গুলাপ-থরে কুসুমলৈ অসিনচিংবা অথম্নরবা লৈরাংশিংনা তিম্নত্তুনা লোংঙ্গবা পরেং অত্তনা অজগী মঙকশমদা হেক য়োবদা মত্তুদগী খোরকপা হুংশিবা মনম অত্তনা পুক্লিংবু শুঙ্গাৎনা কোকশাওহল্লম্মি। তিল্লিবা সভাত্তুগী মীয়াম অত্তন' চৌনক্লেল অমত্তদা বর-কন্যা অনিগী মঙ্গল ধ্বনি পীনরকপা অত্তনা মাগুপ অত্ত পুমনিল নিনথিরম্মি। কামদেবনা রতীবু ফ'জবগুম, রুদ্রনা' পার্ব্বতীবু ফংখিবগুম অমদি ইন্দ্রদেবনা দধীচি মুনিনা য়োকচবী মচাতুপী ইবেম্মা শচীবু ফংজবগুম ভোজ কন্যা ইন্দুমতীবু রঘুনন্দন অজনা ফংজত্তুনা ভোজ অমদি ইক্ষ্বাকু শাগে অনিগী ঈচেল অসিনা গঙ্গা অমদি যমুনাগী শেংলবা ঈচেল অনিন' তিম্নবগুম 'তন্নখি।

## তরুকপা সর্গঃ

ভোজ নিংথৌন' মথরাই হুংঙাইনা হুংশিত্তরবী মচল ইবেম্মা অমদি মাগী মরাইবক্তা তম্নক্ল' মপুরোইব' ওইগদৌরিবা শঙ্গ অনিবু ছৌনবী তুংইম্না লুহোংবীনবা কোঙ্গুংগী মায়কৈরোমদা লমজিংত্তুনা পুরকলম্মি অত্তুগা শাউনিংবা মায়থোংদা মথম্মোয়ঙ্গুংদা প্রোক প্রোক চাকথেকপমথৈ স্বয়ম্বর য়াওরম্বা নিংথৌ অমদি রাজকুমার খিবিকমক রাজকন্যা ইন্দুমতীগী থৌশাদবা মিৎয়েং অমদি থম্মোয় পান্দবা মত্তৌ অত্তুবু শাউখিবনা মথম্মোয়ঙ্গুংদা লম্মন শিংগে থম্ন-থম্না মখোয় মখোয়গী পোথাকম মকমদা হম্নখিরম্মি।

মাগুপ্তগী কোঙ্গুং য়োবা লম্বী অত্তু মনম হুংশিন্নবা থাউনা উফুল কারম্মি অত্তুগী মথক্তা মনম হুংশিন্নবা লৈ-গু চাইরম্মি। রাজকন্যা

ইন্দুমতীনা শকহেল্লবা মবুংঙো অজগী ওইদা ইন্দ্রদেবকী ওয়্ন্দা শচীনা লৈতেংবগুম, লৈতেংলহনা, হরাউ ওয়াম্লবা বিদর্ভগী প্রজা খিবিক্না মপুক্নিংগী নুংঙাইজবা কোংদোক্লুনা বর-কন্যা অনিগী মতুং ইন্দুনা লুহোংকম তাম্না লাকলম্মি অমসুং নোংগা নোংথাংগা অনিনা তিন্নবগুম্না নিংথিজরবা কন্যা কুমার অনিগী ফজবা শীংথাজবদ লোইবা নাইরমদে। "বর-কন্যা অনিমক পুন্সি মুংশাংনা পানবা ওইশনু!" হায়বা থোল্লাও অসি ল ক্লিবা মীপুম খুদিংগী মচীন্দগী থোরক্লম্মী মতুনা সহরগী লম্বী অত পুমনিল নিল্লম্মি। সহরগী লম্বী মপান্দা লৈবা দলালগী মথকথংবা কাশিংদা মুপীশিংনা লেপ্পুনা নিংথিরবী রাজকন্যা ইন্দুমতী অমদি বর ওইগদৌরিবা অজবু য়েংনগদবগী পরেং পরেং লেপ্পুনা লৈনরম্মি অমসুং মখোয় মখোয়গী মপা হেক য়েরকপদা চেং থোইদিং চাইথহনা আনৌ মঙ্গল ওহনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরম্মি।

মথং মথং লাকপনা, লাম্বা লৈতনা নিংথিরবা বর কন্যা অনিমক কোনুং য়েরক্লে। মফমহুদা রাজপুরোহিতন যজ্ঞ মপুং ফারবতুংদা ইন্দুমতীগী তনৌ-তনৌরবী মখুৎ অহু অজগী মখুৎকা চেৎন পুনশিনখ্রে। অশোক পাম্বীদা উরীনা য়েৎপদা নিংথিজবহক য়েংবদা ফজরম্মি অমদি খুৎকা খুৎকা শম্নরহনা যজ্ঞগী মৈ কোয়রম্মি। লাম্না চাবা বর কংলবদ' হরাওজরবী কন্যা ইন্দুমতীন' নিংথৌ ময়ামগী মমাংদা হরাও মুংঙাই কোংদোক্লুনা মৈমুংদা চেং-থোইদিং কৎলাম্ম। মী, থাউ, চেং থোইদিং মরাং কায়না চাবা কংলবদগী মপুক্নিং পেল্লবা অগ্নিদেবনা মৈরী রাংনা কাখৎলক্লুনা নব-দম্পতি অনিমকপু আশীর্ব্বাদ পিবিরক্লে।

লুগোংবা লোইরবতুংদা মনাগী সিংহাসন মথক্তা রঘুকুমার অজ অমদি ভোজরাজকুমারী ইন্দুমতী অনিবু ফমহল্লম্মি অহুগা। পুকংজে চাউরবা ভোজ নিংথৌ অমদি মাগী পরিবার খিবিক্না মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীরম্মি লোয়ননা চেং-থোইদিং লৈ-গু চাইরম্মি।

অসুম্না লুহোংবা মপুং ফানা পাংথোক্লবা তুংদা, বিদর্ভপতি ভোজ নিংথৌনা নিংবা কায়হোরবা, স্বয়ম্বর য়াওবিরক্লিবা নিংথৌ অমদি রাজকুমার খিবিকমক্কী মফমদা মতিক চাবা দান তৌখিরম্মি। থম্মোয়মুংদদি ফত্তবা রাথল থন্দুনা লম্মন থুমগে নিংলিবা নিংথৌ যুবরাজ খিবিকমক্না দান অহুবু লংনবা লৈতনা হৌনবী তুংইন্না লৌশিন্নরমই। মথোয় পুন্নমক্না লম্বীদা ভাইহুনা লৈরগা রঘুনন্দন অজনা, লোয়নবী ইন্দুমতীবু পুহুনা লাকপা মতমদা মুন্দুনা লৌহৌসি হায়না ভাংনহুনা রাশরুখিরম্মি।

মচল ইবেম্মা ইন্দুমতীগীদমক মবুং, ভোজ নিংথৌনা মতিক চারবা অউনপোৎ তন্নঃনা মশামক্না লুচিংবা ওইহুনা চাউরবা লাম্মীগা লোয়নননা মশেল ইবুংঙো অমদি মচল ইবেম্মবু থিন্দোরক্লে। হুমিৎ হুমনি চুপ্পা ভোজ নিংথৌনা লাম্মী ময়াম পুরহুনা বর-কন্যা অনিবু থিন্দোরকপগী খোংচত্তগী বিদায় লৌরহুনা বিদর্ভ দেশরোমদা হনখ্রে। অসোমদা মতিক চাউরবা অজনা মাগী লাম্মী খিবিক পুরহুনা রাজকন্যা ইন্দুমতীবু মাগী ওয়দা ফমহন্দুনা চৎলক্লে অযোধ্যা তন্নহুনা। মতম অহুদা ইখঙ খঙহৌদনা লম্বাগী নাকন্দা লুমহুনা লৈরিবা নিংথৌ যুবরাজ খিবিকমক মথুক্তা থুৎলাই পায়র-পায়রহুনা চোংথোক্লরক্লে অমসুং অজগী লম্বীদা ফৈগাক-ফৈনা থত্তুনা লৈখ্রে। তাঙনা কংজররুবা মণিবু মুনগে হায়না থোরাংলিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা লৈরবা অজনা আকবা পোত্তনা থনগৎলবা লাম্মীশিংগী মথুক্তা ভোজ কন্যা ইন্দুমতীবু চোকশিন্ন ভাকশেন্দুনা থম্মনবা শিন্নরম্নগা মথুক্তা থুৎলাই পায়রহুনা য়েক্লবশিংগা মায়োক্লরক্লে।

অকনবা লান অমা ওইখ্রে; নিংথৌ ময়াম অহুনা অজ তন্নহুনা হুল্লকপা থুৎজু থুৎলাই, কাপলকপা তেন পুন্নমক অজনা ইরায় লায়না মাঙহনখ্রে। অহুদগী মহাক্না তেন চামা চামা শত্তুনা নিংথৌ-যুবরাজ খিবিকমক্কী মথক্তা কাপখিরাম্মি অমসুং তেনশিং অহুনা মথোয় থুদিংমক্তা পানখিরম্মি। অজগী লাম্মী খিবিকমকপু য়েক্লবশিংগী

লাম্নীশিংগা লাম্বা তৌনয়ে; খোংনীগা-খোংনীগা; দোলাইগা-দোলাইগা; শামুগা-শামুগা অমদি শগোলগা-শগোলগা অকনবা লান খেংনরক্লে। ময়াম পুন্নমক অতুনা খেংনরকপদা মালেমথক্তগী হৌরকপা উকুলনা হুরিৎকী তেক্তমকপুস্নু কুপশিনয়ে; খুৎজু-খুৎলাই ময়ায়া লানকমতুগী মথক্তা কক কক ইনশিন্না কাপশিন্নরকপনা মুংশিৎ চত্তবা ওমখিয়ে, নাকোয়দা শীৎয়ে; মত্তম নত্তনা অহিং ওইখ্রে মকমতু; য়েক্লবা মরূপ মফম খত্তনদনা, অমগা অমগা, অকং-অকং পংয়ান্দ' য়ান্নরক্লে। ময়ক মরক্তা লাম্নীশিংনা মাগী মাগী মরৈবাক্কী নিংথৌগী মম্মিং পন্নরতুনা অমস্নুং মহাক মহাক্কীনা মঙ্গল ওইরে হায়না লাউনরকপা অতু নত্তনা অতৈদি করিস্নু খত্তনিঙ্গাই লৈখিয়ে।

জাইহাক্কী মমাংদা, ইঙৌ-ঙৌরবা লম্বীগী মশক, নাক-য়েক্তা হৌরিবা নপী-শীংবি, উ-য়া খিবিক্কী অশংবা মচু পুন্নমক অতুগী মহুত্তা অঙাংবা মচুনা পুমশঙ শঙজিনখ্রে—ঈগী লোখোং চেনখ্রে; ঈচেন্দা তাউথরি শগোলগী মঙকশম, শামু মকোক, অতেকপা দোলাই লাম্নীগী অককপা পাম্বোয়মচিংবা—খুৎলাইনা থাতুনা শিনিংচিত্তা লৈরবা শামু-শগোল লাম্নী কয়াস্নু থরো কাংক্রম ওন্দুনা চৈনাখোল থাংনরি। মৈচাক থাংঙমদবগী নাহেখোল অমদি লাম্নীশিংগী লালাও থিবিকসিনা অতিয়াদগী নোংমৈ-শিংজং চাম চায়না মালেমথক্তা তারকপগী খোঞ্জেল অতু মঙাইখ্রে। ওস্থোকপনি হে লান! মিরুপ থরগী মমাংদা প্রকৃতিগী নির্থিজরবা দৃশ্যনা লৈতেংলম্বা মফম অতু চাননমক অশিবা কোব লাইগী চাক্তাফম ওইখ্রে—মী মকোক পরেং-পরেং শামু শগোল মপৈ-মপৈ ঈশিং ঈচাওনা পুথরকপা কৌশীংগুম চেম্বরক্লে ঈগী ঈচেলনা। শাহিং চাবা শা উচেক্লা লাক্ল-লাক্লা খোংজি। শতুম মুন্নবগী চৌক্লরি; করিগুম্বদস্নু য়া লাউনা কায়তুনা চেমরি। য়েংবদা অকিবগী মশক্লি।

মাকল অমিগী অকনবা লান অসি করিগুম্বদনা নিংথৌশিং[১] কাওবুনা ওমগদবগুম উরমই অদুগা করিগুম্বদনা অজনা ওমগদোবোইন্নু নিংনরম্মি। অমাবনা থরক হুনগৎলবী, মিপাই খীগল্লবী শক্তি অমোমগুম্রবী রাজকন্যা ইন্দুমতী অমদি মাবু শওলিবা লাম্মীশিং অদুদনি কুইম্ৰ য়েংলিবদি মিহুন গুদরমথে। গুক্লা মম্বা অহিংদা নোংমী মপৈনা মালেম পৃথিবী অসিবু থুক্কাৎলগে মতাগুম চুথরক্কদবগী তাঙ্গাহুমক্তদা থওহৌদনা প্রলয়গী মুংশিং শিংলক্তুনা নোংমী মপৈ খিবিকমক সমুদ্রগী ঈরোনমুংদা নমশিনখিবগুম য়েক্লবা মরক্তা হেম্না থৌনা ফগৎলবা অমাবগী শক্ক য়াওত্রবা, চোকথবা নাইত্রবা—মচুম তারবা শামু লমশানা লকুগী বন্দা চওহুনা নৈথাইবগুম অজনা মিকুপ অমগী মনুংদা য়েক্ল' নিংথৌ-লাম্মী খিবিকী মথক্তা প্রিয়ংবদনা পীনরকপা 'প্রস্বাপন অস্ত্র' হায়বা তেন অহু শতুনা কাপখ্রে অমসুং মমহাং-তুমহাংদা নুংঙম তাবগুম, হৌজিক্তা লাউ-খোংহুনা হাৎলো তুপলো হায়হুনা চোংলম্বা লাম্মী খিবিক. নিংথৌ যুবরাজগী মপৈ অমদি শামু-শগোল পুম্নমক মফম মফমদগী গুপালেং লেংদনা চপ-চপ লেপ্পুনা লৈনখ্রে। মতম অদুদা মায় পাক্লবা অজনা মোইবুং তনপায় পায়থত্তুনা খোংগৎলক্লে—জয় ওইরে হায়বা খওহল্লহুনা মাগী লাম্মীশিংবু খোমজিল্লক্লে ইচোয় চোয়না লৈরম্বা পুম্নমক।

অদুগী তুংদা য়েক্লবা খিবিকী লানগী ফিরালশিংদা ঈনা মথাগী রাহৈশিং অসি ইহুনা থম্লমই—

"হে নিংথৌ মচা পুম্নমক রঘুগী মচানিপানা নথোয় পুম্নমকী মিংচক্তি হুখ্রে; অদুগা মহাক্ল নথোয় খিবিকী থরাইবুদি থৌজানবিহুনা হুখিদে।"

অদুগী তুংদা থক-থক নিক্লা হৌক্লা-হৌক্লা কপ্পুনা লৈরিবী ইন্দুমতীগী মনাক্তা চৎখিহুনা হায়রকই—"য়েংউ হে রাজকন্যা। ন'গী য়েক্লবশিং অসি হৌজিক্তি অতাংমচা অমনকাওবা মথোয়দগী খুৎজ-খুথলাই

লৌবা ওয়গনি। অসিগুম্বা উচিশিং অসিনা নহাকপু ঐগী ঈকমদগী মূনবা ওমগত্রনে ?"

রাহৈসি হেক তাবদা ইন্দুমতীগী নিংথিরবী মাইথোং অহুদা অন্নাবগী মমি তারম্বা অহু খংঙাল ঙাম্থোকলম্মি। মপা লৈতনা কল্লবা, য়েক্কবশিংবু ইরায়-লায়না মায়থীবা পীঙম্বা মবুংঙো অজগী মঙকশমদা হয়াওনা কোজ্জরম্মি অমসুং অমুক পন্থবা তৌদনা লাম্মী পূম্নমক্কা লোয়ননা অজনা অযোধ্যা তম্না চৎলক্লে।

রাজকুমার অজনা ময়ুম যৌরবা মতমদা রান-ফংলক্লবা রাজকন্যা ইন্দুমতী অমদি মহাক্কী মরমদা লম্বীগা থোকখ্রিবা থৌদোক পূম্নমক মূম্না খঙলবা মপাইবুংঙো রঘুনিংথৌনা মচা অমদি মমৌ অনিবু তরাম-তরাম্না ওক্লহুনা কোম্নং মহুংদা পুশিনখিরম্মি। অহুদগী মহাক্না মচানিপা অজদা রাজসিংহাসন শিন্নরম্নগা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ অ'ঙনা মচানা চহি মতাং চারক্লবা মতমদা বন্দ' চত্তুনা লাই নিংনবগুম মহাকস্থ বানপ্রস্থগী নিয়ম তুংইন্না বন্দা চৎখ্রে। অজনা মপাইবুংঙোনা লৈবাক থাদোক্তুনা চৎখিদনব য়াম্না কন্না হায়জখি অহুবু য়াথিদ্রে—ধর্ম্ম ঙাকখ্রে; তৌবদদি মচাগী হায়জবা তুংইন্না সহরদ্গী মনাক্তা লৈখিয়মই।

প্রজা পূম্নমক্না মপাইবুংঙো রঘুগী পান্দমগুম্ন' অজবু অনিশুবা রঘু অমগুম্না খন্নরম্মি। মহাক্না মাগী প্রজাশিংবু মগাদা মচাদোগুম অমদি অচুম অরান রায়েন নাইনা, শান্তি থমহুনা, লৈবাক ঙাক্তুনা মুংঙাইহল্লম্মি। কনাবুস্থ থীনা তৌরমদে, কনাবুস্থ হক্না লুনা চাম্না তৌরমদে; তৌফম থোকপা লম্বীদগী শন্না মফৈ অমা হেনজিন্দনা লৈবাক্কী শাসন তৌরম্মি।

অজনা অমুক হন্না মালেম পৃথিবীগী লৈমাইথক্তা পাল্লিবা নিংথৌ খিবিকপু মথা পোলহন্নবা রাখল থল্লম্মি অতুগা মপাইবুংঙো রঘুদি সংসারগী অপাম্বা, মীহৌবা লনথুম লৈবাক-লন পূম্নমক থাদোক্তুনা

ঈশ্বরগী খুয়া তানবা ওইবা ধর্ম্মগী লম্বীদা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈখিবনা মমৈদদি সংসারগী অরা-অনা খিবিক থাদোক্লমহুনা যোগ অমদি সমাধিগী-মতেংনা পরম পুরুষ পরমাত্মাবু ফংজখিরম্মি। মপা লৈত্রে হায়বা পাউ অসি হেক তাবদ অজ রাবগী ওমথৈ লৈখিরমদে। মপাবু লুনা-চায়া নিংজপ্রবা মচা অজনি। রামচেং অমফাওবা তাংদনা মৌনব্রত তৌহনা মপা লৈতবগী অরাবা ফোংদোক্তুনা অজনা অহিং শুংথিল নাইদনা কপ্পুনা লৈখিরম্মি। মপাগী থরাই য়াওত্রবা দেহ অতু মৈদা কৎখিত্রে মরমদি সমাধি তৌখিবা মীওইগীদি মসি তৌনদে হায়বা মহাক্না খঙলম্মি। অরান খুভম ফংখ্রবা মপাইবুংঙোগী রাখল মতমগী খোংদৈ তুংইম্না থর থরা থাদোকখ্রে অমসুং লৈবাক্কী থবক্তা পুক্নিং থিংজিনখ্রে।

মতমগী ঈচেল থিংওমদে; ওসি, হয়েং হৌখিবনা যৌবন মথোক কারকপগী সুংঙাইবা লংশেক্নমহুনা ভোজ কুমারী, ইন্দুমতী মচা নিপা অমগী মমা ওইবা ফংজরে। অঙাং অসি লঙ্কাগী মবুংঙো, মকোক তরা পানবা রাবণগী য়েক্নবা, জগৎকী মবুংঙো ওইরবা শ্রীরামচন্দ্রগী মপাইবুংঙো দশরথনি।

লুরবা লাইজথক্তা শাৎলিবা লৈরাং থম্বালনা মবুংঙো কোয়ৌ হনবগা লোয়ননা হরাওনা ঈপাকথক্তা শাম্নজবগুম ইন্দুমতীনা মবুংঙো অজগা লোয়ননা লৈজরম্বগী সুংঙাইবা অতুগী মথক্তা নৌবা মচানিপা অমা ফংজবগী সুংঙাইবগী ঈনোৎ অমগা অমুক হাপচিল্লক্তুনা হরাও সুংঙাইবা অনিগী ঈপাক্তা তাউহনা লৈরম্মি। পোকপগী মহৈ য়াম্লে হায়না থজরবা নিংথৌ রাণী অনিনা মচাগী হৌনবী কর্ম্ম পাংথোক্তুনা দান ধর্ম্ম নিংথিনা তৌখিরম্মি। মাগী লৈজবা লনথুম্না লৈবাক প্রজাগী সুংঙাই য়াইফনবা শিন্দুন সুংঙাইনা ফরিগুম্বা অমতা রাজনা পাল্লিবা মতিক চাওরবা নিংথৌ অজগী মরাইবক্তা ওম্থোকপগী মশক্তি—অরাবা অমতং লোত্তুনা নিংথৌবু অজোইবগী য়াহিপ তায়নবা শিনগদৌম্নি।

## ৬শুবা সর্গঃ

লোৎমগী তুমিত্তা দেবশিংগী মবুংগো ইন্দ্রদেবনা চায়বী শচীগা লোয়ননা নন্দন-কানন্দা কোয়হনা শান্নজবগুম, মঃলেম পৃথিবীগী মপু অজনা থরাইদগী হেয়া-চায়া তৌজরবী ইন্দুমতীগা লোয়ননা কোন্থংগী মনাক্তা লৈবা উপবন অমদা কোয়থোয়কলম্মি। দক্ষিণায়ণগী মতমদা সূর্য্যদেবনা থা মায়কৈদগী অরাংথংবা মায়কৈয়োমদা চৎলক-পগুম, থা সমুদ্রগী মপান্দা তারবা গোকর্ণনগরদা লৈবা মহেশ্বরগী মকমদা বীণাগা লোয়নবা উপাসনা তৌজনিংবদগা দেবর্ষি নারদনা অরাং মায়কৈয়োমদা মাইওল্লহনা চৎখিরম্মি। মাগী বীণাদা পূক্লিং হুনা মনম তুংশিন্নবা লৈপক্লেং অমা য়াল্লম্মি; মহুগী মনম অহু কংবদা মালংবনা লোয়া নাকোয়দগী লৈনমহুবু হুগে হায়না শিংলক-পদা লৈপক্লেংসু য়াগুনা হুমখ্রে। লৈনম কংবদগী লৈহৌ চুপচগে হায়না পাইরক্লবা থোইমূগী মরুপ থিবিকমক মালংবনা হুমদোক-খিবনা হানথিবদগী মায়থীহোৎরহনা ভংনা-ভংনা লৈগী মতুংইয়া পাই-রিবহ য়েংবদা নিংবা কায়রবী তুজাগী মিৎলু নাপোমদগী শীঙ্গকপা শীরাংনা চামথোক্লবা কাজোলনা মতুম মতুম শিঙ্গরক্তুনা তারকপগুমই। মতুগী লেকোলবু কজহল্লিবা মতাম্নোই লৈরাং থিবিকমক থাদোক-লমহনা লৈপক্লেং অহুনা তারক্লবদা মর্ত্যগী লেকোন্দা তুংতাইনা কোয়জরিবী ইন্দুমতীগী মথবাক্তা তাখিরম্মি। লৈপক্লেং অহুনা চায়বা মতাম্নোই ওইজনিংবদগীনি থগুদে নত্রগা ভদেক-ভদেক্লরবী মহাক্লাগী ইন্দুমতীগী থরাই চুপ্নগে থনবনবনি থগুদে, মিকুপ তাইহাক্তং থবাক্তী লৈতেং ওইরম্লগ মালেম থক্তা তাখিরমই। ওহোকপনি! কালকূত কোবা হুনা শোকত্রবা জীবনা থূলক্তা শিবগুম অমদি লৈ-পক্লেং অহুনা হেক শোকপদা, যৌগিক্রুমকা-কয়া, শাংকাইরম্লিবী পাম্বিজাং লৈরাংনা লৈকা-চোইনা মালেম লৈদা কেনবগুম, ভলৌ-ভলৌরবী

দৈরাং ইন্দুমতী মালেমথক্তা ঙাল রাওদনা তুথএ। অওকপগী মশক্কি ঙাইহাক অহুগী মহুৎদা মহারাজ অজসু মালেমথক্তা রাহুনা খোমলেন তুমখুন তানবগুম হীপথএ। খোংলোয়নরম্নিবা মনাই-মশক খিবিকমক থৌদোক অহু উবদা পুমগুক ঙকএ। থীগনা থৌগল তৌজরক্লে কপ্পা কপ্পা—লাইজ থীকলেন চাইরে, হুমাই থৌগল তৌজবে, হৈরাং-দৈরাং মনম নমহন্দুনা হোৎনজে মহুনা করিস্থ কাম্নবা ফংলমদে। মহু উরবদা মখোয় পুম্নমক মিৎলু পিরাং শিহ্নৈ—অরা পিরোইননা হীক্লা হীক্লা কপ্পরক্লে। অসিগুম্বা অরাবা দৃশ্যসি য়েংনিংদবদগী কোয়োহনবনা নোংচুপ চীংয়াগী মরুমদা দৈশীনখ্রে; ঙাহু থজোং লাবা অমোম্না থম্মোয় কায়না কপ্পরক্লে। দৈকোলগী দৈরাং খিবিকসু মালং পাউজেল ফংলহুনা দৈকা চোইনা চাইখোরক্লে দৈমায়থক্তা; হৈরাং পাম্বীনা কপ্পা-কপ্পা মিৎলু পীরাং শীম্বএ। তাএ তুপ! তুপ! মালেমথক্তা। ওম্মোকপগ্নি! প্রকৃতি দেবীনা অরাবা শক্লোনসি লৌখ্রবোই! করম্বা ফত্রবা তানকমদা, হয়াউ-খোংচৎ তম্লকপা নিংথৌ মহারাণী অনিগী—ও! অরাবা ওইখ্রেদো।

রা-রা কপ্পরকপা খোজেলনা মকম অহু পুমনিল নিনএ। ঙাইহাকী পুজোই দৈরগা ইখও খওহোদনা মহারাজ অজদি তুমলুবদগী মীকপ থোরকপগুম ঙান লাক্লে অহুবু মহারাণীদি কদায়! মালেম দৈমগী তম্পাকী দৈতেং ওইহুনা য়াতাহুনা অহুম্মক দৈএ।

নাক্তা য়াতাহুনা দৈরিবী ইন্দুমতী উবদা মহারাজ অজ রাবগী ঙমখৈ দৈখিত্রে। মপূং ফারবা শরৎকী পূর্ণিমা থাজবু রাহুনা উমখিবদগী নিংখিজবা মশেক মঙাল খিবিক মাঙখিবগুম কাল কৌবা লাইগী থুৎলাই ওইরমলব' দৈপরেং অহুনা শোকপদদা থাজনা ইকায়নিঙ'ই মশক ওইরবী ইন্দুমতীগী মাইখোং থাজ মঙাল মাঙএ। হোৎনবা য়াবমখৈ হোৎনরে উপায় দৈত্রে। খম্মোয়

খম্বালগী লৈকা চোইনা কেনথ্রবোই—পূক্নিং খোইমুম্ন পাইরক্নে মালং পাউচেলসু লেপগ্রে—থম্মোয় ঈপাক্তা হোরক্নে থরাইগী মাকয়েস্নু মায়গৈ চুম্বিনবনা মাঙথ্রবদা।

হরাও মীনোক কয়া লোয়ননা ওয়গা-য়েৎকা থুংশরুহনা চৎমিন্নরম্বা মুংশি খোইরবী ইন্দুমতীনা মথঙলেন অজবু লংশেক্লমহনা অরোইবা য়াহৌপ তানথ্রবদা থাংগমত্রবা অজহ তেংখা নাওইননা কপলক্লে। মুংশি খোম্হোক লোয়নবা বীণা যন্ত্রগী মরীনা তৎখ্রগা অমুক শমহনা থম্মোয়গী ছেরোল শকচগে হোৎনবগুম মাঙদা য়াতারিবী বীণাযন্ত্রগী মশক ওইরবী থম্মোয়গী মবেম্মা ইন্দুমতীবু তপ্পা তপ্পা কোনখৎশক্লে। তম্পাকথক্তা পমহনা মুংশি ছেরোল হাপ্লুনা নোংদম্বা বিধিগী মফমদা কায়রবা থম্মোয়গী মপাউ তমজরকলে মহারাজ অজনা।

"থোৎখ্রবা লৈনা শোকপদদা থরাইবু চুপ্পা ঙমখ্রবা! লাইজঈমায়থক্তা মায়খোং মকা লাম্না লোকচরিবী লৈরাং খম্বালবু উনগী মর'ক অমনা শোকপদদা লৈকা চোইনা কেলহনবগুম, ননি মাখলগী হেন্না থোৎলবী লৈরাং ইন্দুমতীগী থরাইসে চুপ্পবগীদমক থোৎখ্রবা থুংলাই অসে নোংদম্বা বিধিনা শেম্বিথ্রব্রা? নোংদম্বা বিধিগী মুংশি হৈত্রবা থুংলাই অসে ঐগী থরাইবু চুপকে হায়না লাকপা নত্তব্রা? নোংদমথানা তমলকইদা ঐগী মপোক! চাংগুউ পাম্বীদদি পাক্সহনা থোৎনা নৌনা য়েৎচরিবা উরাথক্তা তাথ্রেদো!"

অজনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"হে চান্নথোইরবী! নংগী থম্মোয় ঈপাক্তা শামজহনা লৈরিবা ঐহাকপু করিগীনোনে নহাক্না অম্মুক থুনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রিবসিবু? নংগী নফমদা ঐনা কররম্বা অকায়বা তৌথ্রবননো নহাক্না ঐবু করিমতা খঙহন্দমখে নথম্মতা, নপাং কনা লোয়নদনা, নপুরোইবা কায়নরহনা চৎখ্রিবসিবু? হায়রুনে মুংশিরবি। নঙনা ঐগী থম্মোয়বু কররম্বা চাংনবা লৈবননো? হে

স্বর্গগী লাইরেম্বীশুম্নবী ঐগী থম্মোয় অসিদি নংগীদমক্তা মৈচাক ওইরবনিকো! ঐস্ু নঙগা লোয়ননা পুন্সিগী অরোয়বা য়াহীপ তানজরম্নবনি অহুবু নঙবু কায়নবগী মৈনা চাক্লবা ঐগী থরায় অসে খঙহৌদনা মুংশি নতুং ইল্লম্বদগী হল্লকখ্রেনে! ওম্বোকপনি! অসুক থুনা নঙগী থরায় অহু স্বর্গগী খোংচৎ তানখ্রবনিদকো! নহাকপু থরায় য়াওজ্রবরনে হে চাম্নবী? ঐদি থাজবা ঙমজ্রি! নহাক্কা ঐবু থাদোক্লুনা চৎখ্রে হায়বসি ও! ইন্দুমতী, থরাইগী মবেম্মা ঐ থাজবা ঙমজ্রি! য়েংঙউদো মালংবসে নঙগী চোইজ্ঞাইনরব', খোইখোইনরবা শম্নাংলক্ত' হরাও তম্নাম্না শাম্নরিবসে! করি পাউবু তম্নবনোনে মুংশিবী? নংগী নাপদা করি পাউবু তম্নরিবনো? য়েংউ! পেন্দ্রমাল্লে মালংবসে নঙগী তাইবঙনা কল্লক্লিঙাই ওইরবা হকচাংদা পকপা কিজোন্দা মালংবসে লোম্না চংলক্লে। ঙাইখো মালংবা! ঐগী থরাইগী মবেম্মসে মুংশি পুকলো-পারোনরি! ঐগী থম্মোয়গী মুংশিববু মহাক্কা ওম্বোক্পা কম্না চাংয়েংলিবনি! শোয়দনগী অরোইবা য়াহিপ থাদোক্লুনা ঐগী থম্মোয় খঙলবদা হল্লক্লগনি মহাকসে! মুংশিরবা মচা দশরথ কোল্লহুনা চূপ্লখিগনি! চান্নথোইরবী ইবেম্মা হৌগৎলোনে কৈদৌবগে? করিগী অহুক থম্মোয় কনবগে? করিগী ঐবু অসুক য়াহল্লিবনো? খোমলেন তুমখুন তানবা ওক্লে, মীকপলোনে মুংশিবী— নহাক লৈত্রবদা ঐনা করম্না হিংগনি! লাইজ লৈত্রবা থম্মোয় পুখ্রিদা করম্বা মুংশি থম্বাল শাৎখ্রবগে? হল্লক্লোগবা চান্নবী!"

"হে মাইথোং নিংথিরবী ইবেম্মা ঙাইহাক্কী মমাংদা অসুক নিঙথিজরম্বা নঙগী মাইথোংদো মকশিল্লক্লেনে—অসিবু ঐনা করম্না য়েংহুনা লৈরসিগেনে চান্নবী?"

"হে মুংশিথোইরবী," কায়না মৈচাক্না য়েংহত্লুনা মালেমথক্তা নুংহুমগুম তারবা অজনা কপ্পা কপ্পা তেংথাজরকই, "লশিং মফোলদগী হেম্না খোংলবা নঙগী হকচাংনি থোল্ভা-থোৎখ্রবা লৈরাংগী লৈকানা চাইথোক্লুনা শেম্নবা ক্ষমুংদা হিপ্পা ক্ষাওবদা ঙমজত্রবা নঙগী হকচাংবু

কনায়া সুংশি হৈত্রবা অশিবগী থরাত্তা চংহনা মৈবু চাকইমগদৌরি-থনোনে ? ওহোকপা অরাবগী মশক্তি, য়েংউ প্রকৃতিগী লনথুম পূম্নমক্কা নঙগীদমক্তা তেংথ-মাওইরিবসে। মালংথসিস্ত শিংঙমন্ত্রে, অম্রা মৈচাক পুঙমজ্রমাগ্নে। নহাক্কা লুনা চান্না তৌজরম্বা অশোক শাম্বীসে নঙবু কায়নবগী মৈচাক্না থাংঙমজহনা মপী চহুম চহুম শাহরহনা কপলিনেসে। মথাগী অশাংপা লৈরাং থিবিক মালেমথক্তা থাদহনা হে নোংদম থীরবা বিধি। করম্বা কত্রবা থেনকমদা ঐনা লিদা লাকনুরবা, ওহোকপনি নঙগী পুন্সিগী অরোইবা থোংচৎ অসিদা চামজরবী অশোক পাম্বীন' থূদোল তৌরকপা লৈপন্নেং অসে ঐনা নঙগী চিত্তাদা হাপকদৌরেদো ?

"মালেমসিদা সুংভাইবা হাযবত্ত মং অমা ফাওবা লৈরোইদৌরে; ঐগী পোথাকম মকম লৈত্রে ; নাইতোম তাহৌরে ; তরক-তরকহৌরে। নহাক্তা ঐগী থম্মোয়গী মপু ও'রম্বস্ত ঐবু লংশেক্তুনা নথন্নতা চংত্রেদো! হে থরাইগী থরাই ওইরবী ঐগীদি মরূপ,—চান্নথোইরবী,—পুন্সিগী লোয়নবী ওইরবী—মহারাণী ওইরিবী—লৈবাক্কী মবেম্মা ওইরবী পূম্নমকসি সুংশি হৈত্রবা অশিবা কৌবা লাইন ঐগী ইকমদগী মুন্দুনা চংখ্রদে। ঐগী পুন্সি স.গজিক্তি তরক-তরক্রে; নহাক্তনা ওইরম্বনি হে প্রণয়ী! ঐগী থম্মোয়গী হাংপবা অতিযাবু হাংহন্দনা থমগী মলিবসে! হে মিত্তা ফজরবী ইবেম্মা! মশানৌ কায়নংগী মৈচাক ফংংবা অজহু মৌনব্রত তৌহনা তুমিন্না লৈত্রে।

মমৈথঙদা মহারাজ অজগী মতম্বাক্তগী মাগী প্রজাশিংনা তপ্পা লৌথোক্লহনা লিংথিরবা ফিজেৎ লৈতেং তৌরহনা ইন্দুমতীগী অশিবা মশা অহু চন্দন পাম্বীগা মেত্রুক্কা তিন্নহনা শেম্রবা চিতাদা থাজংত্রে। মথম্মোয় কায়রবা অজস্ত মহারণীগী পোংলোয়বা অহুদা য়াওহনা পুন্সিগী অরোইবা য়াইপ তাম্নিংলবনি অহুবু মাগী প্রজাশিংগী থজুবদ অরাবনা থুন্দ্রৎলবা মাগী মশা অহু থাংবদ তারম্মি।

সুমিৎ তরানিদি উপবন অমুক য়াম্না তোম্বনা মোয়না চত্নুম্না অরাবগী শরুক য়ারম্মি; অদুদগীদি নিংবা কাম্ববা অমদি থরাই মুংঙাইত্রবা অজনা মাগী কোম্বুংদা চঙখিরম্মি, মতমচুদা মাগী প্রজাশিংনা য়ামচেৎ অমতা চাংনদনা মনিংথৌবু ওকচরমই। মখোয় খুদিংমক অত্থু মিৎলুদগী শিঙ্গুরকপা পিগী ঈরানা পুমচোৎ চোৎনরম্মি; ওস্থোকপা মতৌনি লৈবাক প্রজাগী অরাবা,—নিংথৌগী মুংঙাইতবা শান্তি লৈত্রবা অযোধ্যা নগর,—য়েংহৈখিত্রে অরাবনা পীক থনত্রে।

যোগগী শাস্ত্রনা অরাপ্পা অনকপা মকমদা থোকপা থৌদোক খিবিক খঙবা ঙম্লবা সূর্য্যবংশগী পুরোহিত বশিষ্ঠ মুনিনা মহারাণী ইন্দুমতী কাম্বনবদগী অরা মৈচাক খাঙংন লৈবাকী রাখল তৌদনা লৈরিবা অজগী মওং খঙলহন মাগী শিষ্য অমা মহারাজগী মকমদা থারক্লম্মী। শিষ্য অদুনা হায়খি—"হে ধর্ম্ম লৈরবা নিংথৌ! নঙগী নকমদা ওস্থোক্লা অরাবগী মশক ওইরবা, খাঙবদা ঙমকম থোক্তবা দবা অম ওয়ে হায়বসি খঙলহুনা গুরুদেবনা ঐবু নহাক্কী মকমদা মহারাজবু থেমজিল্লুচো হায়না থাবিরকপনি। অদুমকপু নহাক্কী অরাবা অসি থেমজিন্নবা ঐগীসু মতিকগাবা য়াহৈ লৈজদে। ঐগী মমল য়াউত্রবা য়াহৈশিংসিনা নহাক্কী মৈগাক কোকহনবা ঙমগনি হায়বসু থাজজদে মরমদি অসিগুম্ব দেহ পুঙমত্রবা মৈচাক অসিদি মতমগী মতুংইন্না কাউরকপা নত্তনা করিগুম্ব অমত্তনা মসিবু ইংথহনবা ঙম্লোই। অদুমকপু হে নিংথৌ! অরাবনা চোকথহল্লবা নশা অদু কনথৎহল্লো; নংগী তুংশিরবা প্রজাশিংগী রাখল থনবিদুনা।

"যোগগী শক্তিনা অচুম্বগী য়ুথল হাইদোক্তুনা মমাংগী মপোক্কী থৌদোক খঙলবা গুরুদেবনা নহাক্কী মকমদা খঙহন্নবা অস্ত্রা য়াথং পীনবিরকই মচুদি থায়না মমাংঙৈদা তৃণবিন্দু কৌবা মখিং চৎলবা লাইনিংবা অমথক লৈরম্মি। মাগী অকনবা তপস্যাগী মমাংদা খাঙবা ঙমত্রতুনা ইন্দ্রদেবগী কিতম কাম্বরকদোবা উরবদগী মহাক্না মশক মতৌ কজরবা হরিণী কৌবা অপম্বা অমসুকপু থাদি

অসিগী মফমদা মাগী তপ থুগাইননবা থারকখি। মাগী নিংখিজবা শকফম়া মরম ওইহনা ঋষি অহগী তপ থুগাইনবা লাংলকপা থৌরাং অহু মহাক্না হেক উরুবদা শাউমনখ্রহন' অপ্সরা অসিবু "তাইবং মী ওইনা পোকউ" হায়না শাপ তৌখয়ে। অহবু হরিণীনা খোৎনা নৌনা, হায়জ চৎচা কয়া তৌহনা শাপ অহদগী কোক্লনবা উপায় অমতং শীনবীনবা হায়জরবদা পেনবিরহনা ঋষি অহনা হয়েং মতম অমদা স্বর্গগী লৈপরেংনা নশাদা শোকপদা নহাক্কী শাপ অসি কোকপা ওইগনি হায়না তাকপিখি। অহগী তুংদা হরিণী কৌবী অপ্সরা অসি ক্রথকৈশিক শাগেগী নিংথৌ ভোজগী মচল ইন্দুমতী ওইনা পোকখিবনি। হায়রিবা রাজকন্যা ইন্দুমতী অসিনি নহাক্না লুচোংলুরিবা অমদি ঙসি কায়নরিবা অসি। মহাক্কী মরাইবক্তা তম্লরুবা ককপা য়াররোইদবনি। মহাক্তি শোয়দনা মালেম থাদোক-খ্রগদবনি। মরমদি মাগী শাপ অহু লৈপরেং অহনা হেক শোকপদা কোকখ্রবনি।

"অহনা হে নিংথৌ! অমুক তেংথা-নাওইহনা থোইনা হেন্না অন্না মৈচাক পুননবা থৌরাংবিরুরগনু। মরমদি বিধিনা তমখ্রবদা ককপা ঙম্বা হৌনদে। নিংথৌ হায়বা থাক্তনা মী পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ ওইনা লম্মন তোন্দুনা লৈরবা অশিবা হায়বসিগী থয়াম্ভা নোংমা নত্রে নোংমদি তারগদবা মরৈরবনি। অমা কায়নবগী অমনা য়াবা হৌনবনি জগৎ জীবগী। অহবু সংসার অসি অরেপ্পা থক লৈতে; শিবা লৈত্রবা থরাইগী মথা পোন্না লৈরিবা ঙাইহাক্কী ওইবা সংসারসিদগী লানবীনবা উপায়দি শিবা হায়বসিদননি, অতৈ কনানসু ঙম্বা নত্তে। অশিংবা মীনদি থরাইমা লংশেক্তুনা চৎখ্রবদা লৈহৌরিবা অমনবা দেহ অহু উরুরগা অরাবা পোকপদি ধমখ্রহনা সুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউনরিবনে।"

গুরুদেব বশিষ্ঠগী মপাউ অহু তাজবদ্ম মহারাজ অজনা নোঙ্গক্রা 'ভক্তি কৎলম্মি, অহুবু মমল য়াম্নবা পাউতাক কয়াহুদি মাগী মনাদা

হাপ্লদা য়ানা থোক্লস্মি। চহি নিপান চুপ্পা অরা মৈচাক—থাইনা মৈরীনা চুপ্রবা মাগী থম্মোয় অহু মপোৎ লুয়বা লংফৈ চৎপা মীগী মতোঙুম লেংঙম-শাঙমদনা মচানিপা দশরথনা চাউবা ক্বাওবদং লৈরমই। অতুদগীদি চাবা থকপা খিবিক থাদোক্লঙনা গঙ্গা অমদি সরযূ তুরেল অনিগী ভিন্নফমদা চত্তুনা মাগী অরাবনা কাহৎলবা দেহ অহু স্বর্গগী নন্দন কাননদা মুংশিজরবী মহাক্না লোয়ননা অমুক হন্না লৈরুননবা ত্যাগ তৌখিরমই।

## ৭শুবা সর্গঃ

অজ অমদি ইন্দুমতীগী মতিক চারবা মচানিপা, জগৎকী মবুংঙো,—লঙ্কাধিপতি রাবণবু হাত্তুনা ধর্ম্মবু য়োকথৎপিরগদোবা, তারকাবু হাত্তুনা মুনি ঋষিশিংগা ধর্ম্মবু ঙাক্লগদোরিবা শ্রীরামচন্দ্রগী মপাইবুংঙো দশরথপু, মপাগী মতিকচারবা মহুৎশিনবা নিংথৌ অমা ওইনা প্রজাশিংনা হরাও-হরাও লৌনরম্মি। মনুগী শাগৈদগী থোরকপা মী অতুদি অরাবা থিদনা মশাগী ওইজবা থাদোক্লা লৈবাক প্রজাগী সেবাদা মথরাই কথোক্লবা ঙাক ওইরম্মি।

তেনজৈমুক চুম্না, মপা লৈতনা ফজরবা লমচৎ, আত্মা সংযম তৌরবা অমদি তন্না পুন্সি লেনবা হৈনত্রব দশরথ নিংথৌসি যম নিংথৌ, বরুণদেব অমদি লনগী মবুংঙো কুবেরগা পাংথক ওইরম্মি। লিরুং-তেন্দা লাম্বা লৈত্রবা দশরথনা মাগী দোলাই তোংঙনা পৃথিবী অসি কোয়না চত্তুনা মাগী ম যোক্তা লেপ্পা খিবিকপু মায়থীবা পীরম্মি। নিংথৌ চাম চামন মঙোন্দা, মাগা তেনগী চৈনাখোল থাঙবা ঙমত্রঙনা মায়থীবা য়ারঙনা ভক্তি কৎনরম্মি। পৃথিবীবু জয় তৌরবত্তু'দা মহাক্না অযোধ্যাদা পৃথিবগী মপু ওইরতুন হল্লকখি। মঙোন্দা কনাগুম্বা অমত্তনা লাম্বা লৌবানবা লৈরমত্রে। মাগী শক্তিগী

মতাম্মা কোৌহনবগী চ'যুংবা মতমদা কংবা মত'লগুম্মা তাল্লমী। অস্তুরদি ওইরবদা মহাক্না নিংজবা অচৌবা আশাগী পনথুংকমদি য়ৌত্রি হায়না খঙরম্মি।

পৃথিব'বু জয় তৌরুরবা তুংদা ক'লকপা লনথুম পূম্মক মবুধৌ রঘুগী মতৌগুম্মা দান লোইনা তৌথোক্তুনা মহাক্না অশ্বমেধ যজ্ঞ অম পৃথিবীগী মপুনি হ'য়বা অ'সি শঙহম্মনবা সরযূ তুরেলগী তোর্কবান্দা তৌখি। শক্তিগী মউল শেংলহুনা, উডুম্বর দণ্ড অমদি কুশময়ী মেখলা পায়রহুনা থোরকপহুদি ভগবান শঙ্করদেবমক্না শায়োম্মকপা মাম্লম্মি ইন্দ্রদেবনা বার্ত্তন পীরকপা মতুংইম্না মহাক্না লাইশিংগা অসুরশিংগা শোক্লব লানফমদা ইন্দ্রদেবগা লোয়ননা লাইহিংচাবগী মাইয়োক্তা লাম্থেংনরম্মি অমসুং মাগী মতিক মথৌশানা লাইহিংচাবশিংবু মাহথ'ব পীরম্মি। মাগী অঙকপগী মশক কংলবা সিক্লুং তেনগী কৈশিংবা অতুমক্তন লাইরেম্বী কয়াগী মকমদগী থাগৎ রাহৈ কংলম্মি। অস্তুম দশরথনা মাগা শাগৈ অসি থোইদোক হেন্দোক্না হায়গীদগী হেম্না মতিক মগুণ লৈবা অমা শেমলম্মি। নহা ওই'রব দশরথ ময়ুম পান্ত্রি। মশাগী ম'তক মগুণ লৈবা, নিংথৌ পূম্মকী কোকথকী মণি ওইরবা অযোধ্যাগী মবুংগুা দশরথ নিংথৌদা মতমংগী মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যা কয়াগী পূক্লিংগী পোম্থাকম ওই নিংলোইদবা করি লৈ? চ'ংদগী চেম্মকইবা তুরেল পুম্মকপু সমুত্রনা লোশিনবগুম মগধ কোশল অমদি কেক্যা লৈবাক নিংথৌ মচানুপী ফজবদা মপ লৈত্রবা সু'মত্রা, কৌশল্যা অমাদ কৈকেয়ীবু দশরথ নিংথৌনা লুহোংহুনা লোথি। মতিক মগুণ লৈরবা নিংথৌ দশরথ, লন্দ-থুমদা অরাৎপা লৈত্রবসু মহারাণী অহুম অসিনা মচা অমা ফাওবা পোক্তবা মরম্মা অরাৎপা ওইরিবা অসিগীদমক্তা অহিং-সুংথিল অনিদা মৈচাক ওইহুনা লৈরম্মি।

নোংমদী সুমিত্রা, নিংথৌ দশরথনা জঙ্গলদা মৃগয়া লেংলম্মি। মদা কোয়চং চক্লুনা শাদানবগী থবক্তা লুপখিরনা মহাক্না লৈবাকী

শাসনগী থবক কাওবা কাউথোকখিবগুম তৌরম্মি। অশুবা চংলকপদা তমসা তুরেলগী মপাল য়োয়কলম্মি। নাপীনা মপাল অহু পীক থম্না হোৎপা ওইখনা তুরেলগী খোংহুং অহু উরমদে। তুরেল মনুংদা শামু অমনা ঈশিং থকপগী মখোলগুম্বা অমা তারম্মি। নোংদম্বা বিধিনা তম্নকপা কম্নানা খঙবা ওয়গনি। ধর্ম্ম লৈয়রবা দশরথ নিংথৌনি অহুবু মিকুপ্পুগী মতুংদা বন্দা চাক্তারিবা, মনিং তম্না কোয়জরিবা শামুবু নিংথৌশিংনা হাৎহৈদে হায়বা শাস্ত্রনা পীরিবা নিয়ম অহু কাউথোকখিহনা মহাক্না উ অমগী উরুমদা লেম্মগা মখোল তারিবা মায়কৈ অদোমদা শোয়কত্রবা মাগী তেনগী থুৎকাপ অহু কাপত্রে।

কাল কৌবা লাইনা চোংথোরক্লুনা মাগীদমক্তা তম্নমবা চরা অহুবু য়োৎপগুম্না তেন অংনা পাইশিল্লক্লুন ঈশিং শোক্লুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মচা শ্রবণ কুমারদা থাখিরমই। তেনগী চৈনাখোল ফংবদা থরাই থাগদোরবা ব্রাহ্মণ মচাগী মচৌন্দগী থম্মোয় কয়রবা খোম্মোক্তা "পাবুং!!" হায়ব খোঞ্জেল অমা থোরকখি।

খোঞ্জেল অহু হেক তাবদা অকিব পোক্লবা নিংথৌ দশরথনা শীংনাংনা পুময়োম য়োমশিন্দুনা লৈরব তুরেল অদগী মপান্দা চেনশিল্লক্লম্মি অমসুং মা। তেম্ন থাএদগী চনাখোম্না শীংনাং মরক্তা ফ্র-ফ্র ওন্দুনা নিপামচা অমথক্না মথুক্তা পাত্র অমা পায়র না লৈরম্বা অহু উকরে অরাবা ফিভম অং হেক উবদা নিংথৌ দশরথকী শিংলি তুথুপ শীনবা থুংনা চিন্তাগী ঈহৌ অমা হৌরক্লম্মি অমসুং মহুনা মাগী থম্মোয় অহুবু লাকশিনখিহনা পঙথৈ লৈতনা অরাবগী ঈরোমনুংদা লুপহল্লম্মি।

নিংথৌনা মথক্লাই রানা মাগী পরিচয় হংলকপদা শ্রবণকুমারনা মচেৎ মচেৎ ওইবা রাহৈন নিংথৌগী মফমদা মাগ' অহল ওইরবা মমিং উত্রবা, মপাবুংগা, মমাগা ঈশিং খোরাংবগী মৈনা চাক্লুনা

মাবু ভাইহৌরিবা অদুগী মরম পুম্নমক খঙহল্লম্মি। নিংবা কায়রবা দশরথনা মাগী ভেম্না থাদুনা মথরাই চুপ্লগদবা মুনিগী মচানিপা অদুবু মমা-মপাগী মনাক য়ৌনা পুখিরম্মি অমসুং মখোয়গী মফমদা মথরাই লুংভাইতনা মহাক্না মখোয়গী মচানিপাগী খোকখ্রিবা খৌদোক শিংদু লীরম্মি। মমিৎ তাঙলবা মমা-মপাগী অহিংদনা থাজ ওই, অয়ুক-মুংখিন্দনা মুমিৎ ওইদুনা লৈরিবা অমত্তা ভাইজবা মচানিপাগী খৌদোক অদু তাবদা মমা মপা অনিমক রাবগী ভমথৈ লৈরমদে। ভেম্না শোকহল্লবা মচাবু মতম্বাক্তা পমথৎলদুনা নোং খোংবগুম কপ্লম্মি। অদুদগী খীন্দনা তেনগী চৈনাখোম্না মচাগী মথরাই চুপক্লে থঙলবদা অহল অনিমক রাম্থখ্রে। মহারাজ দশরথনা তৌরিবা মতৌদু উজবদা থম্মোয়মুংদা তাশোলনা থিনবমুক রানা খাঙলম্মি; মাগী মশাদা খাংভমদবা মৈচাক অমা ফাওরকলম্মি অমসুং অহল ওইরবা মুনিগী য়াক' ভাইদুনা শৈজ খ। জ্ঞান মাঙলুরবদগী হৌগৎলক্লগা কপ্লা কপ্লা মুনিনা দশরথকী মফমদা নিংবা কায়বা অমদি অশাউবগা লোয়ননা অভিশাপ তৌখিরম্মি—"নহাকসু অহল ওইরবা মতমদা মুংশিরবা নচানিপা অমা কায়নবদগী শিবা ওইয়ু।"

নিংখৌনা অভিশাপ অদুবু তাদুন' মরায় নোল্লুক্লা লৈরম্মি অমসুং মথরাই রান হায়জরমই "হে ইকায় খুম্ননিঙাই ওইরবা মুনি, নহাক্কী অভিশাপ অদুবু ইবে'বংক্তা হাপচরি। অদুবু .লরা'গী মায়থোংগুম্না শুক্মাংনান্নিঙাই ওইরবা ইচানিপাদুদি ঐগীদি ফংজাদ্রে হে মুনি।" অদুগ' তুংদা মুন দুনা মচা ফংননবা উপায় তাকাখ।

অদুদগী যজ্ঞগীদমক শীং শেম্নদুনা মরায়বক থীরবা মুনিগী মচা অদুবু ভপ্না যজ্ঞগী শীং মথক্তা থাঙৎলদুনা মৈদ' দান তৌখ্রে; অমসুং মবুক লাম্নবা অমগী মতৌগুম্না অগ্নিদেবনা মরৈ লিশিং তম্নদুনা মুনিগী মচা অদুবু থুনমক ভুৎ ওলহনখ্রে। লৈবাক্লা শাবা দেহ অদু

লৈবাক্তা তিনব্রে। অতুগা মচা কাম্বাগী মৈতাক্রা মরিং[illegible]রবা, অহল ওইরবা মমা-মপা অনিহুসু সংসারগী খাঙ্কোক্না[illegible] তিনখিরম্মি।

মচানিপা অমা ফংজনবগী খুদোংচাবা ফংলবা অভিশাপ অহু পুরস্থনা কোম্নুং লোমদা মথরাই রানা দশরথনা হল্লক্লম্মি। ••চহি কয়া হৌথরে. দশরথ নিংথৌনা মতিক মঙাল হেনগৎনা লৈবাক ঙাক্নবা লৈরকপা অতুবু মচা কৌবদা ফংবা লৈখিগ্রে। [illegible] মফমদা মহাক্না মচা ফংজননবা হয়া-হয়া খুরুমজরম্মি অতুবু সমুদ্রনা ইরায় লায়না হেক মমল নাইত্রবা ফজখ্রবা মণি-মুক্তা পিথোক্লবগুম, মহাক্না মতম শাংনা অখাং কনবগা লোয়ননা মচা ফংজনবা ঙাক্লবা তাখি।

মমৈথংদা মুনি ঋষি কয়াগী য়াথং তুংইন্না মচা ফংননবা য়জ্ঞ অমা লিংথৎলম্মি। মতম অসিদা দেব সভা তিন্নহুনা. ক্ষীর সাগরদা লক্ষ্মীগা অনন্তগী শয্যাদা ঙাস্থোইরিবা ভগবান বিষ্ণুগী মফমদা লঙ্কাগী, মকোক তরা-পানবা, হিংচাবগী নিংথৌ রাবণনা ওৎপা-নৈবা তৌবদগী পানবা ঙমত্রবা পৃথিবী অসি কনবিননবা হায়জবা চৎলগ্নই। জগৎপু শেম্নবা, ভগবানবা দেব ময়াম্বু তরাম তরান্না কৌশিল্লহুনা মখোয়গী অরাবা খিবিক্কী রারী অহু তারম্মি।

লাইয়াম খিবিক্না মথুৎ লোম্নরহুনা হায়জরকই—"হে ইবুংঙো নহাক্তি খঙদা উদবা লৈত্রবা অন্তর্যামিনি; মফম খুদিংদা লৈনবা থুংনা লৈবিরিবা সর্ব্বব্যাপীনি; শক্তি পুম্নমক্কী মপু ওইবিরিবা মহা শক্তিমান্নি। অহুনা ইবুংঙো নঙবু লুনা-চান্না থাজনা নিংজবা মখোয় অহুদি হয়া হয়' মীওই মপোক্তা পোকপদগী কনবি; মরমদি নহাক্না মীওইবগী অমোৎপা থম্মোয়বু মপুংফানা শেংদোকপি। নহাক্কী আত্মাগা তিন্নবা হায়বসি কয়াদগী মতিক সুংঙাইবনো!"

অহুগী তুংদা দেব ময়াম্না মখোয়বু ওৎ-নৈরিবা লাক্না-কানঙমত্রবা হিংচাবগী নিংথৌ, রাবণবু হাৎপীননবা হায়জর্ম্মি। জগৎকী

মবুংঙো শ্রীভগবাননা তাকপিরকই—"হে দেবগণ! নখোয়গী মতিক মগুণ পুন্নমক অহু রাক্ষসশিংনা খণ্ডদবা অমস্তুং অপাম্বনা অচুম্বা অমদি লৌশিংবু মাঙহনবগুম মাঙহল্লে হায়বসি ঐ খঙলে। হিংচাবা ওইবগী কত্রবা রাখল অসিগা লোয়ননা মহাক্না পৃথিবী অসিবু নৈহংলে। অহুবু মাগী মতম শুরবনি। অহুনা ঐ দশরথকী মচানিপা ওইনা অবতার তৌরগা রণক্ষেত্রদা মকোক তরা পাল্লবা, পাজল্লে কায়রিবা হিংচাবশিংগী নিংথৌ রাবণবু শোয়দনগী হাৎলগনি। অহুগী তুংদগীদি নখোয়গী যাগ যজ্ঞ পূন্নমক কায়ররোই অমস্তুং তাইবং মী, লাই খিবিমক য়ৈখাই খিঙ্গাইবা য়াওদনা পানবা ঙম্নগনি।"

মতম অসিদা নিংথৌগী পুরোহিতশিংনা মচা ফংননবগী তৌরিবা যজ্ঞ অহু মপূংফানা লোইরম্মি। ইখঙ খঙহৌদনা যজ্ঞগী মৈমুংহুদগী লাইগী মুত্তি অমা মথুঙ্গা পুখম অমা পায়রহুনা ভগবানমক য়াওরবা চেং অমদি শঙ্গোমগী পুখম অহু নিংথৌদা পীরম্মি। দশরথ নিংথৌনা লাইনা পীনবীবা মহী অহু থক্লে হায়রগা অরেম্বা অহু মাগী মহারাণী কৌশল্যা-কৈকেয়ী অমস্তুং সুমিত্রা অহুমদা থক্লনব পীরম্মি।

মতমগী খোংলে তুংইন্না লাইগী শক্তি য়াওরবা মহী অহু থকপদগী গর্ভ পুখ্রবা মহারাণী অহুমগী থাশিং-কুমশীং শুরহুনা দশরথ নিংথৌগী কোমুং মমুংদগী মহারাণী অহুম্মক্না মচানিপা মরিথক পোক্লে হায়ন মুংঙাইবা ফোংদোক্নুনা খোজংলক্লে মোইবুং অমদি মালেম নৈমস্ত ঋতুগী য়াওন্দা অনৌবা ফিজোল হোংলহুনা, অরা-অনা পাপকা অমোৎপা খিবিক কুমগী নোংহৌনা চামথোকখ্রহুনা থোরক্লে মবুংঙোবু ওকচগে হায়না।

ধর্ম্ম লৈরবা কৌশল্যাগী গর্ভদগী জগৎকী অরা অনা খিবিকপু কোকহনবিগদৌরিবা মহু-ময়াই কল্লবা লঙ্কাগী রাবণবু হাৎলগদৌরিবা শ্রীরামচন্দ্রবু পোকথি অহুগা মশাগী ওইজবা থিহুনা মচা

ইবুংঙোম্বু নিংথৌ ওইহন্নবা শীনবদা অযোধ্যাগী মবুংঙোনা পান্না-শেংনা মৈচাক্লা মতিক লৈবা দশরথ নিংথৌগী থরাই চুপলগদৌরিবা অহুগুম্বা মচ' ভরতপু কৈকেয়ীনা কংজখি অমদি সুমিত্রাগী গর্ভদগী শত্রুঘ্ন অমসুং লক্ষ্মণ অনিবু পোকখি।

হৌনবী তুংইন্না রাজকুমার মরিগী জন্ম উৎসব মপুংফানা পাংথোকখ্রে অমসুং মতমকুইনা ফংজদহুনা লৈরম্লবদগী শৌনা মচা নিপা মরি পুল্লপ্না ফংজবদ্দা নিংথৌ মহারাণীশিংগী হুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

মতমগী থোংগৎ কনানা থিংবা ঙমগনি; থিংঙমদ্রবা ঈচেলসিনা চেস্থখ্রি লেপ্তনা অমম্বা পুক্সিগী সমুদ্র তম্না পুহুনা থোদোক কয়া অয়া হুংঙাই চাংজৌ অনিনা চপ্তুনা। ঈচেলসিদা তাউথরিবা মীওই থিবিক নোংমা নত্রগা নোংমদি অয়া-হুংঙাই অনিদা থূদি থিজন্দুনা পুক্সিগী মশক লেপ্নবা ঙাক্তনি: অহুবু অযোধ্যা কোহুং মহুংদদি হুংঙাইবগী ঈপাক্ত তাউহুনা চৎলি। নোংমা-নোংমগী অঙাংশিং অহু চাউবা মপূং ফাগৎলক্লি হায়নিঙাই লৈতনা মশক মতৌ ফজরবা অঙাংশং অসি মমা মপাগী থম্মোয়গী অতিয়াদা থাজগুম ঙাল্লম্মি অহিংদনা, অহুগা কোরৌগুম থোকলম্মি অমুক-হুংখিন্দনা।

খ্বাইগী অহল ওইরব রামচন্দ্র অসিনা অঙাং ওইরিঙৈ মথোংদা থোংজি থাংলিঙৈ মতমদা নোংমগী হুমিত্ত' কৌশিকী মচা অথোইবা বিশ্বামিত্র মুনি কোহুংদা লাক্লম্মি অহুগা দশরথ নিংথৌগী মফমদা মচানিপা অহল রামচন্দ্রবু মথোয়গী লাইনিং-লাইশোলগী থবক অমদি যজ্ঞদা অকায়বা পীরিবা হিংচাবশিংবু ঙাকপিহুনা মথোয়গী যজ্ঞ মপূং ফানা চথবদা খুৎলৌ-পারোবা লৈতনবা নিজরম্মি। চাংনবা লৈতনা ব্রাহ্মণনা পাম্লিবা অহু পাংথোক্লবা মচানিপা অহল রামচন্দ্রবু, চাম্নবা মনাওনিপা লক্ষ্মণগা লোয়ননা থাবা অহু য়ারম্মি। মহারাজনা মচাশিংবু কৌশিল্লগা হায়বিরমই—"ইচাশা! ব্রাহ্মণ অসিগা লোয়ননা

চৎলু। নখোঁ "পাংথোকপা" ওইয়ু। লখী লমথাংদা "অশোইবা অতাম" থোক্তবা ওইলসু। মণিপীদমক্তা "ঈশ্বরদা হয়া হয়া প্রার্থনা তৌজরিণ"।

থৌনাফরবা লিকুং পায়বা নিপামচাশিং অহনা ব্রাহ্মণ অহুগা লোয়নন্না কোয়্ং থাদোক্ত্না থোং শান্দোয়কপা অহু উবদা প্রজা পুন্নমক্না ভক্না য়েংনরম্মি মরমদি মখে য়গী নোৌরবা চহি মতাং অহুদা থেংনগদৌরিবা থৌদোক অহু ওঙ্গোক্লগী লাম্বা চাদবা ওইনা মখোয়না থল্লম্মি। তৌইগুম্বসুং কনানা খঙগনি! অসিগুম্বা নৌরিবা নিপা-মচাশিং অসি জগৎকী মপু ওইরিবা, অহৌবা অরোইবা নাইত্রবা ইবুংঙো মহাক্না শায়োল্লকপনি হায়বসে! কোয়ুং মমুংগী নুংঙৌ থায়বা লৈমায়দদা চৎচরিবা তনৌ তনৌরবা, থম্বাল লৈকাগুম থোংলবা মখোঙ মচাশিং অহুনা বনগী লম্বদা লাকপা অহুদা অরাবা থিবিক কাউথিনবা হায়হুনা হৈ-শিংলবা ব্রাহ্মণ অহুনা থায়না মমাংঙৈদা থোকখিবা অঙকপা, মুংঙাইরবা, থৌনাফবগী থৌদোক কয়াগী রারী লীহুনা তাহল্লি; মহুনা সমুদ্র ঈমাইথক্তা তাউরিবা কোঙ্গোলবু ঈথক্না পুহুনা চৎপগুম মুংঙাইরব রারী অহুনা লম্বী চৎপগী অরাবা অহু কাউহন্দুনা পুরক্লে রাম-লক্ষ্মণ মচিনমনাও অনিবুসু।

মন্ত্রগী শক্তি অমদি পূক্নিং থৌগৎ-রাহে কয়া শিজিন্নহুনা নৌরবা মখোঙ মচাশিং অহু চাকথদনবা হোৎনরম্মি অমসুং মহুনা মরম ওইহুনা নৌরিবা অঙাংমচানা মমাগী মনাক্তা কোয়চৎ চৎপদা অরাবা থঙদবগুম রাম-লক্ষ্মণ অনিসু থোংচৎ অহুগী অরাবা করিমত্তা থঙলমদে।

মহর্ষি বিশ্বামিত্রনা তম্বীবা মতুংইন্না রাম-লক্ষ্মণ অনিনা মচিন্দা "বল অতিবল" (বলা, অতিবলা) হায়বা মন্ত্র অসি শোল্লা শোল্লহুনা নৌহোনবা পাঙ্গলগা লোয়নন্না লমশাং অহু চৎলকলে। প্রকৃতি দেবীসু হরাওনা নোকচরি; মবুংঙো অনিনা লেংঙকপা

অহু উবদা লৈজবা খুদোনপোৎ লাম্বোকতম্রি মোমোন মিনোক্লনা। মাসংগী কোরোইদা নোম-নোম হাই-জম্রিবা, মকাকম্না শাম্তোক্লবা থম্বালনা পুমকুপ কুপশিন্নবা পাংকী নিংথিজবা মপাল মপান্দা শিরিষ কুসুমগী বন মচা-মচানা মফম গনা চানা লৈরিব ; উপাল-থক্তগী উচেক রায়া থিবিক্লা "বুংঙোগী মঙ্গল শক-শোল্লম্নে' চি্ক চি্রক খোঙ্গেন্না পুমনিল লিলহল্লবা মফম অহু য়োরক্লবদা মহৌশাগী খুদোল শহু হরাউ হরাউনা লৌ বথরে মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনা। পুখ্র মপান্দা হৌরিবা শাংকায়রব থম্বাল অহু ইবুংঙোগী মথুৎমক্লা হেক্লম্মি। মালেমথক্কী কুম্মে অসিনা হেনগ্রনি মতাগুম নোংদোন অতিয়াসু মবুংঙোবু শুংশাগী মৈশাদগী কনজননবা লৈচিল মপৈ মপৈগী থাকন থঞ্জরক্লে।

শুক্লৎনরবা মাইথোঙনা মাগী ওইজবা, নিংথিজবা মিৎপান্নরবা, খোইখোইনরবা শম্নাংনা পূংয়ান য়েংবদা কামদেবমক্লা ইকায়নিঙাই মশক ওইরবা রামচন্দ্রনা কৌশিক মুনিগী আশ্রম তম্ন মথুত্তা লিক্লং খুহুম চেৎনা পায়রহুনা 'শঙল খিঙলহুনা চংশিল্লক্ল'ম্ম। মতম অহুমক্তদা নোংদোম্বক্তা—তাড়কা কৌবী হিংচাবী, য়েংবদা অকিবগী মশক ফংলবী অহু, শ্রীরামচন্দ্রগী লিক্লং খিংবগী মখোলহু তাবদা অহিংগী মতমগুম্না পুম্মু মুরবা শকফম অহু মুশুক মুরবা নোংগী মতুম পাইরকপগুম পাইশিল্লবথি রাম তম্না —উরক রারক ফাওক্লক্তুনা হোৎথরক্লে খেক্লা-লাউনা ঙংলহুনা অকিবা শকফমহু পুবহুন। থুৎলৈ থুনা, চৌংলেম্না তনৌ-তনৌরিবা মপাম্বোম অহু থাঙ্গৎলহুনা মচিন পারবা অথোবা তেন অমতং শৎলহুনা শঙাইশেলগী মতৌগুম্না কাপথিরমই অমস্তুং তেম্না পাল্লবা তাড়কা হিংচাবী লৈমায়থক্তা চৌংমায় অমা নিংথায়রক্তুনা পৈবগুম তাহুনা লৈরে। ঙাইহাক্কী মমাংদা ধর্ম্মগী লম্বী মাংনা তাক্লবা হোৎনবনা মথৌ ওইরবা, মুনি ঋষি কয়াগী থবক্তা অপন্নবদ পীহুনা লৈরম্নবা তাড়কা কৌবী হিংচাবীগী থরাই য়াওজ্রবা হকচাং অহু য়েংবদা অঙকপগী মশক

ওইরম্মি। বিশ্বামিত্রনা অঙাং ওইম্রিবা রামগী মপাঙ্গল, হৈশিংব' অহু উবদা য়াম্না। শুক্রম্মি অমম্তুং মতম চুম্নদা ওৎ-নৈহনা অন্নাবা পীরম্লবা তাড়কানা শিত্রবা অহদা জগৎকী মবুংঙোগী মকম্নদা থুরুমজরম্মি।

শ্রীরামচন্দ্রবু থাগৎ থাগৎনা বিশ্বামিত্র মুনিনা মথোয় অনিবু যজ্ঞগী মফম তাম্ন পুরক্লে। যজ্ঞ মফমহু হেক য়োৌবমক্তদা শ্রীরামচন্দ্রগী মপুক্লিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা হুংঙাইবা পোকখিরম্মি ভগবান বিষ্ণুনা বলিগী শক্তি নমথনবগীদমক্তা বামন অবতার তৌঙৈদ। লৈরম্লবা আশ্রমনি। ঋষিগী থাঙপোকশঙ হেক য়োৌবগা অয়াম্বা মুনি-ঋষিশিংনা যজ্ঞ তৌবদা পুক্লিং থিংজিন্নবা লৈরম্মিবা অহু উরহুনা রাম-লক্ষ্মণ মচিন-মনাওনা মায়কৈ আনিদা লেপ্তুনা যজ্ঞ অহবু ঙাক্লম্মি। ঙাক্লা ঙাক্লা নারোন্দা অরাপ্পদগী হিংচাবাশিংন যজ্ঞগী মফমদা শহুম অমম্তুং ঈ চাইশিন্নক্তুন যজ্ঞ থুগাইগে হায়না তৌরকপা মতম অহুমক্তদা শ্রীরাম-চন্দ্রনা থোরবা তেলাশিং শৎলহুনা নোংদোনথক্তা যজ্ঞ কুণ্ডগী মথকমক্তদা পাইরিবা হিংচাবশিং অহু তমহুনা কাপখিরম্মি অমম্তুং লঙ্কাগী মবুংঙো রাবণনা যজ্ঞ মাঙহন্নবা থারকপা মারিচবু লৈমায়থক্তা পুথরকখি অমগা সুবাহুবুন মথরাই লৌখিরমই। মহাক হায়জবা তুংঈম্না মারিচবুদি অমুকহন্না ধর্ম্মগী যজ্ঞনচিংবদা থুগায়দনবা তেন্না চেন্দুনা সমুদ্র রাংমদা পুখিরম্মি অহুগা হিংচাবা খিবিকপুনা পুমচাই চাংথাইহনা তাম্হোকখিরমই, শক্তি কল্লব' জগৎকী মবুংঙোনা অবতার তৌর'রিবা শ্রীরামচন্দ্রগী মখাংদা খাংবা ঙমদ্রবা হিংচাবশিংন শিবনা শিগ্রে, শিদবমথৈদি মথরাই পুরহুনা থাপ্পা থাপ্পা চেন্নখ্রে। মুনি ঋষিশিংগী যজ্ঞ মপুংফানা পাংথোকখ্রে।

## ৮শুবা সর্গঃ

মতম অসিদা মিথিলা দেশতা জনক নিংথৌনা যজ্ঞ অমা তৌরাম্মি। যজ্ঞ অসিদা য়াওরনবা বিশ্বামিত্রবু বার্ত্তন তৌরম্মি। মরম অদুনা যজ্ঞ পোইরবা মতুং নোংঙানবদা মহাক্না রাম লক্ষ্মণগী মফমদা হংলম্মি—"মী লাই অমতনস্মু থুদেকপা ঙম্মত্রবা শিব মহাদেবগী লিকুং হায়বহ নখোয়না অনি কয়ামুক য়াম্না য়েংনিংলগে ?" রাহু হেক তাবদা হরাউখিবনা গথুবাক প্রোক-প্রোক থুরম্মি অমসুং মতু য়েংজবা ফংবা তারে খনবদা রাখলগী মংলান্দা তাউরম্মি মরমদি অঙাং ওইরিঙৈ মতমদগী হৌনা মমিং চংলবা লিকুং কয়াগী রারী তারক্লম্মী।

"অদুদি ফরে, নখোযস্মু চংলসি," বিশ্বামিত্রনা হায়রকই। "ঙসি নখোয় ঐগা লোয়ননা মিথিলাদা চংসি। মফম অদুদা জনক নিংথৌনা যজ্ঞ অমা তৌরি, যজ্ঞ অদুদা য়াওননবা মুনি-ঋষি খিবিকপুস্মু বার্ত্তন তৌরি। হায়রিবা শিবগী লিকু' অসি মাগীদা লৈবনি, মহ নখোয়দা ঙসি ঐনা য়েংহনগনি।" অসি হায়রদুনা বিশ্বামিত্রনা রাম-লক্ষ্মণ মচিনমনাও অনিবু পুরদুনা বিদেহ সহর তম্না লাকখি। অস্নুম লাকপনা গৌতম ঋষিগী আশ্রম য়ৌরবদা, ইকায থুম্ননিংঙাই ওইরবা ঋষি অসিগী সহধর্ম্মিণী অহল্যান ইন্দ্রদেবনা মরম ওইদুনা নুং ওন্দুনা লৈরিবগী রারা অদু লৌদুনা ভাহল্লম্মী অমসুং মদুগী কোক্লবগী উপায়স্মু শ্রীরামচন্দ্রনা নুং অদুদা মখোঙন শোক্লরব মতমদদা ওইগনি হায়বসি ত রবদা পুম্নমক থঙদা উদা লৈত্রবা জগৎকী মবুংঙোনা অবতার তৌররিবা শ্রীরামচন্দ্রনা অহল্যাবু মশাগী হাম্নগী ফিভম হলজিনহনবিখিরমই।

নোংমগী লম্বী চংলবা তুংদা দশরথ মহারাজগী মপারী অনিমক মহর্ষি বিশ্বামিত্রগা লোয়ননা নিংথিজরবা বিদেহ সহর য়ৌরক্লে।

সহরদুগী প্রজাশিংনা মশক-মতৌ ফজরবা রাজকুমার অনিমকপু অঙকপগা লোয়ননা য়েংনরম্মি অমসুং হরাও-তয়ায়া মথোয়বু ওক্লম্মি। অচম্বা মীওইনা উবমক্তদদি থঙবা ঙমত্রবা জগৎকী মবুংঙোনা অবতার তৌরিবা শ্রীরামচন্দ্রবু উবদা মপুক্লিংদা অঙকপা পোক্লোইদবা করি লৈবগে ?

মিথিলাগী মবুংঙো জনক নিংথৌনা নিপামচা অনিদুবু হেক উবমক্তদা অঙকপা পোক্লমই। মথোয়গী চীংলেম্বা মতৌ, অকিবা পোক্তবা শাজং পুম্নমক অসিনা মাগী থম্মোয়দা থোইদোক হেন্দোক্লা আনগী পরিচয় থঙনিংবা পোকহল্লমই। হংজরকই মুনিগী মফমদা নোল্লুক্লা—"মরাইবক ফবা করম্বা নিংথৌগী মচা ইবুংঙোশিংনো মথোয় অনিসে ?"

"অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথকী মচানিপা ইবুংঙোশিংনি" খুম্মকই মুনিনা।

"অদুদি থোইদোক হেন্দোক্লা ইকায়খুম্ননিংঙাই ওইরবা মীশক ঙাক্তনিনা—লেংশনবিরকসি" হায়না মখা তাজরকই নিংথৌনা। মতিকচাবা মফমদা ফমহনা যজ্ঞ অদু য়াওরক্লে—নিংথৌমচা অনিমক। যজ্ঞ অদু লোইরবা তুংদা বিশ্বামিত্র মুনিনা জনক নিংথৌদা রাজকুমার-শিংহনা শিবগী লিরুং অদু য়েংনিংবগী অপাম্বা অদু খঙহল্লমই। মদু তাবদা নিংথৌনা থীন্দনা মনাইশিংগী মফমদা লিরুং অদু পুথোরক্লবা য়াথং পিরমই।

"য়েংবিয়ু লিরুংসে। নিংথৌ অমদি সেনাপতি কয়ানা থুদেকপা ঙম্মক্তবনি" নিংথৌনা হায়ররমই।

রামচন্দ্রনা লিরুং অদুদা মুন্না য়েংলম্মি। অদুদগী চীংলেম্না হায়জরকই—"লিরুং অসি ঐ অমুক্তা থুদেকপা ঙম্মা য়েংজবা য়াগত্রা ?"

মদু তাবদা নিংথৌ জনক্লা নিপামচা অদুগী অপাম্বা অদু উবদুদা মোমোন নোক্লম্মি—মপুক্লিংদদি লিরুং অসিগা য়েংনবদা

মহাক অসি চহি য়াম্না নোমল্লি থোইদোকপা কায়রোই হায়না খল্লম্মি।

মহর্ষি বিশ্বামিত্রন হায়রমই—"য়েংজসন্থু! মহাক মথৌনা লৈবা অমদি মপাঙ্গল য়াম্না কনবা নিপামচা অমনি।"

নিংথৌনা খুমজরকই—"নত্তেদা মুনিদেব। মপাঙ্গল কল্লবা লিরুং পায়রবা কয়ানা ঙমখিত্রবা লিরুং অসিবু তনৌ তনৌরিবা মঙোম্দা থুদেক্লবা হোৎনহন্দুনা অরেম্বদা মপাঙ্গল য়াম্না তোক্কনিদা!"

"হে নিংথৌ নঙনা খঙত্রবননি," হায়রকই বিশ্বামিত্রনা। "নিপামচ অসিগী মপাঙ্গল অসে। মাগী চহিগী মপাঙ্গলগা য়াম্না খেন্নবনি। থৌনা ফবা মীদবু চহিনা করি অপনবা পীনিংঙাই লৈবগে?"

মুনিনা হায়মল্লবত্তুদা মমৈথংদদি নিংথৌনা য়ারত্তুনা লিরুং অত্থু থুদেক্লবা হাযজরমই। মাগী মখম্মোয়ম্মু'দা কল্লিম্নুংগী লিরুং অত্থু থুদেকপা মীদা মশক মতৌ ফজববী, মচানুপী সীতাবু থাজগনি হায়বগী নিয়ম অসি থমখিবনো হায়না খল্লম্মী মরমদি শ্রীরামবু উবদা মাগী থম্মোয় অত্থ শুক্ষংখত্তন মাগী মচানুপীগী মতিক চাবা বর অমনি হায়না লৌখিরমই।

অয়েংবা মী পুম্নমকপু ঙকহন্না শিব মহাদেবনা শিজিন্নরম্বা মতিক মগুণ লৈরবা লিরুং অত্থু যোমোন মীনোক্কা লোয়নদা লিরুং অত্থুবু থাজত্তুনা ইরায় লায়না লিরি হাপখিরমই অমসুং ইরা-রাদনা কামদেবনা লৈরাংগী লিরুং শিজিন্নবগুম লিরুং অত্থুবু মথুৎ ওয়না পায়রগা থুৎ য়েংনা লিরি চিংবদা লিরুং অত্থ ময়ায়দা থেগাক তেকখিরমই। খোঞ্জেল অত্থুনা হৌবনা নোং খোংবগুম্না পুমনিল নিলখিরমই। মখোলত্তুনা লৈরিবা ভাবুক পুম্নমক্কী, মহর্ষি বিশ্বামিত্র অমদি জনক নিংথৌ নত্তনা মনা য়েশিন্নরমই অমসুং ক্রিবনা লৈমাইথক্তা ত্তুনরমই।

"ওসিদি ঐনা খ্বাইদগী অওকপশিংগী মসুদো খোইদোক্না ওকুবা অমা উজবা ফংলে।" নিংথৌনা রামদা থাজনিঙাই ওইত্রবা মপাজল লৈরবা অহুগীদমক্তা মপা লৈতনা মুংঙাইজরমই। "মপা লৈতনা কল্লবা রামনি, অহুমক্তনা কনানসু থুদেকপা ওয়খিত্রবা মখিং চংলবা শিবগী লিকুং অসিবু থুদেকপা ওল্লিবনি। লাম্বা লৈত্রবা মথৌনা লৈবা মরম্না ঐগী ইচানুপী সীতাগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবনি।"

থীশনা শেংলবা যজ্ঞগী মমাংদা অমদি ভিল্লিবা মী পুন্নমকীসু মমাংদা নিংথৌনা লক্ষ্মী ওইরবী মচাইবেম্মা সীতাবু মতিক মগুণ লৈরবা রামদা পীরম্মি। অহুগী তুংদা মহাকী লৈবাকী ইকায় খুম্ননিংঙাই ওইরবা পুরোহিতপু অযোধ্যা কোম্নুংদা দশরথ নিংথৌগী মফমদা মচানিপা রামগী লুহোংবা য়াওরনবা লেংবীরকুবা থারম্মি। মতিকচাবা লাম্মী পুরক্তুনা দশরথ নিংথৌনা খুৎলৈ থুনা বিদেহ তম্না খোংশাল্লকখি অমসুং মচানিপা রামচন্দ্রগা জনক নিংথৌগী মচা ইবেম্মা সীতাগা লুহোংবদু য়াওরম্মি। লৈবাক অনিমকী নিংথৌনা অসিগুম্বা লাম্বা চান্নবা লুহোংবা অসি থোকপ অসিদা নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈরমদে। মাতক চানা অউনপোৎ তম্নহুনা মচানুপীবু অযোধ্যা তম্না থিন্দোরকখি।

লাম্মী ময়াম্মা ওাকশেল্লহনা রাম-সীতা-লক্ষ্মণ অমদি মপাইবুংঙো দশরথ নিংথৌ—বিশ্বামিত্র মুনি পুন্নমক অসিনা বিদেহ থাদোক্তুনা খোংশাল্লক্লে অযোধ্যা তম্না। হরাউ-তয়াম্না লাকপা খোংচৎ অহু ইথঙ-খঙহৌদনা অমঙ্গলগী খুদমগা মায়োক্নবা হৌরক্লে। অকনবা নুংশিৎ অমা অরাংলোমদগী শিংলক্তুনা দোলাইগী ফিরাল হুম-দোক্লক্লে—মচেৎ-মচেৎ শেগাইখরে। নুংশিত্তু কন্নমন্নবনা চংগা য়াশিল্লক্লে; খোংকাপ খুদিংগী মী পুন্নমক স্বর ফুনবা হৌরক্লে। নোংদোম্বক্তা ওাল্লিবা কোরৌহনবগী অকোয়বদা অমুবা মচুগী থবিয়ুম শারমই অমসুং লাংজাগী মপৈ-মপৈনা খোংচৎ অহুগী মাইয়োক্তা

পাইখিল্লকমই। অকিবগী মশক ওইরবা থৌদোক অমা থোকদৌরি হায়বগী মতাংগুম ঈ-মচুগুম ঙাংলবা লৈচিললা অতিয়াদা পাইরমই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, খুদোংথীবা থোক্তদৌরি হায়বগী শোয়ক্রবা খুনম ওইনা লমচুই শঙ্গু শঙ্গুনা নোংচুপ মায়কৈদগী খোংলক্লমই। পুম্নমক অসি উরবদা চৎলিবা মী পুম্নমক রাবনা থরক-হনগৎনরম্মি। করি থোকলগবা খল্লহনা লাইগী নোংদম ঙাইহন্নন লৈনরম্মি। অকিবা থোনকমদা দশরথ নিংথৌনা মাগী পুরোহিতকী মকমদা হংজরকখি—"হে মুনি! কররম খুদোংথীবা থোক্লগদৌরিবগী খুদমনো?"

পুক্লিংদা খাজবগা লোয়ননা পাওথুম পিরকই—"থোইনা রাকম লৈতে, পুম্নমক মঙ্গল ওইগ'ন, হে নিংথৌ!" রাহে অসি হায়বা লোইকাব্রিঙৈদা খ্বাইগী মাংদা অরংবা মচুগী মূর্ত্তি অমথক উরম্মি—মতুনা থীন্দনা পুম্নমক্তা মমাংদা কাল কৌবা লাইনা মথুত্তা দণ্ড পায়রহনা লেপ্লগুম ক্ষত্রিয় জাতিগী য়েক্লবা ওইরবা অমদি ক্ষত্রিশিংবু হম্না হম্না কুম্নাথোইরক মপাগী রাথংনা মমাদগী হৌনা য়েন্দেম থরাক শোইবগুম শোইশ্রবা মমিংতা তাবদা ক্ষত্রি জাতিনা কিনরবা ভৃগু মুনিগী মচানিপা পরশুরামনা লেপ্লয়ে।

মায়থীবা পীওমজ্রবা য়েক্লবা অসিনা মথোয়গী লম্বী থৎলরবসিদা, নহাওইরিবা মচানিপা, য়েক্ল-মায়োক শাওমজ্রিবা রামগী রাখল খল্লুবদা খওহৌদনা লরাই-কোরেলথক্তা বজ্র তারকপগুম রাখি। দশরথ নিংথৌনা নোল্লুক্তা পরশুরামবু তরাম-তরাম ওকচরমই অজুবু শাওনিংখিবনা মিংমান্নবা রামলোমদা মুন্না য়েংহনা লৈরমই অমসুং মহাকপু ব্যবহার তৌরিব' পুম্নমক থৌশাদনা। মাগী থম্মোয়দা নৌরিবা রামগী শক্তি—মথৌনাগী পাউ তাবদা কল্লক মিহৌবগী রাখলগা লোয়ননা মথল্লাই হুংঙাইরমদে।

"মী লাই খিবিক্লা থুদেক ওমখিজ্রবা শিবগী লিরুং অহু নহাক্লা থুদেক্লুনা নিংথিজরবী সীতাবু লোয়নবী ওইনা কংলে লায়বসি

ঐডোন্দা তম্লরেনে। করে, নহাক্না ঐগী ইমিং লৌহূনা ঐগী ইতিক-ইঙাক্লগা চপমান্ননা পৃথিবী অসিদা নমিং চৎলক্লে! কনহুম নোক্লিং-ইদা—হাঃ হাঃ হাঃ—খঙজো। অদু ওইরবদি হে কন্নামজাওবা, ঐগী মিংচৎ অসি কংনিংবা মীশিং অত্তু, ঐডোন্দা হেক শীংনরকপদা ঐগী থুত্তা পায়রিবা অক্কিবগী মশক ফংলবা শিংজং অসিনা মঙকশম অঁদু খবৎ কক্কদবনি। হৌজিক্তি হে ক্ষত্রিয় শাগৈদা মরু হুন্নবা, নহাক নত্তনা ঐবু শাওহনবা ঙম্বা কনাস্নু লৈত্রে—নঙবু জম্ম ভৌত্রিমথৈদি ঐগী নুংঙাইবা লৈত্রবনি, শান্তি লৈত্রবনি খঙউ।"

"নহাক্না থুদেকখিবা লিরুং অত্তদি হান্না লৈরম্বা মগুণ অদু মাঙপ্রবনি অদুনা নহাক্না ইরায় লায়না থুদেক ঙমখিবনি। সে। ঐগী লিরুংসি লৌ—থুদেকউ মসি! নহাক্না মসি থুদেকপা ঙম্লবদি মহাক্না মাইপাক্লবনি হায়না হেক্তমক লৌরগে।"

শ্রীরামচন্দ্রনা মোমোন্দমক নোক্লম্মী, অত্তুগা মাগী তনৌ-তনৌরধা মপান্মোম অদু তিংথোক্লক্লদুনা চাংয়েংনবা পীরিবা লিরুং অত্তু লৌথি। বিষ্ণুগী লিরুং ওইবনা, মথুংতু ওইবনিনা ইরায় লায়না থুরক চন্দুনা পায়খিরমই অদুগা মমাংদা লেপ্লিবা য়েক্লবা পরশুরামগী মান্নথোংদা শংত্রিক-শংনা য়েংলগা নোক্তুনা লৈরম্ম। অত্তুদগী লিরুং অদু কৈ মায়থক্তা থম্লগা রামনা লিরি থোংজি পাম্লে, অত্তুগা মাগী কোকথক্তা থাঙত্তুনা পায়রম্মি। তিল্লিবা পূম্নমক অংবু ঙকহন-বমথৈ মাগী মশা অদু অস্নুম অস্নুম চাওথোরব্লমই অদুগা মাগী য়েক্লবা ওইরিবা পরশুরামগীনা অস্নুম অস্নুম পীকথরক্লমই। মুংশিবা মিংয়েংদা রামনা মাগা মিংমান্নবা অদুনা মাগী মমাংগী শক্তি, পাঙ্গল পূম্নমক মাঙখিংনা করিস্নু লৈত্রবা মুর্ত্তি অম' ওইহুনা লৈবদু উরম্মি।

"নহাক্না চপচানা ঐগী ইক্কমদা অকায়বা তৌরুরবস্নু হে থৌনা-কবা। নহাকপু হেক হাংনিংত্রে! নহাক্কী অপাম্বা খল্লু? নথম্লাই লৌবা পাম্বরা—নত্রে হায়রগ স্বর্গ থাদোক্না নহাক হিংনিংলিত্রা?"

য়াম্না মোল্লুরা, পরশুরামনা মথল্লাই কনবিনবা ঈশ্বরগী শক্তি চেল্লবা থৌনাকবা রামগী মফমদা হায়জখি।

"ঐবু কনবিয়ু, ঐনা খুরুমজরি—তীর্থ খুদিং খুদিংদা কোয়রুনা লৈজরুরগে। হৌজিক্তি নহাক অসৈ ভগবান বিষ্ণুনা অবতার তৌরকপনি হায়বসি খঙজরে। নহাক্ন পীবিবা দণ্ড অসিনা ঐনা মতম অমদা সংসারগী মুংঙাইবা, ফজবা, মরাং-কায়বা পূন্নমক অসি থাদোকপা ঙমদতুনা লৈরম্বা অত্ত ঙসিদি ঙম্মল্লে, ঐ অসি ওম্মোল্লা পঙনা লৈরম্লবনি।"

"নহাক্না নিংজরিবা অত্তু ফংজবা ওইসনু" হায়রকই রামচন্দ্রনা। নোংপোক মায়কৈরোমদা ওল্লগা, মহাক্না মাগী তেনৈক্তে অত্তু কাপ-খিরম্মি অত্তুদগী পরশুরামগী স্বর্গ ফংবগী থোঙ অত্তু মতম পূম্বগী ওইনা থিংজিনখিরমই।

মাইখিরবা অথৌবা অত্তু অত্তুদগীদি মফম অত্ত থাদোক্লমতুনা মীগা উনদবা মফমদা লৈরুনবা চংখ্রে।

দশরথনা অত্তুদগী অমুকহন্না মচাশিং, প্রজাশিংগা লোয়ননা লাক্লতুনা অযোধ্যা য়ৌরক্লে। নিংথৌ থুংলবদা অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা মঙ্গলগী পোৎলম লাওতুনা বর-কন্যা অনিবু ওকচরমই অত্তুগা কোল্লুং মন্নুংদনা দশরথকী মহারাণীশিংনা মশক মতৌ ফজরবী কন্যা অত্তবু কোল্লতুনা মুংশিনা চুপচরম্মি।

অত্তুগী তুংদা নহা ওইরিবা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিমক্লা সহরদগী থাপ্না লৈবা কোল্লুংদা চত্তুনা থাবল ফরবা অচিংদা ফুগায়না শাংকায়রবা থরোনা কুপশিল্লবা পুখ্রিদা হরাও-তয়াংগী ঈরুজতুনা শান্নরম্মি, করিশুম্বদনা হৈ-লৈগী লৈকোল্দা চঙতুনা মনম মুংশিবা লৈরাং হেক্তুনা মুংঙাইবা মপুং ফাহল্লম্মি। রাম-সীতা অনিমক্লা মুংশিবগী ঈমায় চোল্লবা ঈচেল অত্তু হরাও-তংগাম মথল কয়া শান্নতুনা মহেং তাহল্লম্মি।

"হে সুমিশিখোইরবী," মাখোন পিন্না হায়রকই রামনা—ককমহুদা সীতানা মবুংঙোদা উরীনা পামেন্দা য়েংচবগুম কোন্দুনা ঈশিং মঙ্গংদা কোঞ্জরম্মি—"নহাক্কী নমিৎ, নশম, চিনবান অমদি নথবাক অসি কয়াদা ফজরবনো ? হে মপাগৈতনা নিংথিজরবী ঐনা নঙবু ওস্থোক্কা সুংশিগ্রে !"

অরোং-অকোং শামবদা সুংঙাইরবা কুম্মৈ অম ওইরম্মি—থরো-থম্বাল মরক্তা। সাতানা থরো থম্বালগী মরক্তা লোংচরমই ; থাবলগী ঈপোম্না য়ৈবদা থরোগী কুচুগা মাম্নরবা সীতাদো থরোমরক্তা লোংগ্রবহুদা থরো ওইগ্রে—থরাই রাজরবা রামনা কোইথি থিজে—মতৌ অহু উবদা অহিং চাক্তারিবা খোইমু অমা-নিদংসু মবুংঙোনা মিপাইবা অহু উবদা নোক্লিংমনগ্রহুনা ঙং-ঙংহুনা পাইথোকখিরম্মি। অসুম্না রানা থিরুরবা তুংদা থরোগুম্নবী সীতাবু ফংজরহুনা কৈবম্মনা পল্লঙনা হম্না-হন্না চুপচৈ অমসুং শেংফাত্তবা রাহৈ মচেৎ মচেৎনা অপাম্বা-সুংশিবা-সুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা কামগী থিংঙমজ্রবা ঈচেলবু পাথোক্কা চেলহনগ্রে।

## ৯শুবা সর্গঃ

দশরথ নিংথৌনা পানবা মপুং ফারক্লে ; অহল মতম ওইশিল্লক্লে ; সংসারগী সুংঙাইবা থিবিক রাক্তনা ফংলে গরম অসিনা অমুক নিংথৌ ওইহুনা মতম শাংদোক্লা লৈনিংদ্রহুনা মচানিপা অহল রামদা লৈবাক নিংথৌ থিবিক শিম্নরম্নগা মহাক্লা বন্দা চত্তুনা লাই নিংলগা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানগ্রগে থম্লক্লে।

রামবু নিংথৌ হাপ্নগনি হায়বা অসি তারবদা অযোধ্যাগী প্রজা পুম্নমক সুংঙাইবগী তমথৈ লৈখিক্লে—মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চেৎনা-চাম্না রামবু কাউনবা লৈতনা কোন্দুনা থম্নরম্মি। মখোয়গী থম্মোয়গা

মাহনা লুংশিজরবা রামনা মপাবুং ইবুংঙোগী মহুৎ শিন্ননি হায়বা পাউসিনা অযোধ্যাগী কাচিন কোয়া খুদিংশীনবা খুংগ্রে। লুংঙাইরবা প্রজা মীয়ামগী মরক্তা শ্রীরামদদি মপাগী মহুৎ শিন্ননি থম্নুবদা থন্নাই লুংঙাইতনা কপলম্মি। হৌনবী তুংইগ্না নিংথৌ খুভম শিন্ননবা খৌরাং পূম্নমক য়ান্না থুনা চথরম্মি।

রাজদরবারদা থবক্তী খৌরাংনা পুমনিল নিল্লম্মি। অভিষেক ভোগদবা নোংমা রাংলিঙৈদা লৈতেং তোবা মীয়ামগী মনিলনা নুংঙৌনা হত্তুনা শেন্নবা কোন্নুংগী মচি ময়া খুদিংমক পুমনিল নিনখ্রে, লম্বী পূম্নমক লৈগু অমদি ফিয়ালনা নিংখিজনা লৈতেংলম্মি অহুগা লুমিদাংদনা সহর অহু থাউমৈনা পুমঙান ঙানবহুদি লাইরেম্বীশিংগী লৈবাক্তা চপ মাম্নরম্মি।

অমুক্তী মতিক লুংঙাইরবা মতম অসিদা মী অমথক্তদি লুংঙাইবগী ঈন্নাং অসিদা য়াওদনা খৌরাংলিবা পূম্নমক অহু মথন্নাই লুংঙাইতনা য়েংহুনা লৈরম্মি। হায়রিবা মী অসি অনিগুবা মহারাণী কৈকেয়ীনি-মহাক্তী রাইহে অমনা অমুক য়াম্বা ধর্ম্মগী লম্বীদা চথরক্লিবা থবক খিবিক অসিবু মথক মথা ওলহন্দুনা লুংঙাইরিবা মীপুম খুদিংমকপু অন্নাবগী সমুদ্রদা লংথগদোরিবনি। মহাক্তী মনাইম্নপী মন্থরাগী মন্নাইহে চানহুনা, রামনা নিংথৌ খুভম ফংগদোরিবা অমদি মীপুম খুদিংনা য়াবা মী অমা ওইবহুদা ওন্থোক্লগী মপুক্লিংদা লুংঙাইতবা অমা কাওখিরম্মি. অমম্নুং রামবু মাঙননবা শীনবনা মাগী মথৌ ওইগে থন্নক্লে। মহারাণী কৈকেয়ীনা থাউমৈগী পরেং পরেং থাল্লিবা অহু য়েংদনা লৈরিঙৈহুদা মাগী নাকন্দা লেপ্লিবা মন্থরানা হায়রকই—

"লুংঙাইবগী খৌরাং খিবিক অসি য়েংলহুনা নহাক্তা করম্না লৈগগে, নচানিপাবু নিংথৌ ওইহন্ননবা হোৎনগেদি নিংক্রহুন্না লোন্নথী লুপীগী মচা রামনা নিংথৌ ওইরগা নহাক্তী করি কাম্নগদোরিবনো?"

"করিনোনে হায়রিবত্থবু—রামনা খ্যাইগী অহল নত্রনে? করম্মা ইচানিপা ভরতনা নিংথৌ খুভম ফংবা য়াগদগেনে?" হায়রকই কৈকেয়ীনা।

"নহাকপু ঙাওরব্রা?" শাউনা মথা শমথয়রকই মন্থরানা। "রামনা হয়েংদগী নিংথৌগী মহুৎ শিনবা ওইখিবা তারবদি নহাক অমদি নংগী নচা ইবুংঙো ভরতকী খুদোংথীবা লাকদৌরিবা ময়াম অসি নঙদি করিস্তু খঙত্রবনিনে? নহাক চপচাবা কৌশল্যাগী মীনাইগুম্না লৈরগদবনি অত্থুগা চাওখোক্লবী সীতাগী য়াথং মথা পোন্না লৈব' তারবনিনে—তারবা! অত্থুগা ভরতকীদি খঙব্রা!—করি ফরুরনি? ঐনা নঙোন্দগী মুমিং-থা উবা হায়রিবনি। ঐনা খঙই—রামনা শোয়দনগী মহাকপু বন্দা থাদোক্লগদবনি নত্রগনা কল্লকপদগী হাত্তোকখ্রগদবনিনে—ইস! মাঙলেদকো তৌদোবসে!! তপথরম্ন থৌরাংলো—খুদক অসিদা থৌদোক অসি থিংহৌরো। নঙগী নপুক্লিংগী রাত্থ নিংথৌদা ফোংদোক্লো—মহাক্তি নহাক্তী নিংথিজবা চেংলোত্থনা শুম্মৎঙম্বনি। মহাক্লা নঙোন্দা শোয়দনগী নংগী অপাম্বা ননিং থুংহল্লকনি। নংগী য়েক্লবরু নমথত্থনা মথক থোঙনা লৈবসিবু নঙবু থক পামত্রব্রা?"

কল্লক-মিহৌবা অমদি য়েংথৌবগী রাঙাং অসিনা লৈহাও চেনবা লবুক্তা হুনবা মরুগুম কৈকেয়ীগী থম্মোয়মুংদা থাম্দনা ময়োল চোংখ্রে। মহাক্লা রামগী মাঙননবা ত্তৌবদা মপুক্লিং লেপখ্রে।

"অত্থুবু ঐনা কমদৌনা রামগী মহুক্তা ইচানিপা ভরতপু নিংথৌ ওইহল্লু হায়গদগেনে?"

"অত্থুদি অরুবা নত্তেদা," হায়রকই পুম্নমক খঙলবী নম্বোনবি মন্থরানা। "নহাক্লা নিংথৌগী মথরাই কনডৈদা বর অনিথক নঙোন্দা পীগনি হায়খিবত্থবু নহাকপু কাউরব্রনে? মতমহুদদি নহাক্লা নিথি-দেদনা? 'ঐনা করিগুম্বা অপাম্বা লৈরবা মতমদা নঙগী নক্কমদা

নিজগে' হায়না নঙনা হায়খিবা নত্রা? করে, অদুনা হৌজিক্তি নহাক্না বর অনিচু অশুম্না নিরো বর অমনা নচাইবুংগোবু নিংথৌ ওইহনবিদু অদুগা অমনা রামবু চহি তরামরি বন্দা থাবিয়ু হায়রু।"

কাউখ্রবা রাকম অমবু মতাং চানা নিংশিংলকপা অদুদা কৈকেয়ীগী মমলপা থম্মোয়দু খংঙাল ঙাল্লমী। "ঐগী ফংকম থোকপা অদু শোয়দনগী নিংথৌগী মকমদগী পীবীনবা হায়রগনি" ফত্তবা থোইনশিন তাক্লিবা মনাইন্নবীদা চেজেংনা কোনশিল্লদুনা কৈকেয়ীনা হায়রকই।

অহল ওইরবী শকথিবী অদুনা থবক অদু করম্না পাংথোক্কদগে হায়বদুগী মরম পুম্নমক খঙহল্লদুনা থুনমক মহারাজগী মকমদা হায়রুনবা মবেম্মবু চৎহনখিরম্মি।

"হৌজিকমক ওইন-কাদা চত্তুনা, নশম ননা ইফা-কানা রাশিন্নদুনা নমিত্তা পিরাং শিন্দুনা লৈরুরো। হোরেল নিংথৌনা নহাকপু থিবা লাকনি মতুদা মঙোম্দা মহাক্না পীগনি হায়না রাশকখিবা বর অনিচু পীয়ু হায়না হেক্তা হায়রু।"

অহিং অদু ওইন-কাদা লৈদুনা শকথিবা নম্বোনবী অদুনা হায়বদুমক ভোরমই।

"নহাকী থরাই কনডৈদা পীবিগনি তাকপিথিবা বর অনিচু পীবিরো নত্রবদি ঙসি অহিং, ঐ শোয়দনা শিরগদবনি।" অসি হায়রদুনা কপশিন্নদুনা কৈকেয়ীনা লৈরম্মি।

"নহাক্না পাম্বা অদু হায়রোদনা অদুদি—নঙনা পাম্বদুমক ঐনা শোয়দনা পীগনি" চীংলেম্না দশরথনা তাপীরকই। "ঐনা রাশকথিবা থবকশিং পাংথোক্লমত্রগদি অরানবা থুডম ফংগনি হায়বা নিংদে।"

"অদুদি নিংথৌ অমা ওইনা রাশকপীরো অদুগা রাথং থাবিত্রো" হায়রকই ইচংথৌনা কৈকেয়ীনা। "অহানবদা ঐগী ইচানিপা ভরতপু রামগী মহুত্তা নিংথৌ হাপপিয়ু; অদুগা রামবুনা উকু-শেং জটা পুদুনা লাইনিংবা ওইহন্দুনা বন্দা চহি তরামরি থাবিখো।"

কৈকেয়ীনা হায়দোরকপা য়াহৈ খুদিংমক অথোবা তাথোক ওইরহুনা দশরথকী থম্মোয় কাওনা থিনবা হৌরক্লে—চৈনাথোক কংলে ; মপাহু হমাং কাংগ্রে মথোল কাইগ্রে—অ্যান ম্যাঙবা হৌরক্লে—য়া ওাংদনা কৈকেয়ীগী মাইথোংদা শংত্রিক-শংনা য়েংহুনা লৈরে—কৈকেয়ীহু অকীবা কংলবী তম্নলাই অমনা মথুক্তা লিল পায়রগা জুক্কাংয়াই শোন্দুনা লৈবী অমগুম্না উরে—শাউরে নিংথৌ—প্রলয়গী মৈরী থম্মোয়হুংদা হৌরক্লে।

"য়ৈাহাংপী ! হেলোইমুবী !! হিংচা য়াইতম্বী !!!" শাউবনা লাক-শিনঙমত্রবা দশরথনা মপা থক-থক নিকপমথৈ শাওরকই। "অহলগী মতম ওইশিল্লরবা অসিদা নঙনা ঐবু চংহাং-হাংলবা! য়ামনা নংগী নকমদা করি অকায়বা চংখ্রহুনা নহাক্না মাগী মকমদা অমুক তমথারবা শাজং চংকদৌরিবনো হে মিচুংশি থঙত্রবী? ঐগী খাগৈবু মাঙহম্নবা অমুক কুইবা অসি কাঙথদা মহু কল্লবা লিল য়োক্তুনা থম্বগুম নঙবু থম্নরবনিদকো! ওঃ ঐ অসি ওষ্থোক্লা পঙথ্রেদা!"

কৈকেয়ীনা য়াহৈশিং অসি তাবদা য়াম্না শাউনিংনা নিংথৌদা মমিং অহু কল্লপ-কল্লপ য়েংহুনা করিসু নাচুংদবমথৈ লৈথোকখি।

"নহাক্না রাশক থুগাইরবদি নহাকীদা মমাঙজবনি ঐদি খুদক্তা আত্মাঘাত তৌহুনা শিরগদবনি," হায়রকই নুংমুক কল্লবা থম্মোয় চেল্লবী কৈকেয়ীনা।

অহুগী তুংদা নিংবা কায়বগী পিরাং, ঈরোয়ননা লাউন-থোংনা কপ্পুনা দশরথ নিংথৌনা খাংখি।

"হে য়াখল থেল্লবী," মহাক্না খুকউ খুদক কুল্লহুনা হায়রকই। "অসি নত্তবা, নহাক্না হেক পাম্বা পোৎমথৈ লিয়ু—মহু ঐনা লোয়রদনা পীগনি। থল্লু নঙসু, করম্বা মপানা, সুংশিনা চাম্না তৌজব্রবা মজালিপাগী মকমদা বিশ্বাসঘাটকী লয়চৎ চৎপা হৌনবগে!

নহাকী থম্মোয়মতুংদা ওক্তোক্লা কত্রবা. রাখল অমা মুমক্তনা থম্ন-লম্নবোইদকো ? হে নিংথিবী নহাকী ওক্নাংনরবা শককম্না লাং ওইহনা ঐবু কাপ্রবনিদকো ! নহাকসে তমথীরবি মুংশিবা পুকচেল চেন্দ্রবী অমনি ! ওত্থোকই, যম কৌবা লাইগী থমান্তা কত্রবা পুংজা অসিদা ঐবু লংশিনগদৌরেদকো !"

দশরথনা হম্ন-হম্ন হায়জর কাওবদা তমথীরবা উচেক্লা মানা পাম্লিবা শহুম অহু কংত্রিবমখৈ থক পাইখিদবগুম কৈকেয়ীনা মানা নিম্লিবা বর অহুতা কংননবা হম্না হম্না হায়রমই ।

"নহাক্না রাশক চেংপা ওইরবদি নহাক কদৌঙৈদসু রাশক থুগাইরোইদবনি । নহাক্না থুগাইরবদি খুদক অসিদা ঐ হু চাহনা শিরগনি," অসি হায়রহনা মহাক্না অমুক্কা হম্ন হায়রক্লে ।

অহিং চুপ্পা অহু দশরথনা খুংলাইনা শোক্লবা মী অমগুম্না কৈকেয়ীগী মহু কল্লবা রাহৈগী তেম্না থাহনা মৈচাক খাঙহনা তেংথা-নাওইনহনা লেনখি, অহু কাওবদা পুকচেল কত্রবী মহাকী থম্মোয়মহু খজিক্তা কাওবসু পেৎলমদে । অহুগী মহুত্তা অহোইনহুম নিংথৌগী মকমদা মীচং-মীথায় নাইনা চৎলি—মচা ভরতপু মুংশিবিদে, রামবুতবু হেন্না মুংশিবী হায়না পাওথঙনরমই অমসুং মুংশিহৈতবা মিৎয়েংদা য়েংহনা লৈখি ।

"নহাক্না শীল্লিবা শরৌ অসিবু তশেংনা পাংথোকপা তারবদি অসিমদি থংউ—নহাক অমদি নচাবু থাদোক্কুনা ঐদি চংপ্রগদবনি হে পুককত্রবী," হায়রকই দশরথনা মমৈথংদা কৈকেয়ীগী মকমদা । নিংথৌনা মাগী মফমদা মুংশিদবা অমদি তুক্কচবা মিৎয়েংদা য়েংলম্মি । মস্ত্রি তৌবা খিবিক্লা অকীবগী মশক পুরবা অরাবা মায়োক্লনি হায়বা. থঙহনবগী থুদম উৎলবা অহিংহুগী মতম অহুক শাংবা অমদি মুংঙাইতবা মমাংগী মতমদা থক থেংনখিত্রি ।

মমৈথংদা মীচং মীথাই নাইত্রবী মতম কৌবী লাইরেম্বীনা অরাবগী শককম অহু য়েংনিংত্রবগুম অমম্বগী মুখল তনহাই হাইদোকখ্রে—

নোংঙাল্লে। অনৌবা অইংবা নামিবগী শউমগা লোয়ননা নৌবা থারকপা ধূপকী মুংশিরবা মনম্না মফম খুদিং শীনথুংখ্রে। ফুংঙাইবগী ময়াই কারবা খিবিক্লা নিংথিনা লৈতেং তৌরবা কোমুংগী লম্বীদা জগোয় শাহনা মুংঙাইবা ফোংদোক্লরি অমসুং হরাও ভয়াম্না মুংশি-জরবা মখোয় খিবিকী মবুংঙো রামবু থায়নদগী হৌনা নিংথৌ শাগৈগী শিজিন্নরকলবা অঙৌবা থাক্লনগী মথাদা সিংহাসন্দা থাজন্তুনা অভিষেক তৌবা অহু য়েংনগদবগী ঙাইহনা লৈজরম্মি। মতিকচানা লৈতেং তৌরবা শাস্ত্র, শগোলনা পণ্ডিত পণ্ডিত নিংথৌগী অচৌবা সভাযাত্রা চৎননবগী থৌরাঙদা শেমশাহনা লৈনরে; অসুম্না মীপুম খুদিংমক অভিষেকী মতমহু য়োরক্লবদা লাংতক্লনা ঙাই-ঙাইহনা লৈনরক্লে।

অহুগী তুংদা নিংথৌগী অঙম্বশিংগী মকোক ওইরবা সুমন্ত্রনা দশরথ নিংথৌবু অভিষেকী মফম অহু তান্না থিন্দোক্লদবগী নিংথৌগী কা তান্না চংশিল্লকই। অহুবু নিংথৌগী মহুত্তা থোঙদা কৈকেয়ীবু ওক্লরম্মি। “চৎলু” মখোলহ কল্লপা মহাক্লা হায়রকই—“রামহ অসিদা পুরকউ। নিংথৌনা মাগী মফমদা হায়গদবা অক্লবা রাফম অমথক লৈরে।”

সুমন্ত্রহ তুম্মিন্না মকোক নোম্ন ভক্তি তৌরম্লগা নিংথিনা শেম-শারবা থৌরাং খসি করি অমুক অকায়বা অমা থোক্লদৌরিবনো হায়না মপুক্লিংদ চৌংন চৌংননা থোকখিরম্মি। রামচন্দ্রনা মপানা কৌরি হায়বা হেক তাবগা খীন্দনা দোলাই তোংথন্তুনা নিংথৌগী কোমুং তান্ন থৌগিরম্মি অহুগা মপুরোইব নিংলবী সীতানা মবুংঙোবু তেক্ত-কায়দা থোক্লুনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরমই।

তিল্লিবা মীয়াম খিবিক্লা মখোয়গী মুংশিজরবা থৌনা ফবা রামবু হেক উজবদা লৈকম-লৈকমদগী মুংঙাইবগী থোল্লাউনা লাউ-নরকই, লৈ-শু চাইনরকই; সতী ওইরবী মুমুবী কয়ানা দলাল

মথক্তুগী মঙ্গলগী চন্দনগা য়াম্নরবা লৈ-শু চাইথরমই। অস্নুম্না লাকপনা মপাবুং নিংথৌগী কোম্নুংগী স্নখোং য়োৎলহনা কূমথরগা মস্নুংথংবা শুমাং লাম্হোক্লগা নিংথৌগী কা-দা চংলক্তুনা মপাইবুংঙো অমদি মমা ইবেম্মা কৈকেয়ীগী মফমদা মোল্লুক্না ভক্তি কচ্চরম্মি। দশরথকী মমিত্তুগী, স্নুংশিজরবা, চাওখোকচনিংঙাই ওইরবা মচানিপা রামবু উবদা মপী জর-জর শিন্থখিবা থঙহোদে। মহাক্না রা-ঙাংগে হোৎনজে—অত্থবু হীক হীক লাওনা কপ্পহনা রা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে।

স্নুংশিজরবা মপাগী মশানা ইহীক হীকথনা অহিং তুমদদনা লৈরকপগী অরাবা খিবিক অত্থ উক্লবদা মাগী মথরাই য়াম্না রাথি অমস্নুং নিংবা কায়খিবমই। "হে স্নুংশিজরবা ইপা ইবুংঙো!" থরাই স্নুংঙাইতনা মহাক্না কপ্পতনা মপাগী খুয়াদা তুথরম্মি। 'ঐনা করি তৌবদগী ইপাগী মিত্তুগী পি শীন্থরিবনো?"

অত্থবু দশরথতি করিগুম্বা রাহৈ মচেৎ অমা ফাওবস্নু ঙাংবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না মথরাই স্নুংঙাইতনা মচাগী নিংথিজবা মায়থোংহু অস্নুম য়েংহনা লৈরম্মি।

"ওস্নোকই, ঐহাক্না ইপাইবুংঙোবু কয়াদা অরাবা পীরবনোসে!" কপ্পা কপ্পা রামনা হায়জরকই। ইপা'বু রাহনগদবগী শরুকপুদি ঐদা থুন শিজখরগে! হে স্নুংশিরবী ইম! হায়বিস্নু নচাদা করিনা মরম ওইহনা অরাবা অসি থোকইবনে'? করি থৌদোক্নিনো?"

কৈকেয়ীনা থৌশাদনা মপুরোইবদা য়েংলম্মি। হায়সকই পাউথুম পীবা ওইনা—"নপাইবুংঙো নিংথৌদি শাওবস্নু নত্তে, অরাবা লাম্নং-নবস্নু নত্তে। নহাক্ন মহক্না হায়বা ইনগনি হায়না রাশক্তিবা কাওবদি মানা নিংলিবসি হায়দোকপা কিত্থনা লৈরবনি।"

"তাকপিস্নু, কদোবগে," হায়জরকই রামচন্দ্রনা তহা তহা তৌর-হনা। "ঐ শোয়দনগী ইপাইবুংঙোনা হায়বহ্থ ইনজগনি, রাংথ্রবা চীংদোন্দা কাও কাজগে, লুখ্রবা সমুদ্রদা কূমউ কূমজগে। ঐগীদি রাশকচরবনি, রামদি কদৌঙৈদস্নু মীনমখিদ্রি!"

"ফরে অছুদি," হায়রকই খৌশাদনা কৈকেয়ীনা। "নিংথৌনা ঐগী ইফমদা বর অনি পীবিগনি হায়না রাশকপিখি—অদুগী ঐনা মাগী মথন্নাই ফংলখিবা মতাং অমদা। লাইবক থিবদি, রাশক তাক-তমজবা মী অমগুম্না পাংথোক্তনা লৈরে। অছুবু নহাক্না নপাবুংগী ইঙ্গুং অসি তাক্কে নিংলবদি থুদকসিদা অযোধ্যা থাদোক্তুনা চংশ্রো, মরমদি ইচা নিপা ভরতপু নিংথৌ হাপনিংই অছুগা নঙবুনা চহি তরামরি বন্দা থাবা তাই।"

ইকাইনিংঙাই ওইরবা রাহৈশিংতুনা দশরথকী থম্মোয়দা য়েত্তুন্না খিনবগুম চক-চক থিল্লম্মি, অছুগা রামচন্দ্রনা মচুবু নিংহৌদনা লৌরম্মি। ঈঙনা-লেম্না হৌগৎলগা, মকোক হাইগৎলতুনা কৈকেয়ীগী মাইথোংদা য়ূম্না য়েংলম্মি। মহাক্না চাউথোক্না হায়রকই,—"ইপাগী রাশক শোয়দনা ভাক্কনি। ভরতপু নিংথৌ ওইনা হাপপিয়ু,— ঐদি ওসিদগী বন্দা চৎলগনি।"

অছুদগী নীংবা কায়রবা মপাবু নোল্লুক্না থুরুম্ন হায়রগা নিংঙাইজবী কৈকেয়ীগী মমাংদগী মমা ইবেম্মা—মাগীদমক্তা বিষ্ণুগী মফমদা পূজা তৌরিবা কৌশল্যাবু থিবা থোরকখি। মমাবু যোমোন মীনোক্না লোয়ননা কোনজতুনা অতপ্পা খোঞ্জেল্লা থোকখ্রিবা খোদোক খিবিক চিথদনা তমলমই। পাউচু হেক তাবদা রাখিবনা জ্ঞান মাঙখিরম্মি অতুদগী রাখলগী মমি লাক্লবদা অরাবা কোংদোক্তুনা লাউনা-খোংনা কপথোরকই। "ইমাগী ইবুংঙো হুংশিবা! অরাবসিবু ইমানা কমদৌনা থাঙলসিগেনে" মহাক্না তেংথারকই। 'ঐদি অহল ওইরে, নংবু কায়নবদি ইমাদি ওন্নোই ইবুংঙো! নপাবুংগী য়াথং ইল্লুরসু অহল ওইরকপগী হৌনবা মীরোল হুক্তবনি অছুগা কৈকেয়ীনসু মাবু শুস্মৎপ্রবনি! সিংহাসন্দু নমতুনা লোপ্পদবনি হে রাম! অছুগা দরকার লৈরগদি নপাবুসু হাৎকদবনি। প্রজানা নঙবু হুংশিন্নি, অছুগা মহাক্না তুপীগী মথাপোন্না লৈথ্রবনিনা মাগী মথক্তা প্রজানা শোয়দনা ঈরাং হৌজরক্কনি।"

চাররবা মনাওনিপা লক্ষ্মণনসু অমানা হায়রিবা অতুগী মতুংইন্না থবক চথননবা ময়াম্বদা তক্করম্মি। কৌশল্যানসু হন্না হন্না তক্ক-রকই—"ইমাগী রাম! মনাওনা হায়রিবসি নঙ অমুক্তদি থম্বখো। অহল ওইরবী মমাবু অরাবগী ঈপাক্তা লংথগনু! নপাবুং অমদি নমা কৈকেয়ীগী য়াথঙদবু ইনগত্রা অতুগা নমা ঐগীদি ইল্লরোইত্রা? ঐবু থাদোক্তনবা নঙোন্দা ঐনা য়াথঙ পিরিবা অসিনি। ঐ লৈবাক অসিগী মহারাণীনি—ঐগী য়াথঙসু নিংথৌগী য়াথঙগুম্বনি। অতুগীসু মথক্তা ঐসি নমা অমনি—নঙনা করিগুম্বা ঐনা হায়রিবা অসি য়াত্রবদি ঐদি চরা হেন্দুনা শিরগনি!"

"ইমা হুংশিরবী পলেম, ঐবু থাম্নবা হোৎনবিরগনু।" রামনা চরৈ ফীগাও শানা মাগী থম্মোয় অহু কায়না নিজরকই—"ঐদি ঐনা হায়খিবা রাজদগী হন্দোকপদি ঙমলরোই; অতুনা ইমা ঐবু থাম্বা তৌবিরগম্লনে!"

অরেম্বদা কৌশল্যানা রামবু থাম্নবা হোৎনজরমই। অতুবু মচা রামনা মমাবু থেম্না-নৌনা হায়জহনা মথরাই পেলহল্লম্মি অতুবু অরাবগী পোৎলুমতুনা মাগী মথক্তা অসুক্কী মতিক কন্না নম্থখিরম্মি মতুবু পাক হেক কোকহনবদি ওন্থোক্লা রানা থোকখিরম্মি। থরাই রানা-রানা রামনা সীতাগী মনাক্তা মাইথোং মকশিন্না হল্লক্লম্মি অতুগা পাউ অতু মঙোন্দা তম্লম্মি। মতু হেক তাবদা সীতানা মপুরোইবদা কোনশিল্লম্মি।

"হুংশথোইরবা, নহাক্লা চৎপা মফম খুদিংদা ঐসু য়াওগনি। নহাক্কা লোয়নারিবমথৈ ঐগী হুংঙাইবা ওইজে। ঐবু 'সিদা ইথম্লতা থম্বিরমগনু। ঈশিং লৈত্রবদা থম্বাশনা কমদোনা হিংহনা লৈগনি," কপ্না-কপ্না মপুরোইবগী মফমদা হায়জরকই সীতানা।

"চামথোইরবী! তৌগনু গুক্লবা শা-কৈনা থল্লবা জঙ্গলদা নঙনা কমদৌনা চৎকদগে। অতুগীসু মথক্তা লৈদগী হেন্না থোৎলবা নখোং

অহুনা কমদৌনা তিংথংদনা থনগ্রবা বনগী লম্বীছুদা চৎকদগে। অশুক তমথীবা অরা-অনা অসি নঙনা ঐগীদমক্তা পুহনা চৎপহ্ ঐগী মিৎসিনা কমদৌনা য়েংহনা লৈগনি? বন হায়বসিদি নঙগুম্বী রাজকন্যাগী মতিকচাবা মকম নত্তে।" রামনা হায়রকই সীতাদা।

"অহুবু ঐদি নহাক্কী পুন্সিগী লোয়নবী ওইখ্রবনি," হায়রকই সীতানা মপুঙ্গিং হনবা লৈতনা। সহধর্ম্মিণী অমগী মথৌদি মপুরোইবগী অরা-অনা অনিগী শরুক য়াবা অ সনি। ঐনা নঙগী রারবা মতমদা সুংঙাইনবা শীনবা নঙগী অমম্ববু ঙালহন্নবা হোৎনজগনি হে রাম! নহাক লৈত্রবা কোমুংহুদি ঐগীদ লৈকংলা ওইরবনি। অহুগা শুন্নবা বন অহু নহাক্কী ননাক্তা লৈজরগদি স্বর্গগুম্বনি হায়না লৌবিয়ু হে সুংশিথোইরবা।"

"আঃ সীতা! সীতা!! চান্নথোইবী," থরাই রারবা রামনা অরা-লোয়নরবা-স্বরনা ফুন্নবা রাকৈনা হায়রমই। "ঐনা হান্নরিবা অসি নহাক ভাব তাত্রব্রা? নহাক্কা থোৎন' নৌরবা নশা অহুনা কমদৌনা অচীক-অশা, নোংজু-সুংশা থাঙহুনা অহাংবা মকমদা লৈগদগেনে। মনিং মথা তম্না কোয়না চৎলিবা চরাম্নরবা শা, মহু কল্লবা লিজ কয়াগী মরক্তা ঐনা নঙবু পুবা তারবনিকো। থন্দুনা য়েংউ, চান্নবী নঙগীনি হায়না লৈনবা য়ুম অমা লৈবা ফংগদবা নত্তে, হীপ্পনবা কমুং ফংগদবা নত্তে। নহাক্কী থোৎলবা নৌরবা নশা অহুনা অসিগুম্বা অরাবসি থাঙবা ঙমলোই। নোং চুরক্কনি, সুংশিৎ শিৎলক্কনি! মহুদা নহাক্কী রামনা মাগী চান্নথোইরবীনা নোং-সুংশিৎ মরক্তা পুন্সিগী অরোইবা স্বর হৌনখিবা অহু য়েংহনা লৈবা তাত্রনে!" নিংহন্নবা লৈতনা সীতানা হায়জরকই—"নোং নংজগে, সুংশিৎ মায়োক্নজগে, শাহিং-ঙাহিং মরক্তা চচ্চগে, নঙদনা ঐগী নাক্তা লৈরিবমথৈদি ঐগী অরাবা মচেৎ অমা কাওবা লৈরোই হে রাম! ঐবুদা পুবিয়ু। মকভূমিগী মহুংদা মরুস্থান লৈবা হৌদনা

নত্রা ? হে সুংশিথোইরবা ! নহাক্কী লৈকংলাগুম্রবা খোংচৎ অতুদা ঐনা মরুত্থান ওইনা লোয়নবী ওইজগে হুমিৎকা-থম্বালগা থাগা-থরোগা করম্বা মতমদা কায়নবা য়াওবগে ? তৌবিগনু ইবুংঙো ঐবু পুবিয়ু।"

"নিংথিবী," অমুকন্সু হম্না হায়রকই রামনা। "'সিদা লৈরগা, অহল ওইরবী ইমাগী সুংঙাইনবা সেবা তৌ। ঐবু কায়নবদগী ইমাগী থম্মোয়স্ত মচেৎ তারবনি। মাগী অরাবা অসি কোক্লনবা নঙগী মতেং ইমানা শোয়দনা পামগনি। নঙবু থাদোক্তুনা চৎপসিনা নঙবু সুংশিবদি হায়দগী থাক য়াম্না হেলহল্লগনি! থম্মোয়গী মবেম্মা—হেম্না-সুংশিথোইরবী—ঐনা লাক্তিুবা কাওবা নহাক ঙাইরম্মু।"

অত্তুবু সীতাদি মহাক্না হায়খিবা রাফমদগী থোংফম অমা হন্দোক্তুনা চীংগুম্না লেঙদনা লৈখ্রে। মহাকপু হেক থনম্বদা মপুন্সিগী থাউমৈ মুথৎকনি হায়না মহাক্না রাশক রাশক্না লাউনা-থোংনা থম্মোয় চাক্না কপখি; থেম্বা ময়ারক্তুবসিদা রামতু মমৈদদি মাবু পুবসি য়ারে। মাগী মনাওনিপা লক্ষ্মণসু মমৈদদি ময়াম্বুংগী মতুং ইনজরগনি রাশক-চরবনি হায়না ময়াম্বগী মথোং থম্বালদা থুরুমজরম্লে। থম্মোয় চাউরবা রামনি, মপাবুংগী সিংহাসন ফংলগনি থনবদা মমিত্তুগী মগী শিস্থবা কংত্রিরঙৈনা অহল ওইরবা মপাবু থাদোক্লমলগা বন্দা চৎপতু হরাউ-হরাউনা য়াখি। পাউ অসি থিন্দনা সহরগী মফম পুম্নমক শিনথুংনা শন্দোকখি। মথাদা পমলম্বা মচাবু হিংচাবনা মুনখিহুনা মমাংমক্তুদা হাৎখিবগুম থ্বাইগী সুংশিরবা রামনা নিংথৌ ওইদনা বন্দা চৎপা তারে তাবদা রাবনা হায়নিঙাই লৈখিত্রে। অযোধ্যা-বাসী পুম্বা চরৈ অমনবা হোংখরে, ঙৌরম্বা লম্বী, অমুবগী শকুম তনলৌ লৌখরে; লৈকা ফম্না শাৎলম্বা লৈখোক্তুনী কেনথ্রবা লৈরাং খিবিক মচু-মমেন ঙম্না মাঙখ্রে। মপুক্লিংদা থোইদৌ থিৎনা শাউরহুনা অযোধ্যাপতি দশরথপু থ্বাইনা নিন্দা তৌবা হৌনরক্লে।

মচী মচী খুদিংদা মুত্তক-মুত্তক ঙাংনেরকই "শোয়দনা নিংথৌ অসি ভূতনা পুরবা মী অমা ওইরবনি। রামগী মতুং ইল্লসি, মী লৈত্রবা অযোধ্যা অসিদা ভরতনা নিংথৌ ওইহনা পালহৌরসনু।" মীয়াম্না কপ্পরম্বদগী রাকম অসিদা লেপ্লহনা খ্বাইমক রামগী মতুং ইল্লনি হায়রে।

মতমতুদা রাম-সীতা-লক্ষ্মণনা ইচম চম্বা ফিজেত্তা মখোংদা করিমত্তা তোংদনা নিংথৌ মহারাণী খুরুম্বা চংলকখি। অম্বাবা মিৎয়েংনা খ্বাইনা রামদা য়েংহনা লৈনখি লাউখি মরক্তুদা পেন্দবগী রাহৈনা দশরথ, ভরতকী মথক্তা।

"লম্মন খুম্ফম থোকই হে রাম। ঐখোয় ভরতকী মথাদা লৈনিংদে! নিংথৌ অসি হেলোইনা পুরবনি" হায়বা খোল্লাও অসিনা অতিয়া অহু পুমনিল নিল্লম্মী।

অহুবু রামনা ইয়াং হৌরিবা মীয়াম অহুগী থম্মোয় অহু ফারম্মি নত্রবদি মপাবুংগী মফমদা ইকায়বা পীবগুম থোকনি হায়না খল্লম্মী। মখোয়না কোন্নুংদা থুংলবা মতমদা দশরথনা মখোয়বু থরাই হুংঙাইত্তনা ওক্লম্মি।

মহাক্কী তেংথাখোল রামনা তাজবা কংলকই—"ঐবু হুপী অমনা নমথাক তৌথরে। ফত্রবা রাথল অমা থম্মোয় হুংদা মহাক্না লোত্তুনা থমলমলে। ইবুংঙো! ইপাবু রারোগনু।"

দশরথনা মখোয়বু হয়েং নোংঙাম্রিফাওবদি চৎখিগনু মতমহু থেংখ্রে হায়না হায়জরম্মি।

নত্তে, রামন থুমজরকই। "কৈকেয়ীনা সহরসিদগী ঙসি অহিং সিমত্তদা ঐনা থোকখিবহু পামই। তরেৎ অনিনা থুজিং ওইরবা চহি মশীং অহু শুরবা মতমদা ঐখোয় মফম অসিদা অমুক হনজ-রক্কনি।"

নিংথৌ অমদি মাগী অঙম অথৌশিংনা জঙ্গলদা লৈবা মতমদা চাকথক অমদি হৈথাই থিজাই থিবিক ঙাকহুনবা চান-থক্কা

পুরহনা সিপাই থাবা পামলমই অদুবু পুন্নমক কৈকেয়ীনা পান ওইহনা কল্লবা নোংজু থাগী ঈচেলবু থিংখিবগুম থিংখ্রে। রামনসু মমানা থিংলিবহু নাকন্দা থন্নগা মখোয়না খোংমী-লাম্মী থাবা অমদি চান-থক্লবা পিবগী রাকম অহু শুপন্না য়ারোই হায়না খঙহনজখি।

মহাক্না খ্বাইমক ভাহন্না হায়জরকই—"ঐনা খোংমা-লাম্মী চান-থক্লবা করিমত্তা পামজদে। শীনবিরো ঐঙোন্দা উকৃ-য়োৎ-থুম্মুক অহুদনি ঐনা পামজগ্নিবা।"

মানা নীংক্লবা থুংলে ভায়বগী নুংঙাইবা আশানা কৈকেয়ীহু হরাও-হরাও থোকথিহনা উকৃগী ফিজেৎ লৌজক্লই। মহাক্না লাকপা মতমদা অমত্তা নত্তে পুরকপা উকৃগী ফিহু—অহুমথক পুরকখি। ইকায়-খঙদবমথৈ মহাক্না ফি অহু রামদা পীরম্মি, মহু রামনা শাউরংননা লৌখিরম্মি মরমদি ফি অহু সীতানা শেংননবনি হায়না পুরকপা অহুদা রামগী থম্মোয় য়াম্না শোকখি। মহাক অমদি লক্ষ্মণনা শেংলিবা কিশিং অহু থীন্দনা হোংদোক্লগা উকৃগী ফিজেৎ অহু তনশেং-শেংলম্মী অহুগা মহাক্না সীতাদদি ফিহু পীরমদে। তৌবমকসু ফিহু শেংকনি খনবদা মমিত্তুগী মপী শীন্থরহনা কপ্ন' কপ্না সীতানা হায়জরকই,—"ঐদি ফি অসিদি শেংপা ঙম্রোই।"

"নহাক্তি ফি অসিদি শেংলোই," রামনা খুমলকই থুরেমথৈ। কৈকেয়ীগী মফমদা উকৃগী ফি অহু লংশনখিরম্মি—শাউনা য়েংই মঙোন্দা। কৈকেয়ীনা পাউথুম পীত্রিঙৈগী মমাংদা দশরথনা হায়রকই, "উকৃ শেংপগী রা অসিদি রামগী মফমদদা চংনগদবা রাকমনি অহুন সাতা অমদি লক্ষ্মণদি শেংনিংবা শেংপ' য়াই।"

অহুমকপু ইকায় নাইত্রবী কৈকেয়ীদি রাকম অসিদা শেনবা লৈখিদ্রে; য়াম্না শাউনা লৈখিরম্মি. অহুগা লৈরিবা মী পুন্নমক্তি সীতাবু ইকায়বা পীবা ফিজেৎ অসিদগী নাম্মোকলে খঙলবহুদা নুংঙাইনরম্মি।

অশুম্বা—চৎলকলে রাম-সীতা-লক্ষ্মণ
থাদোক্লুনা অযোধ্যা লমদম্
তুংওইনহৌরে নিংথিরবা কোম্বুং।
কপ্প'-লাউনা কাপ্পনরে পজেম অনি'
প্রজা শেৎনরে মরুপ কায়নরে
দোলাইথক্তা তোংখৎখরে।
মপারী মমোম কায়ন'গুম
রাবনা য়ৈহৎলবা প্রজাশিং
তুংইন্নজরকলে রামগী কপ্পা-কপ্পা
খেম্না নৌনা হায়জহ্নুনা
মিত্তা কজবা রামনা
প্রজা অয়াম্বা থম্লগ্রে তুংওইননা।
লৈপালদা শাৎলম্বা' লৈরাংশিং
চোইনা চোইনা কেনখ্রে
হৈপালদা পাল্লম্বা হৈরাংশিং
থরো ওন্না কপহৌই তাহনা লৈমায়থক্ত
কায়না মৈচাক পুহনা।
পুখ্রিয়াইদা শাৎলম্বা থম্বাল
য়েংনিংদবনা অরাবা দৃশ্যহ্
মমিৎ উইশিন্দুনা থাওখ্রে
উচেক রায়া কপ্পখ্রে
ওঃ য়েংহৈত্রে দৃশ্যসে!
অতিয়াদা ডাল্লিবা থরাম্মিচাক্না
মমিৎ থৎনা-থৎনা
তুমিন তুমিন্না য়েংজরি
রাম-সীতা-লক্ষ্মণব।

খিংদোরকপা মী খরদংগা লোয়ননা বনগী মচিন লাম্বোক্লবা তুংদা তমসা তুরেলগী মপান য়োরক্লে অহিংতুমক্তদা। অহিংতদি তমসা তুরেলগী তোর্বান্দা মথে য় পুন্নমক তুমললমই। অদুবু রামদি অহিংদু তুম্বা ইরামক-য়াখিত্রে—খল্লকই অওনবা মতৌ অদুগী মরমদা—ডাইহাক্কী মমাংদা নিংথৌ ওইরগনি হায়না থৌরাংলম্বা খিবিক তুংওইননা থমলল্লগা মণি-মুক্তা, নিংখিজরবা কোম্বুং, মোল্লবা হীপ্লকম থাদোক্লুনা বনগী লমদমদা অচম্বা ফিজেৎনরদুনা লৈররিবা মতৌ। মাগীদমক্তা থনজবদা মুংঙাইজরল্লবা মমা-মপা অনিনা রাম্বোরিবা ফিভম! অরাম্বা প্রজা খিবিক্লা মুংঙাইবগী মথুম মরাং হৌবগা লোয়ননা অযোধ্যাগী মকম মকম খুদিংদা নিল-খোংখিবা পুন্নমক অদুগী মহুত্তা অহাংবা অতিয়াদা কপ্পা-লাউনবগী খোঞ্জেলনা পুমনিল-নিলহৌবা পুন্নমক অদু খল্লুবদা মমিৎ-মনা চপ য়ুংনা লৈখি—মিত্তা ফজবা রামনা। অমুকসু খল্লকই—অসিগুম্বা থৌদোক অসিবু অমুক হন্না উবা ফংলখিগদ্রা? ইনৌ-নৌনা পুন্সিগী অওনবা অমনা অমুক হৌগ্রবা মুংঙাইতবগী ঈচেল চামা-চামবু অকাউবগী ঈরোনহুংদা লুপহনখ্রগা নোহোনা মুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম অমা মাগী পুন্সিগী করম্বা মিকুপ্তা অমুক থোক্লগবা! রাখলশিং অসিনা অহিং অদু মমিৎ শুপউই-উইশিনহন্দবমথৈ ফাদুনা থমখি—অখোইবা মচা রামবু। অঙকপনিদা মতমগী থোংলৈ! অদুবু মুংঙাইবগী মুংঙাইরবা, অরাবগী রারবা শক্লোন পুরবি মতম কৌবী লাইরেম্বনা, অমম্বা অহিংগী ফিজং হায়দোকপিদুনা অনৌবা পাঙ্গল হাপ্পবগা লোয়ননা মথল মথেলগী পোৎলম্না ওকচরে শ্রীরামচন্দ্রগী খোংচৎপু। অঙনবা অয়ুক্তা রামনা—সীতা অমদি লক্ষ্মণবু সারথিগা লোয়ননা হৌদোক্লুনা অতৈবুনা নিদ্রাগী তম্পক্তা য়াতাহন্দুনা থম্মগা তমসা তুরেলগী মপান্দা তুংইন্না চৎলক্লে। নামিবা মলয়া-মুংশিৎনা, হৈনম লৈনম পুরক্লুনা মবুংঙোবু থৌগনজ্জে। মুংঙাইবা পুন্সি থাদোক্লুনা অরাবা খোংচৎ তমলক্লিবা মী অখোইবা রামগীদমক্তা থোইদোক্লা রাজরবী

প্রকৃতি দেবীনা মিংশ্লুদগী শীহুরকপা পিগী মরীক-মরোয়ন উনাশক্তা পোপ-পোপ তারমই। অমুম লাকপনা কন থাপ্না চৎলক্লবা তুংদা শাংথৌবা অহুবু বিদায় পীরক্লগা তমসা তুরেল লান্থুনা রাংবদা লৈরিবা অতুকপা উমংদা চঙখ্রে। তুরেল লাক্লমদাইদা শাংথৌবগী মকমদা তাপীরমই শ্রীরামনা—থুকউ থুদক কুম্না, মখিত্তগী পিরাং শীহনা হৌক্লা-হীক্লা কপ্পুনা তাক্তে মবুংঙোগী মপাউবু সারথিনা—"হে সারথি! ঐগীদমক্ত রাহৌরবী ইমাইবেম্মা অমদি পাবুং মহারাজগী মকমদা অম্নুম্না তম্মুকো—ঐগীদমক্তা অহুক হাক্না রাবীগনু হায়নু—ঐ লৈত্তে হায়বগীদমক থপ্মোয় কায়না কপ্পুনা পুন্সি পিথন্ন-হনবিগনু—নচা রামন হল্লক্লগা ইমা অমদি পাবুং অনিগী সেবা মতোল লোম্না তৌজরখিগনি। অহুগা সারথি! তুমহৌরিবা মথোয়গী মকমদা ঐথোয়না চৎলিবা মায়কৈ অসি থঙহল্লমগনু চৎলু-চৎলু নথরাই সুংঙাইতবা তৌগনু।"

অম্নুম্না তাকপীরম্লবা তুংদা বনগী লম্বীদা অরেপ্পা লৈতনা প্রেপ-প্রেপ চৎখিবনা গঙ্গাগী ঈচেল উত্রিশমথৈ চঙশিনখিরমই।

## ১০শুবা সর্গঃ

রামনা অযোধ্যা থাদোক্কুনা হেক চৎখিবগা দশরথ নিংথৌনা মুনিগী অভিশাপ নিংশিংলকখি মতুনা মহু পানবা লিললা চীকপগুম চীক্কুনা মাগী পুন্সিগী সুমিৎ অস্তাচল-গিরিদা তাহনগদৌরি। লেম্না মাঙকত্রবা মুনিগী অভিশাপ! সুংশিরবা মচানিপা অমা কায়নবদা মাগী মথরাই মাঙবা ওইগনি হায়বা তাঙকম অত্ত থোক্লরে। অশিবা কৌবা লাইনা মাগী কোকথক্তা জগোয় শাহুনা লৈবগুম উরে।

"হে মুনি! নহাক্না থরাই মাঙখিবগুম হৌজিক্তি ঐসু সুংশিরবা ইচানিপা কায়নবদগী পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ্তা হিম্না তারেদো।"

দশরথনা মথম্মোর কায়না কপলমই। মমৈদদি বপ্পাতনা মখিৎ অনিমক মমশিল্লক্রে।

কৌশল্যানা মাগী মনাক্তা লাক্লমই মচাগীদমক্তা তেংথাহ্না কপলমই। থরাই সুংঙাইতনা মানা নিংথৌগী মপুক্লিং পীকপা অমম্নুং অরানবা চৎপগীদমক রারোনা ঙাঙলমই।

"হে দশরথ!" মহাক্না হায়রকই। "নহাক্না রামবু নঙগী নহুৎ-শিনবা ওইগনি হায়বগী রাশক অহু নঙগী অঙম্বশিংগী অমদি প্রজাশিংগী মকমদা থঙহল্লম্বা অহুগুম্না, কম্বিগীদমক্তা কৈকেয়ীগী মকমদা থঙহনবা ঙমত্রিবগে?"

"ঐগী ইরাল ঙাকউ কৌশল্যা!" নিংথৌনা মচেৎ-মচেৎ ওইবা রাহৈনা হায়রকই। 'ঐসে সুংশিরবা ইচা কায়নবদা থম্মোয় মচেৎ তারবনিনে—তারবা!! ঐবু অমুক হন্না অরাবা পীযরগন্ কৌশল্যা।"

অহুদগীদি মানা হায়খিবা অকনবা রাহৈহৃগীদমক্তা তম্নু তাপ তৌবা হৌরক্লে অহুগা মথোয় অনিমক থরাই রাবনা কপ্পা হৌরকলে। "ওস্থোকইদা ঐগী অরাবসিনা ঐগী থম্মোয় অসি শেগাক কায়-হনখ্রে! মৈচাক অসিনা ঐ ইশাবু কাউহল্লক্রে।" কপ্পা কপ্পা কৌশল্যানা হায়রমই—মথুৎনা মরাই লূক্না মপুরোইবগী মকোকথক্তা তপ্না তপ্না থম্নহ্না নাল্লমই।

সুমিৎ থরগী তুংদা, অহিং চবুক্তা অরাবা মৈচাক্না পুব ঙমত্রহ্না দশরথনা থংলাউ লাউরকখি। "কৌশল্যা! কৌশল্যা!! ঐ শিগ-দৌরে! ঐগী থুৎসি নঙগী নথুক্তুনা অমুক্তা পায়যু কৌশল্যা, হায়য়ু নঙ ঐবু ঙাকপিরব্রা? ওঃ রাম! রাম!! থম্মোয়গী মশি! নঙগী সুংশিরবা মাইথোংহ্নবু ইপানা অমুক্তং য়েংবা ফংখিগত্রা। ওস্থোকপনি! ঐদি মাঙলেদকো—মাঙলেদকো! রাম! রাম……"

মচাগী মমিং কৌর কৌরহ্না কৌশল্যাগী মপাম্বোমদা জ্ঞান রাওদনা তুথক্লে দশরথ—মশা পূম্নমক ঈংখ্রে ঋর শীকখ্রে—মমিৎ কুপখিরে—

ঙাল্লম্বা থাউমৈনা থাউ য়াউরবদা মুংখিবগুম দশরথ নিংথৌগী পুন্সিগী থাউমৈস্লু মুংথ্রে—অরা-অনা-থিবিক কাউথোক্নুনা পুন্সিগী তুম্মিং অস্তাচল-শিরিদা তাথ্রে।

লাইবক থীরবা অযোধ্যাবাসী !! নখোয়গীদমক থল্লুবদা ঐগী পুক্নিংসে তপথত্রে। নখোয়গী থম্মোয় পুথ্রিদা শাংলম্বা থম্বাল অনিনা পুন্সিগী তুম্মিংনা তাথ্রবদা লৈকা চোইনা অমনা কেনথ্রে অমনা কোয়ৌ মঙাল ফাওরকপা ঙাইছুনা তরেং অনিনা থুজিং ওইরবা শাংলবা চহি তরামরিগী অহিং ওইছুনা কায়নছুনা লৈরেদকো !!

নোংঙাল্লবদা অঙম অথৌ খিবিক্না মবুথৌগী কোম্নুংদা লৈথ্রিবা মচা য়াইম, ভরতপু কৌহল্লুরমই। মহাক্না থুংলরবা মতমদা মাগী মমানা মপানিংথৌনা শিথ্রবা অছুগী মরমদা তমলমই। মপা কায়-নবগী মৈচাক্না য়ারবা ভরতনা মপাগী মনাক্তা কপ্পুন' থরো-থরো ওল্লমই। "পাবুং"! "পাবুং"! কৌছুনা মগাক্না মথরাই শোক্না তেংথারমই। মহাক্না হায়রকই পাবুং নহাক্না ঐবুদবু ঙাইবিরম্লবদি! ওম্বোকপনি, হৌজিক্তি নহাকস্লু চংথ্রে। অছুবু রামদি কদায়? মহাক্তি ঐগী ইকমদদি পাবুং শক্লবনি। মহাক্না অসিদা লৈরমাত্রবা অসিনা করিগনো?"

মতমত্তুদা কৈকেয়ীনা মাগীদংক্তা কমদৌনা রাজ্য অতু লৌহৌবগে হায়বতু তমছুনা মচাগী মথরাই য়ারিবতু কোবহনগে নিংলম্মি। মমাগী মচিন্দগী থোকথ্রিবা থৌদোকশিং অতু তাবদা মহাক তুংঙাই-বদি লায়রছুনা অকিবগা লোয়ননা থবক অছুদগী নিংহন্নরম্মি অমদি মমানা মাগীদমক নিংথৌ থুভম মুন্দহৌবা অছুগীদমক শাউবনা মৈ হৌখিরম্মি।

মহাক্না শাউনা হায়রকই-"হে পুরুষস্ত্রবী! নহাক্না ইপাগী য়াইবি থরাই চুপ্পানি, ইয়াম্ববুস্লু মন্দা থাথ্রবানি! নহাক্তনা এখোয়গী মুমসিগী তুংঙাইবা থিবিক মাঙহল্লছুনা অরাবব লেপশিন্নবনি!

সুংশিজরবা ইপা-ইয়াম্বনা লৈত্রবদা নহাক্কী রাজ্য অসিনা ঐঙোন্দা কৈদৌনি ! মসিদি ঐঙোন্দদি হুগী মপঙগুম্বনি ! অদুবু ঐনা কৈদৌঙৈদসু সুংশিজরবা ইয়াম্বা রামনা বন্দা চংথিবদু য়ারোই ! মাবু অমুকহন্না লৌকরগা সিংহাসন্দা ফমহনগনি ।"

ভরতনা রামগী অপোকপী কৌশল্যাবু উনজকই অদুবু তরাম-তরাম ওকপগী মহুত্তা য়াম্না শাউনা মাবু উবদা হায়রকই—"হে ভরত নহাক হৌজিক্তি নিংথৌ ওইরগদবনি ! নহাক্কী নমানা নঙগী-দমক্তা লৈবাক ফংননবা হোৎনবদা অত্তে কৱিসু উথিত্রবনি ; অদুনা হৌজিক্তি সুংঙাইনা পানজরো ।"

মমাগী অদুগুম্বা রাহৈদু তাবদা মপুক্কিং সুংঙাইতনা কপ্লদুনা মমাগী মথোংদা তুরদুনা ফত্রবা মমাগী অচৌবা দোষ অদু ঙাকপিনবা হায়জরম্মি ।

মহাক্না চীং-লেম্না হায়জরকই—"ঐনা বিষ্ণু পম্দুনা রাশকচরি—ঐ কৈদৌঙৈদসু রামগী ফংকম থোকপা নিংথৌ-গাদি অসি লৌজরোই। অদুগীসু মথক্তা সুংশিরবা ইয়াম্বা মহাকপু জঙ্গন্দগী পুরক্তিবা ফাওবা ঐ পোথাদুনা লৈথোকলোই ।"

কৌশল্যানা মাগী মপুকচেল চাউবা অমসুং ময়াম্ববু নিংবা অদু উবদা মথরাই সুংঙাইজরম্মি অদুগা মহাকপু চেজ্জেৎ কোনবিরম্মি । হায়দোকথিবা রাহৈগী মতুংইন্না ভরতনা মপাগী যজ্ঞ তৌবগী হৌনবী নিয়মদং লোইশিল্লম্লগা লান্মী মম্নাম পুরদুনা রামবু থিবা চৎথিরম্মি ।

ময়াম্বগী খোঙ্গুল রানা লিরক্লিবা ভরতনা মমৈথংদা রামবু চিত্রকূটকী কানন্দা লাইনিংবা মীগী মতেঙনা থেংনরম্মি । মনাওগী মফমদগী মপাইবুংঙো লৈখিদবগী রা তাবদা খঙহৌদনা কোকথক্তা বজ্র তাবগুম রাখিরম্মি । মপাগীদমক্তা হৌনবী নিয়ম মফম অদুদা রামনা পাঙ-থোকচরম্মি । অদুগী তুংদা মনাওনা লাকপগী মরম হঙলম্মি । ভরতনা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা মমানা চৎথিবা ফত্রবা লমচৎ পুম্নমক কাউথোকপিদুনা অযোধ্যাদা অমুকহন্না লেংবোদুনা লৈবাক ঙাকপগী

থবক পুবীননবা হয়া-হয়া হায়জখি। ভরতনা হায়জরকাওখবা রামনা য়াবা কৌবা লৈখিত্রে ; মপাগী য়াথঙ ভাগ্না চংশনা মরু ওইবা থবক্তি হায়না মনাওদা হায়খি অমসুং মাবু মথৌ তৌননবা শিন্নখি।

মহুগী মুংনা মপাইবুংতো দশরথকী কয়াইবা জনভিনা রামবু ভাব তায়মনবা কয়া হোৎনহনা হায়জখি—"হে রাম নহাকী ত্যাগ অসিদি মশাগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হোৎনবা মতুনা অতৈ কুয়িনু ওইরোই। 'অহুনা মসিবু কোকহনগে হায়রবদি অযোধ্যাদা হলুনা নিংথৌ ওইবদনা অকবা ওইগনি। নহাক্কা নপাবুংগী য়াথং ইন্দুনা লাক্রে। অহুনু হৌজিক্তি মহারাজসু লৈচিল থোংনেংনত্রে। ননাও ভরত অমসি অযোধ্যাগী মীপুমতিংনা নহাকপু হলহন্নিংই অসি পুম্নমক অসিগী মায়োক্তা নহাক্না বন্দা চংপা হায়বসি ঐদি, য়াথল থমবা মীনদি তৌকম থোক্তব্রা হায়না নিংই। ঐথোয় মীওইবদি সংসারদা লাকপদা কনাসু লোয়নরক্তে অহুগা হনখিবদসু কনাসু পুহুনা চংলোই। নহাক্না নপাবুং অমদি নম'-মহারাণীগী য়াথঙ ভাকপা অহু হোংদোক-হোংজিন য়াবা থবক্তি। ভাব তাও, রাম—নহাক অমুক পোক্লিবসিনা লোইরবনি, অহুদগীদি সমুদ্রদা কোঙ্গোলনা তাকপগুম পুন্সি কোঙ্গোল তাকখিগনি। হিংলিঙৈ পুন্সিস্রিদা তৌকম থোকপা নথৌ পাঙথোক্নুনা পোকপগী মহৈ য়ালহল্লু। অহুনা সনাগী শেম্পাক্তা হাপ্লগা লৈরাং লাইদা কৎপগুম কৎলিঙৈ অসিদা লৈবাক অসি লৌহুনা অযোধ্যাদা হনবিয়ু—লৈবাক ভাক্নুনা হুংগাইনা লৈবিয়ু।"

রামনা অশাউবা ; অঙকপগা লোয়ননা পাউথুম পীরকই—"কয়াদা অন্যায়গী মথক ওইরবা পাউতাকনো জবলি ? নহাক্না নিংলিবা অহুনা অকবা ওইরবসু ; হায়দোরকলিবা রাদৈহশিং অহুদি অয়ানবনা পীকথন্নবা কয়বা ভাক্তনি হায়না ঐনা লৌই। অচুম্বা চংপদনা ধর্ম্ম তাম্নবগী লম্বীনি। অহুমদি মতমচুপ্পদা থক লাউবা

লৈরোই। অয়ানবনা যুক্রম ওইরবা রাকম অহুগী মৈহেদি কংকম ওইরিবা পোত্থুগী মুংঙাইবগী পান্দমকম অহু য়োবা থক ওমলোই। নহাক্কদি হায়রি হন্দকী মপোকসিনা অয়োইবনি, লৈরিঙৈসিদনি—অছুনদি পাপকী থবক তৌহুনা অয়া-মুংঙাই কংলিবা অসিবু ফত্তে হায়রিবা অশিংবা মীশিংহুনা অপঙবা ওইবা তারে অহুগা সাধু-বৈষ্ণবশিংনা লাইনিংহুনা পুন্সি লেনলিবসিহু অয়েম্বা ওইবা তায়েদনা। ঐনা মীপুম থুদিং তাননবা হায়রিবসিনি—ঐদি ইপাগী মকমদা রাশকপ্রিবা অহু থক কায়না চৎলোই। ভরতনা নিংথৌ ওইহুনা পানজসহু অহুগা ঐনা হায়খ্রিবা চহি তরামররি অহু গুপ্রিকাওবদি বন্দা লৈগনি।"

অহু ফাওবদা ভরতনা রামবু অযোধ্যাদা হনবীননবা তক্ররকই—"য়ামা ফরে অহুদি; ইপানা হায়খিবা অহু ঙাক্লা চৎপিগে হায়রবনিনা ঐনা চহি তরামররি বন্দা চঙ্চরগে অহুগা য়াম্বুংনা অযোধ্যাদা হনবিরে।"

রামনা মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই—"ভরত! নহাক্না হায়রিবা অহু রাগী ময়াঙদা ঙাঙত্রে। নঙ অমদি ঐনা ইপাগী রাশক অহু হোংদোকপা ঙম্বা নত্তে।"

মমৈথঙদা নিঙবা কায়রবা ভরতনা মতোন্দা সনা তোপ্পা পাতুকা জোড়া অমা লৌহল্লুরগা মহু ময়াম্বা রামগী মকমদা কৎশিল্লগা হায়জররকই—"মসি নহাক্না তোংবিয়ু—নহাক্না হনবিহু হায়বা ময়াক্ল-বনিনা নহাক শক্লা মসিবু সিংহাসন্দা থমজগে।"

অদুনা ভরতনা মযাক্না রাম্না তোংবা থুকম অহু লৌরগা মীয়াম অহুগী মযাংদা য়াংনা থাজচ্চরহুনা মমিত্তগী মপি শিন্থনা হায়জররকই—"থুকম অসি রামমক্নি। মাগী কংকম লোকপা রাজ্য অসি মহাক্না লৌই হায়রবা রাজবনিনা, ঐহু উকু-শেম্বুনা চহি তরামররি চুপ্পা থুকম অসিবু সিংহাসন্দা থম্লগা লৈবাক ঙাকচপনি। থুকম অসিনা নিংথৌগী

শক্তি অহু য়াওয়বনি। চহি তরামরি শুরবা মতমদা করিশুবা রামনা হল্লক্তবা খোল্লবদি ঐগী থরাই অসি শোয়দনা থাজগনি।"

অহুগী ভুংদা হুংশিরবা মচিনমনাও বিদায় তৌনয়ে অহুগা ভরতনা অযোধ্যাদা হল্লকখি। মহাক্না মাগী অশুম অখৌ পুম্নমক্তা খঙহল্লম্মি—মহুদি ময়াম্বা রামনা হল্লক্লিক্রাওবা চহি তরামরি চুপ্না মহাক্না নন্দিগ্রামদা লৈগনি—অযোধ্যা চংলোই। রামগী খুরুম অহুগী মথক্তা হেকপিন থান্দুনা ভরতনা হৌনবী নিয়ম কায়দনা খবক পুম্নমক পাংখোক্নুনা লৈবাক ঙাকখি। অসুম্না ময়াম্বা নিংজরবা ভরতনা মমাগী পাপ কোক্লনবা হোৎনজখি।

## ১১শুবা সর্গঃ

উমংদা লৈদুনা মখল মখাগী অরা-অনা কয়া থাংলহুনা কোন্নুং অমদি অচম্বা বনগী পুল্লিগী খেরবা চন্না হুংঙাইবা পুম্নমক অসি খেংনরবা রাম-সীতা-লক্ষ্মণনা লৈখি চিত্রকূট কানন্দা। নোংমগী অহিংদা বনগী অনৌবা পুল্লিদা হৈনরকপা পংকুইস্নু কুইত্রিঙৈ—হুংখিলগী মতমদনা শজি শঙাই কোইতান তান্নহুনা চোকথরবা রামনা শাগল-শয়াং হীকথরহুনা মমিৎ কোরিমুক ঙাঙনা খাংপোকশঙদা হল্লকখি। য়ান্না চোকথরবা মবুংঙোগী মতৌহু উবদা সীতানা খোৎনা-নৌনা পাউমেনজরকই—"চায়খোইরবা ইবুংঙো, শাদাম্নুবদা ওহোক্না রারু-রমাল্লে—য়ান্না চোকথনা উরে। ঐগী পাম্বোমদা মোন-খাংনা হিপ্পিহুনা অহা-হুইজোং লাংলিবহু কোকহনবিয়ু।" অসি হায়রহুনা মবুংঙোগী মশা অহুনা কুশ মথক্তা তিংখোক্নুনা হিপহল্লগা মকোক অহু মতম্বাক্তা থম্নহুনা অমৃতগী ভুংনকম ওইরবা কল্লবা মথবাক্না রামগী মশাদা নল্লহুনা হন্না হন্না চোক্কথরবা মিৎ অহু চুপচরমই—চোইজাই-নরবা শমলানো মচিনখান্দা তারিবহু খোমজিন-খোমজিন্না।

চোকথরবা মথা অহু ভিংলি-য়াংলিরহুনা তপ্না-তপ্না মাথু কোন-জরিবী চায়রবী সীতাবু কৌজরমই—"হুংশিবী নহাক য়াউরমত্রবদি ঐ কমদৌনা লৈরমগনি! থরাইবু ইংহম্নবগী মশক ওইরবী, নহাক্না ঐগা লোয়ননা লাক্লম্বসি ওস্থোক্না হুংঙাইখ্রেদকো! নহাক য়াওদনা ইথম্তা লৈবা ঙমগনি থল্লম্লিবা ঐ অসি ওস্থোক্না পঙখ্রেদকো হে সীতে! হুংশিরবী, থরাইগী মবেম্মা!"

"হুমিন লৈয়ু!" নাপচীক্না সীতানা হায়রমই মচিনবাম্না রামগী মচিন মেল্লহুনা। "তুমিন্না চেপ্লিয়ু! লেঙদনা পোথাবিয়ু!" চোক-থরবা রামনা থরাই তানা হিপথখিরম্মি হুংঙাইবা মঙ মঙনা-মঙনা মোমোন নোক্লিবী সীতাগী রাথম্দা। কনা উহন্দনা লাংজা অমথক্তংদি অহিংগী অমম্বা থাকনগী মথাদা চীক্লা, ঈংন', তুমিন্না থাম্নদগী হোৌরক্লবা লেম্লবা উজাও পাম্বীগী মশা-মরেংনা অমগা-অমগা য়েংনহুনা কুংনা শেম্লবা মনা ময়াম্না য়ুমথক্তুম লৈরবা অহু নত্তনা অতৈ চংজকম য়ুম অমত্তস্ম লৈত্রবা মকমত্থদা য়াতাজরিবা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিবু কল্লক-মিৎয়েংন' য়েংত্থনা লৈজখি। থঙহৌদনা উচেক অহুনা হুমথরক্তুন সীতাগী লুপা ফুদো'বগী মচুগুম ঙৌরবা, ওকশম অমদি থবাক-কাবী য়াওত্রবা, থবাক অনিহু থোৎলম্মি। অকিবা থোক্লাওগা লোয়ননা সীতান' কুক হৌগত্তুনা মবুংঙোবু হৌদোকচরগা কুক-হেক হৌগৎলম্মি—মিকুপ্তা মীগী হুংঙাইবা উরগা কল্লক-চাউবা জয়ন্ত পক্ষি অহু রামগী মচিল পারবা তেম্না মমিৎ অনিমক কোথোকখি। রামচন্দ্রনা সীতাবু অকিবত্থদগী কোকহম্লম্মি অমসুং ঈ থোক্লিবা মকমশিংত্থদা হিদাক তৌরম্মি।

অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি নিত্তি কাংদনা থোক্রম্মি অহগা সীতানা থৌনাফনা অল্লাবা খিবিক থাংলম্মি লোয়ননা মবুংঙো অমদি মনাওনিপা লক্ষ্মণ অনিমক্তং মাগী মশাদা শোকপনবা কয়া থহুহন-উহন্দনা মতম লেনজখি। অহিং কয়ানি, শাহিং পাক্না

খাগিংবা কোয়থিনুনা তুমা রাক্ষসবা পুরনজাগ লাইবক্তা অজ্ঞবা ওাকলি-নিংবা থৌশালনা মতম লেম্না লেম্না চিত্রকূটত্তা লৈরকপনা নোংলৈ মুখিজাদি মহু কল্লবা লিল অমনা লক্ষ্মণবু চীক্কলম্মি। মহু কল্লবা লিল অহুনা চীকপদা তুগী মৈচাক পুবলা থাংকা হ্মরবা মনাওনা মতৌ উবদা মথোয় অনিমক কপ্পা থাংজখি। লাইগী নোংদমনিং অনজা অহ্নদা মুনি অমথক লাক্লুনা লিলগী তুম্বু কোক্কবা হিদাক তৌবিরম্মি। অমুম্না লক্ষ্মণগী মথন্নাই কনবিবগীদমক তৌবিমল থগুবা উচ্চরম্মি।

অমুম্না অন্নাবা কয়া মায়োক্না লৈরক্লবসু থোইদোক্না হকখি থোক্না থুদোং থিবমক্তি ঈশ্বরগী থৌজাল্দগী থোকলমদে। মতম খরগী তুংদা মনাও ভরতনা লাক্তুনা অমুক হন্না মথোয়বু অযোধ্যা দা হন্নবা তক্করবা য়াই নিংবদগী চিত্রকূট থাদোক্তুনা রামনা সীতা অমদি মনাও লক্ষ্মণবু পুরক্তুনা খা থংবা মায়কৈ পাংনা বনগী লম্বীদা চংখি। মথোয়গী থোংচৎ অসিদা লম্বীদা সাধু কয়া থেংনরম্মি; মথোয়না তরাম-তরাম ওকপা অহু রামনা হরাও-হরাওনা লৌখি।

নোংমদি লম্বীদা অসুম লাকপদা অকৌবগী মশক কংলবা হিংচাবা অমথক্না মথোয়গী লম্বী থংলম্মি। হিংচাবা অহুনা সীতাগী মশক মতৌ কজবা অহু উবদা য়াম্না কল্লক্না য়েংলম্মি। শ্রীরামনা শাউনা হায়খি—"লম্বী থাদোকউ হে হিংচাবা!" অহুবু লম্বী থাদোকপদি লায়রহুনা সীতাবু পুগদবগী চাউরবা মথুং অহুনা সীতাবু কাপ্রে। থুদক অহুদা মচিন মনাও অনিনা নমহুনা হীংচাবগী মথুক্তগী সীতাবু মুন্নম্মি—লক্ষ্মণনা হিংচাবহুগা লাম্বানরিঙৈ মতমদা রামহুনা লৈরিবী সীতাবু রামনা সেবা তৌহুনা লৈরম্মি। তমথীরবা হিংচাবা অহুবু লক্ষ্মণনা হাংখিরম্মি; অহুদগী মচিনমনাও চংহুনা সীতাবু সেবা তৌরহুনা জান লাক্লবদা অমুকহন্না লম্বীদা চংলক্লে।

মমৈথংদা অসুম লাকপদা বিন্ধ্য চীংগী চীংখাংদা থুংলকে। মীজম রাক্ষসমা অহানবদদি চীংহু কাবা ওয়দবগুম তৌরম্মি অমুবু মমৈথংদা সীজমা অকিবা লৈতনা চীংহু থৌনাকনা মখুংদা অমদি মনাওগী লম্বী

অতেং লোয়্না কায়রম্মি। অহুনগী চীংথকী অমুক পুষ্পরকথি অহুগা দক্ষিনাতাগী পাক্লবা লম্পাক, গুক্লবা বলা-মযুম লৈতবা থীনা ভৌবগুম্না কোয়কং চংলক্লে মকম হোংনা-হোংনা। মমৈদগি গোদাবরি তুরেলগী ঢৌবকম অয়াদা ইনথা লক্ষমতী বল্লা থুংথিরম্মি।

মকম অহুগী নিংথিজবা উবদা গুম্নাংগ্রহুনা সীতানা অশংবা নাপীনা গালিচা থাবগুম কজরবা লম্পাক অহুদা লিমরা পাম্বীগী উরুমদা কম্রহুনা মমিং কৃপ্তবমথৈ বন্দুগী গুম্নাংনরবা দৃশ্য অহু য়েংহুনা লৈরম্বদগী হায়রকই—“লমশাঙ অসি লাকপদা ওন্থোক্লা চোকথরে, ঐদি অসিদা লৈজরনি।” মহু তারবদা রামনা—“ফরে, নহাক্লা পাম্লবনিনা অসিদা ‘যুম লৈরসি” অসি হায়রহুনা মথোয়না লৈননবা থাংপোকশঙ অমা শাননবা মফম থিননবা থোরাংলক্লে।

অহুগী তুংদা সীতানা মচিনমনাও অনিমকপু মনাক্তী ঈশিং-চাইবা অমগী মনাক্তা চিংহন্দুনা চংথিরম্মি অমসুং চাইথরকপা ঈশিংগী কজবনে, তাখিবগী মখোলনে, মালংবনা তপ্না-তপ্না হুম্বনে অহুম অসিগী মথোন্দু তিম্নথিহুনা ওন্থোক্লা হুংশিল্লবা খোঞ্জেল অমা হুংশিরবা ঈশৈগী স্বরদা থোরকলম্মি; মহুমক্তা তাবদসু পুক্নিংগী অরাবা থিবিক কোকহনবা ঙমলম্মি। অসিগুম্বা নিংথিজরবা দৃশ্যনা থল্লবা মফম অসিদা ইচম চম্না, পুক্নিং-হুনা নিংথিরবা, পীক্রবা মংলানগী যুম মচা অমা সীতাগীদমক শাখি। যুম অসি মফম অহুদা চংপা মীনা হেক উবমক্তদা “ইস” হায়বা খোন্থোক্লা ঙক্লা য়েংনখি।

লোংমগা অকবা পুংজা অমদা যুম অহুদা সীতানা হোংজিল্লম্মি। রাম-লক্ষ্মণ অনিনা বন্দগী উ লৌক্লরগা মহুনা ইচম চম্না তুম-হিপ্লবগী মপোৎ মচৈ শারমই। অহুগা যুমহুগী অকোয়বদা লৈরিবা ইংখোল মচা অহুদনা সীতানা মথুং মচা অহুনা নিংথিজবা লৈ-হু থাহুনা শেদলমই, মহুনা মক্তমচানা শাবজক্লবদা ফজবা নিংথিবদা লপা লৈখিরে।

মুনি-ঋষি অমম্বি অচৎ-অওক কনাগুম্বনা যুম মচাসি উবদা ভাইহাক্তংদি লেপ্লুনা চন্না নিংথিন্নবা যুম মচা অহুপা। মতমগী মপুন হাপকৎলিবা লৈকোল মচা অহুবু য়েংদনা তোকপা য়াওখিরমদে। পূক্লিংগী শান্তি হুংঙাইবা থিবিক্লা তিন্নবা যুম মচা অসিদা মী ময়াম্গী অখোইবা ওইরবা রাম-সীতা-লক্ষ্মণনা মতম লেপ্লকলে।

রাবণগী রানা হোৌখিবা, হুংঙাইবগীসু হুংঙাইনা লোইখিবা মতম কোৌবী লাইরেম্বীদি ভাইহাক্তংবু পোথাদবমখৈ লেপ্তুনা চৎখ্রি; হন-মুক্তসু য়েংলমদে, পাঙ্গনবনসু থংঙমদে, তেংথা নাওইবনসু লেপ-হনগুমদে; হায়জ-চৎচ কয়ানসু থামগুমদে; ওন্থোকইদা। হে মতম কোৌবী মীচং মিথায় নাইদবী নঙগী গর্ভহুংহুদা পূম্নমকসি লুপ্তুনা তিনথ্রগদবনিকো! নহাক্তি খঙলিনি থোকখ্রিবা থৌদোক কয়াগী অশেঙবা স্বাক্ষিদি নঙদনা ওইবিরি; ওইরগদবা অন্না-হুংঙাই থৌদোক্কীসু নঙনা ওইগদৌরি লেঙত্রবা স্বাক্ষিদি। অসুম্না ওইরিবা মতমগী ঈচেনসিদা অযোধ্যা থাদেক্লা বনগী পুন্সিদা রাম-সীতা-লক্ষ্মণনা লেপ্লকপসু তরেৎ অনিনা থুজিং ওইরবা চহিহু ফাগদবা অমথক্তা ভাইশিল্লক্লে। নোংদম্বগী নোংদমথোন্নি—অসুক শাংথ্রবা মতমসিদা থোইদোক্লা শাথীবা থুদোংথিবা মায়োক্নরক্ত্রি।

চীকথ্রবা পঞ্চবতীগী বনহুংদা তরু ভহেনবা যুম মচা অমা নিংথিনা লৈতেংলবা লৈকোম্না হেন্না ফজহল্লহুনা লৈরিবা অসিবু অচৎ-অওক মুনি-ঋষিশিংনা য়েংনবদা নত্তনা মফম অহুগী নিংথিজরবা-গুন্ধাৎনরবা দৃশ্য অহু হিংচাবা-হিংচাবীশিংনসু য়েংনরম্মি। নোংমদি হিংচাবী অমথক্লা মী অখোইবা রামবু উবদা অপাম্বনা মাগী থম্মোয়বু লাকহৎথ্রে; থম্মোয়হুংদা মপুরোইবা ওইগে খন ওইথোকপা য়াবা উপায় থল্লকলে।

নোংমগী হুমিদাংরাইয়মদা রাম-সীতা অনিমক্লা খাংপোক্কী মমাংদা ফমলিঙৈদা উরুমদগী হুপী অমথক ফুৎ ফাওদোরক্তুনা মখোয়নিগী মমাঙদা লেপ্লরে। রামদা মুন্না য়েংলহুনা হংলকই—"কনানো হে

অথোইবা নিপা নঙবু ?" রামনা খুমখি—"দশরথকি মচানিপা রাম হায়বছু ঐহাক্নি ; চহি তরামন্নি ঐগী লোয়নবী সীতাগা, ইনাও নিপা লক্ষ্মণগা লোয়ননা বন্দা লাকলিবনি। অদুগা হুমিদাংবাইগী অমম্বসিদা ননিং তম্না কোয়রিবী নঙদি কনানো ?"

নিংথিরবী অদুনা খুমলকই—"ঐ রাবণগী মচলদুপী স্বর্পনখা হায়বীদুনি। অদুগা ঐনা সিদা লাক্লিব অসিনা, নঙগী নিংথিজরবা শকফম অদুদা ঐ পুমঙাও ঙাওখ্রে অদুনা নঙবু ঐগী ইপুরোইবা ওইননবা হায়গে হায়দুননি। নহাক্না ঐবু লোরবদি ঐগী পাক-চাওরবা লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইগনি অমদি সনাগী সিংহাসন্দা ফম্বা ফংগনি। অদুন নঙগী সীতা হায়রিবদু থাদোকখ্রো লাকউ ঐগা লৈমিন্নসি। নহাক্কুম্বা মপা লৈতনা নিংথিজরবা শকফম অদুগী মতিক চাবী হুপী অমা মহাক্তি ওইদে।"

"পঙখ্রেদা ইবেম্মা," মরাহৈহু তাবদা মমায় ঙাঙনা রামনা খুমলকই, "নহাক্কী শকফম অদুনা ঐবু চৌংগে হায়না নহাক্না নিংলিব্র ? ঐহাক্তি লুহোংলবা নিপানি, অদুগীম্মু মথক্তা ঐনা নিংথিরবী মহাক অসিবু ঐগী থরাইদগী হেন্না হুংশিজে। পৃথিবীসিদা লৈরিবা করিগুম্বা শক্তি অমতনম্মু মাগা ঐগবুদি কায়নহনবা ঙমলরোইদবনি। অদুনা চৎলু, ঐগী ইনাওনিপা লক্ষ্মণগী মফমদা, মহাক্তি লুহোংদ্রিবনি ; থেমদুনা-নৌদুনা মাগী মফমদা হায়জরু নঙগী ননিং থুংননবা।"

মশক-মতৌ ফজরবী অমগী শকফম লৌরিবী হিংচাবী-লৈশাবী অদুনা নিংবা কায়বা অমদি শাউখিবনা থা চীক্না থাঙখি। অদুগী তুংদা মহাক্না লক্ষ্মণগা হুংশিননবা হোৎনখি অদুবু মাগী মতৌদুদা লক্ষ্মণনা নোক্করম্মি। মদুদা শাউমনখিবনা শাজিন্নরিবা শকফম থাদোক্না হামগী হিংচাবীগী শকফম তল্লো-লৌথিরম্মি। সীতানম্মু মাগী মতৌ অদুদা তুমিন্না নোক্লখিবা তাবনে মাবু হুংশিবিয়ু হায়জরুবদা য়াবি-রক্তবনে অনিসিনা থোয়না হেন্না শাউহনখ্রবী স্বর্পনখানা সীতারোমদা

হোৎচিল্লক্তুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম অকীবা শব্দদা চৈরকলে। "চোকশিঞ্জৌ নহাক ঙসিদি নিঙঙমজরোই, হে শকখিবী। রাউম অমুক্তা নথরাই চুপ্পা ঙস্বা রাবণগী মচলহুপী ঐগী ইকমদস্থু নঙনা শীংনবা শারি!"

তপচরবী সীতাদো কিবনা মিপাইথ্রতনা মবুংঙো রামগী মরুমদা থুপচখি—হৌজিক্তা নিংথিরবী শকফমনা মাগী ওইরম্রবী স্বর্পনখানা মিৎনকূপ্পগী মহুংদা য়েংবদা অকিবগী মশক ওইরবা শকফম-মথূৎকী মখুজিলমক্রা শাম্ন লমশামকপুস্থু শেগায়বা ঙমগদোগুম উরবা য়েংহৈত্রবা মশাগী মূর্ত্তি অহু উৎথিরমই। মহু উবদা লক্ষ্মণনা মিৎনকূপ্পগী মহুংদা হিংচাবী অতুগী মথক্তা চোংশিন্দুনা মখোল হুংশিনা ঙাংলম্বী মহাক্লা, য়েংবদদা নূং ওলহনবা ঙম্রবী অমদি মবুক লাম্রবী কৈশালগুম্ন ঙংলহুনা হিংচাবীগী শকফম লোরকপহুদা মথুক্তা পাইরিবা থাংশাং অহুনা মনাতোন অহু ককথত্তুনা মশক শকফম কায়-হল্লম্মী, চৈনাখোল ফংলব' মহূ কল্লবী লিল অমোমগুম্না ফী-ফী কামলহুনা থাঙগী চৈনা খাঙঙমত্রহুনা অতিয়াদা পাইথৎখিরম্মি। চৈনাখোল পুরহুনা জনস্থান তাম্না মবুংগী মনাক্তা চত্তুনা থোকথ্রিবা থৌদোক ইকাইবা পীরক্লিবা পুম্নমক মরীক চূম্না তমলুরম্মি। মচনগী ফিভম য়েংবদা হিংচাবগী নিংথৌ খরনা শাউবনা মৈ হৌখরে; মচনগীদমক লম্মন শিংগে চপয়ুংনা খন হিংচাবা মপৈ থোম্নবা পাও থাখ্রে। খরনা হায়রকই—"লাইমক্লা পিগদবা চৈনানি। ঙসিদি ঐনা ইন্দ্রদেবগী ঈ থক্কনা ইচলগী লম্মন শিংগনি।"

স্বর্পনখানস্থু হায়রকই—"ঐনা সীতাগী মথরাই চুপকে ত্তোবদা মখোয়না ঐঙোন্দা লান্দারকপনি। অহুনা মহাক অহুদবু ঐগীদা পুবিরকউ মহুদনি ঐনা পামজবা।" মবুংনা রাশকলমই—"মখোয় পুম্নমক ঐখোয়না ফারগনি।" লান্মী খিবিক লাক্রবা তুংদা পঞ্চবতি উমংদ' লান্দারুনবা য়াথঙ পীখরে। স্বর্পনখা লোয়নরহুনা মখোয়না থুনা য়াঙনা রাম-লক্ষ্মণ অনিগী মথক্তা লম্মন থুম্বা চৎথিরম্মি।

রামনা হিংচাবগী তেজোম্না মখোয়গী মথক্তা লান্দারকপা অমসুং উবদা সীতাবু মনাওগী মথুক্তা শিন্নরম্নগা লাজ মায়োক্লুবা চৎখিরম্মি। অমমমক্তা ওইনা হিংচাবা ময়াম অমসুং রামনা মথরাই লৌখিরমই। মনৈদদি সুর্পনখান চুপী ওইবনা চুপী হাৎহৈদবা মরমদগী মাগী মথরাইদবুদি কনবিরমই। লোয়নরকপা হিংচাবা লান্মী ময়াম্না শিগ্রবদা কপ-লাউরহুনা মবুংগী মনাক্তা পাউ তমলুনবা চেনখ্রে। মচনগী মফমদগী পাউ তাবদা খোইদোক্লা শাউখ্রবা ক্ষর নিংথৌনা চপচানা লশ্মন খুম্নবা হিংচাবা লান্মী লিশিং তরামরি খোমজিল্লমই অমসুংগা হায়রকই—"ঙসিদি নঙগী রাম হায়বসু ইবুংনা শোয়দনা হাৎপিরগনি অমসুংগা সীতাবু নঙগী নথুক্তা শিন্নগনি—নপুক্নিং য়াক্লুরগনু।"

## ১২শুবা সর্গঃ

শ্রীরামচন্দ্রনা খেংনগদৌরিবা হিংচাবগী লান্মী মপৈ অমসুং লাক্তি,থৈ মমাংদা অঙকপগী মশক ওইরবা অমঙ্গলগী খুদম য়াম্না উরমই। লমচুইশিং শঞ্জু শঞ্জু ওইনা খোংলম্মি, অতিয়াসু মৈ চাকপগুম তৌরমই, ক্বাক উমায়বাশিংনা লাক্লা-লাক্ল খোংহুনা খুদোংথীবা খোক্লগদৌরে হায়না মাঙজোননা খঙহল্লম্মি। ঈ তপ্-তপ্ তারিবা খুৎলাই পায়রিবা লান্মী অমগী অককপা মকোক য়াওদ্রবা মশাসু অতিয়াদা মিকুপ খরদংগী ওইনা উরম্মি; অমসুংগা তাঞ্জা অমদা রাহুনা সূর্য্যদেববু উমহুনা মালেম পুম্বা অসি অমম্বগী মুখলনা কুপশিল্লম্মি। রামনা অসিগুম্বা অমঙ্গলগী খুদমশিং অসি উরবদা খোক্লগদবা খুদোংথীবা অমসুং হাম্নবা খঙবা ঙমখি।

"লক্ষ্মণ খুৎলৈ থুনা নতৈম সীতাবু চৌংগা লোৎফমদা পুহুনা খুদোংথিবা অসি লোইক্রিফাওবা লোৎলু মরম লৈতনা মাবু মথক্তা

থনমহুনা লাকহু। হিংচাবশিং অসিগা ঐ ইথন্তগা লানথেংনগে।" শ্রীরামচন্দ্রনা হায়রকই।

সীতানা মথল্লাই রানা মবুংঙোদগী বিদায় লৌরমই অমসুং মঙ্গল ওইনবগী লাইনিংজরম্মি অদুগা থুনা য়াওনা উমংগী মহুংদা লৈবা মখোয়গী লোংকমদা চঙথিরম্মি। গুহা মহুংদা লৈন-লৈনা সীতানা থুকউ লৈতানা ভগবান বিষ্ণুগী মফমদা থরাই য়াওনা মবুংঙোগী য়েথাই-থিঙ্গাই থোক্তনবা অমদি লানফমদা মাইপাক্লবা থুরুমজরমই।

রামনা মতমহুদা লানগী শাক্তেল তৌরহুনা চংশিল্লকলিবা য়েক্লবশিংগী লান্মীগা থেঙনগদবগী ঙাইহুনা লৈথি। মমৈথঙদা ক্ষরনা লমজিংহুনা হিংচাবগী লান্মী অহু রামগী মায়কৈদা চংশিল্লক্লে। অকনবা হুংশিংনা হুমহনা পুরকপা মৃগুক মুরবা নোংগী মপেগুম্না লেপ্তুনা লৈথি। চংশিল্লকলিবা হিংচাবা লান্মীনা রামগী মথক্তা তেম্না নোংচুবগুম কাপশিল্লকলম্মি। মহুবু শ্রীরামচন্দ্রনা ইরায় লায়না পুল্লপ থোমজিন্দুনা তেন অমনা ককথংলগা য়েক্লবগী মথক্তা অতং-অথম লৈতনা তেন কাপশিল্লক্তুনা কনাগী মথূং, মথোং, মঙক কক-কক্তুনা লানফমদ থাদরম্মি। ময়াই কারবা শামু লমশানা লফু বন্দা চঙহুনা নৈখাইবগুম শ্রীরামচন্দ্র মথন্তনা নিং-খ তম্না হিংচাবা ময়াম অহু হাংলকলম্মি। থূংগু তেনগু লিকাপ-তেনকাপ্তা মপা লৈতনা নিংথিজরবা ইবুংঙো রামনা য়েক্লবশিংবু ঙকহনবা পোকপমথৈ তেন কাপথি; মহু উবদা অকিবা পোক্লথি য়েক্লবা পূম্নমক্লা; অহুবু ক্ষর অমদি মনাও নিপাদি চীংনবা লৈতনা রামগা লান্বা কম্না পাখি। মমৈদা শ্রীরামনা লাইনা পীনবা মক্তুবা থূংলাই অমনা হিংচাবগী মায়কৈদা শিজিন্নরম্মি। থূংলাই অহুনা পান্দুনা ক্ষর অমদি দুষণ শিথিরম্মি। লান্মীগী লুচিংবা অনিনা শিগ্রবদা লান্মী পূম্নমক কায়হুনা চেনখিরম্মি—সুর্পনখাদং হিংহোরমই। মহাক্লা লানফমহু থাদোক্তুনা অরাবা পাউহু পুরগা লঙ্কাগী মবুংঙো রাবণগী মফমদা তমলুনবা চেনখিরম্মি।

মনাউ অনি শিরে হায়বা পাউদু তাবদা শাউরবা রাবণনা লক্ষ্মণ শিংগে হায়না মশামক লান্দা চংননবা থৌরাংলম্মি। সুর্পনখানা রামগী লান্দা মাইথীবা পীওমদবা ঙশ চেনবা মতৌ অদু মবুংগী মফমদা খঙহন্দুনা চ্যেকশিন্নবা হায়রমই—"চ্যেকশিনবিয়ু য়াম্বুং! রাম হায়রিবা নিপা অসি লান্দদি মাইথিবা পীবা ঙমত্রবনি। অদুবু নমথাক তৌরবদি ঙম্বা য়াই হায়না খল্লি। মহাকী মুপী অমা লৈবনি; মহাকপু মথয়াইদগী হেন্না সুংশিজবনি। করিগুম্বা মাগী মুপী অদুবু কাবা ঙম্রবদি মহাকপু হাৎপা ঙমগনি। মরমদি মাগী মুপী অদু লৈত্রবদি মহাক্তি হিংলয়োইদবনি।"

"অদু ওইরগদি ঙসি মাগী মুপীদুবু কাবা তারে" মপুক্লিং চপয়ুংনা হায়রকই রাবণনা। মথঙগী মুমিত্তা রাবণনা মাগী মাম, মারিচ পুরদুনা হিংচাবগী মকোক পানবা লোলানচিংবা দোলাই অমদা তোংলদুনা পঞ্চবতিগী মায়কৈ তম্না লাকলম্মি। পঞ্চবতি য়ৌরবদা মারিচবু সনাগী শজি ওলহন্দুনা রাম অমদি লক্ষ্মণ অনিবু থাম্না পুথোকখিনবা খুজিল থৌরাং অমা তৌরমই। অদুগী মতুংইন্না মারিচবু সনাগী শজি ওলহন্দুনা থাংপোকশঙ অদুগী মমাংদা শজিক চাদুনা লৈহল্লমই। সীতানা লৈ হেক্কে হায়না থোরকপা মতমদা শজি অদুবু উরমই। মদু উবদা মপুক্লিংদা থুক লাউবা অমা পোকলমই—শজি অদুবু মাগী মনাক্তা থম্বা পামলকই; পামশিনবা অদুনা হেনজিল্লক্তুনা মবুংঙো রাম অমদি মনাও নিপা লক্ষ্মণবু কৌরদুনা শজি অদুগী ফজবা অদু থাগত্তুনা হায়রকই।

"য়েংউ, কয়াদা নিংথিজগ্রবা শজিনো! মশোং অসিগী মথক্তা ঐনা ফমজবা ফংলবদিকো কয়াদা নুংঙাইজগদৌবনো?"

মদু তাবদা রামনা থুনমক খুমলকই—"অদুদি নঙগীদমক শজি অসি ফাবিরগে।" রামনা মথুত্তা লিরুং তেন পায়রদুনা লক্ষ্মণদা মতৈমবু য়েংলম্মব শিম্মরম্রগা চঙনা কাননবা শজি অদুবু

রামনা চৎত্রবা মতুং ভাইহাক্তং লৈরগা লক্ষ্মণদা মপুক্কিংদা চীংনবা পোকলকলে—মরমদি মহাক্না হিংচাবশিংগী তৌবা ওখা অঙকপা রান্নী কয়া তাম্নম্মি—মতুদি মখোয়না ইরায় লায়না শক্তি ওন্দুনা লম্বী চৎপা মীশিংবু ভুম্নত্নুনা মাঙনবা শিনবা ওমই।

মারিচনা ওল্লিবা শক্তি অতুনা শাম শামনা রামবু থাপ্পা পুথোরক্রে; রামচন্দ্রন চঙনা ফানিংবনি অতুবু ফাবদা খুদোং চাবা কংত্রতুনা ভেম্না থারতুনা মথরাই লৌরম্মি। শিবা য়ারবা থুংলাই অতুনা পাল্লবদা মারিচনা শক্তিগী মৃত্তি থাদোক্তুনা হিংচাবগী মূর্ত্তিদা শিরমদাই অতুদা রামগী খোঞ্জেল শারতুনা হৌনা লাউরগা শিখিরমই—খোঞ্জেন্দুনা অসুম্না থোকখি—“হে, সীতে! সীতে! হে, লক্ষ্মণ! লক্ষ্মণ! ঐগী থরাই কল্লু! ঐগী থরাই কল্লু! ঐ শিরে।”

সীতানা খোঞ্জেল অতু তাবা মতমদা, মহাকী কুচু তাইকেং তাইরম্মি, ইপা-পাখৎলম্মি, জ্ঞান তাদবমখৈ লক্ষ্মণদা ময়াম্বু কয়নবা চৎলু হায়না হায়রম্মি।

“থীল্লে! থীল্লে! রামগী তেংবাংলুচো;—মহাক শিবা তারে, চৎলু লক্ষ্মণ থাল্লগনু!” সীতাগী মচীন্দগী অৱাব খোঙ্হোক্তা, পাখৎনা রাহৈশিংসি হায়দোরকপা তারবদা লক্ষ্মণনা থেমজিনবা রাহৈনা হায়রকই—“নত্তে সীত', কিবিগনু। রামবু কৈদোংদৈদসু হিংচাবনা হাৎপা ঙমলোই। মতু রামগী খোঞ্জেল নত্তে, হিংচাবশিংনা শাশিন্নবনি, ঐনা হায়বসি থাজবিয়ু। ঐদি নহাকপু থাদোকচবা ঙমলোই, মরমদি রামনা নঙবু চেকশিন্না ঙাক্লনবা ঐঙোন্দা শিন্নরম্নবনি।”

অতুবু সীতাদি ইংথৌ হায়বা য়াখিদ্রে। মহাক্না লক্ষ্মণবু ময়াম্বগী তেংবাংবা চত্তে হায়বগীদমক লাউ খোংদনা মথা তানা হায়রকই—“নহাকপু ঙাওরব্রা?” মখোল হৌনা অকীবা লাংতক্লবনা মশা অমু ফাবা ঙমদনা হায়রকই। নহাক করি কংগে হায়না ঙাইহ্নিবনো?

নহাক্কী নরাঙনা থুদোংথীবদা ঙায়ে, মথরাই মাঙবা য়ানা লৈরে অদুগা নহাক্না অসিদা নমিৎ কৃত্তবমথৈ য়েংদনা লৈরি ! নরাঙগী-দমক নগাক করিমতা থদ্রেবা,—ঐনা থল্লি মহুদি নহাক্না বন্দা মাগী মতুং ইন্নরক্লিবসিবু, মহাক শিবা ঙাইরিবনি অদুগা নগাক্না মাগী লুখ্রাবী অদু কংহোগে সি নত্রা ? রাখল অদুদি থক থল্লুরদু ! করিগুম্বা রামগী থুদোংথীবা অমতং হেক থোকপগা ঐদি থরাই থাজপ্রগদবনি ! চৎলু ! চৎলু ! থাজনিঙাই লৈত্রবা নহাক সিদা ঙাইহনা করিসু কায়রোই ।”

সীতাগী মচৌদগী থোরক্লিবা রাহে থুদিংমক লক্ষ্মণদদি থাংঙমদবা ঙাক ওইরমই—মচিন তুম্রবা তান থম্মোয় ফাওনা থিনবমুক থাংঙমদবা ঙাক ওইরমই । ঙাহৈত্রবা রাহে খিবিক অদু তাবদা থাংঙমত্রবা লক্ষ্মণনা মথুৎ থুংশা তরাগী মরুমদা মমাই অদু লোং-লহনা হীক্না হঁক্না কপলমই । শেংজনা লৈরিবা মাগী মফমদা অদুগুম্বা রাহৈদু তাবদা মকোক্তা বজ্র তাবমুক রাখি ।

“ইস, সীতা ! সীতা ! নহাক্না হায়রিবদু করি রাহৈনো হায়বা নহাক থঙত্রে !”—মহাক্না হায়রকই । “নহাক্তি ঐগী ইফমদা ইচেগুম অমদি ইমা ওইহনা লৈরিবনি । অদুগুম্বা রাথন্দুবু ঐনা করম হায়না থনজবা ঙমগদগে ? নহাক্না কয়াগী মতিক ঐগী থম্মোয়বু কায়হল্লবগে হায়বসি নহাক্তি থঙত্রি !—থম্মোয় মরুবী নহাক্না মচিন-মনাও মশেল থৎনহল্লগেরা ?”

লক্ষ্মণগী মরাহৈদু তাবদা সীতাদু হায়দোকখ্রিবা রাহৈশিংদু থল্লুরগা অনুতাপ তৌবা হৌরক্লে । মহাক্না হায়জরকই—“নঙ ঐবু ঙাকপিয়ু ! ঐ করি হায়গ্রবগে হায়বদু থঙব ঙমত্রে ! অদুবু থুকউ লৈত্তানা ঐনা নঙোন্দা হায়জরিবসিনি—নহাক হৌজিকমক রামগী মনাক্ত চৎলো, ম-কাক্না নঙগী নত্তেং শোয়দনা পায়বনি ।”

মমৈথংদদি লক্ষ্মণসু মহাক্না হায়বদুদা য়াদবা ঙমত্রদুনা রামগী মনাক্তা চৎখিরমই অমসুং চৎলমদাইদা লিরুং থোংজিদা মত্রগী নিয়ম

সীতনা থাংপোকশং অতগী অকোয়বদা চিংথনা থমলমই অতুগা মতৈমদা লৈইতুগী রাংমা লাম্হোকনু হায়জরমই।

লক্ষ্মণনা সীতাবু লংশেন্দুনা হেক চংখিবা খুদক অতুদা মতু থোক্লবা শিল্লিবা রাবণনা খুদোং চাবতু লৌরতুনা লম্বোইবগী শকক্ষম লৌয়দনা সীতানা লৈরিবা থাংপোক অতু তাম্না চংশিল্লকখি— মতমতু সীতাদি য়াম্না লাংতক্লনা মবুংঙো রাম অমদি মনাও লক্ষ্মণ হল্লকপা ঙাইতুনা মমিং মনা চপ য়ুংনা রাখন্দুদা খন্দুনা লৈরমই। রাবণনা মাবু হেক উবদা নিংথিজবা শকক্ষম অতুনা মাগী থম্মোয়বু জয় তৌখিরমই অমদি মাগী মহারাণী ওইনা থমগে নিংখি।

“হে নিংথিরবী, পূর্ণিমাগী থাজদগী হেন্না নিংথিজরবী নহাকপু কনানো?” মহাক্না হায়রকই-- মথোং থাংজিল্লকপদি থক লেপ্পা লৈরমদে। রাবণনা জঙ্গলদা লৈবা লম্বোইবগী শকক্ষম পুরতুনা “বন অসিদা নথম্নতা করি তৌরিবগে? নহাকসি শ্রী নত্রগা গৌরিরা নত্রগনা স্বর্গগী লাইরেম্বী অমরা নত্রগা মুংশিবা অমদি ক্ষত্রবগী লাইরেম্বীরা! মহাক্কী শকক্ষমসিনা জঙ্গন্দা লৈয়ু হায়বা থোক্তে, হে নিংথিবী, তশেংবমক্তি মগুণ লৈবা নিংথৌগী কোন্নুংদা শাৎকদবা লৈনি। নহাক্কী অপোকপা কনানো, হে ইকাইথিগল্লবী, শকহেনবী ইবেম্মা?”

মহাকপু ব্রাহ্মণ অমনি হায়না লৌতুনা, সীতানা মাগী পরিচয় শেংনা তাকলমই লোয়ননা মফমতুদা লাক্তুনা লৈররিবা অতুগী মরম খিবিকনু থওহল্লমই। অতুগা নোল্লুক্না হায়জরকই—“নহাক্না ঙাইহাক্তা ঙাইবিরবদি ঐগী ইপুরোইবা অমদি ইনাওনিপানা হল্লক্লগা নঙগী সেবা তৌজবদা য়াম্না মুংঙাইগনি।”

“ঐদি ব্রাহ্মণ নত্তে, হিংচাবগী নিংথৌ লাইমক্না কিনরবা রাবণ হায়বতু ঐনি; ঐনা নঙবু য়াম্না মুংশি, হে নিংথিরবী। নঙবু ঐগী মহারাণী পূম্নমক্কী মকোক হাপকনি। লাকউ, ঐগা লোয়ননা

চংসি ঐগী ইত্তিক-ইঙাল অমদি চাওরব' সাম্রাজ্যগী ফুংঙাইবা অচ্চ কংজো। মহাক্না নখোং-নখুং হায়নবা ম'নাই লিশিংমক্তা লৈগনি।"

রাম্থ তাবদা সীতাহু মমিত্তু ঈমুক ঙাঙনা থানা রাবণদা য়েংহনা লৈরম্মী অত্তদগী ফুক হোগত্তুনা তুক্কচবা রাহৈন' হায়রকই।

"তুক্কচনিঙাই ওইরবা হে তমথীরবা! ঐসি কনানো নঙ খঙত্রা? নহাক রাম হায়বত্তুগী মমিং তাব্রা অথোইবশিংগী মরক্তা অথোইবা লাম্বাবীনবা লৈত্রবা, মাইথীবা পীঙমত্রবা, লাকশিনঙমত্রবা থৌনা ফবত্তুগী মপুন্সিদা মাইথিবা হায়বত্তু মশক খঙত্রিবা মীশক অমনি! অত্তুগা ঐ অসিনা মহাক অতুগী পুন্সিগী লোয়নবী অমনি। অস্রুক্কী মতিক চাউরব অকনবা অসিগী সুগ্রীবু থেমগনি হায়না থেম্রিবা হে শাগুম্নবা, পাপী চন্দাল নহাকপু কয়ামুক থৌনাফবা মীনো? হোৎনখো হান্না চীংজাউ অমা ফুক্রবা—অত্তিয়াদা ঙাল্লিবা থরাম্মিচাক অসি ফারুখো নত্রে হায়রগা সমুদ্রবু য়োৎখো—নহাক্না মীথোই-মীহেল্লবা রামগী সুগ্রীবু কাগে হায়না শীংনরবদি নত্রবদি খঙজো হে জঙ্গলগী হাজঙ চাবা শা! ঙাইহাক্তা ঙাইরে মচেৎ মচেৎ শেন্তুনা নথরাই অত্তু লৌরগদবা।"

থৌওই উশিত্তবা অমদি করেম্নবা সীতাগী রাহৈশিং অত্তুনা মচিল পাম্রবা ভাশোল ওইরহুনা রাবণগী থম্মোয়হুংদা লেংলম্মি অমসুং কাম্নদবদা মপাঙ্গল মথোনাগী মরমদা থাগত্তুনা ঙাঙলক্নম্মি। "নহাক্কুদি ঐসি কয়াগী মতিক মগুণ লৈবা অমদি থৌনাফবনো হায়বত্তু খঙত্রিবনিনে। মী লাই থিবিক্না ঐবু উবদা থক থক নিক্নরিবনি। অত্তুগা অসিমস্থ খঙজো মহুদি অসিবগী মপু ওইরিবা যমমক্নসু ঐগী ইথা থারিবনি।"

অসি হায়রবত্তুংদা ব্রাহ্মণগী শকফম থাদোক্নগা য়েংবদা অথৌবা পোক্নবা, মকোক তরা পাম্নবা মথুৎ কুন লোঙলবা অওইবা মূর্তি অত্তু লৌরহুনা রাবণনা সীতাগী মমাংদা লেপথি। সীতানা অফিক্কী

শককমদা ওস্থোরক্লিবা রাবণবু উবদা খোল্লাও থানা পাখত্নুনা শাউরমই অচবু রাবণদি ইহুং হংজাইনা সীতাবু য়োংহনা নোক্নুনা লৈথোক্লম্মি। অহুদগী থীন্দনা সীতাবু নোংশানা শক্তি-শঙাইবু শরাক তম্বগুম কায়রগা দোলাইথক্তা হাপচিন্দুনা হুংশিংকী মমাং-থানা, কপলাউরিবা, জগৎকী মমাওইরবা, মাগী অশাউবনা শাগৈ-নাথৈ, মশা পুন্নমক তুম্না মাঙগদৌরিবা সীতাবু পুরহনা লঙ্কা তম্না চংখিরম্মি।

তক্কক কৌবা লিলগী ময়াদা তারবা জীবনা তৌবগুম সীতানা মবুংঙো রাম অমদি মনাও লক্ষ্মণবু কনা-কৌজে তেংবাংবীনবা— অহুবু হুংশিংকী অকনবা ইহুমহুদা তিন্দুন' অহুম্মক মমাংথি—তাবা কৌবা লৈখিদ্রে রাম-লক্ষ্মণ অনিনা। ওস্থোকপনি! মখোয়নসু মাগী তেংবাংবীনবা লাকপিখিদ্রে—লাউজবমখৈদা মঙাইরে হন্না য়েংবদা কনা উথিদ্রে। অহুবু লমথাংদা জটায়ু কৌবা উচেক অমথক্তুংনদি চৈংথক্তা হিপ্তুনা লৈরম্বদগী হুপীগী খোঞ্জেন্দা কপ-লাউবা অহু তাবদা হৌগৎলহুনা য়েংথোরকপদা রাবণনা চৎলিবহু উরমই। থীন্দনা পাইশিনখিহুনা দোলাই পুরিবা লোলা অনিহু হাৎলমই অহুদগী দোলাইহুস মচেৎ-মচেৎ তানা থুগাইথি। ওম্রবদি সীতাদদি কনগে হায়না কনা-কন্না হোৎনজবনি জটায়ুহু! অহুবু সীতাবু শেগাদা কন্না চপশিন্দুনা নাকন্দা য়াল্লিবা থাংশাংনা জটায়ুগী মশা শাগল-টুকাং অনি ককথত্নুনা লৈমায়দা থাদহুনা থমলমলে হায়রগা অমুক পম্ববা তৌদনা মরৈবাক লঙ্কা তান্না সীতাবু পুখ্রে।

মখোয়না নোংথক্তা পাইহুনা লাকপা মতম অসিদা য়োংশিংনা লৈরিবা চৌংজাউ অমা লান্না পাইরমই। মতমহুদা সীতানা পাইরকী লোশিং অমনা মশাদা পকপা লিক-কোল খিবিক লৌথোক-লৌথোক্নুনা মথক্তগী থাদরকলম্মি। মহুনা থরাম্মিচাক মখি তারক-পগুম ইরং-লংনা চৌংহুগী মথক্তা তারকলম্মি; মহু য়োংশিংহুনা থুরম্মি অহুনা "রাম", "লক্ষ্মণ" হায়না মথক্তগী হুপী অমনা কোর

কৌরহুনা চৎখিবা অহু তাবদা রাবণ নিংথৌনা মশক নত্তৌ কজরবী হুপী অমা মখানা য়াদনা চিংহুনা পুরিবোইরে হায়বনি মথোয়না খণ্ডখি।

লঙ্কা লৈবাক্তা থুংলরবদা মাঙ্গী হায়বা ইরমী, হৈশিংলবী হিংচাবী কয়ামক্লমবু অহিং-জুংথিল নাইদনা ভাক শেলহন্দুনা সীতাবু থমখিরমই।

## ১০শুবা সর্গঃ

রামনা হন্নকপা মতমদদি খাংপোকশঙ অত্থ ইহাং হাংলম্রে; থাশিগী অহিংগী মতোগুম্না খাংপোক অহু ইমম্ মমংনা লৈরমই। মতৌহুদা নিংবা কায়বা অমসুং অরাবনা শ্রীরামগী মায়থোং ইমক মকশিনখিরমই। অহাংবা খাংপোকলোমদা মাই ওনশিন্দুনা সাতাবু হম্ন'-হম্ন কৌরমঈ। অত্থবু অরাপ্পা, অনকপদা লৈরিবা চীংশাংনা মতৌ তমহনা "স'ত"! সীতা"!! হায়না প্রতিধ্বনি তৌজরি। সীতা লেত্রবা খা'পোকশঙ অহু হিংচাবা অমগী মতোগুমগ্রে; য়েংবদ অক'বা পোকখ্রে। মপুক্কি'দা থাজবা ঙমত্রহুনা লৈরমগদো-বোইদা নিংলহুন 'সাতা"! "সাতা"! নহাকপু কদাইদা চৎগ্রবগে?" হায়না রামনা কৌখি।

ওম্মোকপনি সীতানা খাংপোকহুংদা লৈত্রবহুদা মফম অম-অমদা লৈরমগত্রা নিংহুনা পোইচেল চেল্লহুনা সীতাবু হম্না-হম্না কৌরম্মি—মশাও নিপা লক্ষ্মণনা মতুং কোইন্ ইমখি।

মমৈথংদা খুইথরবা লৈপরেং অমা থেংনরুরে—জুংথিলগী মতমদা সীতানা শিরম্বা লৈপরেংনি। মত্থ হেক উরুবদা থিংঙমত্রবা অরাবগী ঈচেলনা থুম্ভংখ্রহুনা রাম্বথিরম্মি। লক্ষ্মণনা রানা হোৎনহনা অমুক জ্ঞান লাকহনখি। মহাক্না হায়জখি—"জুংশিরবা রাম্বুং! থোইনা

হেন্না য়াবিখিগনু, পুক্নিং নৈতাবিখো—ঐখোয়না থিবদা ফংবা য়ানা নৈদ্রি।"

"ও! লক্ষ্মণ," তেংথারকই য়ামনা। "সীতা মাঙখ্রবনিনে! মাঙখ্রবা! মহাক য়াওত্রবদা ঐ করম্না হিংলসিগে—ফদা ফাওবা ঐগী ইভুং ইজয়রক্লবী সীতানিনে। মহাক অদো চৎখ্রবনিনে। চৎখ্রবা! ওহোকপনি, মহাক য়াওত্রবা পুন্সি অসিদি করিদোননি, হায়য়ু লক্ষ্মণ!"

"লেংখৎলো য়াম্মুং, থিরুরসি." পুক্নিং থৌগৎ য়াহৈসিগা লোয়নননা হায়জয়রকই লক্ষ্মণনা। মখোয় অনি চঙনা লমদম অহুগী মফম থুদিং ফাত্তুনা-শেত্তুনা থিরক্লে; অহুবু ফংবা কৌবা নৈত্রে। মমশিল্লক্রবদা থিবগী থবক অহু অমুক্তা হেন্না থুদোং চাদবা হেল্লকখি। অহুবু থুদোংখিবা অহু খজিক্তুংদা ওইরবসু মতেং ওইননবা অতিয়াদা নোংপোক মায়কৈদগী নিনি পানবা থাজনা মভাল মশেক খজিক্তুং শিরকখি। মতমহুদা য়ামনা থরে অমথক পুখ্রি অমদা শাংপা উথি, অমসুং মহুবু সীতানি নিংলহুনা হায়রকই—"ইস! নংসি লুংশিহৈত্তেদকো ওহোক্লসু! ঐ উথিনি হায়না নঙনা লোত্তুনা লৈরিবনিদকো! নগাক ঐগী লুংশিবগী চাং য়েংলিব্রা? করিগুম্বদা ঐনা নঙগী নফমদা লুংশিদবা শাজৎ চৎখিবা লৈগ্রব্রা?"

সীতাদি নত্তব•না মালং ফোরোই তুংইন্ন থরোহুনা হায়হুন্না অসুম লৈরমই অহু উরুবদা সীতা নত্রে খঙলহুনা নিংবা কান্নবগী অনৌবা ঈংং অমা রামগী থম্মোয়দা চেনশিল্লকখি অমসুং মহুনা মচিন পায়বা তেন্না নোংনা-নোংনা থাজিল্লকপহুমুক য়াখি: অরাবগী পিরাং ঈরোয়নননা মফম অহু থাদোক্লহুনা লক্ষ্মণগী মতুং ইন্দুনা মফম অমদমুক চৎখিরমই। অহুদগী থাংপোক তম্না অমুক হল্লকখি—হায়গী মতৌগুম্না ইহাও হাঙলম্মি, ইচীক-চীকলম্মি থাবলদা থাংপোক মমাংদা শ্রীরামচন্দ্রনা, নোরোক্কী কোমদ তারবদা যমগী ছুতনা লাক্লবদা অরাবা ফংবহুক মৈচাক থাংঙমদনা তেংথা-নাঙইননা

কত্থ্না লৈখি। অহিং চুপ্পা অতম্মা বল্লুং অতুদা কোইচঙ চত্তুনা সীতাবু খিখিং। থাবলগী মঙাম্মা রৈবদা তাৱকপা উগী মমি অমদি অত্তৈ অত্তৈ ৱনগী লৈরাংগী মমিনা মতুং কোইনু-ইন্নরম্মি। মমাংদমু মমিহু ভাবা উখি। মমৈদদি শোল্লবা পুক্লিং অতুনা মাঙগী উকমদা সীতানা কে-কু লোত্তুনা লৈবগুম উরমই—তামরুই—হেক্তা মমাংখি। অমুম্মা অহিং চুপ্পা অহু রাখল অতুনা কোইচিং চিং চিংহ্না পুরকখি। "সীতা! সীতা!" হায়না তোয়না কৌরকপা খোঞ্জেলহুমকী খোঙ্খাংনা উমং-ৱামং অহু পুমনিল নিলখিরম্মি। অতুম্মা নোংঙানবা কাওবা লৈখিরম্মি।

নোংঙাল্লবদা, অহিং চুপ্পা তুম্মুদবগী অরাবনে, চোকথরব মচিন-মনাও অনিনা পোথাবা কৌবা লৈতনা অমুকহম্না থিরকখি। অমুম লাকপনা চীং অনিগী কারক্তা লৈবা লোকহুং অমথক থেংনরম্মি; মতুদা মশা অনি য়াওরবা ঈহং নাইহং শারবা জটায়ু উচেক থেংনখি। শিরমদাই মতমতুদা জটায়ুনা থোকপ্রিবা থোদোক খিবিক মরাক চুম্না তমখিরম্মি অমসুং মথা-থংবা মায়কৈরোমদা রাবণনা লঙ্কা তাম্না সীতাবু গরুড়না লিল চেন্দুনা পুবগুম পুখিবা অহু তমজরম্মি। মহাক্নসু সীতাদবুদি কনবা ঙম্ব্রা য়েংগে নিংহ্না অকনবা লাল থেংনখিবা অতুসু তমতুনা তাহনজরম্মি। অতুগী তুংদা শ্রীরামগী মপাম্বোমদা জটায়ুগী অরোইবা স্বর হোনখি। মখোয়গীদমক্তা মথরাই থাখ্রিবা জটায়ুগী তোৌবিমল থঙবা উংলম্নগা মহাক্ন তাক্লবা মায়কৈ অদোমদা মচিনমনাও অনিগী চোকথরবা মখোঙ অহু থাঙল-থাঙলহুনা -াকখি।

*স্বীদা অসুম লাকপদা চাউর শাংলবা ফিভম কায়রবা, মমিং নাম থক্তা পানবা, হিংচাবা অমথক থেংনখি। মহুগা অকনবা লাল তৌনখি অমসুং অনিনা হিংচাবহুগী মপাম্বোম অনিহু কক্তুনা লৈবাক্তা থাদরম্মি অহুদগীদ হিংচাবহু মালেমথক্তা চাউরবা উজাওনা তুথরক-

পণ্ডম ভুখিরম্মি। অঙকপা থৌরৌনি—শিগদোরবা হিংচাবা অমুনা হায়রকখি মতুগি মহাক কবন্ধ হায়বা গন্ধর্ব্ব অমনি; অভিশাপ অমা কংবদগী হিংচাবা ওমুনা মকমতুদা লৈরিবনি। মহাকপু বজ্র তোৎনা মশা অমু ভুমহল্লবদদা মাগী হায়গী মূর্ত্তি অমু হনজিনগনি। মমু করিগুম্বা তৌরবদি মহাক্না সীতাগী মরমদা অশেঙবা তাকচগনিমু হায়রম্মি। মহাক্না হায়জবা 'তুংইন্না রামনা যজ্ঞগী মীং শেম্নহন্না হিংচাবহুবু মচিনমনাওনা মৈ থাখি।

ওম্বোকপনি! মৈগী মৈরী অমুদগী কবন্ধ হায়বা গন্ধর্ব্ব অমু চোংথোরকখি। মহাক্না সীতাদি লঙ্কাগী নিংথৌ, রাবণনা পুত্রে হায়খি। অমুগা কন্নবা হিংচাবগী নিংথৌ অসিবু মায়থীবা পীগে হায়রবদি নিলগিরি চীংথক্তা লৈরিবা য়েংগী নিংথৌ সুগ্রিবগা তিন্নরগা ওমগনি হায়নমু তাকখি।

গন্ধর্ব্ব অমুনা মরম শুগায়না থঙনবিবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগচরম্মি; অমুদগী মথা মায়কৈদা নিলগিরি চীংগী লমদম তান্না চংলক্লে রাম-লক্ষ্মণ অনিনা। মকমতু য়ৌরবদা মথোয়না সুগ্রিববু থিরকখি; মকম অমুদা ই'কাম কোম্ন' সুগ্রীববু থেংনরম্মি অমসুং মাগী মচিন্দগীসু রাবণ নিংথোনা মশক-মতৌ ফজরবী সুপী অমথক পুম্না চংথিবগী রাহু তারমই। অমুদসু নত্তনা সীতানা রাম লক্ষ্মণ অনিবু কৌর কৌরতুনা তেংবাংবিরনবা কপ-কপ্তুনা লাউজরম্মি হায়খি অমসুং মথুক্তা শিরিবা লৈতেং খিবিক অমমমতা ওইনা থাদরম্বদগী মথোয়না থুলহৌবা অমসু পুথোক্তুনা শ্রীরামগী মকমদা উহন্নে। শ্রীরামদি মিংলুদগী শিস্থরূপা পিনা ম'মং অনিমু উহনখিত্রে অমুনা য়েংবা ওমলমদে অমুবু লক্ষ্মণনা য়েংবদা শোয়ত্রে হায়বা থঙলে।

অমুগী তুংদা রামগা সুগ্রী'বগা চেৎনা-লুনা মরূপ শাম্নরম্মি। সুগ্রীবনা হায়জবা মতুং ইন্না মপাম্বা বালিনা মুমগ্রবা লৈবাক অমু মুহাক্কী মথুক্তা শিন্নহনা নিংথৌ হাম্নিগনি হায়নহনা বালিগা সুগ্রীবগা

অকনবা লান তৌনহল্লে। লানকমদা রামগী মতেংনা সুগ্রীবনা বালিগী মথক্লাই লৌরম্মি। মতুংগীদমক্তা সুগ্রীবনা মাগী য়োংয়ামগী লান্মী পুম্নমক রামগী মখুত্তা শিন্নরদুনা মহাক্না লমজিং ওইরগা সীতাবু উদ্ধার তৌননবা লঙ্কায়োমদা লাকখি।

× × × × × ×

অসোমদদি কমদৌরি—সীতাদি অকিবা ফংলবা চাওরবা হিংচাবগী লান্মীনা ঙাকশেন্দুনা লৈরি। হন্না হন্না মফমহুদা রাবণনা মাগী তৌঙন্নবা শক্তি পুথোক্তুনা সীতাবু ওৎলরি। খোইথুম্নবা রাহৈ কয়ানা সীতাগী থম্মোয়বু পেৎননবা হোৎনররি অহুবু সীতাগী মফমদদি পুম্নমক অহু অরেম্বা তাখি। শাহিং ঙাক্‌হিং চাবা জীবনা হোন্দোরকপা নমথীবা স্বরগী মতৌগুম্না রাবণগী রাহৈ খুদিংমক তুকচরবা ঙাক ওইখিরম্মি। মহাক্না অপাম্বা শাজৎ চৎকে নিংলিবা পুম্নমক অহু সীতাগী অশেঙবা থম্মোয় অমদি সতিগী গুণনা পন ওইনা থিংহুনা থমখিবনা শম্না মফৈ অমফাওবা হেনজিনবা ঙম-খিরমদে।

রাবণনা উপায় কয়ানা সীতাগী থম্মোয়বু জয় তৌবা ঙমত্রবহুদা অতোপ্পা উপায় অমমুক য়েংবা হৌখি। মহাক্না ঙাকশেল্লিবা শন্নি পুম্নমক কৌরহুনা সীতাবু অশোক বন্দা থম্লুনবা য়াথঙ পিরম্মি। সহর অহুগী মপান্দা লৈবা অশোক বন্দা মহাকপু থেম্না-নৌনা শিজিন্নহুনা মহাক্কী মহারাণী ওইহন্ননবা হোৎননবা য়াথঙ পীরম্মি। রাবণনা হায়খি—"মঙোন্দা মমল য়াম্নবা ফিজেৎ লৈতেং পীয়ু মহুনা মাবু লৈতেং তৌবিয়ু। অহাও-অথুম পীজহুনা মপুক্লিং পেলহল্লু। মাগী মমাংদা ঐবু থাগত্তুনা ঙাংউ। করিগুম্বা মসিদা য়াত্রবদি মাগী অরোইবা মতম লাপত্রবনি হায়রবসিন্নু মঙোন্দা খঙহল্লু।" অহুম্না হিংচাবী কয়ানা সীতাবু মনিংথোনা ঙাকপীবা মতুংইন্না থেমজ্জা

মপুক্কিং ওয়নবা হোৎনখি। অদুবু সীতানা মমাত্রবত্তদা নিংথৌগী মকমদা হোৎনব পূন্নমক কাময়ে হায়বা পাউ অসি থাখিরম্মি।

সীতানা অহিং-নুংথিল নাইদনা কপ্তুনা ঙাক লৈখি। করম্বা মতমদা মবুংঙো রামবু কংজগদগে হায়বসিনা মাগী অমতা ঙাইজরবা রাথল ওইরম্মি। মথোয়না পীবা কিজেং-লৈতেং, অচা-অথক খিবিক করিসু শোকউবা লৈরমদে। রাবণগী মমিংদা পনবদা কিবনা উরাউ-থরাউ তেংথা-নাওইনা কপ্তুনা মতম লেনজখি।

মথৈথঙদ অনৌবা আশাগী মঙাল অম মমলবা সীতাগী থম্মোয়-হুংদা কাওররে। সুগ্রীবগী লাম্মীগী সেনাপ'ত ওইরিবা হনুমাননা শ্রীরামগী য়াথঙ পুরক্তুনা য়ুথক চামা পাকপা সমুদ্র চোংলক্লগা সীতাগী থোঙ্গুন লীরকখি। অদুন' অসুম থিরকপদা রাবণগী চংঙমদ্রবা কোম্নুং মম্নুং চংত্তনা মথক মথা ওল্লম্লগা অশোক বন্দা শাদানবনা কোইশিল্লবা উপায় কৈত্রবা শক্তি অমোমগুম কপ্পা লাউনা, মশম-মনা হৈকা-ফানা লৈরিবী স'তাবু থেংনররে হিংচাবা ময়ামগী মরক্তা।

হিংচাবী ময়ামত্তুনা তুমথগ্রবা মতমদা সীতাগী মমাংদা হনুমান্না চংশিল্লক্তুনা ভক্তি কৎচরমই অমসুং মহাক্না লাক্লিবত্তুগী মরম খিবিক লীত্তুনা তাহনজরম্মি। মতুংদা মহাক্না রামনা পীরকপা খুদোপ অদু মবেম্মা সীতাদা উৎখি খুদোপ্তু উবমক্তদ মবুংঙোগী রাথন্দা ফুন্দুন' লৈরম্বা অদু নো'ঙ্গুথাগী অকনব ঈচাউনা পন নমথাইরক্তুনা চেপ্লকপ'গুম চল্লক্লে, হু'শি মৈচাকী ঈ'চল—কপ্প-লাউনা তেংথাজরকই। মমিংকী পিনা ঙম্না হম্না খুদোপ্তুবু চামথোকচত্তন' থম্মোয়দা চেৎনা কোন-জরম্মি। মঙকশমদা শিরিবা লিক অদু লোথোক্লগা হনুমানগী মথুত্তা মবুং-ঙো রামদা পীথু হায়না শিল্লরম্মি অমসুং মত্তুন' মহাক্না মবুংঙোবু চেৎনা লিংজবগী খুদমজি হায়বা থঙহল্লু তাকপিখি। অত্তগীসু মথক্তা রাবণনা থা অনিগী মকম থারি মনিদা মহাক্না হায়বা রাত্রপদি মাগী মখুত্তা

পুনশিগী অয়োইবা ষর হোনগদবনি হায়রি—মসিসু মবুঙোগী মকমদা খঙহনবা হায়রম্মী।

হনুমানা পাউ পুরমক অসি পুরহনা রামগী মনাক্তা হন্নকখি। হন্নকপগী খোংচত্তা মহাক্ত—রাবণনা লুনা খনজরিবা, অনিগুবা স্বর্গগী লৈকোল ওইরিবা মধুবন হৈকোল থুগাইহনা রাবণগী অচগুবা মচাশিং অমদি খোঙমী-লাম্মী ময়াম হাত্তুনা পাঙল ময়েং তাহনবদা নত্তনা লঙ্কা পুম্বা মৈ থাখিরমই। অসিগী তুংদা মবুংঙো রামগী মনাক্তা মবেম্বা সীতাগী খম্মোয় সুংহৌরুবা মপাউ পুরহনা তমলরে।

সীতা হিংলি তাবদা রামগী হুংঙাইবগী মপাল লৈরমদে। মহাক্না পীরকপা লিক অহুবু থুহুম চেৎনা পারহনা খম্মোয়গী মবেম্বা মহাকপু অমূক হন্না কংজবগুম হয়াউখি। খম্মোয় শোক্না খম্মোয়মুংদা হায়রম্মী—"হুংশি খোইরবী, থরাইগী থরাই ওইরিবী, নহাকী ননাক্তা ঐ শোয়দনা লাকনি।"

খীলনা যুথক চামা পাকপা সমুদ্র থিংলহনা মপাল নাইত্রবা য়োং অমসুং শওমগী তেঙ্গোল পুরগা লঙ্কাগী রাবণ নিংথৌগী মথক্তা লান্দা-নবগী শেমশারে। রাম-লক্ষ্মণ অনিনা য়োংয়াম পুরহনা মথারোমদা চথরকলে। সমুদ্র খোংবাল য়ৌরক্লবদা রাবণ নিংথৌগী মনাওনিপা বিভীষণসু রামগী নাকন্দা রাওজগে হায়না চংলকলে। খ্বাই ময়ামগী মমাংদা অকনবা রাশক লৌরগা বিভীষণবু মথোয়গী মীচংদা রাওহল্লে। রামগা চেৎনা মরুপ শামখ্রে। লঙ্কাগী মহুংদা অধর্ম্মগী থবক তৌবা পামদবদি বিভীষণ মথক্তা ঙাইরম্মী। মহাক্না ময়াম্বগী মকমদা সীতাগী দমক্তা মরৈ য়েংখি। অহুনা হিংচাবগী নিংথৌ রাবণনা মাবু তাম্বোরকখি।

অহুদগী বিশ্বকর্ম্মাগী মচানীপা নলগী মত্তেংনা সমুদ্র মথক্তা নুংদনা ফজরবা লম্বী অমা শেমলহনা মহুগী মথক্তা রামনা য়োংগী অপার তেঙ্গোল পুরহনা লান লাকলে অহুগা রাবণগী কোহুং মনাক্তা রামগী জয়ধ্বনি লাউর-লাউরহনা লানবন শাহনা লৈয়রে।

য়েক্কবগী লাম্মীনা পৈন্থনা লৈয়রবন্থদা হিংচাবগী নিংথৌ রাবণনা হিংচাবা তেঙ্গোল থাদোরক্লুনা লাল থেংনহল্লম্মী। মতিক মগুণ লৈয়বা রাবণগী মচানিপা, ইন্দ্রদেববু ওহ্রুই হায়রন্থনা ইন্দ্রজিৎ কৌরবা যুবরাজনা লুচিংলহনা হিংচাবগী তেঙ্গোল পুরন্থনা রামগী মাইয়োক্তা চংশিল্লক্লম্মী। শামু-শগোল, রথ-দোলাই, খোংমী লাম্মী পুমমক্না মথুং চাবা থূংলাই পায়ন্থনা মশীং লাকওমদনা লাকলম্মী। মোইবুং-পেরে-শিঙ্গ মশীং লাকওমদনা থোংলকই। থুনমক অচৌবা লাল অমা থেংনরম্মী। হিংচাবা অমদি য়োংগী তেঙ্গোম্না মাগী মাগী মীচংনা জয় ওইরে! জয় ওইরে! হায়না লাউনরকপন্থনা অতিয়াসি পুমনিল নিল্লম্মী। কল-থৌরবা য়োংশিংনা নূংজাও, উজাওনা থূংলাই ওইন্থন' হিংচাবশিংবু হাংলমই। চহি কয়া কক্লুবা মথুজিম্না অকং-অকং হিংচাবশিংন্থগী মশা অন্থবু হোগাইরম্মী—হিংচাবশিংনমু অকিবগী মশক কংনা য়োংগী তেঙ্গোলবু হাংলমই। লানগী শামু শগোলশিংগী মথক্তা য়োং ময়াম্না ওং নৈরকপা অন্থ থাংওমত্রন্থনা কায়-কায়ন্থনা চেমরকই। য়েংবদা অকিবা ফংলবা লানফমনি— ঈতনা তুরেল ওইনা লানফম মম্নাইদা চেল্লমই। কনাগী অককপা মথূং-মথোঙ-মকোক দোলাই অতেকপা শামুগী মনাতোল, মথোঙ কৌশিং ওইনা ঈচেলন্থদা তাউরমই। য়োংশিংনা মচিন্দদি তত্তনা মবুংভোগী মিংলেনবু রাম রাম-রাম-রাম। হায়না শোল্লন্থনা হিংচাবগী তেঙ্গোলবু নৈথাইরকথি।

অসুম্না অকনব ল'ন 'শ'ক্লবিদৈ'সদা জানকী সীতানা অশোক বনগী চোকপন্দা কাথক্লুনা লান অন্থবু মিং কুপ্তগমখৈ য়েংজরমই। মহাক্না অসুম য়ংহনা লৈরিভৈদা মবুঙে রামগী মঙকশম কক্লুনা লানগী ময়াইদা থাদ'থবগুম উরমঃ; মতুদা রাম্ফন্থনা চোকপন্দগী ওম্বরমই। সেবা তোরিবী ময়াম্ন ঈ'শং চাইন্থনা লাক্লজরম্মী অমসুং মন্থ পুম্নমক হিংচাবগী মায়ানি রাম শিদে হায়ব তাজরবদা মপুক্লুং থর। লুংঙাইজথি। অন্থবু মহাক্না থন্থরম্মী—'রামনা শিরগা ঐদি

কময়ৌনা হিংহনা নৈগনি। মতুগী মতিক চাবা থবক চথরগা লোয়রেদনা” হায়না মপুরিংদা লেপচখি।

লান অদুগী মতাং অমদি রামগী তেঙ্গোয়না থরা শোয়না উরম্মী। রামদি য়োংয়ামগী পাক্ষল অমদি থৌনা অদুদা লানদু শোম্বদনা মঙ্গল ওইগনি নিংলম্বনি। অদুমকপু সুগ্রীবনা চাউরব উ অমা ফুক্কুনা ইন্দ্রজিৎকী দোলাই মথক্তা লংশিল্লম্মী মহুনা মাগী দোলাই অদুবু মচেৎ মচেৎ থুদেকপদা নত্তনা মাগী লাম্মী পুম্নমকপুম্ম চাইথাইরম্মী। অদুমদি ওইরগা ইন্দ্রজিৎনা অমম্বগী লালোংদা নাগপাশ হায়না কৌবা লিলগী থূৎলাই অমনা রাম লক্ষ্মণ অনীবু থঙহৌদনা পুন্দুনা জ্ঞান মাঙহন্দুনা থমখিরম্মী অমসুং হিংচাবগী কাঙলুপ্না জয় ওইরে হায়না নিঙতুনা সুংঙাইনা লঙ্কা কোম্নুংদা হনখিরম্মী। অদুবু পবনদেবগী মতেংন প্রভু রামচন্দ্রনা মনাই গরুড়বু কৌহুনা অরাবা অদুদগী নাম্থোক-খিরমই। অসুম্ন থুদোংখিবদা তারুরবা অদু কোকখি।

## ১৪ শুবা সর্গঃ

মমৈথংদা রাবণ মশামক লানকম অদুদা লাকলম্মী। মায়োক্নবা লানকমদা রামনা থৌরবা তেনুতনা রাবণগী মথক্তা কাপশিল্লক্কুনা পাক্ষল্লবা রাবণগী মকোক তরাগী নৈতেং ওইরিবা লুহুপ তরামক মালেমথক্তা থাদখিরমই; অশাউবা অমদি ইকাই চংশি রামবগা লোয়নননা লানকম থাদোক্কুনা কোম্নুং মতুংদা চঙহনা নৈখিরমই।

মতম থরদি লাইবক থীরবা হিংচাবাশিং অদু অকনবা কয়া কয়ানা লানকমদা তুখিবনা লুচিংবীনবা নৈতবদগী অরাবদা তাহনা নৈরমই। রাবণগী মথরাই রায়া রারমই। মরম অসিনা অরাবা অসি কোক্ল-নবা য়েক্নবনা কিনরবা কুম্ভকর্ণবু লানকমদা থাজিন্নগে হায়না মবুরিংদা লেপ্লহুনা মনাইশিং থাখ্রে। কুম্ভকর্ণ অসিদি ব্রহ্মাগী বর কংবদগী থা তরুক-তরুক-তুমই। থা তরুক মপুং ফানা তুমলুরগা হৌগৎলকপা মতমদদি লানকমদা মাবু মাইথীবা শীবীনবা জগত্ত পোক্ত বনী। অদুবু

হন্দকী মতাংসীগদি হায়রিবা থাশিং অসি শুরমদে। অহু-মকপু তঙাইফদনা হৌদোক্লবা য়াত্রহনা হিংচাবা ময়াম্না মানা তুমহল্লা লৈরিবা মকম অহু তাম্না লাক্লুনা হৌদোক্লবা হোৎনরম্মী।

হিংচাবশিংনা পূং. ঔশৈ শক্লুনা নিল থোংলম্মী অমদি মনাকোং মপাদা হৌনা লাউরম্মী; অহু কাওবদা মতু চুংদবমথৈ তুমদনা লৈথি। মখোয়না লাঙ্গোই লাববু মাগী মথক্তা নেৎহল্লুনা হৌদোক্লবা হোৎনরম্মী অহুনসু কায়বা ংখিদ্রে। মথৈদা মশক মতৌ কজরবা তুপী কয়াগী মক্তেংনা কুম্ভকর্ণবু হৌদোকলম্মী অহুবু তুম্বা হৌদোকই হায়রবগী শাউবনা নোং থাকপগুম ভংথরকলমই। হিংচাবা ময়ামনা মাবু হৌদোকলিবগী মরম পূম্নমক শেঙনা তাক্লুনা খঙহল্লে। মাগী চানমবা হায়হনা শেমলিবা মী-শা-ওক য়ু ময়াম অহু চীংগুম্না পৈহনা মমাংদা থমলমই। মহু চায়বা কাওবদসু পেনবিদবা কুম্ভকর্ণনি। হিংচাবা ময়াম্না হাওরবা য়োং ময়াম মহাক্তী চাননবা পৈহনা থমলি মহু চাবিনবা হায়জরম্মী।

মচিনবান লেক্ল-লেক্লহনা "য়োংয়ামহু কদায়দা লৈবনে৷ মকম তাকউ" হায়রকই। অম্নুম্না কুম্ভকর্ণনা মাগী মোংকম ওইগদৌরিবা লানকম অহুদা মবুক পেম্না য়োং ময়াম চাগে হায়না লাকখি। অহবু খঙহৌদনা মাগী মথক্তা অকি অথঙ লৈত্রবা য়োংজাওশিংনা নূং উনা নোং চুথরকপগুম মাগী মথক্তা লংশিল্লকখি। অহুবু তুবুম অমা ফাওবা তৎলমদে—কনথ্রবা কুম্ভকর্ণনি। অমুক অমুক নোকথোরকপদা চীংলাইনা চৎপদা চীংমাই নিংথাইবগুম চীংগী চীংমাইশিং নিংথাইরম্মী। য়োং চাম-চামনা থুজিং ওইনা মহাক্ল ফা-ফাহনা চাখিরম্মী। য়োংগী পাক্লমা থেংনবদা রাবরা কুম্ভকর্ণগা মথৈথংদদি শ্রীরামচন্দ্রগা লান্বা পাখি। থওই উশিন্তনা রামবু য়োংকে হায়না কুম্ভকর্ণনা হোৎনরম্মী অহুবু য়েক্লবনা মাইথি-পিঙমক্রবা রাম্না তেম্না নোংচুবগুম কাপশিন্দুনা অমম্নুং শক্তি কল্লবা তেম্না থাহনা কুম্ভকর্ণবু অরোইবা রাহিপ তানহনখিরম্মী। শ্রীরামনা মুকম মুকম শোম্না হায়খি—"তুমদা পাম্নবা নহাক্তি পুনশি-

শিরগী ওইনা হৌগত্তনা ফুমখ্রো। কল্লবা পুংজাদা মতম চাদনা মচু ফুমগী হৌদোকখ্রবনি।"

ইশা থাজদনা কুম্ভকর্ণবু হাংখিবসিদা কিঙ্গবা হিংচাবশিংছু মায়কৈ খত্তনদনা কায়হনা চেন্নখিরম্মী। মথুড়া শিখিবগী লম্মন খুমগে হায়বগী-দময় ইন্দ্রজিৎ অমুক হন্না লানকমদা লাক্কুনা লানথেংনখি। অত্তকপনি। মতমহনা লোইরকলবদ, কনাগী পাঙ্গলবা কনাগী শক্তি লৈবা পুম্নমক মতমগী থায়াংচুংদা মচংখি। লক্ষ্মণগা ইন্দ্রজিৎকা অকনবা লান্না তৌনখি। মতম কয়া মী লাইনা মাইথিবা পিবা ওমদহনা লৈরক্লবা ইন্দ্রজিৎ লক্ষ্মণগী মথুক্তা মায়থীরে। লানফমদা মশাগা মকোকা তোত্তান তোত্তান তাখ্রে। হিংচাবগী লাম্মীশিং শমজি খাইন কায়হনা চেন্নখ্রে। লানগী ছুতনা রাবণগী মফমদা ইন্দ্রজিৎ লানফমদা তুরে হায়হনা পাও তমখ্রে।

শাগৈগী কল্ল কল্লবা লানগী সেনাপতি কয়ানা তুখিবা অছুগী মথক্তা জগৎন কিনরবা কুম্ভকর্ণ অমদি ইন্দ্রজিৎ অনিনা তুপ্ৰবদা রাবণ মথন্নাই থুবাক্তা হাপখ্রে—মথন্নাইছু চেং খৈবগুম নিকখ্রে কিবনা লোইখ্রে। রাবণনা মতম কয়া কপ্তুনা থাওখি। পুম্নমক অসি সীতা মাগী মরমগী-দমক্তনিকো খল্লুবদা শাউখিবনা লুত্তোল শাংখ্রে। থীন্দনা মথুক্তা থাংশাং অমা পায়রহনা অশোক বন্দা লৈরিবী মরাল লৈজরবী সীতাবু হাংকে হায়না চংখিরমই। রাবণগী অশাউবা কিত্তম অছু উবদা ওাকশেল্লিবী হিংচাবী মুপীশিংহনা সীতাবু লোত্তুনা থম্লগা রাবণবু থেমহনা মুপী হাংহৈদে হায়না মপুক্লিং কাজিন্দুনা হলহনখিরমই।

অছুগী তুংদা অমোঘ পাঙ্গল্লবা হিংচাবগী তেঙ্গোল পুরহনা লান চংলক্লম্মী। রনাওনিপা বিভীষণনা রামগী মীচত্তদা লান শোক্লবছু উবদা রাবণনা শাউমনখিহনা নোং খোংবগুম ওত্তলহনা লাউরকই—'হে বিশ্বাসঘাতক! লৌসে নত্তগী মত্তিক চাবদি থুংলাই অসিনি।" অছুবু লক্ষ্মণনা লম্বী তংথাইদা থুংলাই অছু অনি থোক্না ককথক্তুনা থাদখিরম্মী।

অহু উবদা শাউপ্রহুনা—"হে ইচাগী মথরাই লৌবা নঙনস্থ মীগী মথরাই কনবা শারি হন্দকমুক্তি নঙগী নথরাই কনবা অবা হোৎনজো।" অসি হায়হুনা চ্যেকশিন্না থন্নিবা শক্তিশেল কৌবা অহু লক্ষ্মণ তন্না লংলকথি। লক্ষ্মণনা য়াম্না কন্না তা অহুবু ককথৎনবা হোৎনরম্মী অহুবু হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা তাম্রে তা-হুনা পান্দুনা লক্ষ্মণ লৈমায়থক্তা তুখিরমই। রাবণনা লক্ষ্মণ শিরে থল্লহুনা নোংমহুগী ওইনা লানকম অহু মায়পাক্লহুনা কোম্বং মমুংদা মুংঙাইনা পোত্থাহুনা লৈখিরমই।

অসোমদনা হনুমান্না নোং ভান্দ্রিৱৈনা "জীব সঞ্চয়া" কৌবা হিদাক লৌরুহুনা লক্ষ্মণগী অশোকপা মকমহুদা হিদাক অহু থারমই। মহুনা লক্ষ্মণগী মথরাই কল্লমই। মথঙগী তুমিত্তা রাবণনা হৌথিব। নুমিত্তা লক্ষ্মণগী থরাই লৌথিবগুম্না তশেংবমক্তি শক্ষ্মণ হিংগৎশ্রে হায়বসি রাবন্না মুন্না থঙখিদবনা রামগী মথরাই লৌরগে নিংলহুনা লান চংলকই।

"ঙসিদি রাম্না শিবা অমা নত্রগা রাবণনা।" মহাক্না রাশক্তুনা হায়রমই। "লঙ্কাগী মাইবীশিংনস্থ অমাবস্যা নুমিৎসিমদি ঐগী মঙ্গল ওইগনি হায়খিবনি—মহু ওইবা ওইসনু।"

রাবণনা শিবা নাইত্রবা রামগ' লান থেংননবা চংখিরম্মী। শ্রীরামস্থ নুমিতুদি খ্বাইদগী অকনবা লানকম ওইবনা য়াম্না চ্যেকশিল্লম্মী। দেবরাজ ইন্দ্রদেবনা মাগী সারথি মাতলিগা লোয়ননা মাগী দোলাই অহু শ্রীরামচন্দ্রনা তোংননবা পীরকলমই অহুদস্থ নঙনা থুংলাই চংঙম-ত্রবা লাল-ফুরিৎ অমস্থ পীরকখি। শ্রীরামনা ফুরিৎ অহু লিংলগা ইন্দ্রদেবগী দোলাইদা তোংলহুনা রাংগা লাম্ফেংনখি। অচৌবা য়েক্লবা অনিহুনা অমগা অমগা চাথোক্লদোঙুম য়েংনরম্বদগী অকনবা অকীবগী মশক ফংলবা লান তৌনখিরমই। লাম্বা চাবা অনিনা লাম্ফেংনবা অহুদা মায়কৈ অনিগী লাম্মী অমতস্থ মীচং চংনদনা তুমিন তুমিন অকিবগী মশক ওইরবা কুম্মৈ অহু য়েংনহুনা লৈরমই। শাম্ন লহশা জনীনা হনগী মমুংদা য়াথিল্লবগুম জতিনা থেংনমুৎপা লান অহু

উবদা মী পুম্নমক ওক্লরম্মি ; থক্তুনা দেব সতানা মাগী মাগী বিমান্দা তোংনহুনা কুম্মৈ অহু হুংঙাইনা য়েংনরম্মী।

লান অহু অমুকনা রাবণনা ওমগদোৌবগুম অমুক্লা রামনা থম্না কগদোৌগুম অসিনি হায়রবা মাইকৈ খঙনদন শোক্লরম্মী অহুক হুংঙাইবা কুম্মৈদি মমাংগী মতমদসু থক উখিত্রি ; তুংদসু লাকলরোই। লাই হিংচাবা য়োং শওম থিবিক্লা ময়া কাহুনা য়েংনরমই। মাগী মাগী মীচংনা ওমহম্লিংবা হায়বসীদী হৌনশানিনা রামগী থুংকাপনা থজিক্তুং হেনজিল্লকপা উবদা য়োং-য়াম্না হুংঙাইবগী ওমথৈ লৈরমদে অহুগুম্না হিংচাবগীসুনি।

অসুম থেংনরম্বদগী রাবণনা থৌরবা তেন অমনা রামগী পাম্বোম মক্লদা থুমনা থারম্মী মহুনা থুংকাপ্তা হম্বহম্নবগী থৌরাংনি অহুবু হৈশিংলবা রামনা রাবণগী মথবাক্তা থৌরবা তেন অমনা অমুক থারমই—অসিনা হেল্লি হায়নিংঙাই লৈরমদে। ওঃ কয়া কুইনবু খাঙগনি কাল কৌবা লাইনা অশিবগী চৈতুপ পায়হুনা মমাংদা জগোয় শাররবদা অকনবা কনানো খাঙগদবা ! রাবণনা হল্লকপা, গদা-তা—কাপলকপা তেন থিবিক শ্রীরামচন্দ্রনা থবং-থবং ককথস্তুনা থাদরক্লে হেনজিল্লকলে থুংকাপ অহুবু রাবণদি অচম্বা তেন অতৈনা হাংপা য়াবদি নত্তবনিনা ব্রহ্মানা শেমহুনা থমখ্রবা মাগী মৃত্যুশ্বর অহু কাপলকলে রাবণ তম্না মতম কয়াদগী হিংচাবগী ওৎনৈবা খাঙহনা লৈরক্লবা মালেম লৈমগী অরাবা কোকহনবিগদোৌরিব তেন অহুগী মচিন্দা মন্ত্রগী মিয়ম পীরগা তেন্দা থোংবদদা প্রলয়গী মৈরী থোক্লা চাক্লক্লে ; নাখোঙ ফংনা লির্ন চৌংলহুনা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবণগী মথক্তা কাপক্লে শঙ্গাইশেলগী মহৌগুম্না থুনা য়াঙনা পাইশিল্লক্তুনা মতিক মঙাল চাউনা পৃথিবীদা হাইনা হুম্না পাল্লম্নবা রাবণ নিংথৌগী মকোক তরামক ককথস্তুনা লৈমাম্নথক্তা থ দখ্রে। লাউনা খোংনা মকোক য়াওব্রবা রাবণগী মশাক্ত চৌংম য় নিংথাইহুনা লোকহুংদা তারকপগুম মালেমথক্তা তাখিবগা লোয়নন স্বর্গদগী কুম্মৈ য়েংনরিবা লাইয়াম

খিবিরা "সাধু।" "সাধু।!" হায়রা মোঙ্গেলগা লোয়ননা পারিজাৎ লৈয়াং থুজোক-থুজোক চাইথরকখি। মতমহুমক্তদা মালেমদা লৈরিবা খিবিক তাহনা শকতুদবা অমনা লাউরকপা মখোল তারকখি— "হে শিনাইত্রবা শাজনবা মপা লৈত্রবা থৌনাকবা! অচুম্বগী মূর্ত্তি—অয়ানবনু মাঙহনবা মহাক্না নথৌ নিংখিনা পাংথোকলে নহাকপু ঐনা পেন্নে।" নোংদম্বগী থৌরাং কনানা খঙবা ঙমগদবগে! মতম কুইনদগী হৌনা মুনি-ঋষি ব্রাহ্মণ খিবিক্না রানা হিংচাবগী ওৎপা লৈবা থাংলকইবা পূন্নমক রাবণগী ঋল্লবা থরাইনা থাখিবগা লোয়ননা হিংচাবশিংগী শক্তি পূন্নমক মাঙখরে। মশীং লাকঙমত্রবা য়োং ময়ামগী হরাউ তয়াম্বগী খোল্লাউগা লোয়ননা লঙ্কা কোম্বুংদা শ্রীরামনা লেংশিনখিরমই। মতম কুইনা কায়নরুরবা থরাইগী মবেম্মা সীতাবু বন্দিগুম থম্লিবা মফমদগী ফনখি। নিংথিরবা দোলাই অমদা তোংলহুনা ইবেম্মা সীতানা য়োং ময়ামগী হুংঙাইবা খোল্লাউগা ঈয়োয়ননা মবুংঙোগী মনাক্তা লাকখি। য়োংয়াম খিবিক্না মাগীদমক্তা থরাই খুবাক্তা হাগুলা লান শোক্লখিবগীদমক হয়া হয়া ইবেম্মা সীতানা থাগৎখি।

লমদম তান্না চেল্লক্লবী ঈচেলনা সমুদ্র য়োজরবদা হুংঙাইজবগুম মতমকুইনা কায়নরুরবা ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা অমুক হয়া উনরবদা হুংঙাইবগী মপাল নাইখিত্রে। সীতানা হায়জয়কই—"হে চায়-থোইরবা! মতম অমুক কুইবা অসি নহাকী রাথম্দা হিংজয়কলিবনি—মসিদা নহাক্না ঐবু চীংনবীবা থোক্লবদি ঐদি শিজখিবনা ফয়ে!"

রামা রা ভাঙদনা ভুমিয়া লৈখি—অহুগা লৈমায়থক্তা মুমা য়েংলহুনা রাবণগী কোম্বুংদা লৈরুরবী সীতাগী মরমদা করি তোগদগে হায়বগী পুক্নিংগী লান অমা য়াম্না কম্না থম্মোয়হুংদা শোক্লরম্মী।

"নত্তে চায়বী ঐনা নঙগী ধর্ম্মদা থাজদবা কয়িম্ব লৈত্তে। অহুনু মীনা করি থাম্লিবা খঙবা ঙম্বা নত্তে মরমদি নহাক্তি মতম শাংনা হিংচাবা নিংথৌগী কোম্বুংদা লৈরুরবনিদো।"

সীতাগী থম্মোয় কায়রবা য়াহৈশিংসি তাবদা মনাও লক্ষ্মণদা থুনমক মৈগী কুণ্ড অমা তৌ হায়রদুনা মতৈমনা হায়রম্মী অমসুং মতুংগী মতুংইন্না লক্ষ্মণনসু মৈগী কুণ্ড অমা তৌরদুনা মৈ থাগংখি। খ্বাইনা থাম্বা য়াদনা সীতাদেবীনা মৈসুংদা চোংশিনখিরম্মী—মহাক্না হায়জখি—“হে অগ্নিদেবা ঐগী ইন্নাহৈ অমদি য়াথন্দা অয়ানবা, অমকপা থজিক্তুং লৈরমবা থোকলবদি নঙগী গর্ভদা চোংশিনজবসিদ ঐবু লোবীথরো। নত্তদুনা ঐগী থম্মোয়দা অমকপা লৈতবা থোক্লবদি ঐগী অশেংবা অসি নঙনা উৎপিয়ু।”

মতু উবদা রামনা—“ঐদি মাংলেদো” হায়না কপখি। “ঐনা নহানমুক্তী মপোক্তা কয়াগী মতিক পাপ তৌরক্নুনা অমুক অয়াবা অসি ঐবু নংহনবীরিবনো কে বিধাতা! ঐনা ঙসি মাইপাক্লে হয়াও-জরিবা কনা মশুং লাংগীনো? কাম্নত্রবা লানঙম ফিরাল নঙবু ফংলুবগী ঐ করি কাম্নখিগনি। মবেম্মা সীতানা লৈত্রবদা ঐনা হিংদুনা লৈবগী করি কাম্নরুখিগনি। অদুবু সীতাদি কদায়! চঙব্রে অগ্নিদেবগী গর্ভসুংদ! থাম্বসু নংহৌত্রে! সীত! সীতা” রামনা কপ্লুনা লৈরি। সীতানা চোংশিনখ্রবদা মৈরী অদুনা ময়ায়দা তখ্যাই তানা থাইদোকখি অদুগা সীতাদেবীনা ময়াইদা ঙৌরোক ঙৌনা করিগুম্বা অমতা শোকপা-পনবা তৌদনা ঙাম্মোইদুনা লৈরম্মী।

খোঞ্জেল অমনা হায়রকই—“হে রাম! লৌ নঙগী সীতা! মহাক অমকপা চেন্দ্রবাদ্ন।”

মৈসুংদগী সীতানা করিসু তৌদনা থোরকপা অদুদা রামগী ঙকপগী ভমখৈ লৈরমদে। ঈরোয়নবা সুংঙাইবগী মপালবু নাইখিরমত্রে। সুংঙাইবগী পিরাংগা লোয়নবা সীতাবু থম্মোয়দা চেৎনা কোন-শিনজখি।

অঙ্গদনা বিভীষণবু লঙ্কাগী সিংহাসনদা হাপচিল্লমগে হায়রগ। ইন্দ্রদেবকী পুষ্পরথদা তোংলদুনা লক্ষ্মণ অমদি হনুমানা মতুং ইন্নদুনা হল্লাও তরাম্না অযোধ্যাগী মায়কৈদা চৎলে।

## ১৩-শুবা সর্গ

মনা লঙ্কা থাদোক্লমদুনা নিংথিরবা দোলাইদা তোংদুনা স্বর্গগী লম্বীদা পাইরক্লিবা মতিক লৈরবা অসিনা মথল মথেলগী দৃশ্যনা লৈতেংলবা মালেম লেমগী কক্ষবা য়েংনা য়েংনা লাকখি। নিংথিজরবা মালেম লৈমগী শকক্তম অমত্তা উবদ শ্রীরামচন্দ্রনা, জানকী স ত'য়োমদা ওনশিল্লগা হায়রকখি—"য়েংউ চাম্নবী! অ দা লৈরিবা থোংদে ঐগী য়োংয়াম্না সমুদ্রগী মথক্তা শাখিবা থোংদুনি; মসিগী মথক্তা লান্দুনা ঐনা নঙবু কনুবা লাকখিবনি; অদুগা অ'স অমুক য়েংউ নিংথিজরা। মুরৈনরব ঈশিংগী মথক্তা ঈচৌ হল্লবা ঈথক্তা হুমিংকী মশেক্না য়েবদা মণি-মুক্তাগী মপৈ-মপৈ লৈবগুম উরিবসে অহবু দোলাইগী থেংচৎনা য়াওমনখিবনা সমুদ্র ভুংওইনহৌরে! অশঙবা ফিজোলনা লৈতেংলবা মালেম লৈমম্নু উখিজিবসিনি হৌজিক্তি ঐখোয় স্বর্গগী লম্বীদা য়োরে—পহোংমুক তৌরবা লৈচিলগী মরক্তা দোলাইসে চৎলি কয়াদা কজরিবনো, চেক্লানদোঙুম পাইরি রথসে! ইসঃ কয়াগী মতিক ইংথ্রবা মুংশিংনো!

"উত্রসে! লাওক্য উমংদা গেরুয়া শেৎলবা ঋষিশিংনা মনিংতম্না লাইনিং-লাইশোল তৌননবগী অনৌবা আশ্রমগী শঙ শাগৎতুনা লৈনরিবসে-হিংচাবগী ওং-লৈবদগী নাম্বোক্লবা মথোয়গী মপূক্লিংনা কয়াদা মকা লাম্লিবা! য়েংউ অদে! মসিগী কুঞ্জ অসিদনি ঐনা নংবু থিখিবা হে প্রাণেশ্বরী! নঙগী ওকশমগী লেগায়রবা ফিজেৎ থেংনরুবদা মিৎলুদগী পিনা হকচাং পূম্নমক চোৎখিবা! পাম্বেলদা মনিংতম্না

য়েংচরকা উঠীখিংনা মতবু কায়দবগী য়াম্বা মথায় পূক্তা পূক্তা চৈথিবা! নতগী থুংশিজরবী শক্তিচুনা মখিং-মনা কুপ্তমখৈ মথাদা শাক্তিক চৈ হায়বা কাউবমখৈ মখা মায়কৈ থক্তা নতনা চংখিবা শম্বী উক্তুনা চৈয়খ্বা। প্রকৃতি দেবী মক্তা নতবু কায়নবদা অহিংগী মতমদা পিরাং শীঙ্কনা কপখিদো হে থুংশিবী! চৈরাংগী থুংশিবা মনম, উচেকী থুংশিবা য়া রা ঐগী ইকমদা কয়িন্নু ওইনা থনখিদবনি—থনখিদবা! চক্রবাক লাম্বা অমোয়া কৃগায়না শাংলিবা থম্বালগী মরক্তা কে·কূ লোংগী শাজক্তনা পুক্কিং শয়াওনা শামরগা উক্রবদা ওখোকপনি—চায়রবী হে সীতে! থুংশিহৈতব কায়নবা হায়বক্তদা নতবু ঐগী ইকথকপী লেপ্তুনা পুথ্রবদা ঐনা য়াখিবা! ……………… ।"

হৌখিবা মতমগী অয়াবখিবিক নিংশিংলুবদা শ্রীরামনা খা চীকনা থাক্তখি। অমসুং পুক্কিংগী মৈচাকশিং লেপ্তুনা হায়থরকনমই—"নতনি থম্দুনা, অশোক পামেলবু ঐনা কোনজক্কই অহুবু ইনাও লক্সুগনা মতু নত নত্তে হায়রকপমক্তদা থুংশিহৈতবা মানা ঐগী থম্মোয়বু হেয়া মৈচাক পীহুনা ঐবু ইথ্মোয়কখি। ঐখোয়না লুন তোজরবা কুপ্পবয় পঞ্চবত উংগী মচি মচি থুদিংদা তুমিন-তুমিয়া চৈয়মই—নতনা মখোতদা তক্তনা ঈশং হৈহুনা অয়াম খোয়াংবা কোহনখিবা হৈহনৌ পাম্বী, নতনা লুনা শেনজবা শক্তি অহুনা তুমিন-তুমিয়া চৈয়খ্বা খিবিক ঐনা উখি—পূয়মক অহুনা ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক্তা অনৌবা মৈয়ী অমা হাপকংহনখি! অহুক থুংতাইরবা মতম! ………… মতম! …× × ×। নিংশিংজরে হে সীতে নতবু! থুংশিলচুয়া শক্তি-শতাই তান্নুবগী চোকথয়বা ঐগী হকচাং, কোয়া মতগী থধাক্তা মোনথাতনহুনা, অহুগা নতনা থুংশিয়বা খোম্বাংদা তপ্পা তপ্পা চংখিবা ঈশৈগী সুরনা পুক্কিংবু পেলহনখিবা? নক্তা লোয়নবা চৈথিবা মতমহু মালেমগী স্বর্গ মকনি!

"অশংবা নাপীনা কুপ্পবা মকম অসি য়েংউ! থায়না মহর্ষি অগস্ত্যন চৈয়মই হায়নৈ। মহাত্মা হৌখিবা মতমগী থুংশিয়বা মনম

অহু পূরহনা কাথংলকলিবা মৈথূ অসি থম্মোয় মুংদা চিংশিনবদা ঐগী পুক্লিংসি পেল্লি—অহুগা ঐখোয়গী রথ অসিদা মসিনা ঙাখু থেংথুহনা চংখ্রি—। হে নিংথিরবী ! মথাদা ইয়ং লংনা লৈরিবা পাং অসি মহাক উবা ঙমত্রা ? মসিগী মমিং পঞ্চাপ্সরা (লাইরেম্বী মঙা) হায়না কৌই মীনা হায়নৈ মসিগী মপান্দা শাতকর্নি ঋষিনা করিমতা চাদা থক্তনা দর্ভ কৌবা নাপীদং নত্তনা, শক্তিশিংগা লোয়নদা তপস্যা তৌহনা লৈরমই। মাগী অকনবা লাইনিং অহু উবদা স্বর্গগী ইন্দ্রদেবনা কল্লক্ক্না অপ্সরা মঙাথক মাগী লাইনিং অত থুগাইহন্নবা থারক্খি। হায়রিবা অপ্সরা মঙা অহুনা ঙনখিবা পুখ্রিনি মসি।

"অহুগা মথারোমদা অমুক্তা য়েংউ। অচাকপা মৈরীনা কোয়-শিল্লহনা শাথ্রবা তুমিংকী মশেক খাঙহনা সুতিক্ষনা ঋষিনা লৈরিবসে। ইন্দ্রদেবনা মাগী অকনবা তপ অসিদা অকিবা পোকখ্রহনা তপস্যা কায়হনগে হায়বগীদমক মশক মতৌ ফজরবী অপ্সরাময়াম থারম্মি অত্বু মখোয় অমত্তনস্ত মাগী তপ অসি থুগায়বা ঙমলমদে। মখোয়গী ভুংশিবা মীনোক অমদি খোকশিং অহুনা করিম্ম তৌবা ঙমদনা সূর্য্যদেবদা য়েংহনা মমিৎ কুপ্তনা তপ কায়দনা লৈরি।

"য়েংউ অমুকস্থ ! হে সীতে ! কয়াদা চুম্না রাঙনা, নোংদোন তম্না খিনগৎলকলিবনো চিত্রকূতকী চাংদোনসে। ঙৌরোক ঙৌনা ঈশিং চাইবী মচা মচানা চেম্বরিবা লুপা মহী চেনবগুম্না ! মসিদগী মন্দাকিনি তুরেলগী ঈচেল খোরককমনি। চীং অসিগী মনাক্তা লৈরিবা তমাল পাম্বাসে য়েংউদো ! মতম অমদা মসিগী মপালন' নহাক্না নশাগী লৈতেং তৌখিবদাই—নহাক নিংশিংত্রা !"

রাহনা উম্বদগী থাদোয়রক্লবা থাজনা মঙাল মশেক পুথোক্তুনা অমুক হন্না ঙাল্লকপগুম নিংবা কায়বা ভুংঙাইতবগী ঈথক্লা কুপশিনগ্রবা শ্রীরামচন্দ্রগী থম্মোয় ঈপাক অহু রাহেশিং অসি হায়রবা তুংদদি ভুংঙাইবা রাখল লাক্লহনা মালেম লৈমদা য়েংলগা নিংথি-নিংথিনা

দৃশ্যগী করুবা থারু-থারুহ্না পুষ্প-রথ মথক্তা ভাম্বোইরিবী সীতাগী মকমদা তারু-তারুহ্না পাইরকলি।

"হে নিংথিরবী থম্মোয়গী রাণী! নঙগী নিংখিজবা, গুহ্মাংনবগী মশক ওইরবা মাইথোংনা ভানবগুম অরঙবা থাঙগী মাইথোংনা লৈচিলগী মরক্তা ভাম্নরে! অমুক্তা য়েংথো পুণ্য চেম্নবী গঙ্গাগী ঈচেলনা মবুক তম্না চেম্লিবা মমানা মচা কোনবগুম চেনশিনজরকলিবী যমুনাগী ঈচেলবু, য়েংউদো! কয়াদা হরাউনা লৌশিল্লিবসে! ঈচেল অসিদবু লূপচরুরবা মী মহাক অহুদি সীতা। মুম্না তাউ—সাধু বৈষ্ণবশিংনা হায়নরিবনি—পরমাত্মাবু মশক খঙলবসু মালেমসিদা তাইবং মী ওইনা অমুক পোকলরোইদবনি।"

"য়েংউ! হৌজিক্তি নিংথিরবা সহর, অযোধ্যাগী লমদম য়োয়কলে। উনগী মতৌগুম্না ভৌরোক-ঙৌনা, মতুম-মতুম খিল্লিবা অসি অযোধ্যাগী কোরুংনি। নিংখিজত্রা অযোধ্যা লৈবাকসে। মসিবু উরুবদা নপূক্লিং অহুদা করি নিংশিংলকই—হে চায়রবী। মসিদা নত্রা ঐনা নিংথৌ ওইগনি হায়বগী গুংঙাইরবা প্রজা ময়াম্না হরাও তরাম্না শেম শাজখিবা? ঐথোয়না ঙসি লাকলিবা অসি চহি তরামরিগী মতুংদা নত্রা হে সীতে! হে কৈকেয়ী! নঙনা নিঙজবা থুংলরিনিদো!"

করুত্রা য়েংউনে! সরযূ তুরেলগী ঈচেলসে! ব্রহ্মাগী পাত্তগী হৌরকলবা তুরেল অসে কয়াদা লেমজনিংঙাই ওইরবা ঈচেলনো! মসিনা নিত্তি লুমিৎ খুদিংগী অযোধ্যাগী মখোঙবু চামথোকলি। মতম কুইনা কায়নথুবা তুংদা মাবু অমুক হম্না উজবা ফংলরিবা ঐ অসে ওম্বোক্না লাইবক কৈদা!"

"য়েংউ অসে করিনি হায়না নিংবগে? উকুলগী মপৈ মপৈনা ঐথোয় তম্না নোংমদোনথক্তা কাখৎলকলিবসে? ঐনা থনবদি—ঐথোয় লাকলে হায়বা পাউ ফংলহ্না ময়ামবু লুনা তৌজরবা ভরতনা লোয়নবা মীয়ামগা লোয়ননা ঐথোয়বু ওকপা লাকলিবনি। মঙুণ

লৈরবা ঐখী ইনাওসে, পাবুংনা থম্লক্লা রাজ্য অসিবু মতম চুপ্পা অদি ঙাকশেন্দুনা মরাম্বা ঐঙোন্দা পীরনবা লৈরকলিবনি—করাদা তুংলিন্‌গ্রিবা মপুকচেলনো। য়েংউনেসে সীতে! উকু শেং, জটা পু মহাকসু ঐনদোগুম ঐবু ওক্কদবগী লাকলিবনিনে। মরাম্ববু নিংজবনা য়েংউ! মতম অসুক কুইরবা অসিদা শকহেন্নবী মাগী সহধর্ম্মিণী লক্ষ্মীবু মনাক্তে থমদনা, য়ুম পানবগী তুংঙাইব থিবিক থাদোক্তুনা সহরগী মপান্দা লৈরগা লৈবাক ঙাক্তুনা লৈরমলিবা ইনাওসে কয়াগী মতিক মপুকচেল চাউখ্রবা ইনাওনো!"

ঙাইহাকী মতুংদা নোংমদোনথক্তা পাইরম্লিবা পুষ্প রথনা রাম সীতা অনিবু মালেমথক্তা পুথরকলম্মি; মীয়াম্না হরাও-তয়'না য়েংলদুনা লৈথি। চীংলেম্না রামনা মতুংদা সীতা. লক্ষ্মণনা তুং ইল্লদুনা মনাও ভরতপু হরাও-হরাওনা কোনজথি। মথক্তদা অহল ওইরবা মন্ত্রিশিং, মপোক্না পুংঙো-ঙোরবা মখোয়বু কোনথি।

রামচন্দ্রনা কে'হুং মরম'দা লেংশিনবা মতমদা নিংথৌগী শক্তি শিন্নদনা থমলিব পাদুক অদু পুশিল্লকুনা ভরতনা মরাম্বদা পীজরম্মি। "হে রাম! মসিনা নহাক্কী লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা ঙাকশেনবগী থুদমনি নহাকী নকমদা লুহুপকা কোন্নদনা, মতম অসুক কুইনা নহাক্না বন্দা চৎখ্রিঙৈদা ঙাক্তুনা থমজরকলিবা রাজ্য অসিগা শিন্নজরবনি। নহাক্কী ওইরিবা অসি হৌজিক্কি লৌশিনবীয়ো।"

রাম লক্ষ্মণ অনিনা অযোধ্যাদা থুংলবগা হেক পাংথোকপা থবক্তি লুখ্রা ওইগৌরবী মমাশিংগা উনজবনা ওইরম্মি। মচা কায়নবগী রাবনা শিসি শিঙমদা ঙৌহুনা লৈরক্রবী কৌশল্যাগী মকমদা মচা রামনা নে'ল্লুরু থুকনজরগা কপ্তনা মথিং মনা ইমম মমশিল্লবী মমাবু কোনজরম্মি। সীতাসু মনেম্বোক্তা ভক্তি কৎচরম্মি।

"ইমা ইবেম্মা মঙগী নশাইগোন্দা সীতা অমুক হনজরকলে।" মখোল থক থক নিঙ্কা মহাক্না হায়জরম্মি। "অহুবু ওহোকশদি

মহাক অসি মবুংঙোগী মকমদদি অমকপা লৈরবা অমদি ইকাইখুম্নবা থোকক্লবা অমা ওইরে!"

কৌশল্যানা তপ্না তপ্না কোনথৎপিদুনা চেক্লেংনা কো-বিরম্মি। "ইবেম্মা হৌগৎলু,"—মহাক্না হায়রম্মি "নহাক্কী ধর্ম্ম কায়দবা, নপুক্লিং শেংবমক্তনা নঙগী নবুংঙোনা অকনবা লানকম অদুদগী শোক-পাপথমথৈ হল্লকলিবা অসিনি।"

মথঙগী সুম্মিত্তা হরাও-তবাম্বা খিবিক্কী মরক্তা শ্রীরামবু অভিষেক তৌরদুনা অযোধ্যাগী নিংথৌ হাপথিরমই। প্রজা পুম্নমক্না মতম কুইনা কায়নক্লরবা মবুঙোনা হল্লক্লবা অদুদা হরাওবগী ঙমথৈ লৈনরমদে। মতিক লৈরবা রঘুগী মচা হবুঙো কনথোরবা, ঈশ্বরগী শাযোন ওইরবা শ্রীরামবু নিংথৌ অভিষেক তৌবগী পাংথে কপা থবক অদু য়াম্না চম্বা মওংদা ওইখি। সনা-হচাগ্না শেম্লবা পাত্রদা হাপলিবা তীর্থদগী শোকলকপা ঈশিংনা মাগী কোকথক্তা হৈথরম্মি। মমল য়াম্লবা ফিরোলন ফিজেৎ লৈতেং তৌরদুনা অঙম-অথৌ, নিংথৌগী মরুপ-মপাংশিং ফম্নাঙব শং লোয়নরদুনা কোন্থুং মথুংগী চাউরবা লম্বী অদুদা লাকপা মতমদা, মীয়ম্না হরাও-তয়াম্না চেং-থোইদিং চাইরু-চাইরদুনা মঙ্গল পীরমই।

শ্রীরামবু মনাও লক্ষ্মণ অমদি মতিক মগুন্দা থোইদোক্না হম্মবা ভরতনা ভাকথেল্লহনা শ্রীরামবা সনাগী রথ মথক্তা লেংথৎলহনা কমলক্ষ্মী। মথঙদা সভা যাত্রা অদুদা, নিংথিজবা ফিজেৎ-লৈতেং অমদি মমল য়াম্লবা মণি মুক্তাগী লৈতেং মরক্ত মহৌশাগী সীতা নত্রবী মহারাণী সীতানা য়েংবদা পুক্লিং শুম্মৎনা নিংথিরবা দোলাই থক্তা তোংলদুনা মতুংদা লাকখি।

মতুংদা যাগ যজ্ঞ খিবিক লোইরবদা ফংফম থোকপা সিংহাসন অযোধ্যা লৈবাক্কী মপু ওইরদুনা শ্রীরামনা ফমথি অমসুং মদুদগী হৌরদুনা লৈবাক্তা শান্তি অমসুং তুংভাইবগী পুক্কৈ ওইরকখি। লৈবাক্কী

মনী মপা ওইরবা শ্রীরামচন্দ্রনা মপাদা মপানদোগুম লৈবাক প্রজাবু ঙাকলকলে। ওয়োয়কী নুংঙাইবকী মশক ওইরকলে। মালেমকী স্বর্গ ওইরকলে। রামগী পুনশিদা সতী-ওইরবী সীতানা নাক্ত লৈরবা মতমত্তুদা নুংঙাইবগী মপুং কাবা কংখি। অরা-অনা করিসু থংখিদে। লৈবাক্তসু অহুমঙাই। নোংমা-নোংমগী সীতাগী কজবা হেনগৎলকপগা ইরোয়ননা হৌখিবা অরাবগী লৈচিলনা থম্মোয় অতিয়াদা কুপ্লবা অসুম অসুম পাথরকপনা মমি কাওবা লৈরমদে।

মাগী নুংঙাইবনা মথুঙো শ্রীরামগী নুঙাইবগী ঈপাক্তা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপতুনা থোয়না হেন্না নুংঙাংনিঙাই ওইহন্নমী। নোংমদি সীতা মমা ওইবীগী খুদম্না মাইথোংদা অনৌবা অতিয়াদা অনৌবা নুমিৎ থোরকপগুম ঙাল্লমী। অশেঙবা পুকচেলগী মক্তুবা মমি তারবা মাইথোংনা তরু-তরুনা ঙাল্লিবা ঈশ্বরগী শক্তি চেন্নবী সীতাগী নিংথিজবা পুক্লুং চুরবা শকক্তম অহুনা থাজ কোটি চামগী মঙান্দগী হেন্না ঈংনা ঙানখি। থোইনা হেন্না মথরাই নুংঙাইজরবা শ্রীরামচন্দ্রনা, মাগী থম্মোয় অতিয়াদা নাইতোম ঙাল্লিবা থাজগুন্নবী সীতাবু অরাৎ-অপা লৈ-হায়বা থঙদবমথৈ থনখি অমসুং মনাই মশল খিবিক্তা মাবা হেক পামই হায়বমথৈ পীযু হায়না য়াথঙ পীখি।

থম্মোয়নুংদা চেংনা কোনজরগা শ্রীরামনা হায়খি—"নুংশিথোইরবী, নঙনা পামই হায়না থনবা করিগুম্বা নঙোন্দা পিখিদবা লৈখ্রবা?"

মপুরোইবনা থোয়না হেন্না চোকশিন্না চান্না তৌহল্লিবা অসিদা নুংঙাইজরবী সীতানা হায়খি—"নুংশিথোইরবা গোদাবরি তুরেলগী মপান্দা লৈবা ঋষিশিংগী খাংপোকশিংদু য়েংজবা পামই। মকমদু শান্তি লাইরেম্বীগী লৈকমনি; মনিং তম্না শা মণশিংনা কোয়না চত্তুনা শজিক চারিবা; য়েংথি-য়েংথিবা মায়কৈদা কজবগী কজবা ঙাক্তনি। মকমত্তুদা পুন্তুনা ঐবু কজবদু উহনবিয়ু।

"চাম্নরবী, শোয়দনা চৎকনি মকমত্তুদা"—হায়রকই রামা। "মদু নহাক করিগী হান্নগা হায়দবগে?" অরাবগী শকলোন পুরবা করম্বা

কন্নবা পুংজাদা থনবদগী মকমন্থ য়েংনিংলকপা—ইচম-চম্নবী সীতানদি মপুন্নিংদা করিস্থ খঙবা লৈখিদ্রে।

---

## ১৬ শুবা সর্গঃ

মথঙগী মুমিন্তা, খোংলোয় অমগা লোয়ননা, রামনা দলাল মথক্তা কাখত্তুনা অযোধ্যাগী ফজবা দৃশ্য য়েংলম্মি। চাওখোকচনিঙাই ওইবা মুংঙাইজবগা লোয়ননা দলাল মথক্তগী মখারোমদা য়েংথরকপদা উখি—মীগী পরেং পরেংনা অযোধ্যাগী লম্বীদা চংলিবা শেম-শারবা লম্পাক্তা পোথারিবা মীগী মপৈ মপৈ, সরযু তুরেলগী ঈচেলনা অযোধ্যাগী লৈরাইদা ভাথু-থেংথুদনা সহরগী ফজবা য়েংহুনা চেল্লিবা খিবিকসিনা মিংকী পেন্নবা ওইরি। খঙহৌদনা মাগী খোঙলোয় অহুদা মাই ওনশিল্লকৃমই।

"অযোধ্যাগী প্রজানা মখোয়গী নিংথৌগী মরমদা করি করি ঙাঙনবগে, হায়যু ?" হংলকই রামনা। "মাগী মকমদা মখোয়গী অপেনবা লৈবা লৈতবা—মহাক্না করি তৌরি অমদি তৌবিত্রিবা—মখোয়গী নিংবা থুংদবা থবক তৌই—নত্রগা মখোয়না য়ানিংদবা থবক তৌই অসিনচিংবগী মরমদা করি করি খন্নবগে ?—হায়যু তাসি।"

খোংলোয় অহুনা খুদক্তা হেক পাউখুম পীবা তৌদনা ঙাইহাক্তংদি লৈখোক্তুনা খাঙজরম্মি। অহুবু নিংথৌনা—হায়ননবা তকশিল্লকৃবদা য়াত্রহুনা হায়রকখি।

"নিংথৌ ইবুংঙো! নহাক্না প্রজাশিংগী য়াইফননবা খিবিক্তি তৌবিরে—অহুবু—অহুবু অমতংদদি—"

"মহুনিনে—"

"—মহুদি মহারাজ ইবুংঙোনা রাবণগী কোমুংদা মতম শাংনা

লৈরক্রবা সীতাবু অমুক হন্না লৌশিনবিহুনা মহারাণী ওইহল্লিবা অসিদনি।"

থঙহৌদনা মচীল পায়বা তেললা থম্মোয়দা থুম্না থাবগী চৈনা-খোলগুম রামগী থম্মোয়দা রাহৈশিং অসিন থাখি। অরাবা অহু নম্বাত্তুনা-অশাউ মাইথোং পুরবা রামনা নিপা অতুদা লৈশিল্লক্তুনা য়েংখি। অশাউ মৈরী লোয়নরবা রাহৈনা সীতাগী অশেংবা থম্মোয়, মক্তুবা লমচৎ, সুংশিনকম ওইরবা মাইথোং অহুবু থাগত্তুনা ঙাংলক-লিবা রাঙাং অতুবু ককথংনবা মথং মথং প্রপ প্রপ হায়রকখি অমসুং খোংদোর অহুবু থুনা য়াঙনা মকম অহুদগী তাহোকখি।

পুং কয়া রাখল্দা লুপ্তুনা দলাল মথক্তা রামনা লেপ্তুনা লৈখি। নিপা অতুগী রাঙাং অতুগী অক্লবা অহু থল্লুবদা জ্ঞান তাদনা তুমিন্না লৈখি অমসুং মওল মওল থল্লম্মী। অস্নক কুইবা মতম অসি সীতাগী লমচত্তা অমকপা য়াওদবা মথৈ লৈরকইবনি। অতুগুম্বা রাঙাং অতুনা শাগৈ অসিগী শেংনা লাকলিবা মিংচৎপু মাঙহনবা তারত্রা থল্লুবদা কোকথক্তা বল্লনা থাবমুক রাখ্রে।

সুমিৎ কয়ানিমক্কম রাখল অসি থনবদা রামগী থম্মোয় য়াম্না রাই-চিনখি। হকচিন্না সুংশিজরবা অমসুং থাজরিবা সীতাগী মকমদগী মহাক্কী রাখলনা চীংনবা হৌরকলে; মহুদগী হৌরক্তুনা সূর্য্য বংশসিগী মখায়দা অমকপা মচেৎ অমা পকলক্তুবসিবু মহাকথক্তা পকহনবা তারত্রা থনবদা থনকম থোকখিত্রে। মমৈথঙদদি মহাক্কী থম্মোয়-সুংদগী খোঞ্জেল অমনা হায়রকপগুম্ মহাক্না তাখি—"থাদোকখ্রো সীতাবু! থম্রুরগনু অযে ধ্যাদা।" অহুবু রাখল অসিনা মাগী থম্মোয়বু অনিথোক্না চিংথাইহনখি। অহুম ওইনমক মশাগী অরা-অনা নংবা সুংঙাইবা থাদোকপা অসিনা শাগৈগী শেঙথ্রবা মিংচৎ মাঙগদবদগী কনবনা হেন্না লুই হায়না শ্রীরামনা মপুক্লিংদা লেপলে।

মুংতাইবা পুন্নমক থাওন্নে ! থাওন্নে পুক্নিংগী শান্তি। অরাবনা লাকহৎলবা রামনা মনাও নিপাশিংবু কৌরকুনা সীতাবু কায়নবনা শেংলবা শাগৈগী মিংচৎপু হক্নবা মীশিংনা থীনা-থীনা ওাতনবদগী কনবনা হেন্না কৈ হায়না হায়খিরমই। রাহে অহু তাবদা মথরাই রাখ্রবা মনাওশিংনা মযাম্বগী মকমদা রাকয় পুন্নমক অহু লৌবীদননবা হায়জররম্মি অহুবু রামনা মখোয়গী রাহু মথা অমুক তাহনখিদ্রে।

"মহাক্কী মশাদা চিংনবা য়াবা মরম লৈতে হায়বসি ঐন্ন থওই অমদি মহাকসি শেংলবী সতী ধর্ম্ম কায়জদবী থাজগী মতৌগুম মত্তুবা অমনি হায়বসি ঐ থওদবা নত্তে," হায়রকই রামনা।

"অহুগা, নখোয়ম্ন থওউ, মহাক অসি সংসার পুন্নমক অসিদগীম্ন মাবুনা হেন্না ঐনা মুংশিন্নিবনি ঐগী থরাইদগীম্ন হেন্নবী সীতানি ! অহুম ওইনমক মাগা ঐগা কায়নবা তায় নম্রবদি মতিন থীবা মীশিংনা মাগী লমচত্তা অমকপা লৈরে হায়রিবসি কোকপ য়াররোই। ঐনা মরম ওইহুনা শাগৈ অসিগী শেংলবা, নিংথিরব মিংচৎপু কালি তৈহনবদি ঐ ওয়লোই। গর্ভ পুরবী সীতাবু মত্তাংসিদ নমহুনা কায়নবা তারবনি লক্ষ্মণ।'

রাসি তাবদা মচিম্মনাও পুন্নমক তুমিন্না রা মচেৎ অমা কাওবা ওাংদনা লৈখি। ময়াম্ববু খুরুমলমলগা তুমিন তুমিন্না থোরুখিরম্মী। মতুংদা মনাও লক্ষ্মণবু রামনা কৌশিন্নম্মি।

"মসি তৌবদা ঐগী থম্মোয় অসি কায়বা তারবনি লক্ষ্মণ" হায়রকই রামনা "অহুবু মসি শোয়দনা তৌবা তারে, ঐগী থম্মোয়না রাদ্রে। সীতানা ঋষিগী আশ্রমদ থন্না লৈরিবা বন অহু য়েংনিংই হায়বনি। মাবু পুহুনা চংদ্রো অহুগা বাল্মীকিগী বন্দা থাদোকলমউ। ওঙ্খোকই, ঐনদি রাসি মতোন্দা হায়বা ওমলরোই। লক্ষ্মণ নওনা ইংনা ভগ্না রা অসি মতোন্দা হৌদোকউ"—অসি হায়রগা রামচন্দ্র কপ্পু না মথাই লৈখোকখ্রে।

য়া মচেৎ অমা কাওবা ঙাওদনা লক্ষ্মণনা খোঙচৎ অহুগী শেম শাখি, থরায়গা থরায়গা কায়নবমুক লুরবা থবক অহু পাংথোকপা তাবদা লক্ষ্মণ রাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

মথমাই সুংঙাইজরবী সীতাদ থোকলিবা থৌদোকাশং অহু থঙদবনা হয়াউ হয়াউ দোলাইদা কাথৎচত্তুনা কয়লি। ঙৌরোক ঙৌরবা শগোল মরিনা চিংহুনা সুমন্ত্রনা সারথী ওইরহুনা মথোয় অহুম্মক বনগী মায়কৈ তয়া থৌরকলে মহাক্না হায়জবা রাকমদা মপুরোইবনা থাবিরকপগী রাখন্দা সীতাদি হর'ওজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। হরাও হয়াওনা সীতানা নাকন্দা উরিবা দৃশ্যশিংগী ফজব' অহু থাহুনা লেপ্তুনা য়া ঙাওলম্মি অহুগা থম্মোয় কায়রবা লক্ষ্মণনা মতৈমগী সুংঙাইরিবা আশাগী ময়োম্দু থেক্তনবা য়াম্না কয়া অরাবা অহু কাহুনা সুংঙাইবা অহুদা য়াওখি।

মথোয়না অশুম চৎলকপা থোংচৎ অহুদা অমঙ্গলগী থুদম ঙাক্তা উবা হৌরকলে। থঙহৌদনা সীতাগী যেংথংবা মমিৎ অহু ফ্রং ফ্রং চোংলকলে। মাগী কুচু তাইখেৎ তাইরকলে অহুমকপু পূয়মক অসি তৌরবদা মহাক্না মবুঙোগী করি থুদোং থীবা তাগদগে হায়বগী দমক্তা রাবনা লাই নিংজখি। মবুঙোগী অমদি সংসার মশক উত্রিবা অঙাং অহুগী থুদোংথীবা থোক্তনবা হয়া হন্না ঈশ্বরগী ১কমদা খুরুমজরক্রে।

মথোয়গী থোঙচৎ অহু লেপ্লসহু মতাগুম্না গঙ্গাগী ঈথক্কা-ঈপোয়গা লোয়ননা মথোয়গী লম্বীহু থিংখি। অহুবু নোংদম থীবা বিধিনা য়াহুনা চন্দ্রদেববু উম্বগুম সীতাগী থরাই অহু উমগদৌরি। লক্ষ্মণনা দোলাইনা চৎপা য়াত্রবদা হি অমদা তোংলহুনা মতৈমগা লোয়ননা গঙ্গা লাম্লকলে। মতাং অহু য়োরবদা লক্ষ্মণন রানা ফুমহুনা থম-লকলবা য়াকম অহু মতৈমগী মকমদা থম্মোয় কায়না থঙহনখি।

মথোল থোক্তনা, স্বর কুম্না কুম্না ময়াম্বা য়ামনা হায়রকপা ত্তমথীয়বা য়াহৈহু হেক তাবদা সীতা জ্ঞান য়াওদনা লৈমায় থক্তা

হাইহন্তুনা তুথি—ওহোকপনি হৌজিক্তা তদেক তদেক শাংলমলিবী থম্বাল কৌবী লৈরা না উনগী মরীকনা য়ৈবদা—অকনবা ফুংশিংনা অম্রাং মাকৈদগী হুমলকপদা লৈকা চোয়না কেনখ্রেদো !

অম্রাবা মৈচাক পুরবী লাইবকথীরব। সাওদো জ্ঞান মাঙলমবদগী থরা থরা হম্বরকলে। অম্রাবা অচু তাবদা হীক্লা হীক্লা কপ্তুনা মরাইবক থীনা তমলকইবা নোংদম্বগী মফমদা রাকৎপা হৌয়কই—"ওহোক্লা লাইবক থীনা তমলকখ্রবোইদকো ! সীত' ঐগী ইরায়বকসে। হৌখিবা মপে ক্তা করম্বা পাপ তৌরকপনা অমুক অম্রাবা অসি হন্দকী মপোক্তা ফংলম্রিবনো ? হে মৃত্যু ! নঙগী থায়াংফুংদা ঐবু লৌশিনবিয়ো ! অম্রাবা অসি মাইযোক্লুনা হিংজবা ঙমদ্রে ! চায়বা মানা থাদোকাপরকলবদ', মাগী নিংথিজবা মাইথোংবু উদহুনা লৈগদবগী শক্তকপুদি ঐগী থরাইসি লৌবিয়ো হে যমদেব !"

কপ্না কপ্না লক্ষ্মণনা মতৈমবু থেম'জিনজরকই—"হে পুজণীয়া ! অম্রাবা প ও আস পুজরকলিবা ঐবু ঙাকপিয়ু ! অম্রাবা মৈচাক অসি পুঙমত্রবা নহাক্কী নবুঙোনা নঙবু অমুক লৌশিল্লবম্ব য়ারি থোইনা রাবিথিগনু !"

অচুদগী দি সীতানা মনাওবুসু অমুক থেমজিল্লে—মানা ময়াম্বগী মফমদা শাওবা লৈতে ; নোংদম্বগী মফমদা রাকচ্চবনি হায়না মনাওদা থঙহল্লম্মী। পূম্নমক আস মমাংগী মপোক্কা তৌরকপা পাপনা তৌবনি হায়না সীতানা হায়রমই।

"ইনাও ! নঙনা নয়াম্বগী শথৌ মপূং ফানা পা থোকলরিবা অসিগীদমক্তা ঐনা নঙবু থাগত্তবা ঙমদে ; ম সমক্তনা ঐগী ফুংঙাইবা ওইয়ে। মসিগীদমক্কা ঈশ্বরনা নঙবু থোক্কানবীবা ওইসনু। অহল ওইরবী মহারাণীদা ঐগী ভক্তি তথীরমউ অচুগা স'স র মঙাল ফংত্রিবা য়ামগী অঙাং অসিগীদমক লাই নিংবিরমউ হায়না হায়জরকই তমউ—ইবুঙো।" অসি হায়ম্লগা অমুক জ্ঞান তাদনা তুথিরমই। অচুদগী অমুকসু জ্ঞান লাকলগা হিক্লা হিক্লা কমহুন হায়জরকই—,"ইবুঙোদা

তথীরু, সীতাগী মরাল নৈ নৈতে হায়বা থওনবগীদমক মৈদা হুনজিন্দুনো চাং য়েংগ্রবা নত্রা ? অহু কাওবদা মীরা তাবা কিবদগী ঐবু বন্দা লংশেকলিবনিকো ! মসিনা মহাক অচৌবা মী অমদি ওইবা য়াংরোই। মসিবু মহাকমক্তনা তৌরকপ্রা নত্রগা মীনা ইনশিন্দুনা তৌগল্লিত্রা ? অছবু করে—মসি পূম্নমক অসি ঐগী লাইবক্তা তমলকপননি—অতোপ্পা অমগী মকমদা থৈজিল্লুরগ কাম্বা কংগনি নিংগ্রে।"

"ওস্থোকপনি হে লাইবক—মহারাণী ওইদুনা হুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎ—সন্মান ঙাক্তুনা লৈজরম্বা ঐনা ঙসিদি ইথম্নতা অতোপ্পা মীগী মকমদা চংজকম থিবা তারবনিদকো ! ওঃ থীনা তমইদকো হে লাইবক! রামনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা মসিবু থোকপা তারবা! ঐ ট থরাইদগী হেম্না লুনা থমজরবা নওবু উদনা ঐনা লৈবা তারবনিদকো ! নওগী মক্তুবা শেংলবা মরু নত্তব্রা ঐগী থম্মোয়গী লবুক্তা হুল্লিবা অসিবু। অসিদননিকো ঐবু সংসার অসিদা অরাবা অসিবু মাযোক্লনা লৈহনগদৌরিবসে ! অঙাং অসিনা সংসার মশক উজরবা মতমদা নংবু মতুংগী পুনসিদা অমুক্তং সেবা কংজনবা সূর্য্যদেববু নিংজব্রবনি।"

থম্মোয় কায়না লক্ষ্মণনা সীতাবু বাল্মীকিগী বন্দা থম্লগা পাও খিবিক তাকপিথিবা মতুং ইম্না মহারাণীগী মকমদা তমজগনি হায়রম্লগা চৎথিরমই।

ঙাইহাকী মমাংহুদদি রারবসু রানা লক্ষ্মণনা মমাংদা লেপ্তুনা নৈরম্বনিনা থরা ফরমই—হৌজিক্তি মহাকসু চৎত্রে মথম্নতা ঙাইহোরে। থাংগুমত্রবা অম্নাবগী পোৎলুম অহুনা থুনমক মাগী মথক্তা তারকল্লমই। বাল্মীকিগী উমংদা শামরিবা জীব ময়াম অহুনা অরাবা অহু উবদা মথোয়সু শরুক য়াজরমই। রাহোংশিংনা নোয়না নোয়না জগোয় শারম্বা তোক্তুনা চপ লেপত্রে। হৌগুক্তা শজিক চারম্বা শজিশিংনা নোম্বরম্বনা নোম্বনা, শজিক শায়রম্বনা শায়বা তোক্তুনা তুমিম্না লৈত্রে; শাংগুম্বা লৈরাং খিবিক্তা লৈমায়দা চোয়না চোয়না থাদরকলে লৈক্তা.

পিরাংগা লোয়ননা হৈপাংশিংনা তপ্না পাউজেল্লকদিবা মাল্লংবগা নাপা চীগ্না মুরুম মুরুম শোগ্না অরাবা অদু য়েংহৈদ্রে মতাংগুম মাংকৈ অমদা অমুক ওন, অমদা অমুক ওন থাংজল্লমই, পুম্নমক অসি উরবদা য়েংজ-নিংদ্রে মতাংগুম মতাং মশেক লোয়শিনজরগদুনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা পোথারকলে; প্রকৃতি দেবীগী অরাবা মীকপ থোক অসি ঋষি কবি বাল্মীকিগী মনাদা তারকলে! থওদা উদা লৈত্রবা মহাক্নি; প্রকৃতিগী মরুপ ওইহনা লৈরবা মহাকনি; প্রকৃতিগী অদুগুম্বা অওনবা অদু হেক উবদা করিগুম্ব. অরাবা অমা মাগী তপবন্দা থোকলে হায়বসি মহাকনা ইরায় লায়না খঙব ঙমখি।

মহাক্কী মপা লৈত্রবা মীহুংশিনা শোকপদা লেম্না মাঙত্রবা কবিতা ওইখিবা পুম্না চাক্তামিন্নরিবা চক্রবাক লাববু মথংলেন কায়নহম্না, হুংশি হৈত্রবা শাদানবা মহাক্না হাংগ্রবদা, কায়না মৈচাক্না ওম্না-থোয়না কপলিবা চক্রবাক অমোমগী মতৌ উরুবদা থম্মোয় কায়রম বাল্মীকিগী থম্মোয়হুংদগী চেন্থরকপা মপাল নাইত্রবা হুংশিবগী ঈচেলনা অমর কবিতা ওইখিবা অদুগুম্বা বাল্মীকিনা তপ্না তপ্না মথমতা ঙাইহৌরবা মপাং কনা লৈত্রবা মহারাণী সীতাগী মফমদা লাকখি। মমা অমা ওইগদৌরিবী, মক্ত্রবা পুকচেল চেল্লবী জগৎকী মমা ওইরবী সীতাবু উবদা ঋষিগী থম্মোয়হুংদা ওম্মোক্না রাখি।

সীতানা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা ঋষিদা ভক্তি কচ্চহনা মাগী অরাবা কোকহনবিয়ু হায়জরম্মি।

ঋষিনা হায়বিরকই "ইবেম্মা! নহাক্না ঙসি অসিদা লাক্লবগী মরম ওইরিব অরাবা খাবক ঐ লোয়না খঙই। পুক্নিংগী মিৎনা ঐঙোন্দা লোয়না খঙহল্লরে। অহুনা রাগহু! ইচা ইবেম্মা—নঙনবু পাম্নবদি নঙগী পম্মোগী কোম্মংদা থিনাবগে—'সিদগীদি থোইনা লাপ-ত্রবনি। নহাক্কী নবুঙোদি পুম্নমকী মপুনি—অদুবু নঙগী নকমদা লৈরা পাপ অসিনা পাপ পুম্নমক্না চংত্রবা মহাকপু খীনা হায়খিগদৌরি।

শেঙলবা তপবন অসিনা নঙবু হয়াও হয়াও ওকচরি। হুংশিরবী ইবেম্মা, হুংঙাইনা লৈয়ু ইংনা, য়েথাই থিঙ্গাহবা লৈতবমখৈ। নহাকী নপুক্লিংনা য়ানিংলবদি নঙগী নশাস্থু মফমসিদা রাই-শংবা য়াগনি।

মফমসিগী মনম হুংশিরবা যজ্ঞগী মৈখুমরক্তা ঋষিশিংগী মচাহুপী খিবিক্তা লোয়ননা নহাক্তী অরা অনা, নিংবা কায়বা পূমমক কোকহন-বগা ইরোয়নন' পুক্লিংদা শান্তি লাক্তনি, ইকুই-কুইদনা স্বর্গগী হুংঙাইবা খিবিক মফমসিদা শোয়দনা ফংলগনি অমশুং মমা ওইজবা ফংহনা হুংঙাহবগী মপুংফাবা ফংগনি।

মমিত্তগী মপী শিম্বনা ঋষি বাম্মাকগী মতুং ইন্দুনা সীতা দেবী চংখিরমই। মফমত্তদ মুনিঋষিশিংগী হুপীশিংনা তরাম তরাম ওক-চখি। মখোয়না সীতাগী মপুক্লিং থেমজিল্লম্মি অমশুং মপুক্লিং হুংঙাইনবা হোৎনখি। অহিং ওইরকলবদা শেংলবী হুপীশিংহুনা মমলি মমলিবা থাউমৈ অমনা কাগী অমস্বা কোকহন্দুনা লৈরিবা খাংপোক মচা অমদা সীতাবু লৈহনখি। মতুদা, সীতানা মোল্লবা ফম্ভূং অমদা চোকথরবা মশা অত্ত অরাবা কোকহমনবা হিপখিরমই। অহুগুম্বা চন্নবা লৈফম অতুদা সীতানা য়েথাই থিঙ্গায় লৈতনা, মরাইবক্রা তম্লকপা তু ইম্না মতম্না শুরক্লবদা, ঋষি বাল্মীক্বিনা লব অমদি কুশ হায়না মমিং থোনগদোরিবা মচা অনি পোকলগদোরিবা মতমহু ঙাইহুনা লৈখি।

অযোধ্যা য়োরবা মতমদা লক্ষ্মণনা রামগী মফমদা পাউ খিবিক চিথদনা তমখি—মত্ত তাবদা থম্মোয়-কায়না কপখি রাম—মীচম অমগুম্না। সনা-কোম্নু'দগী সীতাবু চংহনগ্রবস্থু মাগী পাকলবা থম্মোয় কোম্নু'দগীদি সীতা থক চংখিবা লৈবমদে। অহিং হুংখিল অনিদা সাতাগী মুর্ত্তিনা মাগী মমাংদা লেপ্তুনা লৈখি। তুমই মঙদা লাকখি সীতাগী মূর্ত্তি—ঙোরোক ঙোরবা শকফম, রাহুনা উপগ্রবদা থাজগী অঙানবা মাইথোং মাঙখিবগুম অরাবনা কুপশিল্লবা মক্লমা মাইখোংনা মঙোন্দা মুম্না

য়েক্তুনা-লৈখি—মখোল খোঙ্গনা ভূমিন্না চৈখি। তুম্বনা মতোংদগী খিদায় লৌহুনা থাম্না চৎখ্রবদা মথমতা, কন-রাওদনা কোম্নুংগী অমম্বা অবীদা, পোথাকম খত্তদনা, অনুতাপ তৌরহুনা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈরমই।

অসোমদনা কমদৌরি-সীতানা অচীকপা বাল্মীকিগী বন্দা মবুতো রামনা অযোধ্যাগী কোম্নুংদা মশুং লাংগীদমক্তা ওম্না থোয়না অনুতাপ তৌরিবা মাগী সনাগী মূর্ত্তি শিংখত্তুনা মাবু ক উবা লৈতনা রামনা নিংহৈ হায়বসি তাবদা মপুক্লিংগী অরাবা থরা মখেদি কোকচবা ওনখি।

## ১৭ শুবা সর্গঃ

নোংমগী হুমিত্তা ব্রাহ্মণ অমথক মথন্নাই য়াওদ্রবা অঙাং অমা পম্নগা লাওনা খোংন তেংথঃরহুনা শ্রীরামচন্দ্রগী কোম্নুংগী সনখোংদা লেপ্ররম্মী। "হে অরাবগী মশক ওইরবা সংসার!" মহাক্না তেংথারকই, "রামগী মথুত্তা তাররিবা নহাক অসিবু কন্নম্বা অরাবা অমা ঐখোয় পুন্নমক্না পিগদৌরিবা।

সীতা কায়নরবা রামনা রানা লৈবাক শাসন তৌহুনা লৈরিবা মতমসিদা লবন কৌবা হিংচাবা অমথক্না মুনি ঋষিশিংগী লাইনীং-লাইশোল অমদি যজ্ঞনচিংবদা য়েংথাইবা পীহুনা অরাবগী ফিত্তমদা লৈহল্লিবা অহুবু কোকহনবীনবা লৈবাক্কী মপু ওইরিবা, রামগী মফমদা হায়জরমই। ধর্ম্ম ঙাকপনা মথৌ ওইরবা রামনা অহুগুম্বা অরাবা পাউচহ্ তাবদা থিনবা তৌদনা মনাও নিপা শত্রুঘ্নবু য়েক্নবা জয় তৌনবা থাখিরমই। শত্রুঘ্ননা লাম্মী ময়াম পুরঙ্গনা লাকপনা নোংমনী অহিং অমথক বাল্মীকীগী বন্দা লেকখি। মুনি ঋষিশিংনা ওরাম ওরাম্না মাঙ্কু ওকচখি। তুমিং অসিগী অহিংহুমক্তদা জানকী সীতানা মচা অনি কাইবোক ওইনা পোকচখি। ময়াম্বগী মতেমগী মচানিপা অনি কাখেগী পাউ অসি মহাক্না তাবদা হুংঙাইবগী ওমথৈ লৈরমদে।

অদুগী তুংদা নোংঙাল্লবদা শত্রুঘ্ননা লাম্মীশিংগা লোয়ননা বাল্মীকি বন থ'দোক্তুনা লাক্তুনা লবন হিংচাবনা লৈরিবা লমদম য়োরয়ে। হিংচাবা অদুনা মাগী মথক্তা লান্দাবা লাকলিবা শত্রুঘ্ন উরদুনা থিন্দনা মাগী খোংমী-লাম্মী, পু থারক্তুনা লাল থেংনখি। মদু-ময়ায় কল্লবা হিংচাবা অদুনা নুং-উ চাউর-চাউরবা ফুক্তুনা শত্রুঘ্নগী মথক্তু লংশিল্লকখি। মদু পুন্নক মথং মথং ককথত্তুনা থাদরবা তুংদা বৈষ্ণবাস্ত্র তেন্না হিংচাবদু মথবাক্তা থাদুনা মথরাই লৌখি। য়েক্লবা হাংলবা তুংদা হরাও ভয়াদগা লোয়নন্না শত্রুঘ্ন অমদি মাগী লাম্মী খিবিক্কা অয়োধ্যা মাইকৈ তন্না লাকখি মনাওনা মাই পাক্লদুনা লাকপা অদুদা শ্রীরামনা হরাও-হরাওনা ওকলমই। অসুম্না হরাও-ভয়াম্বা মরক্তা শত্রুঘ্নন সীতাগী ওচানপা খান ফংজবগী পাউ দ ঋষি বাল্মীকিগী য়াথঙ তুংহন্না খঙহনখদে।

রামনা ব্রাহ্মণগী তেংথা নাওইবা অসি তারদুনা মহাক্না ব্রাহ্মণ অদুবু ঙাইহাক্তা লেংন্নবা য়াথঙ পিরগা অশিবগী নিংথৌ যমবু অঙাং অদুগী মথরাই অমুক হন্না পিননবগী থিরকখি। মহাক্না অঙকপগী মশক উহরবা রথ অদু তোংলদুনা মথুক্তা লিরুং তেন পায়রদুনা মতম চাদনা মথরাই থাগ্রবা অঙাং অদুগী মথরাই পীননবা থিরকখি। মতম আসদা খোঙ্গেল অমনা রামগী রথগী থোংলে অদুবু লেপহনখ।

"হে মতিক চাউরবা নিংথৌ নঙগী লৈবাক্তা পাপনা চংশিল্লকলে। মদুবু নহাক্না থিংহোরবান নিংলিবা অদু শোয়দনা মপুং ফাবা ঙমগনি।"

রামনা খোল্লাঙ অদু তাবদা ঙকখি অদুদগী অতিয়াদা হাইগৎলক্তুনা মাগী লৈবাক্কী প্রজানা অরাবগী মশক উহারবা পাপ অদুবু থিরকখি।

মমৈথঙদা মহাক্না নিপা অমথক তপ তৌরদুনা মখোঙনা অতিয়াদা হাইগত্তুনা মকোক্না লৈবাক্তা ওন্দগা ভগা উশাদা য়ান্দুনা লৈবা উরমই। শ্রীরামনা কনানো হায়না তপ তৌরবা নিপা অদুদা হংলকখি—"এমী

ইমিং শম্বুক কৌই, শূদ্র জাতিনি, স্বর্গ কংনিংবদগী অসিগুম্বা তপস্যা অসি তৌরিবনি হায়না খুমলকখি। মতু হেক তাবদা রামনা পাপ হায়বতুদি অসিদা লৈরে হায়রগনা মখুত্তা পায়রিবা থাংশাং অতুনা শূদ্র অতুগী মকোকশম ককথত্তুনা লৈবাক্তা থাদখি মরমদি শূদ্রনা স্বর্গ কংনবগী অতুগুম্বা তপস্যা তৌবা অত বেদনা য়াদে। রামগী মখুত্তা মথরাই থারবদা নিপা অতুস্ম স্বর্গ কাখরে। অতুগী তুংদা রামনা হল্লকপদা অগস্ত মুনি ওকররম্মি। মুনিনা রামদা মমল যাল্লবা মণি অমখক পীরম্মি। মতু রামনা পাম্বোমদা কিশিনখি।

অযোধ্যাদা রামনা হল্লকরবা মতমদা ব্রহ্মাণ অমল অতুনা থগুহৌদনা শিখ্রবা মচানিপানা হিঙ্গংলকপা অতুর কুংল ইবগী মপাল নাইত্রবা ঈপাক্তা তাউথ্রনা সহরগী অকোয়বদা রামগী মতিক মগুণ চাউবা অত থাগত্তুনা কোয়চং কোয়চং চংশম্মি। মহাক্না হায়খি—“অশিবা কাওববু জয় তৌবা গুম্বা মী লৈত্র ?”

× × × ×

চহি ভরাতরুক শুম্রে রাম সীতা কায়নবা। মতম অসিদা রামনা মাগী পাপ কোকনবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা লিংখৎখি। যজ্ঞসিগীদমক্তা নিংথৌশিং অমদি মুনি ঋষি খিবিকপু পার্ত্তুং তৌরমই।

যজ্ঞতুগীদমক্তা লেবাক লৈবাক্কী নিংথৌ, সাধু-মুনি ঋষি খিবিকনা অযোধ্যা লৈবাক্তু থনখ্রে। রামনা সিংহাসনদা তুমিন্না কমলতনা কায়নখ্রবা সীতাগী রাথম্না মাগী থম্মোয়মনুংদা অতং অথম লৈতনা চীক্তুনা লৈরিবা অতুগী মৈচাক থাওতনা লৈখি।

মমৈদা চাওরবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অত তৌরে। অথোইবা ঋষিগী মতুংদা বাল্মীকি য়াওরম্মি; মহাক্না লব অমদি কুশ অনিবু পুরকখি। স্বর্গদগী লাকপা লাইমচাগুম্বা অহাং অনি অতুনা নিংথৌ অমদি তিল্লিবা মীয়াম অতুগী মমাংদা ঋষি বাল্মীকিগী থোংন-নৌরবা শৈরেংদা ইথ্রবা রামগী রারা, মহাক্না বন্দা চহি ভরামরি চংখিন্না

অসিনচিংবগী হুংশিরবা রাজা অহ্ মখোল হুংশিল্লা অঙাং অনিহনা শকখি অমসুং অতাবা পুন্নমক্না মমিত্তগী মপী শিন্নখি।

ওল্লা, অঙাং অনিত্তুগী শক নিংথৌগা মান্নমনবা অতুদা শ্রীরাম অহনা য়েংনখি। রামমকসু অঙাং অনি অদুবু ওহোক্লা চাংনবা য়েংখি। মহাক্না অঙাং অনিত্তদা ঊৈশে অহ্ কনানা ওখীবগে হায়না হংখি। অঙাং অনিত্তনা বাল্মীকি ঋষিনা ওখীবনি হায়না হায়রমদা রামনা মনাওশিংগা লোয়নননা ঋষিগী মকমদা চংলক্তুনা খুরুমজখি।

কবি ঋ ষ বাল্মীকিনা হায়রকখি—"হৌগংলু হে রাম! লোশিল্লো নংগী নিংখিরবা নচা নিপা অনি অসে. মথে'ম্ব অনি অসে মপা লৈত্তনা নিংখিরবী সীতানা পোকপনি।"

রামনা হুংভাইবগী পিরাং শিন্থরত্তনা অঙ ং অনিত্তবু কোনশিনখি অমসুং সীত'বু বন্দা থাখিবা অতুগী অসুত।প্প থস্মোয়সুংদা মৈ হোনা চাকখি। মচ অনিত্তবু কে'নজব' অ;দ মপা ওইবগী হুংভাইবা অমা নৌহৌনা মাগী থস্মোয়দা ফাওরকখি।

"হে অথোইবা ঋ ষ" মহ'ক্না হ'যরকখি, "নহাক্না ওসিদি ঐগী থস্মোয অসিবু হু ভাইবগী ঊপাক অমদা লংথবীরে। মসিগী-দমক্তা ঐনা নওবু থ গংনব. মতিক চাব রাহৈ লৈজদে। তাকপিয়ু হে মগুণ লৈরবা। রামনা নহাক্না নকমদা করি তৌজৌ হায়বগে? ঐগী রাজ্য অংদি ঐ ইশামক অসি নওগী খুয়াদা কচ্চরবনি।"

"হে নিংথৌ! নহাক্ন নওগী সীতাবু কৌশিন্দুনা অমুক হন্না হুংভাইনা লৈবাক অসিদা পানবিয়ু—মতুনা ঐগী ইকমদা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইরসনু।"

মাগী মথরাই মক্না হেক পামজরবা রাকম অত্থ ঋষিনা হায়রকলবদা রামনা য়ান্না হুংভাইখি "হে তাত! নহাক্না সীতাবু মাগী লমচল্লা অমকপা করিস্থ লৈত্তবনি হায়বসি মৈগী কুণ্ডদা অমুক হন্না চোংথহন্দুনা পরিক্ষা অমা লৌবিরগা ময়ামগী মমাংদা খঙহনম্মি।" রামনা খোৱাংনা হায়জরকই। "প্রজানা মাগী লমচং অসিদা থজদং চাংনবা

লৈরি। হে অশোইবা ঋষি, ঐখী সীতাবু মকললিদা পুনিযাকই অহুগা মতোন্দা শীয়াসগী মমাংদা মাগী লমচৎ লসি অমকপা লৈত্রবনি হায়মসি ঐহক্নবিয়ু অহুগা ঐনা মাবু লৌশিনজগে।"

বাল্মীকিনা সীতাবু কৌহনখিরম্মি অহুগা। রামনা মাগী প্রজা পুন্নমক হয়েংগী সুমিত্তা মাগী কোনুংদা তিল্লগদবনি হায়না য়াথঙ পিখিরমই। মথঙগী সুমিত্তা বাল্মীকিনা লমজিংলহনা সীতাবু মচানিপা অনিগা লোয়ননা রামগী সিংহাসনগী মমাংদা চংলকখি। অতোবা ফিজেৎনা ইচম-চম্না লেংলবা সীতা অহু অমকপা লৈত্রবা থাজগুম্না ভাল্লম্মি, মরায়-লুরা, লমচৎ শাজত্তা মক্তবী সীতানা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখি। প্রজাশিংনা মখোয়না ময়ম ওইহনা মাগী লমচৎতা অমকপা লৈ হায়বদগী বন্দা লৈখিবনি হায়বসি খল্লুবদা অকিবা, তুজুংবা অমদি ইকায় খুংশি য়াম্মনা য়েংনখি।

খশোয় নিন্না, রামনা মাগী মুংশিজরবী সীতাবু লাংতক্না য়েংজখি। চীংলেম্না ঋষিনা হায়খি—'বৎস প্রজা খিবিক অসিগী মমাংদা নহাক পাপ্তুগী কোক্লবনি অমদি নপুক্লিং হকচাং অনিমক পুমশেঙ-শেংলবনি হায়বসি উৎলু। নপুরোইবা ওইরবা নিংথৌনা নহাকী অগ্নি পরিক্ষা অসি য়েংগদবগী ঙাইহনা লৈরে।"

সীতাগী মকমদা বাল্মীকিগী শিষ্য অমনা পুশিল্লকপা ঈশিং অহু আচমন তৌরবা তুংদা শেংলবা রাহৈনা তপ্না, চীংনা লেম্না হায়জরকই—

"হে পৃথিবী মাতা! তশেং তশেংনমক ঐনা ইপুরোইবগী মকমদা চংকদবা লমচং ব্যবহার অহু ইকায়-কায়দনা চংলত্রবা অমদি ঐখী পুন্নশি অসিনা অশেঙবা মক্তবা অমা ওইবা তারবদি নহাকী খশোয়-তুংদা ঐবু অমুকহন্না লৌশিনবীয়ো!"

কপ্না কপ্না সীতানা হায়জরকই। ইথঙ-থঙবৌদনা লৈলাক-লৈমা অসি সীতানা লৈরিবা মকমতুমক্তদা অনি খোক্না চিংখাইরম্মি।

অদুগা মরমচত্তা অমকপা লৈত্রবী সীতাবু মমা-ইবেম্মা লৈপাক-লৈমনা, অমুকহন্না, য়েংলিবা মী পুম্নমক অদুগী মমাংদগী লৌশিনখিরম্মি অমসুং মুত্তি অদু পুম্নাও মাঙখিরম্মি। মতু উবদা শাউগ্রবা রামনা লাউরকখি।

"ঙাইখো! ঙাইখো! ১২ শংশু পুম্নমক অসি অরানবা ঙাকনি!" অদুবু অরাবনি! খোংহৌ থরা থিনশ্রে—রামনা মাগী রাখল অদু লাপ্লে হায়বা থংলক্পসি। নৌনা কংজবা ফুংঙাইবা অদুনা মিকুপ্তা হুগী মশক ওইগ্রবদু সিংহাসনদগী চোংথরক্লুনা সীতাবু চিংথংকে হায়না হোৎনবদা ঋষি বাল্মীকিনা থামখি অমসুং অশাউবা খিবিক তপথনবা হায়রকই।

অরাবগা লোয়ননা মচা অনিদা ওন্শিল্লদুনা ফুংগক্লুনা লৈরক্লবা থম্মোয়গী ফুংশি ঈচেল পুম্নমক নোং চুনগুম চেথরকলে— মমাগী মকমদা ফুংশিখিবা খিবিক মচানিংগী মফমদা উংলকলে।

অদুগী তুংদা লাইগুম্লবা অকনবা রামনা স্বর্গ রোংদা য়েংথত্তুনা মাবুস্ম লৌশিনওইরবো হায়না পুকমঙ্গরমই। নোংমদি রামগী থরাই অসি অশুক্কী মতিক রানা ঈংশ্রে মংদা ব্রহ্মানা মুত্তি ওইনা লাক্তুনা হায়খি—

"হে রাম, করিগীনে ঙশ বু অদুক রাহল্লমদা? নহাক্কা থওলিবদুনি, মীওইবগী পুনসি শংসিদি মিকুপ লুরাংগীনি, অওনবা নাইবনি, মতমগী তোর্ব্বান্দা তাবা ফুংজ্রে-গুম্নি-মায়ানি পুদক্কা মাঙ-খিগদবনি।"

মতুংদা রামগী পুনশিগী অরোইবা য়াহীপ তানবা মতম য়োরকলে। যম নিংথৌনা মুনিগী শক্তম লৌরত্তুনা মাগী মনাক্তা লাকখি অদুগা হায়রকখি—"ঐনা নঙোন্দা হায়রিবা অসি হে নিংথৌ! তুমিন্না পাংথোকদবনি" অদুদগী রামনা মাগী অঙম-অথৌ খিবিকসু মকম অদুদগী চথোকখিনশা য়াথং পীরম্মি। অদুবু লক্ষ্মণদি শন্ত্রি ওইনা খোঙদা লেপ্তুনা লৈখি, অদুগা লাঙতক্লনা মরাস্বগীদমক্তা ঙাওনরিবা খিবিক অদু তাখিরমই।

"ঐ যমনি" মুনিহুনা হায়খি। "ঐনা নংগী নকমদা লাকলিবগী মরমদি নহাক্কী শিননবগী মতম য়োংদে হায়বা থওহন্নবগীদমক্তনি।"

লক্ষ্মণনা রাশিং অসি তারবদা মথরাই রানা সরযু তুরেলদা চোংথহুনা পুক্তিগী অরোইবা রাইপ তাখি। অসুম্না রামচন্দ্রসু, মাগী শরুক থরনা শাখ্রবা লক্ষ্মণনা শিত্রবদা মাকোম শক্তা পুংয়ায়না কেপ্পা, হমদনা ফ্র ফ্র হায়না লৈরম্ম, অহুদগী স্বর্গগী উচেক গরুড়দা তোংহুনা স্বর্গদা কাখিরমই। মকম অহুদা মহাক্না সীতাবু উথরমই। মোমোন নোক্কা নিংখিরবা সীতানা মবুঙো রামচন্দ্রবু মকম অহুদা ঙাইহুনা লৈরম্বহু উবদা শ্রীরাম য়াম্না নুংঙাইজখি। অসুম্না প্রজা খিবিকী নুংঙাই-য়াইকনবা অমদি লৈবাক্তা শান্তিগী থিকলেন চাইবিহুনা চহি কয়া নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্লগা পুক্তিগী মুমিৎ অস্তাচল গিরিদা তাখিরমই।

## ১৮শুবা সর্গঃ

মতম অসিদ রঘুগী মতিক চারবা মচাশিংনা অযোধ্যা লৈবাক অসি মরা ওপ্পা ঙাকশেন্দুনা পাল্লম্লগা মথঙ-মথঙ ওহনা মচা মচা-শিংদা নিংথৌ খুতম শিন্নরম্লগা দেহ ত্যাগ তৌখি। শ্রীরামচন্দ্রনা স্বর্গ কাখ্রব তুংদা মচানিপা অহল কুশনা মংগী মহুংশিন্দুনা নিংথৌ ওইখি।।

নোংমগী থেঙলবা আহংদ কুশনা কুশবতী কোম্মুংগী লাইরিক পাকম কাদা থেংনা লংইয়রক পারিবৈদো তুপীগা শতম অমথক্লা হীক্লা হীক্লা কপ্লহনা নিংথৌগী মথুং অ মক পায়শিল্লহনা হায়রকই—'হে নিংথৌ'!

ওক্লহনা কুশনা হংলমই—"নহাক্কি কনানো? অদুগা কমদোনা ঐগী চঙবা ঙমত্রবা থোংজাও আসদা চঙলক্কানবনো হে নিংথৌরুপী? রামগী মচানিপাগী মফমদগী নহাক কাম পাম্বগে হায়য়ু? অদুগা অসিমাদ

ফাজা হায়বৌদিনে—মকুগী মচাশিংদি ইঙ্গ্রিবু খুহুম চল্লবা অতোপ্পগী চুপীবু থক-য়েংবা ঙমদ্রি।"

মুখিহুন্না পাউখুম পীরকখি—"ঐ অসতী ওইবী চুপী নত্তে; নহাকী শক্তৌনা স্বর্গারোহণ ওইরুবা তুংদা লংশেঙ্কুনা থম্বিরবা অযোধ্যা পুরিগী কম্নতনা ইশিনজাং ওইদুনা লৈরবী লাইরেম্বীনি। মতম অমদ অলকাপুরিগী হেক্লা চাওখৎলম্লবা অযোধ্যা অসি, হৌজিক্তি থৌশাখিরবা, মী তাত্রবা লমহাং ওইদুনা লৈরেনে হে নিংথৌ!"

"অযোধ্যাগী নিংথিজরবা কোম্লুংগী দলানশিং শিজিন্নবীদনা ইহাং-হাংনা লৈরে; হয়াও-তয়াম তোবগী মুংঙাইবা মীনোক অমত্তগী খোম্থাংশু রৈরখিত্রে কোম্লং মলুংদা! লমহুইশিংনা কোম্লংগী অচৌবা লম্বীদা মফিং তম্না মচিঙাক খিদুনা কোরচং চংলি অমদি লাক্না লাক্না খোংলি। শাফিং চাবা কৈশিংগী ময়াদগী শিক্তরকপা অমাংবা ঈ মাইনা, মতম অমদা রাজকন্যাশিংগী হরাও-তয়াম্না শান্নকম ওইরম্বা লুংঙৌগী মাগুপশিংবু মশক থাদুরে অত্তপা লৈতেংগীদমক্তা য়েক-খোং-জিবা শাগী অয়েকপশিং নোংশাগী মখুজিন্না হোগায় হোগায়দুনা শান্নরি।

নিংথিজরবা লৈরাংশিং, মালিনিগী মিৎয়েং মথাদা ফুগায়না শাৎ-লম্বা শাংখিত্রে—য়োংগী শান্নকম ওইদুনা লৈকোল পূম্নমকশু লৈকোল ওইরে। থোংনাও লিশিংদগী মুমিদাংগী মতমদা থম্নাম্নিচাকুম্না ঙাল্লম্বা অত্তু হৌজিক্তি ঙানখিত্রে। শেম্বী শাবিত্রবা, ইচৌক চীকলবা কা পূম্নমক তরক তরকত্রে—মীনম তাখিত্রে।

"সরযূ তুরেলগী তোর্বান্দা মুনি ঋষি অমত্তশু লাক্কুনা তর্পন তৌরত্রে, তীর্থ-স্নান তৌনখিত্রে ... ... ....। হে মতিক চাউরবা, রামগী অথোইবা মচা ইবুঙো, ঐনা নঙোন্দা হায়জরি—অযোধ্যা কোম্লুংদা অমুক হনজিনবিরকলো। থরাই য়াওত্রবা হকচাংদা জীব চংলক্কুনা তাইবং মীনা মথৌ পাংথোক্কুম্না অযোধ্যাপুরিগী থরাই হাপপিরকো।"

অদুম্রা লহরগী লাইরেবী অকুমা মশিংথৌবু অমুক হল্লকরবা হায়কয়বা তুংদা, হায়গী মতৌশুম্রা ইঙকওঙ্কা শিংয়েংগী রাংথলা লৈরে—মশক উথিরে। নোংজাব্লগা কুশনা মাগী অশম-অথৌ খিবিক্তা হৌখিবা অহিংদা মুণ্ডি অচুনা হায়রম্বা রা পুম্নমক তমচুনা থওহল্লে। মচু তাবদা পুম্নমক্তা মত অমতা ওইনা অযোধ্যাদা কুশবু হনবীননবা হায়জরম্মি।

মতৌ অশুম্রা অকবা হুমিং অমদা কুশ নিংথৌনা অহল লম্বম্রা নিংখিজনা থনলম্লবা অযোধ্যা তম্রা অশম-অথৌ, কম্নাইবা, খোংলোয়, শামী-লাম্মী অমদি প্রজা খিবিক্তা লোয়ননা কুশবত্তিবু মুনি ঋষি শিংগী মপুক্তা শিন্নম্লগা খোঙ-শাম্লকলে।

সমুদ্রগী ঈরাওথোলশুম্রা মীয়াম্রা চংশিল্লকপা অহুগী মথোল অহু অসুম-অসুম নকশিল্লকখি—অযোধ্যাগী লমদমদা, মমৈথংদা সরযু তুরেলগী মপান্দা পরেং-পরেং শারিবা দোলাংগী কজরবা খিবিক উরকলে। সহরগী মনাক্তা মতম থম্রা পোথাচুনা লৈরে অহুগা মরক অহুদা নিংথৌগী য়াথং তুংইম্রা মতম কুইনা চুম্বক্তনা শেন্দী-শাবিদনা থমথ্রবা কোম্নুং অহু মী লৈবা য়ানবা মওংদা নৌহৌনা অমুক শেমগৎলে।

শেম-শাবা লোইরবা তুংদা কুশ নিংথৌনা মহারাণীগা লোয়ননা অশম-অথৌ খিবিকমক্তা কোম্নুংদা চঙলে। অশম-অথৌশিংদা মাগী মাগী থাক্তা মতুংইম্রা নিংথি-নিংথিরবা লৈননবা য়ুম পীরমই। অমুক হন্না অযোধ্যাপুরি অনৌবা কীজোল হোংথরে; মী তারমগ্রবা মকম পুম্নমক মীনা চিংনা-চায়নকম লৈরক্লে; পুস্তাক-লামশিনকপ্রবা অযোধ্যাগী কৈথেল মীনা ভুং-ভুং ভংথরে। য়েংবদা নিং অঙ্গ অযোধ্যা—অনৌবা থরাই কংজরবদা।

নোংমদি কালেনগী শাবনা থাঙ্ডমগ্রবা মতমদা কুশনা, মহারাণীশিংগা লোয়ননা সরযুগী ঈরোনজুংদা হরাও-তম্রা ঈরুজচুনা

[illegible] অমম্না ঈশিং চাইনক্কনা মখাগী অশাবা হোকহনকরম্মি। অসুম্না নিংথৌনা ঈশিংগী লাইহৈক্কীগুম্বা মাগী মহারাণী অমদি নির্দোষকরবী মহিলা ময়ামগা লোয়ননা শাররিহৈক্কিদা। থঙহোদনা মাগী পাম্বোমকারী অদু কত্তুনা ঈশিংদা তাখিরম্মি। মহুদা থাম্বা অগষ্ট মুনিনা মপাইবুদো রামচন্দ্রদা পিনখিবা অমদি রামনা মহু মতোম্দা লৈবাক্তা লোয়ননা পিখিরম্বা মমল য়াম্রবা মণি অদু মাংখ্রমই, মণি অসি মায়পাক্লবগী থুদম অমনি।

থুম্না য়াম্লম্বা পাম্বোমকা মাঙজে থঙজবরা কুশনা মাঙ্খ্রবা মণি অদু কংননবা খিমু হায়না য়াথং পিখি। কুমশিং-হিদোনবশিং অমদি ঈরুপ্পদা হৈশিংলবা কয়ানা য়াম্না রানা খিরবকাওমদা মখিদু কংবকোবা লৈত্রে; মহৈদাদ উপায় লৈত্রদ্রনা থিবা অদু তোকলে। থিরিবা কাওবুনা হায়জরকই—"নিংথৌ ইবুংঙো! ঐখোয়না থিবা য়াবমখৈ খিজরে— কংবা কোবা লৈত্রে। মসি ঐখোয়না খনজবদদি পাতালগী নাগ নিংথৌ কুমুদনা লৌরমগত্রা অসিমতংদি চিংনৈজে।"

মখোয়গী মচিন্দগী য়াহৈ অদু হেক তাবদা শাউথ্রবা কুশনা লিকং পায়থত্তুনা পাতালগী নিংথৌ কুমুদপু লোইথোক্লগে হায়না সরযু তুরেলগী মপান্দা লপলমই। মহাক্না অসুম্না হেন কাপ্লগে তৌবা মতম্দা লাচজংদগী কুমুদ নিংথৌ, মচল ইমেম্বা কুমু[illegible] মাগী মথুত্তা পাম্বোম কা [illegible] অম উবদ কুশনা [illegible] কাপকে তৌরম্ব অদু তোক্তুনা [illegible] মুম্না য়ে[illegible] মাগী মি[illegible]য়েং অদু কুমুদবতীগী কজবা শক অদুনা পুমশুম শুক্নাংখিরম্মি মদু উরবদা থুংসু-তেনওদা মপা 'লতন' হৈরবা কুমুদ নিংথৌনা মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই—

"মহাক অসি লাইগী শক্তি চেন্নবা, মাদেম পৃথিবী অসিবু রাক্ষসশিংগী ওংপা নৈরদগী কনবিননবা অবতার তৌখিবা শ্রীরামচন্দ্রগী মতিক মগুণ লৈরবা মচা ইবুংঙোনি। ইনাক্তা লেপ্পলিবী ইচল

ইবেম্মা কুমুদবতীনা শীরক্নৈরিন্ডো নিংথিজরবা নিংথৌ মহাক্কী পাম্বোম-না অসি উরবদা পাম্মনগ্রহনা লৌকখ্রবনি ! হৌজিক্কি মসি অমুক লৌশিনবিরো—পাম্বোমগী লৈতেং ওইবিয়ো অত্তুগা হে নিংথৌ ! মখোয় ইচল ইবেম্মা কুমারী কুমুদবতী অসি মহাক্কী লোয়নবী ওইননবা লৌশিনবীয়ু। মহাক্কী লৈথাদা মহাক্কী লুংঙাইবা কংগনি।" মবুংগী য়াইহে ভাবদা মচল ইবেম্মা কুমুদবতী ইকায়রহনা মমায় লুকখরম্মি।

"ঐনা হয়াওনা নহাক্কা তাকপীবা ভুংইমা তৌজগনি।" মথয়াইনা পামজরবা কুমুদবতীবু কংজরবদা কুশ নিংথৌ য়াম্মা লুংঙাইরম্মি।

মীশনা কুশ অমদি কুমুদবতী অনিগী লুহোংবা অত্তু যাম্মা চাউনা পাংথোকলম্মি। কুশনা কুমুদবতীবু লুহোংলবা অত্তুদা স্বর্গদা দুন্দুভী থোংলম্মি, অমসুং স্বর্গদগী বয় কন্থা অনিগী মথক্তা পারিজাৎ লৈরাং চাইথরকখি। তশেংবমক অনিগী লুহোংবা অসি স্বর্গদা পাংথোকপগা চপমান্নখি। কুমুদ নিংথৌনা ত্রিভুবনগী মবুঙো অথোইবা মী ওইরবা রামচন্দ্রগী ঔরসতগী অমদি পতিব্রতাদা মপা লৈত্রবী জানকীগী গর্ভদগী কংজরবা অথোইবা মচানিপা কুশগা মরী মতাওম্বা কংজবহন্দা লুংঙাইবগী সাগরদা তাউজখি। বিদায় তৌনরহনা কুমুদসু হনখ্রে। কোহুং মমুংদসু কুমুদবতী কংজবসিদা থোইনা হেন্না লুংঙাইনরম্মি। অসুম্মা লুংঙাই-লুংঙাইনা হোৌখিবনা মতমগী থোংলৈ ভুংইম' কুমুদবতীগী মচানিপা অমা কংজরম্মি। মমা-মপা অনিগী লুন-চান্না তৌজরবা মচা অসি মমিং অতিথি হায়না কৌখি।

কুশ নিংথৌনা মচা নিপা অসিবু-রঘু শাগৈদা পোকপা মচা অমনি হায়বদা চোঙ্গননবা অষ্ট শাস্ত্র ত্রয়ী বার্ত্তা—আদিবিদ্যা—দণ্ডনীতি মতিক চান তম্বীখিরমই। নিংথৌমচা অমগী অরাংপা করিসু লৈত্রবা মচা ইবুংঙো অতিথিগীদমক মতিক চাবা কন্থা খিরমই।

মতম খরা লৈরগা ইন্দ্রদেবনা কুশবু দৈত্যগী লুচিংবা দুর্জ্জয়গী মায় তেংবাংবীনবা কৌরমই। শানকদা কুশগী মথুত্তা দুর্জ্জয় শিথি অমত্তবু অন্নাবদি কুশ মশামকসু লাইহিংচাবশিংগী মথুত্তী

মাঙোকখিত্রে—মহাকপু অয়োইবা মাহিপ তানখি। মতম চাদনা সুপ্রাবী ওইরোরবী কুমুদবতীনা কপ্পুনা অমাম্বা মতম লেনজখি অমসুং নৈচারু লায়মু ওইরমলা তৎন-থানবা নৈত্রমা মকমতুদা কুপ্পা নৈথিননবা কুমুদবতী সংসার থাদোক্লুনা অয়োইবা খর হোনখ্রে। মমা মপা অনিমক নৈত্রবদ অতিথি মথম্মাই মাম্না সুংভাইখিরমদে।

অতিথিনা অযোধ্যাগী সিংহাসনগী মপু ওইরে মতিক চাবা নিংথৌ অসিনা অমুক হন্না মরোল অহমবু জয় তৌখি। মাগী মতমদা লোং মতম চানা চুহুনা মহৈ মরোং চুমখি, নৈবাক প্রজাগী সুংভাই-মাইকথা হেনগৎখি। পূরমক অসি ইন্দ্রদেবনা মাবু ইকাই খুমবা উৎপগী খুদমনি। যম নিংথৌনা মতম চাদনা মাগী নৈবাক্তা অশি অনা থোকপা থিংখিরমই। অমুক্তী মতিক চাউনা পানবা অতিথি নিংথৌনি। অহুগা বরুণ দেবনা ঈশিংগী লম্বী লাউনা কাত্তুনা লয়োল-ইভৌকী থবক্তা চাওথংপা পীরম্মি অমসুং কুবেরনা মাগী লম্বুম হেলহনখি। অতিথি নিংথৌ মাম্না মগুণ নৈনা পানখিবা নিংথৌনি।

য়েক্লবা বিবিকপু নৈহৎওম্লবা অতিথি নিংথৌনা নিষধগী মবুডো অর্থপতিগী পর্বতগী নিষধ কৌবা মচানুপ অমা কংজখি। মগনিপা অনিশু মপাগী মতৌওম্না মতিক মগুণ নৈরমই। চীংগী মতৌওম্না থাওবা কন্নমই। নিষধনা মথোক-কারকপা মতমহু কাওবা নৈবাক ভাকপগী থবক্ত মাম্না পুক্নিং চঙবা হৈশিংবা উবদ মপা ইবুঙোনা মাম্না সুংভাইজখি।

অহুগী তুংদা অতিথিনা মচাগী মকমদা নৈবাক নিংথৌ শিন্নমগা বদা চত্তুনা লাইনিংখিরম্মী। নিষধনা মপানা খম্বীরম্বা নৈবাক নিংথিজনা ভাকখি। নৈবাক্তা মহৈ মরোং চুবা শান্তি ওইনা থথদা নত্তনা য়েক্লবা নৈবাকী নিংথৌ খিবিকপু খুহুম চনশিন্সুনা পৃথিবীগী মপু ওইখি। অসিগুম্বা মৈগী মতৌওম্না তেজ নৈবা

নিষধনা অয়োইবা মাহিপ তানথ্রবদা মচানিপা নলনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইখি। মতিক মগুণ লৈবা নলনি। রঘুবংশকী নিংথৌনা লেয়া অমত্তম মাঙলমদে। নলগী মতমদা গন্ধর্ব্বশিংনা মাগী মতিক মগুণ খাগৎলমহই 'বিমান্দা' তোংহুনা।

নলগী মতিক চায়বা অমগুবা নোংগী কুচুনা ওমজনবগী মশক ওইরবা মচানিপা অমথক কংজখি। মাগী মমিং নাভ হায়না খোনখি। ধর্ম্মদ পূক্নিং শেপ ত্রবা, মতিক মগুণ লৈরবা নল নিংথৌনা মতিক গাররবা মচানিপা নাভনা লৈবাক ঙাকপা ওমজ্রবা মতম য়ৌরবদা মচাগী মথুক্তা লৈবাক শিন্নরমহনা বনাশ্রম ধর্ম্ম লৌহুন বন্দা লাইনিংবা চৎখিরমই। নাভনা নিংথৌ ওইহুনা অযোধ্যা লৈবাক ঙাকখি।

নাভগী মথংদা মতিক মগুণ লৈরবা পুণ্ডরীক কৌবা মচানা অযোধ্যাগী মপু ওইখি। অঙৌবা থম্বালনা বিষ্ণুগী খোগল কংজবগুম মপা ইবুংঙো নাভগী পুনশিগী হুমিংনা অস্তাচল গিরিদা তাগ্রবদা প্রজা পুরমক্তা পুণ্ডরীকী মতেং লৌহুনা নুংঙাই য়াইকনা পানবা ঙমখি। তৌবিমল খণ্ডবা, ধর্ম্ম লৈরবা পুণ্ডরীক নিংথৌনি। মহাক্না লৈবাক ঙাকনা পুনশি হুমিংনা অস্তাচল গিরিদা তাগ্রবদা অথোইবা মচা নিপা ক্ষেমধন্বাবগী মথুক্তা লৈবাক শিন্নরমগা মপা মপুগী থুহং ইমা বন্দা চৎখি। মতুংদা মাগী মচানিপা দেবানীকনা অযোধ্যাগী মপু ওইহুনা লৈবাক ঙাকখি। দেবানীকনা লৈবাক ঙাকপা মতমদা প্রজাগী নুংঙাই য়াইকবা হেনগৎখি। মপাগী মতৌগুম্না দেবানীকনা মচানিপা অহীনগুগী মথুক্তা লৈবাক-নিংথৌ শিন্নরমগা বন্দা চৎখি। অহীনগু নিংথৌ মপাঙ্গল কনবা নিংথৌ অমনি। য়েক্নবা খিবিক জয় তৌহুনা লৈবাক ময়া চেৎনা থমলম্মগা মচানিপা পারিযাত্রগী মথুক্তা লৈবাক শিন্নরমই। পারিযাত্রগী মচানিপা শিল কৌবা অমা কংজখি। শিল পুকচেল চাউবা নিংথৌনি। অস্ত্র-শাস্ত্রদা মপা লৈত্রবা শিল নিংথৌনা য়েক্নবা খিবিক মাইথীবা পীখি। মথংদা শিলগী মচানিপা

উন্নাভনা মপাগী সিংহাসনদা কাহূনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইখি। মগুণ লৈবা, মপাক্নদা ঊমবা উন্নাভ নিংথৌনা লৈবাক ময়া চেংহন্না ঙাক্তুনা প্রজাগী নুংঙাই য়াইফনবা পীরখি।

মতুংদা উন্নাভগী মচানিপা বজ্রনাভনা নিংথৌ ওই। ইন্দ্রদেবগী মতৌগুম্না মপাক্নদা কন্নবা বজ্রনাভনা য়েক্নবা খিবিক মাইথীবা পীদুনা লৈবাক ময়া চেংহনখি। মাগী মচানিপা শঙ্খনা মপাগী মতুংদা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইখি। য়েক্নবা খিবিক মাইথীবা পীডুনবা শঙ্খনা নিংথৌ, ব্যুষিতাশ্ব হায়বা মিংথোল অসি কংখি। ব্যুষিতাশ্ব নিংথৌনা মহেশ্বরবু নিংজবদগী বিশ্বসহ কৌবা মচা অমা কংলমই। বিশ্বসহ অসি হিরণ্যাক্ষবু দমন তৌত্রবা বিষ্ণুগী অংশদগী থোরকপনি। বিশ্বসহগী মথংদা মচানিপা হিরণ্যনাভনা নিংথৌ ওইখি। হিরণ্যনাভ মাতুক মতাল চাউবা নিংথৌ ওইবগী মতিক প্রজাবু নিংথিনা ঙাক্-শেন্নহুনা নুংঙাই য়াইফনা পানখি।

হিরণ্যনাভগী মচানিপা কৌশল্যানা মপা ইবুঙোনা মতুং মতম চানা লাইগী থুম্না তানত্রবদা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইখি। কৌশল্যাগী মচানিপা ব্রহ্মনিষ্ঠগী মচানিপা ব্রহ্মিষ্ঠগী মথুক্তা অযোধ্যাগী নিংথৌ থুতথ শিন্নখি। চহি কয়া লৈবাক ঙাক্তুনা মমিং চৎনা পান্নবা তুংদা ব্রহ্মিষ্ঠনা মচানিপা পুত্রনা লৈবাক ঙাকপগী ভার শিন্নরম্নগা স্বর্গ কংনিংবগীদমক পুষ্কর তীর্থদা চংখিরম্মি। পুত্রগী মচানিপা পুষ্য কৌবা অমা কংজরমই। মচানিপা অসি পুষ্পরাগ মণিগী মতৌগুম্না থোইদোক্না মগুণ চেনখিরমই। সংসারগী নুংঙাইবা থাদোক্তুনা মচাগী মথুক্তা রাজ্য ভার শিন্নরমহুনা ব্রহ্মতত্ত্ব খঙলবা মহাযোগী জৈমিনিগী মকথদা দীক্ষা লৌরহনা লাই নিংথিরমই। যোগ বিদ্যা নিংথিনা খঙলবা পুত্র নিংথৌ মোক্ষ কংজখি। অসিগী তুংদা ধর্ম খঙলবা পুষ্যনা নিংথৌ ওইহুনা পারে; পুষ্যগী অথৌইবা মচানিপা ধ্রুবসন্ধি কৌবা অমা লৈরমই। থোইদোক্না তেজ লৈরবা নিংথৌ ধ্রুবসন্ধিগী সুদর্শনা কৌবা মচানিপা অমা কংজরমই। শাদানথা য়াম্না

পামই ধ্রুবসন্ধি নিংথৌ। নোংমদি শা তান্নুনা অসুম লাকপদা খঙহৌদনা নোংশাগী থাবাক্তা ধ্রুবসন্ধি থরাই থাখি।

নিংথৌনা মতম চাদনা লৈখিদবহুদা অরাবা তারবা লৈবাক-প্রজাবু করনবগীদমক মন্ত্রিশিংনা চেকশিন্না রা তাময়বতুংদা অঙাং-নাম্না ওইরিবা সুদর্শনবু রাজগাদিদা থাজত্নুনা অযোধ্যাগী নিংথৌ হাপখি। অঙাং ওইরিবা সুদর্শন্না রঘু শাগৈগী নিংথৌ গাদিদা লৈতেংবসিদি চন্দ্রবেবনা ক্ষত্রিয় মকোয়দা অহিংদা লৈতেংকগুম, নোংশান্না বন্দা লৈতেংবগুম অমদি থয়াজ কোৱী লৈরাংনা ঈশিংগী মরায়দা পুত্রিগী লৈতেংবমূক কক্লখিরমই।

অঙাং ওইরিব। সুদর্শনবু উরুবগা অঙম-মথৌ খিবিক্লা মহাকৃপু মপাইবুংঙো ধ্রুবসন্ধিগী মতৌগুম্না অচুম্বা চংপা মতিক লৈবা, তৌঙবা নিংথৌ অমা ওইরগনি হায়না নিংনরম্মি। অঙাং ওইবগী হৌনবা ভনৌ-তনৌয়বা মশা অহুনা সিংহাসন মথক্তা ফম্বহুদি য়েংবদা সিংহাসন্না হেন্না ওম্না উরবসু মহাকী কজবা তৌরৌক তৌনা মঙাল পুরবা কুচুনা সিংহাসনগী লৈতেং ওইবদা নিংথিজবহু কন্নিদা প্রমাণ তৌরুগনি।

মবুধৌ হবুংঙো পুষাগী মতিক মঙালনা অয়াম্বা নিংথৌনা অযোধ্যাগী সিংহাসনবু ইকায়-থুম্নবা উৎলম্বা অহু হৌজিকসু অঙাং নাম্না ওইরিবা সুদর্শন্না নিংথৌ ওইরবসিদসু অহুম্মক উৎনরাম্ম। সুদর্শন্না লৈবাক ঙাকলোন, ধর্ম্মনীতি, অস্ত্র-শাস্ত্র খিবিক তমশিন্দুনা থোইদোক হেন্দেক্না মগুণ লৈবা নিংথৌ অমা ওইরকখি। শক্ত-গুন্দ, মহৈদা মশিংদা অরাং অপা লৈত্রবা নিংথৌ সুদর্শন্না রূপবতী রাজকুমারীবু লুহোংহুনা লৌখি। ইন্দ্রগী ওয়দা শচীনা লৈতেংবগুম, মহেশ্বরগী ওয়দা, কৈলাস চীংদোম্দা গৌরীনা ফানজবগুম সুদর্শনগী ওয়দা রূপবতীনা লৈতেং ওইরহুনা ফজবগী মথক্তা থোয়না হেন্না নিংথিজবা ওইখি।

## ১৯ শুবা সর্গঃ

জ্ঞানি ওইরবা পুক্নিংবু থুক্তম চনবা ওন্নবা রঘুবংশগী অথোইবা নিংথৌ সুদর্শনগী তেজ বীর্য্য লৈরবা অগ্নিবর্ণ কৌবা মচানিপা অমা কাংজখি। মচানিপা চাউর-শাংলক্লবা মতমদা মচাগী মখুত্তা নিংথৌ থুক্তম শিন্নরক্লগা বন্দ' লাইনিংহুনা লৈখি।

হৌজিক্কি অগ্নিবর্ণনা মতিক মগুণ লৈরবা শাগৈ অসিদা হৌখিবা নিংথৌ কয়ানা অরাংপা থিবিক য়েংহুনা মেনখৎলম্লবা, য়েক্লবা থিবিক মাইথীবা পীরগা থুক্তম চনশিনলম্লবা, লৈবাক-লৈবাকী নিংথৌশিংনা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা মথোয় থ্বাইগী মথক্তা লৈরবা নিংথৌগী মফমদা হৌনবী সন্মান উৎলবা, মরা চেৎনা লৈরবা লৈবাক অযোধ্যাগী মপু ওইরবা মতমতুদদি লৈবাক শাসন তৌবগী থবক্তা পূ ক্লং হেন্না থিংজনবা তৌদনা হুংঙাইবগী লম্বীদা চত্তুনা হৈকোল-লৈকোন্দা নিংথিজবা মফমদা কোয়চৎ-চৎলগা পূক্নিং পেন্নবা ওইবা থবক্তা অয়াম্বা মতম লেনখি। মরম অসিদগী লৈবাক শাসনগী থবক অসি অঙম-অথৌ-শিংগী মখুত্তা শিন্নরে হায়রগা মহাক্না নিংথিজরবী রমণী কয়াগা লোয়নননা হিমালয়গী লমদমদা কজ-কজয়বা পূক্নিং হুনা নিংথিরবা লমদমশিংদা কোয়হুনা হরাও-তয়ায় কামগী লম্বীদা পূক্নিং লুপখি।

লৈবাক ঙাকপগী অঙম-অথৌ থিবিকা লোয়নননা রায়েল বিচার পাংথোক্লবগীদমক রাজ সভাদা তিন্নহুনা করিগুম্বদসু হরাও-তয়ায়া নোক-থেহুনা রাজ দরবারদু পুমনিল নিলহনবগী মহুত্তা মশক মত্তৌ কজরবী কোনুং মনুংদা ময়ুম পান্দহুনা লৈরবী রমণী কয়া মকমগা লোয়নননা লাক্লা-কানা শান্নহুনা, হরাও-মথোয় কাহুনা নোকপ-থেবনা কোনুং মনুংদা পুমনিল নিলহনবগী থবক্তদা কাযুক ওইরবা অগ্নিবর্ণ নিংথৌনা চথখিরম্মি। নোংমত্তা কাওববু লৈবাক শাসন তৌবগী থবকপু নিংশিংবা কোবা লৈখিরমজে। ধর্ম্মদা পূক্নিং লুপলবা মপা-মপুনা রাজ সভাদা কমহুনা শাসন তৌবগী থবক্তা পূক্নিং

চত্তদ্বা খিবিক থাদোক্লক অগ্নিবর্ণ নিংথৌনা মশক মতৌ' কক্সবা মুপী খিবদনা মথৌ ওইহ্রে। অসুম্না অহিং-সুংখিদ নাইদনা রমণীময়ামগা চাদনা থক্তনা, হুংশিবা ঈশৈ তাহনা, জগোয় শাদনা মতম লেপখি।

লৈবাকী থবক্তা থওইরক্তবা নিংথৌ অসিগী কামুক ওইবা মতৌ অ'স উকদা মশাগী ওইজবদা পাম্লবী রমণী কয়ানা মহাকী থম্মোয়বু থুহ্ম চনখিরম্মি। থোইহী পাম্বা থাইমুনা লৈরাং অমদগী লৈরাং অমদা হোং হোংহনা লৈহী চুমগুম অগ্নিবর্ণ নিংথৌনা অনৌ-অনৌবা মুপীগা লোয়ননা কামগী লম্বীদা লুপখি। অসিগুম্বা, নিংথৌ অমনা চংকদবা লম্বীদগী থাম্লবা লমচং অসিদা লৈখিবমা মহাক্না লৈবাকী য়াইক-সুংঙাইনবা থবক্তি সুপয়েং য়েংখিদ্রে। অসিদম্মু নত্তনা অংক য়াম্না লৈরিবা মহারাণীশিং কাওথবুস্মু লৈ হায়বা কাউথোকখিরম্মি। মসি উরবদা অহিং-সুংখিল নাইদনা মথোয়না কপ্তুনা লৈখি অমস্নুং শাগেগী ইজ্জং মাংথরকপিবা অত্ত থনবাদা ইকায়বনা কৌক্লক থুমহনা থাওজখি। অহুওয়া অঙম-অথৌ খিবিকম্মু নিংথৌনা চংলিবা শাজং অত্তদা য়াম্না পেমখিদে অহুমকপু হায়বা ঙম্নদবনা মচিন মেন্দুনা থাওনখি।

অঙম অথৌ কয়ানা হম্না-হম্না লৈবাকী রাখল থক্লদংদা ওইহ্নবস্মু থনবীনবা হায়জরবহুদা মশক কাওবা চহি চুপ্পা উহন্দনা কা মহুংদদা লৈব্রবা নিংথৌনা নোংমদি মথোয়না হায়জবা য়াবা উংপা ওইনা মাগী মথোঙ নামথক্তুং থোংনাওগী বাংমদা থিন্দোয়কখি। মহুদা মনাক্তা কোয়না কর্মলিবী রমণী ময়াম্না মপুক্লিং পেম্না নোকচখি। নিংথৌগী মথোঙ অত্থ উবদা থোইদোক্পা অঙম-অথৌ পুন্নমক্না শাউনখি অহুথু রঘুবংশগী নিংথৌ কয়াগী নিংথিজবা লমচংনা পুনস্রুবা মথোয় খিবিক অহনা রাজ-ব্যবহার উংপতনা মথোয়গী সুংঙাইজবা ওইবা অহু থাদোকপা ঙমদবনা নিংথৌগী মথোঙ অহুদা ব্যবহার উৎপাখি।

চহি কয়া হৌৰে; অহোংবা খক্তুনা অনৌ অনৌবা মথলগী মুংঙাইবা-অরাবা পুম্না লাকখি অদুবু অগ্নিবর্ণ নিংথৌগীদি অহোংবা লৈতনা অনৌ-অনৌবা মুপীশিংদগা লোইননা লৈবগী লমচত্তু থাদোক-লমদে। মমৈথঙদদি অকিবগী মশক ফংলবা লায়না-। নিংথৌগী মশাদা লান্দায়কখি; মশা মহুংদা লায়নাগী মৈচাক মৈহৌবগুম চাক্রকখি। অদুবু অঙকপদি নিংথৌন মাগী মশাগী লায়না অদু মাগী লমচংকী মথা পোনবনি খঙনা-খঙনা মাগী কামগী লম্বীদগী হন্দোকপদি মরৈখিব্রে।

ওহ্নোকপনি! হৈনগ্রবা শাজং অদু নিংথৌনা থাদোক্কে কৌবদদি মনিংখিত্রে। নিতি মুমিৎ খুদিংগী মাগী মশাদু ময়েং তারকখি—পা-শল্লকই অদুবু অহনবা লৈতনা মাগী হৈনবা লমচৎ অদুদি থাদোক্তি্রে। মশাদু অরুম হৌবা অমদি মশা কংশিনবগী লায়নানা লাকহৎলবা ফাওবদা নিতি কাংদনা মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরি। অসিগুম্বা মাগী মকমদা মুংঙাইবনি হায়না লৌরিবা শাজং অসিনা নোংমা-নোংমগী মশাবু অশিবগী থায়াক্তা চিংশিনবস্থ লেপত্রি। অস্নুক কুইবা মতম অসি অঙম-অথৌ মন্ত্রি থিবিক্লা প্রজাগী মকমদ। নিংথৌগী অবস্থা অসি খঙহন্দনা থমলকদি প্রজা থিবিক্লা মাংথায়গী নিংথৌবু কুইনা উশিল্লক্ত্রবা অদুদা মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লখিরম্মি। মমৈথঙদা কিভম অসি কুইনা ফুমহুনা থম্বা য়ারম্রোই খঙলবদা চহি ছুম্ফতুরা গুরবা অঙম্বা অমনা রা অমা হৌদোয়কখি।

"মচা নিপা অমা কংজগে হায়বগীদমক নিংথৌনা মী তিম্নদনা মথমন্তা চৌক্লা যজ্ঞ অমা লিংখৎলগা চরা হেন্দুনা লাইনিংঙি হায়না প্রজাদা ঐখোয়না হায়রসি।"

মথম্রাই মুংঙাইতনা নহা অমনা হায়রকখি—"মহাদ মীনম্বা রানিদো! কমদোনা ঐখোয়না খঙন-খঙনা মীনম্বা রাসি ঙাংগদগে।"

মোমোন নোক্লা অহল অমুনা খুমলকই—"অদু ওইরবস্থ অকবা

থবকীদমক্তা ঙাংবা মীনম্বনি। অচুম্বা হায়বদা অকায়বা থোকদবা লৈবা ত্তায়বা মতমদদি অসিগুম্বা মীনম্বা অসি করিস্ত অকায়বা লৈরোই।”

অস্মা মন্ত্রিশিংনা রাসি তাময়হন প্রজাগী মফমদা থগুচল্লম্মি। প্রজা খিবিক্লা রাসি তারবদা য়াম্না জুংঙাইজরম্মি। মরমদি নিংথৌগী মহারাণী য়াম্না লৈরবস্তু মচাদি অমা কাণবা পোকলমদে অহৃবু যম্নাগী লায়নানা চৌরবা অগ্নিবর্ণ নিংথৌ মতম কুইনা লৈরমম্রে। অগ্নিবর্ণ নিংথৌগী থরাইনা থরাক-থরাক য়াম্লিবা মাগী পুনশিগী কূমবা লংলা অহৃ মমৈথগুদদি থাঙবা ঙমত্রহনা তংখ্রে মমস্তং কামুক ওইরবা অগ্নিবর্ণ নিংথৌ অমুক হন্না মিকপ থোক্লরোইদবা মতুমদা তুমখ্রে—লৈচিল থোংনেংনখ্রে।

হিংলিঙৈ মতমদদি মচাগী মশক উথিত্রবহৃ পুনশিগী মুমিদাংরাইগী মতমদা হল্লম্ব মক্ক অমতংনা শাগৈগী থাউমৈ ওইদোরি। অস্মা গর্ভনুংদ লৈরিবা মচাগী মশক উঙমদনা নিংথৌনা থুপখ্রবা অহৃদা মন্ত্রি খিবিক্লা প্রজাশিংদা অরাবা পাউ অহৃ থগুহনবা ঙমলমদে। থীন্দনা, কনা থগুহন্দনা নিংথৌগী মশা অহৃ .কাম্নুংগী মনাক্তা লৈবা লৈকোল অমদা পোংলোয়খ্রে। অহৃদগী রাজ-সভা ভিল্লগা গর্ভনুংদা তাউজিং মমি তল্লবী মহারাণী অহৃবু সিংহাসন্দা থাঙ্গত্তুনা লৈবাক ঙাকহন্নবগী-দমক থম্মরে। মথোয়না সংসার মশক উত্রিবা গর্ভনুংগী জীব, অযোধ্যা লৈবাক্কীদি তুংগী আশা ওইরিবা অঙাং অহৃবু হুশেংবা পাত্রদা হাপ্পা ঈশিংনা শেংদোকলমই। অহৃগী তুংদা মহারাণীমা মপুরোইবা কায়নবগী রাবনা মমিত্তগী মপী কংদবমথৈ লৈবাক ঙাকথি অমস্তং গর্ভনুংগী জীব অহৃনা সংসার মশক করম্বা মতমদা উগদগে হায়বসিনা মাগী লাইনিং-লাইশোল ওইজরম্মি। মতিক চাউরবা মিংথৌ কয়াগী মকত্রবা রঘুশাগৈ অসিগী নিংথৌ ওইগদৌরিবা মচা অসি পাশক্ থগুদবায়হৃ তারবনিকো হায়বসি থল্লুবদা রাবনা চরম্ কংখিরম্মি।

হৌজিক্তি মন্ত্রিশিংনা প্রজাগী মফমদা নিংথৌ লৈথিদবগী রাকন অসি লেপ্তুনা থম্বা ডমলকত্রে। মথোয়না প্রজাশিংগী মফমদা অরাবগী মশক ওইরবা অচুম্বা পাউ অত্থ খঙহনবা মতমদা প্রজা পূম্নমক কপ্প-লাউনহুনা অরাবা কোংদোক্লখি অমস্তুং নিংথৌগী মচুংশিন্দুনা লৈবাক ঙাকলিবী লুম্রা ওইহৌরবী মহারাণী অতুগী অমদি সংসার মশক উদ্রিব গর্ভনুংগী শঙাং অতুগী থনবদা ওস্থেক্লা মথরাই শোক্ক-খিরাম্ম মীনা মরোল মরোল অরাবা পাউ অতুগী তুংঙাইতবা কোংদোকপ কোঙ্গুংদা শাকখি অংগুং মথোয় খিহক্ক সিংহাসন থক্ত মাইথোং মক্লা ফম্লবী মহারাণীগী য়ংথংবু হরাও-হরাও ইন্দুনা ইকায়থুম্নবা উৎচখি।

অশুম্ন মাত্তক মগুণ লৈরবা অবনবা নিংথৌ কয়ানা কৈথেং ওইহুনা লাকলবা, অমাং-অতা লৈত্রবা মিংচংনা অতিয়া মকোয়দা থোকপা থাজগুম ঙাল্লবা রঘু শংগেগী সিংহাসন্দ গর্ভনুংদা লৈরিবা অঙাংনা সংসার মঙাল ফংহুন লৈবাক ঙাকপা ঙমত্রি ফাওবা অগ্নিবর্ণ নিংথৌগী মহারাণীনা লৈবাক ঙাকখি।

মসিদা তরামাপল গুবা সর্গ লোইবগা লোয়ননা রঘুবংশ মপুং ফারে

